

CPI MANIPURGI ITIHAS
(HISTORI OF CPI MANIPUR)
First Part
Published by
Secretary,
Manipur State Council, CPI

অহানবা ফোঙবা ঃ
২৩ অগাষ্ট, ২০০৩ ইং

অফোঙবা ঃ
বি শর্ম্মা, সেক্রেটরি,
মণিপুর ষ্টেট কাউন্সীল, সিপিআই
ইবাবত ভবন, ইম্ফাল।

মখুম যেকপা ঃ
এল জয়চন্দ্র, সগোলবন্দ

ফংফম থোকপা ঃ
সেক্রেটরি, এম এস সি, সিপিআই

মমল ঃ লুপা ১৫০/- (লাইব্রেরী এডিসন)

কোপি মশীং ঃ ১০০০

# ইতিহাস ইরকপগী ৱারোল খর

মণিপুরদা কম্যুনিষ্ট পার্টিগী মশাগী ওইবা ইতিহাস অমা অইবা ওইনা লৈজরবদি পার্টি অসীনা লমদম অসিদা করম্না লাকখি, কয়া ৱানা করম্বা ফীবমদা শাগৎলকখিবগে অমসুং পার্টি অসীনা লমদম অসীগী মীয়ামগী ওইবা দাবী কয়া পুখত্তুনা লড়াই কয়াদা শরুক য়াখিবগে অমসুং মীয়ামদা মানা থাজবা *মান্নবা সমাজ অমা শাগৎনবা খোঙচৎতা* থেংনখিবা অৱাবা অমসুং মদুদগী ফংলকপা লৌশিং পাড়া কয়া অদু খরদ ওইরবসু নৈনন্দা মতেং ওইগনি। অসীগুম্বা চন্নবা মীৎয়েং অমগী মখাদা মণিপুরদা *কম্যুনিষ্ট পার্টিগী ইতিহাস* অমা পুথোক্লবগী মতাংদা মতম কয়াদগী হায়নদুনা লাক্লবসু থবক ওইনা পাঙথোকপা ঙমদনা মতম শাংনা লাকখি।

চহী নীপাল্লোমগী মমাঙদগী কমরেড থোকচোম বডসিং, ঙাঙোম মহেন্দ্র, ক্ষেত্রিমযুম ইবোয়াইমা, লোংজম জ্ঞানেন্দ্র (ঙসিদি কমরেডশিং অসী লৈখিদ্রে) লোয়ননা কমরেড থাংজম বাবু, মোংজম রীতিচন্দ্র, লাঙ্গোল ইবোয়াইমনচিংবনা হোৎনদুনা লাকখি। মরী লৈনবা ডোকুমেন্ট, হিংলম্বা পার্টি অমসুং পার্টিগা মরী লৈনবা মীওইশিং উন্নদুনা খোমজিনবা মচাক, মাস ফ্রন্টশিং ছাত্র ফেডরেসন, অল মণিপুর য়ূঠ ওর্গনাইজেসন, য়ূঠ ফেডরেসন, কৃষী সম্মেলনী, মহিলা সম্মেলনী, কৃষক সভাগী রেকোর্ডশিং, নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভা, প্রজা সম্মেলনী, প্রজা মণ্ডল প্রজা সঙ্ঘনচিংবগী মরী লৈনবা রোকোর্ডশিং কয়ানা শাগত্তুনা লাকখি। মখাতানা পার্টিগী মরূওইবা কমরেডশিং মথং মথং তান-তীক্লদুনা চত্থরকপনা কমরেড থাংজম ৱাবু, রীতিচন্দ্র অমসুং ইবোয়াইমনা তোঙান তোঙানবা চেপটরশিং ইথোক্তুনা পূন্না অমুক নৈনরবা মতুংদা লাইরিক ওইনা পুথোক্লবগী অরোয়বা খোঙফম অসী লৌরকখি মসিদা কমরেড ডা বদরসু শরুক য়াদুনা হোৎনখি। মসীগী অৱাৎ অপা, অহেন হেন্দা য়েংশিন্নবা কমরেড মোইরাংথেম ইবোহল, পি পাবিজাৎ, থোকচোম অচৌবা, বি শর্ম্মনচিংবা মতম মতমগী পুন্না পামিন্নদুনা হোৎনরকখি। মমৈদা কমরেড ইবোহল, থাংজম বাবু, মোংজম রীতিচন্দ্র অমসুং ইবোয়াইমনা শাব এডিটরিয়েল বোর্ড অমা শেমদুনা লাইরিক ওইনা পুথোক্লবগী থৌরাঙ চঙশীল্লকখি। মসিদা কমরেড বদরসু শরুক য়াদুনা মতেং পাংখি।

থোইদোকপা অমনা চহীসিগী অগষ্ট ২৩ দা তারিবা মণিপুর পার্টিগী ৫৫ শুবা কুমওন নুমিৎ অসিদা লাইরিক ওইনা পুথোক্তুনা ফোঙহৌনবগী অথুবা খোঙজঙ অমা চঙশিল্লকপদা য়াম্না মমুদ তানা এডিটিং তৌবা ঙমখিদবা শরূক য়াওখিবসীনি। অদুবু অৱাংপা অহেনবা নীংবা থুংদবা কয়া য়াওরবসু মথংগী খুৎফোঙদা চুমথোকচনবা ময়ামদগী সজেসন লৌজরি। লাইরিক অসী নম্বদা মতেং পাংখিবা কমরেড ডাঃ এল শশীকুমার, কে এচ সুরচান্দ,, এম আর প্রিন্টর্সনচিংবগী তৌবীমল কাউদনা লৈগনি। লাইরিকসিবু ফোঙবগী দায়িত্ব লৌরিবা কমরেড বি শর্ম্মা, সেক্রেটবি মণিপুর ষ্টেট কাউন্সীল, সিপিআই, ফোঙহন্নীংবগী ইথিল কন্না পীখিবা কমবেড পারিজাৎ, কমরেড এন মঙ্গি মিনিষ্টর অনীমকসু থৌদাং চাউরিবনি। অসুম্না ওসিদি মণিপুর ষ্টেট কাউন্সীল, কম্যুনিষ্ট পার্টি ওফ ইন্দিয়ানা ইতিহাস অসীগী অহানবা শরূক ফোঙদুনা পাবিরিবা মীয়ামদা নৈননবগী খুদোংচাবা অমদি পীবা ঙম্লগনি।

কম্যুনিষ্ট পার্টি অসী মার্ক্সিজম লেনিনিজমগী মীৎযেং মখাদা সাইন্টিফিক সোসিয়েলিজমগী ৱাখল্লোন্দা *মীওৎ-মীনৈ লৈতবা মাম্নবা সমাজ* অমা শেমগৎনবা থেংনবা পার্টি অমনি হায়বা অসীদি পুম্নমক্না খঙনৈ। মতাং অসীদা পন্নীংবা অমদি *ভারত কম্যুনিষ্ট পার্টি* মশাগী চাউববা ইতিহাস কয়া লৈনা লৈনা মণিপুবদা পার্টি অসীগী তোঙানবা ইতিহাস অমা ফোঙবগী তঙায়-ফদবা লৈবগী মপুং ওইবা ৱাফম অদুনি। চাউখ্রবা ভাবত (পাকিস্থান, বাঙ্গলা দেশ য়াওনা) পুন্না পাল্লম্বা বৃটিশ সম্রাজ্যবাদিগী শাসন মখাদা মণিপুব য়াওনা নিংথৌ পানবা ষ্টেট ৬০০ হেনবা শরূক অসীগী প্রজা মীয়ামদি মপু অনীগী মখাদা লৈবা মীনায় নাইথাংগী থাক্তা মীওৎ-মীনৈ কয়া খাঙদুনা লৈবা তারম্মী। মতাং অসীদা মণিপুরগী ওইনদি মতম অদুগী লম্বী থোং চৎথোক চৎশীনগী খুদোংচাদবা, মপানগী ঈ-পাউ কয়া থওইনসু চঙকপা ফাওনবা ঙমহন্দবা, অমবোমদা চীংনা পূমকোয় কোযশীনবা অপীকপা ষ্টেট অমসু ওইরুবনা ভারতকী অতৈ মফমদা নীংতম্বগী লড়াইনা অয়ৌবা থাক য়ৌবক্তুনা ১৯৩৫ ইন্ডিযান এক্ট পাস তৌবক্লবা মতমদুখক্তদতা লমদম অসীদা নীংতম ঈহৌ শাগৎপা হৌরকখি।

মথক্কী পনখ্রিবা যাম্না তোপ-তোপ্না ফীবম অসীনা লৈবগা লোয়ননা নিংথৌ অমসুং বৃটিশনসু ভারতকী মফম কয়াদা লাকখিবা নীংতম ঈহৌগী

শরূক অদু ঙম্রিবমখৈ লমদম অসীদদি চঙহন্দনবা লৌখৎপা থৌশীল কয়ানসু অমুক্কা হেন্না তপথখিরম্মী। অসীগুম্বা শাথীরবা মতম অসীদা য়াম্না হৈ শিংনা মতমদুগী নিংথৌবু সভাপতি ওইহন্দুনা ঈহান-হানবা ওইনা লমদম অসীদা প্রজাগী ওইবা দল (মহাসভা) শোক ১৯৩৪ দা লিংখি। য়াম্না থেঙনা লমদম অসীদা ভারত নীংতম ঈহৌগী ইথিল চঙলকপা হৌরকপগা লোয়ননা অনীশূবা লাঞ্জাগুনা শাংলবা মতম অমসু মফম-মরাঙ খঙদবা ফীবম অমদা মীয়াম অসী কোয়চেন চেন্দুনা লৈবা তাখি। শোক *১৯৪৬ ভারতকী জেনেরেল ইলেক্সন* লাকখ্রবা মতুং মীয়াম্না লাঞ্জেন্নরুবা হঞ্জিন্নরক্রবা তানজা অসীদা চপচানা মণিপুরদসু ভারতকী রাজনীতিগী ওম্লকখিবা শক্তম অদু ময়েক শেংনা তাবা হৌরকখি।

নিংথৌ পানবা ষ্টেট ওইরুবনা মণিপুরদসু অশেংবা ভারতকী ওইবা রাজনীতি দল লিংবা য়ারমদবা অদু শোক ১৯৪৬ অরোইবা শরুক্তদি ফোংনা ভারত কংগ্রেসকী মসা লিংবা হৌরকখি। নাকল অমদা মণিপুরগী মপান্দা লৈবা লুচিংপুবেল ইবাবতনা শোক ১৯৪৩ দা ভারত কম্যুনিষ্ট পার্টিগী মেম্বর ওইখিবগা লোয়ননা মাগা নকুবা মপান্দা লৈবা কয়া অমসু মথং মথং পার্টদা চঙনরকখিবম্মী। লায়বক থীবা অমনা লমদম অসীদা কম্যুনিষ্ট শাগৎলগদবা ইবাবতনা মণিপুরগী মপান্দা লৈরিঙৈদগী য়াম্না মাঙজীন থানা ইরাবত অমসুং কম্যুনিষ্টকী মথক্তা ওইদবা প্রচারনা হকচীন্না মীযামদা শেরান্নরা উহন্ননবা চঙশীনখিরম্মী।" মদুমক্কা মশাগী পুন্নমক খাদোক্তুনা মীয়ামগী নুপীলানগী হাক্তক্তা মিয়াদ পীদুনা মীরৈবাক্কী জেলদা অৱাবা কয়া খাঙহল্লু বা মতুংদসু মরৈবাক্তা মতম শাংনা চঙহন্দদুনা লৈরুবা ইরাবতনা মরৈবাক মণিপুরদা হল্লকপা মতমদা মীয়াম হুপ্না হরাওনা ওকচগদবা ইতিহাসকী ঈচেল থৈহনখি।

সমাজদা ইথিল চাউনা পীবা ঙম্বা, মথক থংবা শাসনগী মচুমখক্তদা মিহৌবা কাঙলুপ্না কম্যুনিষ্ট পার্টিবু *পোকত্রিঙৈদা মরূমদা হাংহৌগদবনি* হায়বগী মতাগুম চঙশীল্লকখিবা ওইদ-পাদবা খোঙজঙ কয়ানা মণিপুরদা থেঙনা আসাম প্রোরিন্সিয়েল কমিটিগী মথাদা শোক ১৯৪৮ দা ডিষ্ট্রিক্ট ওর্গনাইজিং কমিটি (ডি ও সি) ওইনা পার্টি অসী শেম্বা তাখি। ভারত কম্যুনিষ্ট

পার্টি শোক ১৯২৫ দা লিংদুনা বৃটিশকী মায়োক্তা নীংতম্বা, *মীনা মীবু ওৎতবা, সোসিয়েলিষ্ট সমাজ অমা শাগৎনবা* লড়াইদা লেপ্তুনা থেংনদুনা লাক্লবসু ভারতনা নীংতল্লবা মতুংদা মণিপুরদদি শোক ১৯৪৮ গী অগষ্ট ২৩ দা লিংখৎখি। অদুবু ফোংনা থবক তৌনবগী তানজা ফংহন্নখিদে। শম্না হায়রবদা এম এল এ ওইনসু কারীবা, মতম অদুগী শক্তি লৈরবা নিংথৌ অমসুং চীফ মিনিষ্টরগীসু মবাই ইবুংঙো ওইরিবা ইরাবতপু ফাননবা ৱারেন্ট থমজিন্দুনা কোয়তান-তান্নবদগী মরৈবাক মজাতিগীদমক্তা মশাগী ওইজবা পূম্নমক থাদোক্লবা ইরাবতনা মমৈদদি মাগী নুংশিজরবা মরৈবাক অসিদফাওবা শিজবা ফংহন্দনা শোক ১৯৫১ দা বর্মাগী জঙ্গলদা অরোইবা য়াহিপ তালহন্নখি।

লৈবম্বা লমদম অসীগী মান্নদবা ফীবম কয়াদা পার্টি অসীগী মমি তারকপদগী মথং মথং ওল্লকপা রাজনীতিগী শকওঙ কয়াদা অরেপ্পা লৈতনা মীয়ামগী, মরূওইনা ওৎপি-নৈবিরবা মীয়ামগী স্বার্থদা চীথবা লৈতনা মাগী লৈজবা শক্তিদা তত্তনা থেংনদুনা লাক্লি। অসীগুম্বা পার্টি অসীগী শাংলবা খোঙচৎ অসীগী শল্লপপা ইতিহাস অমগী অহানবা শরূক ওইনা পার্টি অসীনা করিগুম্বা মখলগী লোনজা লোচ্ছপ য়াওদনা ঈচম-চম্না পুথোক্লবা হোৎনজবদা মপুং ফাদবা অৱাৎপা কয়াদি শোয়দনা য়াওগনি। অদুবু মসীনা চাউরাকপা কায়াৎ অমা ওইনা পার্টি অসীনা মীয়ামগীদমক্তা পুকচেল শেংনা থেংনজখিবা মদুদা ফংখিবা অৱাবা অমাঙবা অশোযবা অমসুং মীয়ামগী কাউঙমদ্রবা খোঁদাং কয়াগী মচেৎ অমত্তা ওইরবসু লেংশিনজদুনা ইতিহাসকী লমায়দা মমি খরদং তাহল্লম্বা অসীনা তুংগী মীরোলদা থিজিল্লকপগী পীক্লবা মৈরী মচা অমগী শক্তম ওইগনি হায়না খনজদুনা পার্টিনা *সিপিআই মণিপুরগী ইতিহাস* অহানবা শরূক অসী ফোঙজবনি।

তাং ২০/৮/২০০৩ ঈং মোইবাংথেম ইবোহল

## য়াওফম

# মণিপুর ১৮৯১-১৯৪৭

বৃটিশনা মণিপুরবু লোই চনখিবা নুমিৎ ১৮৯১ এপ্রিল ২৭ তগী নিংথৌগী শৃপ্পম লৈঙাক্কী মথক্তা সম্রাজ্যবাদিগী লোই লৈঙাক অমুক হাপচিন্দুনা ফ্যুডেলিজম অমসুং ইম্পারিয়েলিজম অনী তৃরবা চৈথেং মণিপুরগী মীয়ামদা নল্লখি। নুমিৎসিদগী মনিপুরগী শাসনগী ভার পূম্নমক চীফ পোলিটিকেল ওফিসার মেজর ম্যক্সৱেলবু কিয়াব টেকর ওইনা পুহল্ল মই। চহীসিমক্কী সেপ্টেম্বরদগী মহাকপু পোলিটিকেল এজেন্ট অমসুং সুপবিন্টেডেন্ট ওফ ষ্টেট হাপ্লমই। মথং চহীগী এপ্রিল ২৯ দা নবসিংহগী শৃথাঙ চাউবীয়াইমগী মচানুপা অতোম্বা চহী তরুক্তা ঙায়রিবা চুরাচান্দবু বাজা মিংথোল পীদুনা নিংথৌ ফম থিন্দোকই। চুরাচান্দনা চহী নৌরিঙৈ ৱায়েন থৌদাগী ভার পূম্নমক চীফ পোলিটিকেল ওফিসার মেজব ম্যক্সৱেলনা লৌবম্মী।

চুবাচান্দবু ফম থিন্দোকপগী থৌরমদা পোলিটিলে এজেন্ট অমসুং সুপরিন্টেন্দেন্ট ওফ ষ্টেট মেজর ম্যক্সৱেলনা লমদমসিদা চৎনগদবা লৈঙাক্লোনগী চৎন-পথাপ কযা লাউথোকই। নুমিৎসিদগী লাল্লুপ অমসুং মীনায় ফুঙ্গাগী চৎনবী মুথৎলে হায়না লাউথোক্লম্মী। লাল্লুপকী মহুৎ শিন্নবগীদমক্তা তমপাক্কী যুমথোঙ খুদীংগী চহীগী লূপা অনী অদুগা চীংদনা লূপা অহুম খাজনা লৌরগনি হযনা লাউথোক্লম্মী। লমগী খাজনা লৌ পবীদা লূপা মঙাদা লেপ্লমই। মসিগী মমাঙদদি লৌ ইঞ্চোলগী খাজনা শেল ওইনা লৌরমদে পোৎ ওইনা খোমগৎলম্মী। লৌ ইঞ্চোলগী মপু নিংথৌনি। লৈবাক্কী অঙম অথৌ ফম্মাইবা, লাম্মী পূম্নমক্কী তলবসু ফৌ নত্রগা লৌ ওইনা পীবম্মী। অনৌবা শাসন লাকপদগী নোংচুপকী মওঙদা শাসন চৎথবা হৌবক্তুনা লমগী পাট্টা পীদুনা লমগী মপু মশক লেপ্লা হৌই। অনৌবা শাসন লাকপগা ঈরোয়ননা লৈবাকসিদা ৱায়েন থৌদাগী

কোর্ট মখল মবি লিংখৎলে কোর্টশিংদুদি —

(১) পোলিটিকেল এজেন্টকী কোর্ট (২) এসিস্টেন্ট পোলিটিকেল এজেন্টগী কোর্ট (৩) চৈরাপ কোর্ট অমসুং (৪) পঞ্চায়ট কোর্টনি

অমুকসু রায়েল থৌদাদা খুদোংচানবগীদমক পঞ্চায়ট কোর্টপু মখল অহুম থোক্লা খায়দোকই — (১) টাউন পঞ্চায়ট (২) ভিলেজ কোর্ট অমসুং (৩) মুহম্মদন পঞ্চায়ট নি।

লৈঙাক শাসনগী য়াম্না মরূ ওইরিবা মিলিটরি অমসুং পুলিস ঈনৌ নৌবা মওংদা শেমগৎলি। অহানবা খোঙথাং ওইনা চৌকিদার হাপতুনা খুঙ্গংশিংগী পুলিস ফোর্স শেমগৎলি। ভারত সরকারগী অয়াবা লৌদুনা ১৮৯২ আগস্ট থাদগী ষ্টেট মিলিটরি পুলিসসু লিংখৎলম্মী। মসিগী অহানবা কমান্ডেন্ট ওইনা মিঃ এফ আই ক্রোফোর্ড, এসিষ্টেন্ট পোলিটিকেল এজেন্টবু হাপ্লম্মী। ১৮৯৩ মার্চ ফাওবদা ষ্টেট মিলিটরি পুলিসকী অপুন্বা মশীং বৃটিশ ওফিসার অমা, নেটিব ওফিসার ১৪, নন-কমিসন ওফিসার ৪৮ অমসুং সিপোয ৩২০ নি।

শোক ১৮৭৮ দা হান্নগী পোলিটিকেল এজেন্ট মিঃ ডব্লিউ এফ নুটাল অমদি বেঙ্গল সরকারনা মণিপুরদা স্কুল লিংখৎনবা হোৎনবন্দা মায় পাকখিদ্রবসু সার জেমস জোনষ্টোন পোলিটিকেল এজেন্ট (১৮৭৭-১৮৮৬) না অহানবা স্কুল লিংখৎলম্মী। মতুংদা মহাক্কী মমীং লৌদুনা জোনষ্টোন স্কুল হায়না কৌরম্মী। অদুবু ১৮৯১ গী লান্দা স্কুলদুমক থুগাইখি। লাল মতুংদা মেজর ম্যাক্সৱেলনা ১৮৯২ জুন ১দা জোনষ্টোন স্কুল অমুক হন্না হাংদোক্লম্মী। ১৮৯৩-৯৪ গী চহীদা মণিপুরদা স্কুল অহুম লৈরম্মী (১) জোনষ্টোন মিডল ইংলিস স্কুল (২) সেকমাইদা লবার প্রাইমারি স্কুল অমা অমসুং (৩) চীংগী লমদা মাওদা লবার প্রাইমারি স্কুল অমনি। ১৮৯৪ দগী হৌনবা হোৎনবদা ঙমদদুনা লৈরকপা নুপীমচাগী স্কুল অমা ১৯০০ দা লিংবা হৌরে। অদুবু তম্বিনবা ছাত্রী লৈতবদগী অমুক থিংজিনখি। ১৯০৭ তদি চপচানা নুপীশিংগী স্কুল লিংখৎপা ঙমখি।

অনৌবা শাসন লাকপগা ঈরোয়ননা ষ্টেট ট্রেজরি লিংখত্তুনা পোলিটিকেল এজেন্টনা ট্রেজরি ওফিসার ওইরে। ষ্টেটকী একাউন্টশিং

ভারত সরকাগী একাউন্টতা পূনশীল্লি। ষ্টেটকী বডজেট পুম্মমক পোলিটিকেল এজেন্ট অমসুং সুপরিন্টেন্ডেন্ট ওফ ষ্টেটনা শেম্মী। মসিসু আসাম সরকারদগী অয়াবা লৌই অমসুং অচৌবা মৰূ ওইবা শেনফমগী মতাংদনা ভারত সরকারগী অয়াবা লৌবা চঙই।

লৌ, ইঙ্খোল, য়ুমথোঙগী খাজনা খোমগৎপগী মথক্তা মীরৈবাক মচা চঙলকপগী টেক্স ওইনা মীওই অমদগী লুপা মঙা, অদুগা শা-যনগীনা লুপা অমগী চাংদা লৌই। উমংগী পোৎথোকশিং নিলাম লাউদুনা শানদোকপা অমসুং মাশুল লৌবগী চৎনবী হৌদোকই। পাৎ তুরেলনচিংবা খুদীংমক্তগী ঙা ফাবদা পাৎশেল লৌই অসুম্না ষ্টেট রিভিনিউ ১৮৯১ দা লুপা ১,৭০,০০০ ওইরম্বদগী ১৯০৭ ত লুপা ২,৭৩,০০০ হেনগৎখি।

চুরাচান্দবু মণিপুরগী রাজা ওইনা বৃটিশ সরকারনা খনখিবদা নিংথৌ মচাশিংগী মরক্তা পেন্নদবা কয়া লৈরম্মী। অনৌবা শাসন্না রাজকুমারশিংদা পীরম্বা খুদোং চাবা পুম্নমক ককখিদুনা মীচম অমগুম্না লৌখিবদা অমুক্তা হেন্না খোয়রাঙ খোয়শাওনবা হেনগৎলম্মী। চৈরকসিদা ১৯০৪ মার্চ ১৬ তা চুরাচান্দ রাজাগী ট্যুটর কেপ্টেন নুটল অমসুং মিঃ ডনলোপ, এসিস্টেন্ট পোলিটিকেল এজেন্টগী বঙ্গলো মৈ থাখি। চহীসিমক্কী জুলাই তাং ৬ তা খ্বাইরম্বন্দ বাজার কৈথেল শঙ ২৮ সু মৈ থাখি। অমুক্কসু অগষ্টকী তাং ৪ গী অহীংদা কেপ্টেন নুটালনা লৈরিবা বাঙ্গলো মৈ থাদোকখি। হায়রিবা মৈ থাখিবা থৌদোকশিংশি বৃটিশ অথরিটিনা রাজকুমারশিংগী খুজিন থৌরাঙদা চথখিবনি হয়না লৌরম্মী। মরম অসিদগী অসীগুম্বা শাখিবা থৌদোকসি অমুক থোক্তনবা হান্ননা মুথৎথ্রবা লাল্লুপকী মওঙদা কলেক্টিব ফাইন ওইনা ইম্ফালদা লৈবা প্রজাশিংবু মৈ থাখিবা বঙ্গলো শাননবা হুকুম থোকখি।

হুকুমসিবু ইন্দনবা প্রজাশিংগী মরক্তা রাজকুমারশিংনা লুচিংদুনা নৈনবা হৌরম্মী। লোয়ননা ১৯০৪ সেপ্টেম্বরকী ২৭ তা হুকুমসিবু ককথৎনবা মীয়াম হৌদুনা পোলিটিকেল এজেন্টতা দরখাস্থ অমা থাবম্মী। মদুগী পাউখুম ওইনা পোলিটিকেল এজেন্টনা মাগী ওর্ডর ইন্দ্রবদি পুলিস ফোর্স শীজিন্নরগনি হায়না কিহল্লম্মী। মসিদগী খোয়শাওনববা প্রজাশিংনা সেপ্টেম্বর ৩০ দা উরিপোকতা লৈবা হোদাম চাউবগী মাগুবতা মী লীশীং মরিরোম

তিন্দুনা ওর্ডর ইনগদ্রা ইনলোইদ্রা হায়না মীটিং পাঙথোক্লম্মী মসিদা পোলিটিকেল এজেন্টনা পুলিস থাদুনা মীটিংদু থুগাইরম্মী। ওক্টোবর ৫ দা নুপী লীশিং তরুক মুক্না পোলিটিকেল এজেন্টকী বঙ্গলোদা মাগী হুকুমদু ককথৎলু হায়না স্লোগান লাউদুনা চঙশিল্লকলম্মী। অদুগা মখোয়গী নুপাশিংসি নোংমগী চরা তানজবা ভাক্তনি মখোয়বু নমদুনা বঙ্গলো শাবগী থবক শূহনবিগনু হায়জরম্মী। নুমিৎসিমক্কী অহীংদা ঈহৌশিগী লুচিংবনি হায়না থাজবা রাজকুমার তরূক ফাখিরম্মী, মখোয়বু হাজারিবাগ জেলদা থমখিরম্মী।

ঈহৌসিনা মণিপুরগী মীয়ামদা বৃটিশকী লোই লৈঙাক্কী মায়োক্তা থেংননবগী ঈনোৎ অমা পী। ঐতিহাসিক ওইরবা থৌদোকসিদগী মেজর ম্যাক্সবেল মণিপুর থাদোকতুনা চৎখি।

১৯০৭ কী মে ১৫ দগীদি বৃটিশনা হকথেংননা শাসন তৌরম্বদু তোকথোক্তুনা চুরাচান্দদা শাসন শিন্নরে। হৌনবী মতুং ইন্না ১৯০৮ ফেব্রুয়ারিগী তাং ১৬ দা ফম্বাল থিন্দোকই। ষ্টেট দরবারগী প্রসিডেন্ট নিংথৌ মশানা ওই। অদুগা ইষ্টর্ন বেঙ্গল অমসুং আসাম সিভিল সার্বিসকী মেম্বর অমনা ভাইস প্রসিডেন্ট ওই। মণিপুরী মেম্বর তরূক য়াওরম্মী।

দরবারনা লৌরকপা রিজোলুসনগী কোপি পূম্নমক পোলিটিকেল এজেন্টদা চাং নাইনা পীশিল্লি। করিগুম্বা দরবারগী রিজোলুসন অমবু পোলিটিকেল এজেন্টনা য়ানিংদবা য়াওরবদি মানা খূৎ থিংজিনবা ঙম্মী, দরকার লৈরবদি ভারত সরকারদগী রাফম অদুমক অয়াবা লৌই।

চীংগী শাসনদি দরবারগী ভাইস প্রসিডেন্ট ওইরিবা এসিষ্টেন্ট পোলিটিকেল এজেন্টগী মখাদা চৎথরম্মী। অসুম্না চীংগী শাসনবু তোঙান্না খায়দোকখিবসি বৃটিশ লোইলম শাসনগী ডিভাইড এন্দ রুল পোলিসিনি।

লৌরুংশঙগী কানঙ্গো, আমিন, রোড সুবেদার, লম সুবেদার অমদি লম্মুনচিংবনা লোয়শঙগী শিনথা চৎপা মতমদা লম লমদুগী প্রজাশিংনা মখোয়গী পোৎ থিন্দোক-থিনজিন, চাকথাক য়াইরেক শম্ভিনচিংবা তৌহনবগীদমক মীয়াম পেন্নদবগী ঈহৌ অমা লাক্লম্মী। মসিদগী

# সিপিআই মণিপুরগী ইতিহাস

জুন ৬, ১৯১৩ দা মণিপুরগী নিংথৌনা পোথাঙ চৎনবীগী মহুৎতা অনৌবা খাজনা খোমগৎলগা শিল্লগনি হায়না লাউথোকলম্মী। অনৌবা মখলগী খাজনা অদুদিঃ ১। লমগী খাজনা লূপা অমদা অনা অহুম অহুম হেনগৎপা ২। ই-ফানবা অমসুং ঙা ফাবগী খাজনা ৩। লম-তু ওনবা, খাইদোকপগী ফী লৌবা অমসুং কোর্টকী ফী হেনগৎপা অমসুং ৪। প্রাইমারি স্কুলশিংদা ফী লৌবনি। অদুবু চীংগী লমগী ওইনদি ১৯৪৭ কী জুলাই তাং ১৫ মহারাজ বোধচন্দ্রগী মপোক নুমিত্তা পোথাঙ মুথৎলে চৎনররোই হায়না লাউথোক্লম্মী।

জনুয়ারি তাং ২৮, ১৯১৪ দা মণিপুর ষ্টেট দববারগী ব্বারেপ মতুং ইন্না মৈতৈ পুম্নমক কাংচিংবা য়াওগদবনি, কাং থৌরীগীদমক য়ুমথোঙদগী শেনখায় পীগদবনি। লাই হরাওবদা মাইবশঙ, মাইবীশঙ, পেনা খোংবগী শেনফম খুঞ্জানা পুগদবনি। মহারানী অমনা অঙাং উন্নবা খুদীংগী চাবোক ব্বাঙ্গোলগীদমক য়ুমথোঙগী পাই অহুম অহুম, পাচ নাপেৎকী ইম্ফাল ব্বাংমগী য়ুমথোঙদগী ফৌ উতোং মবি মরি, হীয়াঙ তান্নবগী য়ুমথোঙদগী পাই অমমম, চন্দন থিনবগী চন্দন শেনখায় অসিনচিংবনি। মসীদা নত্তনা থাঙ্গ পাৎ শেংবা, মাগুব, ফক, ব্বাকযাত্রা, পাখঙবগী শঙ শাবা, মেরা হৌচোংবা, রাম মেলা, শিবরাত্রি, ফম্বাল তোংবা পুম্নমক মীয়াম য়াওদবা য়াদে। শেনখায়শিং অসী থীদ্রগনা মাংঙে হায়দুনা ঈহোকপা, দরবারনা ব্বায়েন্দুনা শেন্তেক থীহনবনচিংবা চৎথরম্মী। ব্বায়েলদা ঙম্নবশিংদগীসু ব্বাখৈ শেল হায়দুনা শেল পীহল্লি।

মতমসিদা অমাং- অশেংগী কল্লবা চৎনবী লৈরম্মী। করিগুম্বা মাংলে হায়না ঈহোক্লবা ঈমুং অদুদা কনানসু শোক্ল-শম্নরুবা য়াদ্রে। চঙলুবা মীশক্তু বুসু মাংলে হয়দুনা অমুক ঈহোকই। অসুম্না ঈহোক্লবা ঈমুং অমদা অশি-অনা থোক্লবদি মদু পোৎলোইবা শ্রাদ্ধ কর্ম্ম শোনবা যাদে। মাংলে হায়দুনা ঈহোক্লবশিংবু ব্রহ্ম সভানা শেংদোকই শেংদোক্লবা পীগদবা শেনফম্মা মাংঙে হায়দুনা ঈহোক্লিবা অদুগী থাক-থাক্কী মখা পোক্লি। নিংথৌনা ঈহোকপা ওইরগনা লুপা ৫০০, ময়াম্বুংহন্না ওইরগা লূপা ২০০, ব্রহ্ম সভানা ওইরগনা লূপা ৮৩ পৈশা ৩ পাই ২, অমসুং রতননা ওইরগনা লুপা ৫০ না ওই।

# সিপিআই মণিপুরগী ইতিহাস

১৯১৭-১৯ কুকি লালহৌনা বৃটিশ শাসন্দা অচৌবা চৈথেং অমা পীখি। হায়রিবা লালহৌ অসি নমথনবা হোৎনবদা আসাম রাইফলসনা ভারতকী লান্মী ইতিহাসতা ঈহান-হানবা ওইনা চহী অনী চঙনা হকথেংননা মায়োক্লখি। মণিপুরগী ইতিহাসতা বৃটিশ লোইলম শাসন্দা ফোংনা শীংনখিবা লালহৌ অমনি। লালহৌ অসিগী মরূ ওইবা মরমদি বৃটিশ শাসন্না তৌনিংবতা তৌবা অমদি লৈঙাক শাসন হৈশিংবা ল্লাৎপদগীনি। খুদক্কী মরূ ওইবা মরমদি অহানবা পৃথিবী লাঞ্জাও মতম ১৯১৭ তা অহানবা মণিপুর লেবর কোর নাগা অমসুং কুকি পূন্না ২০০০ থাখীরম্মী মদুগী মনুংদা কুকিনা ৫০০ খক্তনি । ভারত সরকারগী য়াথং মতুং ইন্না অনীশুবা লেবর কোর থারক্লবা খঙহল্লকখি । অদুবু কুকিশিংনা শুকয়া য়াদবদগী প্রস্থাব অদু তোকখি। মসিগী য়ানদবসিনা মরম ওইদুনা কুকিশিংনা বৃটিশকী মায়োক্তদা নত্তনা চীংগী অতৈগী মরক্তসু খূৎ থারম্মী।

শোক ১৯১৫-১৬ তা মণিপুবদা, ঙসিফাওবা ল্লাংখৈ হাকতক্কী ঈচাও হায়না খঙনবা ঈচাও থোকখি মসিনা অঙকপা ফংনা লৈবাকসিদা চাক তাওবা মায়োকনখি । অমুকসু কুকি লালহৌনা অনৌবা মখলগী টেক্স, মদুদি যন গাড়ীগী টেক্স ঈশিংগী টেক্সনচিংবা লৌদুনা প্রজাশিংদা অহেনবা পোৎলুম হাপচিল্লম্মী।

নাকল অমরোমদা মপানলোমদগী লাকপা কারবাবল্লালাশিংনা মীযামদগী মতম মতমদা থোকপা পোৎথোকশিং হোঙনা হোঙনা লৌরগা পৈশিল্লম্মী অদুগা মদুবু মখোয়না অমুক য়োনবা মতমদা শব্ধক অনী নৎত্রগা অহুম শেন্দোং তান্দুনা য়োল্লম্মী। মতাংসিদা ভাবতকী মফম অতৈদা নীংতম আন্দোলন্দা থেংনরিবা কয়া অমদি জালিয়ানবালা-বাগ মীহাৎনা মণিপুরীশিংদা হিংননবগী লম্বীদা পীবক্লিবা চৈথেংবু ঙাকথোকচনবা রাখললোন ফাওবা হৌরক্লম্মী। মসীমক্লা ১৯২০ দা মীয়াম্না খ্বাইরম্বন্দ কৈথেল কাবা লেপখি। মণিপুরগী প্রজাশিংনা মপান্দা চেঙ থাবা থিংলম্মী অদুগা মাবল্লারী দুকান্দা পোৎ লৈবা অমসুং য়োনবসু থিংলম্মী ঈহৌ অসিদা মণিপুর নূপীশিংগী থৌদাং যাম্না চাউরম্মী। মদুমক্লা ১৯২০ বাজাব বোযকোটপু মণিপুরগী অনীশুবা নূপীলান ফাওবা হায়বিবনি। তশেংনমক বাজার বোয়কোট ১৯২০ অসী কাঙলূপকী লড়াইনি নাকল

অমরোমদা নিংথৌ, বৃটিশ ওফিসারশিং, ললোনবা, কাববারৱালা, দুকানফম্বশিং নাকন অমদনা প্রজা মীয়াম, এন্টি কেপিটেলিষ্ট, এন্টি ফ্যুডেল লোইলম শাসনগী মায়োকতা লৈবশিংগী লডাইনি।

অওৎ-অনৈ কয়া লৈববসু লাইবিক লাইশু হৈববা নোংচুপকী মহৈ মশিং ফংলবা কযা থোকলকপা হৌবে। কলা বিদ্যা, সাহিত্য ড্রামা শান্ন খোৎনবা মায়কৈ কয়াদা খোঙথাং অমা লাক্লে মপান লমগী ঈপাউ সামাজিক পুন্সীগী লৈঙাক শাসন কয়াগী মশক খঙলকপা, ভাবত নীংতম ঈহৌগী ইনিল ফাওরকপা কয়া অমসুং মণিপুবগী মীয়াম মরক্তা অনৌবা জ্ঞান, থৌনা, পীবা হৌরকপা মতমনি। থীয়েটরগী মায়কৈদা ইং ১৯০২দা মযাম্বুংহলগীদা ফম্বাক শাদুনা বাঙ্গলা ড্রামা শান্নদুনা ষ্টেজ লীলা চঙবা হৌরক্লে। ১৯২৫দা অশেংবা মণিপুরগী ড্রামা লাইবেলময়ুম ইবুঙোহলনা ইবা *নরসিংহ* শান্নবে। ১৯৩০দা মণিপুরগী অশেংবা ড্রামা হোল লৈবে। মণিপুব ইতিহাস ১৮৯০ ঈংদা কলিকাতা বাপটিষ্ট মিশন প্রেসতা নম্লগা মণিপুবগী পোলিটিকেল এজেন্টনা ফোঙখি। লাইবিক অসী লাইবিক লেংবগী মমীং থাবমদ্রে অদুবু মতম অদুদা লাইবিক অসি ইবম্বা মীশক্তি হাওদৈজাম্বা চৈতন্য ওইগনি হায়নৈ। হাওদৈজাম্বা চৈতন্য সিংহনা ১৯০২ ঈংদা *তখেলঙম্বা* হায়বা লাইরিক অমা শ্রীহট্ট ক্রনিকল প্রেসতা শ্রীচারুচন্দ্র ঘোষনা ছাপা তৌদুনা ফোঙলমই। ১৯০০ ঈংদা মহাক্লা মহাক্কী লাইবিক *খাহিঙম্বা* শ্রীহট্টগী শ্রীচৈতন্য প্রেসতা অব্দুল বহমন্না ছাপা তৌদুনা ফোঙলমই। ১৮৯৯ ঈংদা *খম্বা থোইবীগী বারীনি* হাযবা লাইরিক অসী মহাক্লা ছাপা তৌদুনা ফোঙখি। অহানবা ওইনা ১৯২২দা হিজম ইরাবতনা ইদিট তৌদুনা *মৈতৈ চনু* কৌবা মণিপুরী চেফোঙ পুথোক্লে। ১৯৩০দগীদি চযোল পাউ *য়কাইরোল* থোবক্লে। ১৯২২দা *ইম্ফাল টাউন ক্লব* লিংদুনা ফুটবোল, হোকিনচিংবা মশান্নশিংগী টুর্নামেন্টশিং পাঙথোকলম্মী ১৯২৭ তা *ক্রিকেট ক্লব* লিংখৎলে। ১৯৩৫দা সাহিত্যগী সংস্থান, ঙসিগী *মণিপুরী সহিত্য পরিষদ* অসি *সাহিত্য সম্মেলনী* হাযনা মমীং থোন্দুনা লিংবা হৌবে।

মহৈ তম্বদা মণিপুবী লোল যাওনা তম্বা ফংলক্লে। অহানবা মণিপুবী মপী লাইরিক মকব অমসুং অনীশুবা মুনালনা ইবা লাইবিক অনীসি ১৯১০-১১ ঈংদা মণিপুবী টেক্সবুক ওইনা তম্বা হৌবে। ১৯২৪ ঈংদা

# সিপিআই মণিপুরগী ইতিহাস

কলকতা য়ুনিভর্সিটিনা মৈতৈ লোনবু ভার্নেকুলাব ওইনা শক খঙলে।

মতমসিদা লাইরিক লাইশুগী মঙাল উরবা লৈবাক খুন্নাইগী চাওখৎ থৌদাংদা শরূক য়াজনীংবা লমদমসিগী মীওই কয়া চোংথোরক্তুনা মশক থোকপা জাতি অমা শেম্নবগী থৌবাঙ চৎথবকই। হিজম ইরাবত, সোরোকখাইবম থম্বৌ সিংহ, নোংমাইথেম থানিল সিংহ, হিজম অঙাংহলনচিংবনা হৌদোক্তুনা মণিপুরীশিংগী অপূনবা সমাজ, সংস্কৃতি, শেল-থুম মমৈদা রাজনীতিগী সংস্থান ওইরকখিবা *নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভা* লিংখৎলে। অহানবা রিসেপসন কমিটিগী চেয়ারমেন হিজম ইবাবতনা ওইদুনা ১৯৩৪ ঈংগী মে ৩০ দা সনা কোনুংদা রাসমণ্ডলগী অনৌবা মাগুপ্তা অহানবা মীফম ফমখি। মীয়াম্না মহারাজবু মহাসভাগী সভাপতি খল্লি। মসিগী মমাঙদা অসিগুম্বা অপূনবা সংস্থান অমত্তা মণিপুরদা লৈবমদে।

অহানবা মীফমদুদা মহাসভাগী পান্দমগা লোযননা বারেপ কয়া লৌখি। থোইদোকপা খরদি মণিপুরগী অশেংবা ইতিহাস ইবা, মণিপুবগী মনুং অমসুং মপান্দা লৈবিবা মণিপুবী খূদীংমক মণিপুবী লোন্না ভার্নেকুলব ওইনা তম্নবা, জাতিগী মশান্ন থাঙ-তা, মূক্না কাঙজৈ, শবিৎ শবাৎনচিংবা চাওখৎহনবা, নুপীশিংবু মহৈ তমহন্নবা, নুপীগী ইজ্জৎ কন্নবা হোৎনবা অসিনচিংবনি।

মহাসভাগী অনীশুবা মীফম কাছাবদা অদুগা অহুমশুবনা মন্দলেদা মথংশিংনা ১৯৩৬ অমসুং ১৯৩৭ তা ফমখি। মন্দলেদদি মহাবাজ যাওদবনা মীফমগী প্রসিডেন্ট হিজম ইবাবতনা ওইখি। মীফমদুদা জাতিগী নাৎ, সংস্কৃতি পুখৎনবা ফিবেপকী মথক্তা ফিসা-লোনসা, ললোন ইতিক্কী থবক্তা পূক্নীং থিংজিনবা হৌখি। মণিপুবগী ব্রাংমদা লৈখ্রবা মণিপুরীশিংদা জাতিসিগী চৎনবোল ঙাক্নবা, মসীগী লোল অমসুং সাহিত্য যোকখৎনবা, জাতিবু নুংশিবগী ঈনোৎ হেন্না পুখৎনবা হোৎনখি।

মীয়ামগী পুন্সী, সমাজ, সংস্কৃতি, শেল থুমগী অনৌবা মাযোন পুবক্নবা থেংনবকখিবা অদুমক থোইদোক্লা মব্ব ওই। থৌদোক অমদা নোংমাইজিংদা ঙা চাবা যাদে অদুবু তোপ্তা লৈবা নোংমাইবেম্বী লাইবেম্বীগী চাক্লোং কৎপা নোংমাইজিং নুনিত্তা ঙা চাকুবগী খুল হূপ্না মাংঙে হাযদুনা ঈনথোকখি,

পোৎলোইবা য়াখিদে। লৈবাকসিদা অসিগুম্বা থৌদোক কয়া থোকখি মতাংসিদা হিজম ইরাবতকী লমজিং মখাদা মাংঙে হায়দুনা ঈম্থোকপিরবা কযাগী যুম চঙদুনা পোৎলোইবা, শ্রাদ্ধ শোনবনচিংবা ঈহৌ কয়া চঙশিনখি। অসুম্না মফম কয়াদা চৎথবকপনা মহাসভাগী মিংচৎ নোংম-নোংমগী মীযামগী থম্মোযদা পাল্লকখি। অমাং অশেংগী মতাংদা ষ্টেট দরবাব ফাওবদা কেস থাঙ্গত্তুনা থেংনখি। মীযামগীদমক থেংনবদা মহাসভাগী ঈহৌ অসী অকনবা অমা ওইখি।

লেপ্পা লৈতনা শূ-নোমদুনতা লৈবিবা লৌমীশিংনা পোয়নু লৌবোকথা মতুংদা চীং, লমজাউ লমহাংদগী শীংজনবা ই ফানদুনা, পাৎ-তুবেল কুমদুনা ঙা-চাক, যেঞ্জাং নাপী থিজবা মদুনা হিংনবগী পাম্বৈ ওইজবা কযাদা পাৎশেল, শীং ই মতুগী শেল, মাশুলগী খাজনা লৌমীশিংদা অচৌবা পোৎলুম ওইহল্লম্মী। অমুকসু পিযন আমিনগী চাকথাক, পোৎথাঙ বেগাব, যাইবেক শস্ত্রি, জল সম্বন্ধীনচিংবগী পোৎলুম কযাসুনি। পূম্নমক অদু থেংননবগীদমক লৌমী মীযামগী অপূনবা শক্তি অমগী তঙাইফদবা লৈবে হাযবসি লৌমী মীযামদা খঙহন্দুনা, শুদক্তুনা থম্বিবল্লবা তুকথদুনা লৈবল্লবা মীযামগী মশা মশাগী হক তানজনবগী থৌনা অদু ফুদোকপা ঙমহন্নবা ইবাবতনা কন্না হোৎনবকখি। মতমদুদা খ্বাইদগী তুহৎপিববা কাঙলূপ অমা ওইববা লৌমী মীযামদা অপুনবা শক্তি শাগৎতুনা মখোযগী হক কনজনবগী বাখল্লোন পোক্লকখি। অহানবা ওইনা ১৯৩৬ ঈংদা নম্বোলদা লৌমীশিংগী অপূনবা মীফম অমা ফমদুনা *মণিপুর কৃষী সম্মেলনী* কৌবা লৌমী লূপ অমা শেমখি। মতমদুগী পঞ্চাযত মেম্বব ওইনম্বা সলাম হেবানন্দনা লূপ অদুগী প্রসিডেন্ট অদুগা মাইমোম মধুমঙ্গোলনা সেক্রেটরি ওইখি। লূপ অদুনা লৌমীগী রাফম কযা পুখত্তুনা থেংনে দাবী বযাগী মনুংদা লৌমীদগী লৌ শৎপা যাবোই উতোং ৬৪ না শঙবায শাগদবনি, সেব ৪০ না মোন শাগদবনি, যাইবেক শাস্ত্রি, পিযন আমিনগী চাকথাক কবথৎলু, হীযাঙথাং ঈশৈগী শেন্তেক ককথৎলু, দোলাইবে পোথাং বেগাব ককউ, পাৎ জঙ্গল প্রজাগীনি মাশুল ককউ, খেবা ফম্বা কক্কদবনি, চন্দন শেনখায, পাচনাপেৎ শেনখায লৌবোযদবনি, পাৎকোক ককথৎতুনা লৌ নীনগদবনি হাযবনচিংবা কযা যাওবি। চৎথবক্লিবা আন্দোলন কযাগী মনুংদা মহাসভানা চঙশিল্লিবা মাংবা শেংবগী ঈহৌদসু লৌমীশিংনা চাউনা শব্দক যাখি। লূপ অসিমক

# সিপিআই মণিপুরগী ইতিহাস

## অহানবদদি মহাসভাগী মাস ফ্রন্ট অমা ওইনা লৈখি :

লৌমীগী ঈহৌ অদু হৌরকপদদি মণিপুরগী কাচিন কোয়া শীনথুংনা শন্দোকপা ঙমখিরমদে। অদুবু লুচিংবশিংনা কোযনা চত্তুনা মীয়াম্বু মীকপ থোকনবা অমদি ঈহৌদুগী কান্নবদু খঙন - উনরকপদগী মণিপুরগী কাচিন কোয়া শীনথুংনা শন্দোরকখি। মাংবা শেংবগী মায়োক্তা অকনবা খোঙজঙ চঙশিনবগীদমক ওক্রম ইবোমচা কবিরাজ, অমসুং মোংজম সুবোলবু ফাগৎতুনা ষ্টেট দরবারনা তাং ১৮-২-৪১ ঈংদা বিচার তৌবদগী ককথৎলকপা, হীয়াঙথাং লাইরম্বীগী থৌগল চৎতবগী শেন্তেকী সোমোন ওইনা পুং কোর্তান মরী পীরকপদা সুবোলনা থদৎলুবা. পিয়ন আমিনগী চাকথাক্কী মায়োক্তা থেংনখিবগী থানানা ফাদুনা পঞ্চায়ট মেম্বর শিংনা বিচার তৌবদা দণ্ডি পীদনা থাদোরকখিবা, লৌমী মীয়াম হৌদুনা পাৎচাবনা পাৎকী মিংদা কনশিন্দুনা থম্বা পাৎকা তাইনবা লমজাউ লমহাং কয়া মীয়াম হৌদুনা লৌ নীনথোকপা, লৌরক খোংবান্দা ঙা ফাবদা পাৎচাবদা শেন্তেক থীদবগী কেস থাগৎলকপদা মীয়াম হৌদুনা থেংনবদগী মমৈদদি পাৎ তুরেল, খোং কয়া নীলাম তোক্লকখি।

অনীশুবা পৃথিবী লাণ্ডাও মতুংদগীদি কৃষী সম্মেলনী অসিদা মণিপুরগী লৌমী মীয়াম পাক শন্না য়াওনবকখি। অমরোমদা নুপী লালগী লুচিংবা ওই হায়নগীদমক চহী ৫ ফাদোক তাকবা শিলেট জেলদগী থাদোরক্লবা ফাওবদা মণিপুরদা চঙহন্দবদগী কাছারদা লৈরর্কখিবদু ১৯৪৬ কী মার্চ থাদদি হল্লকপা য়াবগী অয়াবা ফংবগা মণিপুর থোবকখি। থোবকপগা হীবম কযাদা শর্মাজিংদুনা মীযামগী ঈহৌ শাগৎলি। কৃষী সম্মেলনীসু মসীগী অনীশুবা অধিবেষন নম্বোল বাজার মনাক্কী হিদংময়ুম মণ্ডপ্তা ১৯৪৬ মে তাং ১৬ তা ফমখি। ইরাবতকী লমজিং মখাদা মীফমদুগীদমক লম লমগী পঞ্চায়ট মেম্বরশিংগী খুথাঙদা মণিপুব শীন থুংনা পাউজেল পীদুনা মফম কয়াদগী মীহুৎ যাওবা অচৌবা মীফম অমা ওইখি। মীফমদুদা লৌমী মীযামনা থেংনরিবা অবাবা, থেংনখিবা খুদোংথীবা, থেংনবদা মায় পাকখিনা কয়া অমসুং মতুং তানা লৌমী মীযামনা পুন্দুনা থেংনবগী তঙায়ফদবা কয়া মরীক চুম্না নৈনদুনা রারেপ কয়া লৌখি। অধিবেযন অদুদগী কৃষী সম্মেলনীগী মিং ভারতকী অতৈ মফমদা কৃষক সভা হায়বগুম মণিপুরদসু *কৃষক সভা*

হায়না ওনখি। সেসনসিদগী ইরাবতপু প্রসিডেন্ট, মাইমোম মধুমঙ্গোল, সেক্রেটরি অদুগা ওক্রেম ইবোমচা কবিবাজনা এসিষ্টেন্ট সেক্রেটরি ওইখি। ১৯৪৭ চঙলকপদা কৃষক সভাগী হের্ড কাটব নম্বোলদগী ইম্ফালদা হোংখি।

মণিপুবগী মীয়ামদা বাজনীতিগী ৱাখল্লোন চঙলকপা অমসুং মসীগী ঈহৌ লাকপসি থেঙঙী। লৈবাকসিদা বাজনীতিগী ৱাখল্লোন অমসুং ঈহৌ অসিমক্তি নিখিল হিন্দু মণিপুবী মহাসভানা অহানবা ওইনা পুবকখি। ১৯৩৮ ডিসেম্বব ২৯ অমসুং ৩০ দা চীংঙাদা ফমখিবা মহাসভাগী মবিশুবা মীফম্না বাজনীতিগী ওইবা ৱাবেপ কযা লৌবকখি। মীফম অদুদা ইবাবতনা সভাপতি ওইখি। মীফমসিগী মমাঙদগী ব্রাঞ্চ কমিটিগী মীফমসিংদা ইবাবতনা বাজনীতিগী ৱাফম কযা পুথোক্নুনা নৈনবা হৌখি। মরু ওইনা প্রজাগী শাসন লিংবা মতম ওইবে, প্রজা মীযাম্না লিংজেল মান্ননা থেংনবা তাবনি, হৌজিক ভাবত পৃম্বা হৌববা মতমনি হাযনা মীযাম্বু হৌদোকখি। চীংঙা মীফমদা তাখিবা ৱাবেপ কুনগী মনুংদা — মহাসভাগী মিংদা যাওবা *হিন্দু* হৈ লৌথোক্নুনা হিংদ ঙাক্নগী ওইবা ৱাখল্লোন থাদোক্নুনা মণিপুবী পুম্নগী ওইহনবা মণিপুবদ। পুর্নদাযিত্বশীল ফুল বেসপোনসিবল গোভর্নমেন্ট লিংব মীযামগী ভোটনা মীখল তৌদুনা মীহুৎ খনবা চীং তমগী লৈঙাক পুনশীনবা বানী গাইদিলুঙ জেলদগী থাদোক্কদবনি খুঙ্গংদা পঞ্চাযট লিংঙু খুঙ্গং খূদীংগী স্কুল লিংঙু, অনা লাযেংশঙ, পোষ্ট ওফিস থম্মু ঈথৈ লৌখোঙ শেম্মু লৌগী খাজনা পবী অমদা লুপা ১২ দগী ১০ দা হন্থৌ চীং-পাৎ, তুবেল নীলাম কোকউ লাঙ্গোল পাযবনা লৌগী মপু ওইগদবনি হাযবর্নচিংবা কযা পুথোকখি। অমাং-অশেং ধর্ম্মগী মিংদা, সমাজগী ওইবদা চৎনবম্বা অওৎ অনৈ কযাগী মাযোক্তা থেংননবসু বাবেপ লৌখি। মীফম অদুনা ইবাবতপু মহাসভাগী প্রসিডেন্ট চীংঙাখম পিশকপু জেনেবেল সেক্রেটবি অদুগা লাইশ্রম যুগেশ্ববু এসিষ্টেন্ট সেক্রেটবি খনখি। মীফমদুনা লৌখিবা ৱাবেপশিংদু খন্নবীনবা অমসুং মখা তাবা থবক লৌখৎপিনবা ১৯৩৯ ফেব্রুৱাবীদা ষ্টেট দববাবগী প্রসিডেন্টতা চেবোল লানখংলী ষ্টেট দববাবনা যাবিবকপগী মহুত্তা মহাসভাবু বাজনীতিগী ঈহৌদা চঙশিন্দুনা বাজনীতি দল অমা ওইবে অদুনা ষ্টেটকী অমসুং ষ্টেটনা মতেং পীবিবা স্কুলশিংগী কম্মচাবী অমত্তনা মসিদা যাওবা নত্রগা মতেং পীবা নত্রগা কবিগুমবা মখলগী মবী অমত্তা লৈনবা যাবোই হাযনা লাউথোবকখি। মদুদগী ইবাবত অমসুং এলাংবম তোম্পোক,

# সিপিআই মণিপুরগী ইতিহাস

সদর পঞ্চায়ট মেম্বর অমসুং লৌরুংশঙগী কেরানি ফম থাদোক্লখি। মীফমদুগী মমাঙ চহীদুগী নভেম্বর থাদসু মীওই ৩৫৬ না সহি তৌদুনা নিংথৌগী মফমদা ব্রাকৎ চেরোল পীশিনখি। মদুদা মণিপুর মশাগী আইন সভা লিংনবা, কাউন্সীলরশিংগী মনুংদগী দরবার মেম্বর খন্নবা য়াওরি। ১৯৩৯ নভেম্বর য়ৌরকপদা মহাসভানা অমুকসু মেম্বর ১০০ না শাবা আইন সভা লিংনবা তকশিল্লী। মদুদা পল্লিবনা মেম্বর ১০০ দুগী মনুংদা ৮০ না মীখল তৌদুনা খনবা অদুগা ২০ অমনা মীখল তৌদনা হাপ্পু হায়বসিনি। চেরোলদুনা বেলোটকী পাম্বৈনা ভোট পীবা, আইন সভাদা মশীং য়াম্বা কাঙবুনা মন্ত্রী মন্ডল শেমহনবা, ষ্টেটকী কারক্লিবা চাং য়েংদুনা নিংথৌগী চাদিং লেপ্পা হায়বনচিংবা কয়া তকশিল্লি। অসুম্না নিখিল মণিপুরী মহাসভানা ঈহান হানবা ওইনা লমদমসিগী রাজনীতি ঈহৌ পুখৎলকখি।

## ১৯৩৯ নুপী লান

কুনশুবা চহীচাগী মণিপুর ইতিহাসতা থোইদোক্লা মশক নাইবা থৌদোক অমদি ১৯৩৯ গী নূপীলাননি। মতমদুগী শেল থুম থৌশিল অমসুং মোনোপোলিষ্ট মবরাবীশিংগী মথক্তা চৎথখিবা চেঙ ফৌ তাঙবগী লালহৌ ওইববসু মদুনা মতমদুগী লৈঙাক ব্রায়েলদা অহোংবা পুথক্লবা ঈহৌ অমগী মশক ওইখি। চহীদুগী পোয়নু লৌরোকথা মক্তদা ফৌ চেঙ মপান্দা থাদোকখিদুনা চাক তাঙবা, কৈথেলদা চেঙ ব্রানবা ফংলক্তবা মতমনি। মতমদুদা মোনোপোলিষ্ট মররারী অমদি মৈতৈ মচা খবা যাওনা চেঙ তক্লবা মিল ১৪ রোম লৈরে। মদুনা চেঙ তক্লগা মণিপুরগী ব্রাংমদা থাদোকখিবদগী থোক্লকখিবনি। মতমদুদা খুঙ্গংদগী কারকপা ফৌশিং কৈথেল য়ৌরক্লগা মদু বান্দুনা চেঙ শুবগা কৈথেলদা তাইবা, মদু ব্রান্দুনা চাবা অমসুং চেঙকোক শুদুনা শেন্দান লম্বী ওইজবী কয়া লৈরম্মী। অদুবু পোযনু থা মক্তদা ফৌ শঙবাযদা লূপা ১ যৌবকপদ নত্তনা ফৌ চেঙ কৈথেলদা শুকফং ফংলক্তবদগীনি। চহীদুগী সেপ্টেম্বরদা ঈচাও থোক্তুনা লৌরোক থাদা ফৌথোক ব্রাংলগনি হাযবদগী মণিপুব ব্রাংমদা চেঙ থাবা থিংননবা ব্রাকৎ কযা ষ্টেট দরবাবদা লৈখ্রবনি।

# সিপিআই মণিপুরগী ইতিহাস

ডিসেম্বর ১১ দদি কৈথেলদা নুপী ২০০০ হেন্না পুল্লগা ষ্টেট দরবারদা চত্তুনা চেঙ থাবদু খুদক্তগী থিংবীনবা হায়রম্মী। অদুবু নুমিত্তুদা দরবারগী প্রসিডেন্ট লৈরমদবদগী হয়েং অয়ুক লাকউ হায়দুনা থাদোরকখি। মদুদগী নুপীশিংনা মপান্দা থাদোকখিনবা চেঙ ফৌ হাপ্তুনা লৈরম্বা গাড়ীশিং থিংবা হৌখি। নম্বুল মপান্দা লৈবা মণিপুরী অমগী মিলদসু চঙদুনা চেঙ তকপা লেপ্লবা হায়খি। মহাকসু য়াখি। মথংগী নুমিৎ ডিসেম্বর ১২ দা নুপী ৪০০০ হেন্না পুন্দুনা দরবারদা চৎখি। প্রসিডেন্টতা ব্বাকৎখি। অদুবু প্রসিডেন্ট টিঃ এঃ সার্পনা মপান্দা চেঙ থাবা, এজেন্ট হাপ্পা, চেঙ তকনবা পার্মিট পীবা ঙম্মমক মহারাজগী হুকুম মতুং ইননি। মহারাজগী অয়াবা য়াওদনা মহাক্না থিংবা ঙমদে অদুগা মহারাজসু নবদ্বীপদা লৈখি। মহারাজদা টেলিগ্রাম থাদুনা খঙহনবদি ঙমগনি হায়বদগী টেলিগ্রাম তৌহন্নবা টেলিগ্রাফ ওফিসতা পুরকখি। মফমদুদা মহারাজগী অশেংবা হুকুম ঙাইখিগদবনি হায়দুনা প্রসিডেন্টবু নুপী মীয়াম্না চৎহন্দনা থম্বদগী মরিশুবা আসাম রাইফলসগী কাঙবুনা শঙ্গিল তোপ্লবা রাইফল পায়দুনা নুপীশিংবু তানখায়খি। অসুন্না ডিসেম্বর ১২ দা শান্তি ওইনা খূৎলায় পায়দনা তিল্লখিবা মরাল লৈজদ্রবা নুপী ২০ সিফায়গী শঙ্গিন্না থিন্দুনা নোংমৈ বটনা শুদুনা অমসুং খোঙপাক্লা কাওবদগী শোকখি। মখোয়গী মনুংদা মঙা অমদি শাথিনা শোকখি।

মথংগী নুমিত্তদি নুপী লানগী ঈহৌ হেন্না কনখৎলকখি। পুলিস বাজারদা মীওই ১০,০০০ রোম তিন্দুনা অচৌবা মীটিং পাংথোকখি। মদুদা চেঙ তকপা মিলশিং নুপী ময়াম চত্তুনা থুগাইবা, মপান্দা চেঙ পুদুনা চৎকদবা ডিমাপুর লম্বীগী চিংমৈরোঙদা য়ায়রেক্তুনা চেঙ পুবা গাড়ী পূন্নমক থিংবা, খুঙ্গংদগী ফৌ পুরকপা ষন গাড়ী পূন্নমক মিলশিংদা য়োন্দনবা থৎপা হায়বনচিংবা ব্বারেপশিং লৌখি। নুমিত্তুদা পোলিটিকেল এজেন্টনা মহারাজদগী চিঠি ফংলে চেঙ থাবা লেপহন্নবা খঙহল্লক্রে হায়না নুপী মীয়ামদা পাউদমখি । ডিসেম্বর ১৪ দা মন্ত্রী পুখ্রীদা লৈবা মিল অমা চেঙ তকই হায়দুনা মদু থুগাইনবা নুপী মীয়াম লাকপদা পোলিটিকেল এজেন্টনা তান্নরক্তুনা মৈ পীররোই হায়বদগী য়ানদুনা হল্লকখি। মিল তকপা লেপহনখ্রে। লাল পাসকী নত্তনা অতৈ চেঙ থাবসু মতম খরগীদি লেপ্পবা খঙহল্লে ইমা ইবেলশিং মিল থুগাইবা তৌবিরগনু হায়জখি।

# সিপিআই মণিপুরগী ইতিহাস

মতমদুদা ইরাবত কাছারদা লৈখি। নুপী লালগী থৌদোক্তু খঙহন্দুনা মখা তানা লমজিংবীনবা নুপীশিংনা টেলিগ্রাম থাদুনা কৌথোকখি। হেক ফংবগা থোবক্তুনা ডিসেম্বর ১৬ তা ইম্ফালদা থুংলখি। থুংলবগা লুচিংবা লুচিংবী কযা উনদুনা চঙশিল্লীবদু অফবা অচুম্বা খোঙথাংনি হায়না পুক্লীং থৌগৎখি। মখা তানা চৎথনবা পোবম যাৎখি। মহাসভাগী ৱার্কিং কমিটি ফমদুনা খন্নে। ১৯৪০ গী জনুযাবী তবেৎতা ফম্বা ৱার্কিং কমিটিগী মীটিংদদি ইরাবতনা নুপী মীযামগী ঈহৌ অদু মখা তানা চৎথদুনা নুপীশিংবু তমথীনা লাক্লখিবগী লমন খুমগদবনি, বাজনীতিগী ঈহৌ চৎথগদবনি হাযখি। অদুবু কাঙবু অমনা হৌজিক চেঙ থাবা থিংলে, খুঙ্গংদগী পুবকপা ফৌশিং লম্বীদা নুপীশিংনা চাইখাইখ্রে, মিল থুগাইবা যাওখ্রে— মদুনা লমন খুম্বা ওইবে, আন্দোলন লেপ্লগদবনি হাযনা পুখৎখি। কমিটি মেম্বব তবা তিনখিবা মীটিংদুনা মথক্কী বাফম অসীদা ভোট লৌনবদা ইবাবত মাযথীখি। অদুবু মীযামগীদমক তঙাই ফদনা মণিপুব প্রজা সম্মেলনী লিংখত্তুনা মখা তাবা ঈহৌ চঙশিনখি। ১৯৪০ জনুযাবী ৭ তমক্তদা পুলিসলেন লমপাক্তা পাঙথোকপা মীটিং অমদা চেঙ পীযু হাযজকবদা নুপী মীযামগী শক্তিন্না থিন্দুনা ঈ তাহনখিবগী লমন খুমগদবনি হায হাযবগীদমক ইবাবতপু জনুযারী ৯ দা ফাদুনা জেল পীখি। নুপী লুচিংবী কযাসু ফাখি। মখা তানা বিচাব চৎথদুনা মার্চ ২১ দা ইবাবতপু আই পি সিগী সেক্সন ১২৪ (এ) গী মখাদা চহী অহুমগী ফাদোক পীদুনা শিলেট জেলদা থাখি। চহী অহুমগী মিয়াদ লোইবদুনা থাদোক্লবা ফাওবা মণিপুব চঙহনখিদে।

নুপীলাল লচিংবী কযা মচেৎ তাহন্দুনা ঈহৌ নমথনবা নিংথৌনা ঙম্বমখৈ হোৎনেখি। খ্বাই কৈথেল কাদনবগী বাবেপ্পু থুগাইদুনা নুপী খুৎনেব কযা থোকহল্লকখি। অদুবু নুপী লানবু তবাই তাবাইনা নমখবা ঙমখিদে। থা ৬,৭ মুক খ্বাইবম্বন্দ কৈথেল কানখিদে। লাইশ্রম কল্লাই অমসুং ক্ষেত্রিমযুম ইবোযাইমা অনীনা মথংশিংনা প্রসিডেন্ট অমসুং সেক্রেটবি ওইদুনা *খ্বাই যুবক সঙ্ঘ* শেমদুনা নুপানা কৈথেল কানবা শীন্দুনা ৱাহেংবম লৈকাই মচীন্দা লৈবা *লোক্লাও লৈমা* হাযবা মফমদা নুপানা কৈথেল কাখি। ঙসিফাওবা *নুপা কৈথেল* হাযনা খঙনবিবসিনি। মখা তাবা খোঙজঙ কযাসু চৎখি। অদুগুম্বা নুপী লান্দুগী মহযনা লৈঙাক ৱাযেন্দা অহোংবা কযা পুবকপা ঙমখি মদুনা দববাব নত্তবা চীফ কোর্ট লিংবা, মহাবাজগী

সিবিল লিষ্টকী চাদিং চাগাগী চাদা তরাদা হুক্তবা, ষ্টেট শেমগৎপদা ফন্ড থাদবা, মণিপুব সিবিল সার্ভিস লিংবা , কোওপবেতিভ সোসাইটি, এক্সাইজ, এগ্রিকলচব ডিপার্টমেন্ট লিংখৎপা. চীংগী এডমিনিষ্ট্রেসন তোঙান্না দববাবগী প্রসিডেন্টনা তৌবিবসি নিংথৌনা পূন্না পাযশীনবা, ইম্ফালগী ব্রাংমদা মীগী অমসুং শা-ষণগী লায়েংশঙ লিংখৎপা, সবকাবগী কর্ম্মচাবীশিংগী তলব শেমদোকপা অমসুং সেনিযাবিটিদা প্রোমোসন পীবা, পুলিস ষ্টেসন মশীং হেন্না হাংদোকপনচিংবা অহোংবা কযা পুবকখি। মসীগী অহোংবশিংসি ইবাবতনা নুপীলানবু বাজনীতিগী ঈহৌ ওইনা শাগৎতুনা থেংনহনখিবগী অচৌবা মহযনি।

## লৈঙাক পথাপ অহোংবা

নুপীলান ঈহৌদগী লমদমসিগী মীযামদা লৈঙাকপু পেল্লক্তবগী ঈনোং পাম শন্না ফাওবকখি। মদুমক্লা লৈঙাক ব্রাযেলগী মওং হোংদোক্লবা নিংথৌ. দববাধ, আসামগী গবর্নব যৌনা খন্নধকখি। পূন্নমক্লা কূপ্না খল্লবা মতুংদা গবর্নবনা শাকপা তাবা কোর্টতমক ওইবা চীফ কোর্ট অমা লিংবা, # তম্পাকলম্পু অমুক হন্না জবিপ লৌদুনা সেটলমেন্ট তৌনবা শেমশাবা, # পুলিস সুপাবিন্টেন্ডেন্ট ফমগীদমক আসামদগী লৌবগা হাপ্পা # পুলিস ষ্টেসনশিং হাপকৎপা, # ষ্টেট মিলিটবী পুলিসপু সিবিল পুলিস মসা অমনা শিন্দোকপা # লৈঙাক বাযেন্দা অহোংবা পুবক্লবা যাখর্বশিং থবক ওইনা পাঙথোকপা ঙন্নবগীদমক শেল থুমগী ফীবম ফগৎহন্নবা অথুবগী ওইনা মহাশজগা সিবিল লিষ্টতগী লূপা ৬০,০০০ কবথনা হাযবনচিংবা অসী পাঙথোক্লবা খঙহন্নকখি। নিংথৌনা দববাব কৌদুনা খন্নে। সিবিল লিষ্টতগী চাদিং বকথবগী মতাংদি নিংথৌনা কন্না যানির্থদে। অদুবু গবর্নবনাদি বাকৎতু লৌখিদে। মবমদি নুপীলান নেমথনবগী অমত্তা ঙাযববা পাম্বেদি লৈঙাক্কী অহোংবশিংসিনা ওইগদৌবিবান। বৃন্দাবন্দা লৈবা শ্রীশ্রীগোপালজিগী লাইশঙ অদুবুদি ষ্টেট সবকাবনা যেংশিনবিনবা বাকৎ অদুমখক্তি য়াবিববা মতুংদা নিংথৌসু বাকৎ হন্দোকখি।

ঈং কুমজ ১৯৪১ গী সেপ্টেম্ববদা বোধচন্দ্রনা নিংথৌ অমুক ওত্রে। অদুবু ১৯৪২ মে ১০ দা ইম্ফালদা জাপান্না বোম থাদদুনা অনীশুবা পৃথিবী

## সিপিআই মণিপুরগী ইতিহাস

লাঞ্জাওগী লানফম অমা ওইহল্লকখি। মণিপুর লানগাইনবা অমসুং লানচেন্নবগী অৱাবা থেংনরকপদগী লৈঙাক ৱায়েল শেমদোক্লবা মখা চৎথগদবা থবকশিং লেপখি। চহী অহুমলোম লানগী অৱাবা খাঙখি। অদুবু অনীশুবা লাঞ্জাওনা লমদমসিগী মীয়ামদা অনৌবা জ্ঞান, পৃথিবী অমসুং ভারতকী অতৈ মীওইশিংগা শন্নবা হল্লকখি। মদুদগী মপানগী ঈৱায় ঈনিল কয়া হেন্না ফংলকখি। মফম কয়াদা লম্বী থোং শেমগৎলকখি। অসুম্না লান হনজিন্নরকপদগী মণিপুর অনৌবা মওং অমা হৌরকখি। লানগী অৱাবা কয়াগী মরক্তা অনৌবা মঙাল অমসু লাকখি।

### ইরাবত হল্লকপা

চহী অহুমগী মিয়াদ পীদুনা শিলেট জেলদা থাখিবা অমসুং মিযাদ লৌইরবা ফাওবদা মণিপুরদা চঙহনখিদবা ইরাবত ১৯৪৬ ফেব্রুয়ারী থাদা হল্লকপা য়াবগী অয়াবা পীদুনা মার্চ থাদা মণিপুরদা হল্লকখি। শিলেট জেলদা কম্যুনিষ্ট অমা ওইদুনা লুচিংবা কয়া থেংনরকপা, মার্ক্সিজম-লেনিনিজম অমসুং সোভিয়েট য়ুনিয়নগী মবমদা লাইরিক কয়া পারুবদগী ইবাবত কম্যুনিষ্ট অমা ওইদুনা আসাম প্রদেশিক কমিটিগী মখাদা ভারত কম্যুনিষ্ট পার্টিগী মেম্বর ওইরকখি। বোম্বেদা ১৯৪৩ দা ফমখিবা অহানবা পার্টিগী কংগ্রেস অমদি ভাকনা, বিজযৱাদা অমসুং নেত্রকোনাদা ফমখিবা কিষান কন্ফরেন্সশিংদবু যাওবকখি। চুম্না মেম্বব অমা ওইবদা নত্তে। সুবমা তম্পাক্কী লমদমদা লৌমী শিন্মীগী ঈহৌশিং পুখৎলকখি। কলা সংস্কৃতিগী অনৌবা যারোল শাগৎলকখি। ১৯৪৬ কী জনুযারীদা পাঙথোকপা আসাম বিধান সভাগী মীখন্দা কম্যুনিষ্ট মীরেপ ওইনা শিলচব জেনরেল কেন্দ্রদা লেপ্পী। ভোট থবখক্তং হেনখিদুনা হেক মথং তানা মাযথাহৌখি।

মণিপুবদা হল্লকপগা সমাজ সেবক কয়া উনদুনা মথং মথং মীফমশিং শীল্লি। লৈবাককী অৱা অনং অমাদ তুংগীদমক খন্নমিন্নৈ। ১৯৪৬ মার্চ ৭ তা বাংখৈ য়োংলান লৈরক কবাম বিদুরগীদা ইবাবতনা সভাপতি ওইদুনা মীফম অমা পাঙথোকই। মদুদা মহাত্মা ভাবত অমসুং পৃথিবীগী ওইরিবা ফীবম নীংথিনা পল্লদুনা মণিপুববু ভাবতকী অৱাং নোংপোক লমদম অমা শেম্বদা যাওশিলহন্নবা পুখৎলবপ কন্যাব যাদি দবা ফোংদোক্তুনা মদুগী

# সিপিআই মণিপুরগী ইতিহাস

মায়োক্তা থেংননবা আপিল তৌখি। লাঙ্গাও মায়োক্লক্নরবা মীয়াম্না থেংনেরিবা অবাবা অমসুং সমাজ, শেল থুম, রাজনীতিগী রাফম কয়াসু পুখৎখি। মীটিংদুদা অৱাং নোংপোক ঙমখৈ লমদম শেম্বদা মণিপুর য়াওবা য়ারোই, মণিপুরগী তোপ তোপ্পা শক্তম ঙাক্কদবনি, লাঙ্গাওনা শোকহল্লবা চানিঙাই শেংনিঙাই লৈত্রবা মীয়ামগী য়েংদুনা ফি, লং, কেরোশিন নুমিৎ খূদীংগী ঈমুং মনুংদা চঙদবা য়াদ্রবা চান থক্লবা পোৎলমশিং হোঙনা অমসুং মরাঙ কায়না ফংহনগদবনি, লানগী ক্ষতিপুরন পীগদবনি হায়বা দাবী শিং পুখৎখি । দাবী কয়াদু তকশিন্নবা *মণিপুর প্রজা মণ্ডল* কৌবা লুপ শেমখি। ইরাবতনা মদুগী প্রেসিডেন্টনি । চহীদুগী মার্চ ১৬ তসু হান্নগী *প্রজা সম্মেলনী* ফমদুনা রাফমশিংদু তকশিনখি। মথং এপ্রিল ৫ দা রাংখৈ অয়াংপল্লিদা প্রজা মণ্ডল অমসুং নিখিল মনিপুরী মহাসভা পূন্না ফমদুনা রাফমশিংদু খন্নে । # অৱাং নোংপোক ঙমখৈ প্রদেশ শেম্বদা মণিপুরদি য়াদবা, # মণিপুরগী শক্তম লেঙদনা থম্বা, # পূর্নদায়িত্বশীল শাসন লিংবা # মীযাম্না খনবা মীহুৎনা লৈঙাকচবা, # ভাবত অসী রাজ্য কয়াগী মীয়াম্না পূনশীন্দুনা ফ্রন্ট অমগী মওংদা থম্বা # ষ্টেটশিংদা মপুংফাবা হক শিন্নবা অসিনচিংবা কযাগী রারেপ তাদুনা মরী নৈনবা অথোরিটি শিংদা রাকৎনবা লেপ্পে। চহীদুগী অগষ্ট ২১ দা ক্বাকৈথেলদা ফম্বা অপূনবা মীফম্না প্রজা মণ্ডল অমসুং প্রজা সম্মেলনী পূনশিন্নদুনা *মণিপুর প্রজা সঙ্ঘ* শেম্মী। রাজকুমাব ভুবনসনাবু প্রসিডেন্ট অমসুং ইরাবতপু সেক্রেটরি খল্লী। দল অদুনা লমহাং লৌ নীনবা য়াহন্নবা মাশুল অমসুং একাগাড়ীগী খাজনা কল্লবা লৌগী খাজনা হল্লনবা, পূর্ন দায়িত্বশীল শাসন লিংনবা, চীং তমগী লৈঙাক রায়েল পূনশীন্নবা, সাবালক ভোটনা মীহুৎ খন্নবা, নিংথৌ লৈঙাক মুথৎনবা দাবী কয়া পুখৎখি। চহীসিদা নম্বোলদা ফমখিবা কৃষী সম্মেলনীগী অনীশুবা মীফম্নসু *মণিপুর কৃষক সভা* হায়না মিং ওনবগা লোযননা মথক্কী দাবীশিংসিগী মথক্তা লৌয়াম চাবা মুথৎকদবনি, লাঙ্গোল পাযবনা লৌগী মপু ওইগদবনি, লৌশাল হল্লগদবনি অমসুং উতোং ৬৪ না শঙবায় শাগদবনি হাযবনচিংবা স্লোগান কয়া হাপচিন্দুনা দাবী তৌখি।

মতমদুদা মপাঙ্গল লৈরবা রাজনীতি দলশিং ওইরিবসি মণিপুব প্জা সঙ্ঘ অমসুং নিখিল মণিপুরী মহাসভানি। মণিপুর কৃষক সভাসু লৌমীগী

## সিপিআই মণিপুরগী ইতিহাস

সভানি হায়জরবসু রাজনীতিগী দাবী য়াওনা লৌমীগী স্লোগান কয়া পুখৎদুনা থেংনরক্লিবা মপাঙ্গল কনবা দল অমনি। অহুম অসী পুনশীন্দুনা অপুনবা দল অমা শেম্নবা ১৯৪৬ ওক্টোবর মরিদাএরিয়ান থিয়েটর হোলদা মীটিং অমা কৌখি। শেমগদৌরিবা অপুনবা দল অদুগী ৱার্কিং কমিটি খনবদা ইরাবতপু কৃষক সভানসু, প্রজা সঙ্ঘনসু, নিখিল মণিপুরী মহাসভানসু মীহুৎ ওইনা থাগৎলকপা য়ারোই হয়দুনা সভাপতি ভুবোনসনানা অকনবা রুলিং তৌরে।

থাগৎকদৌরিবসিদি নিখিল মণিপুরী মহাসভাগীনি য়ারোই হয়রিবদু করম্বা মহাসভানো মরম পীয়ু হায়না মোংজম সুবোলনা হংলুবদা মরৈ য়েৎলিবদু মপান্দা তাম্নোকখো অদুগা থোঙ লোনশিল্লু হায়দুনা সভাপতিনা রুলিং তৌদুনা তাম্নোকখ্রে। মফম খুদীংমক্তা ইরাবত ঙাক্তা ঙায়বা ইরাবত কম্যুনিষ্টনি. কম্যুনিষ্টতি য়াওবা শুকয়া য়ারোই, ইরাবতসু ৱা ঙাঙবা য়ারোই হায়না অকনবা রুলিং তৌখিবদগী ইরাবত মীটিংদু যাওবা হৌনদ্রে হায়দুনা মপান থোকখিবদগী কর্ম্মী কয়া মহাক্কা লোয়ননা থোকখ্রে। কৃষক সভাগী কর্ম্মীশিংসু লোইনা থোকখ্রে। মীওই ১২ খক্কা অশীল অরাঙ তৌবা খরগতা লৈহৌরে। মখোয়দুনা *মণিপুর কংগ্রেস পার্টি* শেমহৌরে। অদুগা ওক্টোবর তরাক্তনা প্রজা সঙ্ঘগী মীফম পাঙথোক্তুনা অনৌবা ৱার্কিং কমিটি অমুক শেম্মী। ইরাবতনা প্রসিডেন্ট অমসুং তখেল্লম্বম ইবোতোম্বীবুনা সেক্রেটরি খল্লী। মীটিংদুনা লেপ্পদুনা ঈহান হানবা ওইনা ডিসেম্বর ১২ দা প্রজা সঙ্ঘনা শীন্দুনা *নুপীলান নীংশিং থৌরম* পাঙথোকখি। মসিদা নত্তনা মহিলা সম্মেলনী, ছাত্র সম্মেলনীনচিংবা কয়া মখা তানা মপাঙ্গল কনখৎলকই। ১৯৪৭ এপ্রিল ১৩ দগী ইরাবতনা সমপাদন তৌদুনা চয়োলগী চেফোঙ *অনৌবা যুগ* পুথোকখি। মদুনা মীয়াম — থোইদোক্লা লৌমী মীয়ামগী মায়কৈদা অমদি রাজনীতিগী অনৌবা মায়োল অমা পুরক্লবদা অকনবা থৌদাং লৌরকখি।

### ষ্টেট কনষ্টিট্যুসন এক্ট

বৃটিশনা ভাবত থাদোক্তুনা চৎপগী ৱাফম লাক্লবদা মণিপুরদসু লৈঙাক পথাপ শেমদোক্লবা ১৯৪৬ নবেম্বর কুন্দা নিংথৌনা দরবারদা খঙহল্লি। অদুদগী

চৎনপথাপ অদু শেম্নবা বোডি অমা তম্পাক্কী মণ্ডা, চীংগী মণ্ডা, নিংথৌনা হাপ্পা অমা, দরবারগী প্রসিডেন্ট থারগা দরবাবদগী অহুম, চীফ কোর্টনা থারকপা অমা পুন্না ১৫ না শাবা অমা শেম্মী। তমগী মীখল পাঙথোক্লবা মেম্বব অহুম্না শাবা সব-কমিটি অমসু শেম্মী। হৌনবী মতুং ইন্না ১৯৪৭ মার্চ ২৪ দগী ফম্বা হৌদুনা মে থাদা চীংগী রায়েল থৌদা অমসুং মণিপুরগী রায়েল লোয়শঙগী মতাংদা শেম্বা চৎন কাঙলোনশিং নিংথৌদা লানখৎলি। মদুদগী *মণিপুর হীল পিপলস এডমিনিষ্ট্রেটিব রিগুলেসন ১৯৪৭* অমসুং *মণিপুর কোর্টস এক্ট ১৯৪৭* থোক্লকখি। কনষ্টিট্যুসনসু শেম্বা লোইদুনা জুলাই ২৭ দা নিংথৌদা লানখৎলি। নিংথৌনা *মণিপুর ষ্টেট কনষ্টিট্যুসন এক্ট, ১৯৪৭* অদু সেপ্টেম্বব ২৬ তগী থা নীপালগী মনুংদা চৎনহল্লগনি হাযনা লাউথোকই। প্রজাগী অশেংবা মাযকৈদা শেম্লকপা কনষ্টিট্যুসন নত্তে হাযবদগী মদুবু শেম্নবা বোডিদা ইবাবত, মহাক্কী কৃষক সভা অমসুং প্রজা সঙ্ঘ যাওখিদে অদুগা এক্ট অদুবুসু গনতান্ত্রিক ওইদে হায়না যাখিদে।

মণিপুব ষ্টেট কনষ্টিট্যুসন এক্ট, ১৯৪৭ অসি তাঙ্কক (চেপ্টব) ১১ অমসুং মতাং (সেক্সন) ৫৬ থোক্লা খাযদোকই। এক্ট অসীনা নিংথৌ অমসুং মহাক্কী ঈমুং মনুংদা চাউনা খুদোংচাবা পী। নিংথৌগী মবন্নাই ওইবদা সবকাবনা খুৎ থিংজিনবা যাদে। নিংথৌ, মহাবানীবু রাযেলশঙদা বিচাব তৌবা, মখোযগী মবল মথুম শোকপা যাদে। পাৎ কোম, লম, লমলেম লমজাউ পুম্নমক নিংথৌগী ওইবদু শোকউবা যাদে। মিনিষ্টব নিংথৌনা হাপ্পী। ষ্টেটকী অপূনবা চাগা (ইনকম) গী চাদা তবা নিংথৌগীনি। শেনফমসিগী মতাংদা ভোট লৌনবা অমসুং যেৎনবা যাদে। এসেমব্লিনা কনাগুম্বা মন্ত্রী অমগী মথক্তা থাজদবগী রাফম পাস তৌববা ফাওবদা নিংথৌনা মহাকপু লৌথোকহন্দনা থম্বা ঙম্মী। তশেংনমক পার্লিযামেন্টবী ডিমোক্রেসিগী অশেংবা মশক অমা হাযবদুদি শূকওই ওইদ্রে।

## বৃটিশকী মখুত্তগী নীংতম্বা

ঈং কুমজা ১৯৪৭ জুলাই মবিদা বৃটিশ পার্লিযামেন্টনা ইন্দিযান ইন্ডিপেন্ডেন্টস এক্ট, ১৯৪৭ পাস তৌদুনা অগষ্ট ১৫ দগী চৎনবা হৌই। নুমিৎ অসিদগী ভাবত নীং তম্মী। মণিপুব বৃটিশকী মখুত্তগী মনীং তমহৌই।

# সিপিআই মণিপুরগী ইতিহাস

চহীদুগী জুলাই ২৫ ফাওবদা ষ্টেট অয়াম্বনা ভারত য়ুনিয়ন্দা য়াওশিনবা য়ান-চেরোল ষ্টেন্ড ষ্টিল এগ্রিমেন্ট ইনে। মণিপুরস্ মসিদা মদু গুম্না য়ানচে ইনদুনা চঙশিনমিন্নে। চৈরক অসিদা বৃটিশনা থাদোক্রমদাইদা মণিপুরদা লাংদাইসরকার অমা শেম্মী। ১৯৪৭কী জুলাই অমদা ষ্টেট দরবার মুৎথত্ত্বুনা *মণিপুর ষ্টেট কাউন্সীল* হায়না কৌই। জুলাই ১৫ দগী দরবারগী প্রসিডেন্ট এফঃ এফঃ পিয়ার্সনবু চীফ মিনিষ্টর ওইনা থবক পুহল্লি। অদুদগী মথা অমুক অগষ্ট ১৩ দা নিংথৌনা চেরোল অমা থোকই। মহারাজকুমার প্রিয়বর্ত্তবু অনৌবা চীফ মিনিষ্টর হাপ্লগা লোয়ননা মন্ত্রী মরি অমসু হাপ্পী। মন্ত্রীশিংদি কেঃ গৌরো, বসিরুদ্দিন অহমদ, এস, কৃষ্ণমোহন, অমসুং আর, কে, ভুবোনসনানি।

মতম অসিদা চীংগী তোঙান তোঙানবা ঈরাংশিংসু লাকখি। মিজো অমসুং ঙামৈশিংনা মণিপুরদগী থোকখিনবা ঈরাঙ হৌই। মণিপুর মিজো য়ুনিয়ন্না মণিপুরগী খা থংবা শরুক্তা তারিবা মারগী লমশিং লুসাইচীং (মিজোচীং)দা তিন্নবা হৌরকই। মাওদসু অথিকো দাইহোগী লমজিং মখাদা ঈরাঙ হৌরকই। মপুংদি মণিপুরগী চীংগী লমশিং পুনশিল্লগা আসামগী ডিষ্ট্রিক্ট অমা ওইনা লৈবা নত্রগা চীংগী লমশিং মচেৎ মচেৎ থুগাইরগা আসামগী চীং লমশিংদা অমসুং নাগা হিলসতা চাইশিনবনি। মরকসিদা মণিপুর কৃষক সভা অমসুং প্রজা সঙ্ঘনচিংবদি মীয়ামগী মীহুৎনা লৈঙাকচবা, অশেংবা লৈঙাক অমগী দাবী মখাতানা অদুমক চৎথে। চীং তম পূনশীন্দুনা থেংননবা হোৎনৈ। মণিপুরগী তোপ তোপ্লা মপুংফাবা শক্তম অসী চীং তমগী অপূনবা মশক্লা শেম্বনি, চীং তম কায়বা য়ারোই হায়না কন্না পুখৎলি। মসিদা ইরাবতনা লুচিংদুনা মহাক্কী প্রজা সঙ্ঘনা অচৌবা থৌদাং লৌই। ১৯৪৭ নভেম্বর ৩০, নোংমাইজিং নুমিত্তা মণিপুর ড্রামাটিক য়ুয়িন হোলদা কৌদুনা চীং তমগী দল মাপলগী অপূন্বা মীফম অমা শেম্নবা দল মাপন্দগী মীহুৎ লৌদুনা ওর্গনাইজিং কমিটি অমা শেম্মী। মীহূৎশিংদি তাংখুলোংদগী এমঃ কেঃ সিমরে, কুকি নেসনেল ফ্রন্টকী লুনে, কবুই এসোসিয়েসনগী কখংগাই, খুলমী য়ুনিয়নগী তেবা কিলোং, মিজো য়ুনিয়নগী ডেনা, কৃষক সভাগী ইবোমচা কবিরাজ, নোংপোক অপূনবা মরূপকী এমঃ ইবুঙোহল, য়াইরিপোক্কী মুঃ সুলৈ মিয়া অমসুং মৈতৈ মরূপকী লম্ফেল খল্লী। কমিটিগী চেয়ারমেন ইরাবত অমসুং সেক্রেটরিনা সিমরে খনখি।

## সিপিআই মণিপুরগী ইতিহাস

অসুম্না ঈং কুমজা ১৯৪৭ ফাওবদা মণিপুরগী সমাজ, শেল থুম, সংস্কৃতি, রাজনীতিদা অওনবা পুরক্লবদা মখল মখা কয়া থেংনরকখি। বৃটিশনা লোইচনবা, নিংথৌগী শৃম্নম, বৃটিশ থাদোকখ্রবা নীং তমহৌরবা মতম, মদুসু মীয়ামগী অশেংবা লৈঙাক শাসন লৈতবা, চীং তমগী মরক্তা পেন্নদবা, পুম্নমক অসিবু থেংনদুনা অপূনবা মণিপুর অমদি অশেংবা নীংতম্বা ফংলবা লৈঙাক্লোন অমগী ঈহৌশিং থোরকখি।



# মণিপুরদা রাজনীতি দল পোক্লকপা

মণিপুর অসী নিংথৌ অমসুং সম্রাজ্যবাদি বৃটিশ অনী পূনবা লৈঙাক শাসন মখাদা মখল মখা মীওৎ-মীনৈ খাঙলকখি। অকি-তূজুংলবা মীওৎ খুৎলায় কয়া পুথোক্তুনা মীয়াম্বু ওৎ-নৈবগী থবক লেপ্তুনা চথরকখি। অদুগুম্বা অওৎ-অনৈগী মায়োক্তা মীয়াম্না পেন্দবা অৱাবা কয়া লৈজরবসু মদু কোকহন্নবগী ঈহৌ শাগত্তুনা নিংথৌ অমসুং বৃটিশকী মায়োক্তা থেংনবদি মতম শাংনা ঙম্লকখিদে। মীয়ামগী ঈহৌ শাগত্তুনা লমজীংবীনবা মতীকচাবা মীওই অমসুং রাজনীতি দল লৈরমদে। অৱাবা পূম্নমক খাঙদুনা হিংবা তারম্মী।

মতাং অসীদা নৈনবা য়াৰ্বদি — মীওইবা সমাজগী ইতিহাসতা জাতি অমত্তুনা মীয়ামগী নীংতম্নবগী ঈহৌ শাগৎলকপদা মদুবু লমজীংবীনবা মতীকচাবা রাজনীতি দল তঙায়ফরক্তে। কাঙলূপ নাইবা সমাজ (ক্লাস সোসাইটি) অমদা কাঙলূপকী লডাই (ক্লাস ষ্ট্রগল) শাগৎপদা মীয়াম্না য়ানরবা রাজনীতি লুচিংবশিং চঙই। সধারন মীয়ামগী স্বার্থদা জাতি অমগী মনীং তম্নবগীদমক থেংনরকপদা দলশিং অদুনা খ্বাইদগী থৌনা ফরবা, চথরকখিবা লডাই কয়াদগী নীংথিজনা তমশিল্লবা, জ্ঞান লৈরবা, মশাগী ওইজবা খিবিক থাদোক্তুনা কথোক্লবা, থকসী-খাসী চেৎপা, মীয়াম মরক্তা চঙদুনা মীয়ামগী শক্তিবু যাকায়হন্দুনা অচুম্বা লম্বীদা লমজীংবা ঙমবা লুচিংবশিং পুথোকপা তঙায়ফরক্তে। অসীগুম্বা মখলগী গুণ চেল্লবা লুচিংবশিংনা কাঙলূপকী স্বার্থ ঙাক্লবা মশাগী দলবু মপূং ফানা চাওখৎহন্নবা হীরম কয়াদা মীয়ামগী ঈহৌশিং শাগৎলী।

কুনশুবা চহীচাগী অহানবা তংখাযগী মতমদগীদি নিংথৌ অমসুং বৃটিশকী মখাদা সমাজ শেন্থুম রাজনীতি সংস্কৃতি ধর্ম মায়কৈ খূদীংদা চথরকপা মীওৎ-মীনৈ শাসনগী মখাদা মীয়াম্না খাঙবা ঙম্বগী পংথৈ লাক্লকখি।

# সিপিআই মণিপুরগী ইতিহাস

মতমদুদা হেনফদনা শাসন অদুগী মায়োক্তা আন্দোলনগী খোঙজঙশিং চঙশীনবা হৌরকখি। মীয়ামগী অৱাবদু য়েংদুনা খাঙবা ঙল্লক্তবা লুচিংবশিং পুথোকখি। মতাং অসীদা হিজম ইরাবত খ্বাইদগী তোমথিল ওইরবা লুচিংবা অমনি। লৈত-লায়রা অৱাবদা খমথেংলবা মণিপুর মায়ামগী অৱাবা কোক্লবা থেংনরকপদা কাঙলূপকী লড়াই তঙায়ফদে হায়বগী মীৎয়েংদা ইরাবতনা মীয়ামবু লুচিংবগী থৌদাং লৌখি। মহাক্কী লমজিং মখাদা নিংথৌ অমসুং বৃটিশকী মীওৎ মীনৈ শাসনগী ময়োক্তা থেংননবগীদমক চোংথোরক্লবা মীওই কয়াগা পুন্দুনা মীয়ামগী অপুনবা শক্তি শাগৎমিন্নরকখি। মদুগী মনুংদনি *নিখিল মনিপুরী মহাসভা, মনিপুর কৃষক সভা, মহিলা সম্মেলনী, প্রজা সম্মেলনী, প্রজা মণ্ডল, প্রজা সঙ্ঘ, যুবক সঙ্ঘ, সেবা সমিতি*। অমাং-অশেং, মীওৎ-মীনৈ কয়াগী মায়োক্তা মথং-মথং থেংনরকখি। মীয়ামগী অৱা অনং মীওৎ চৈথেং কোক্লবা অচুম্বা লমজিং ওইবদগী ইরাবতকী মশক হেন্না নাইরকখি। সমাজ শেম্মুম সংস্কৃতিগী য়াৱোল ঈহৌ চথরম্বদগী ১৯৩৮ য়ৌরকপদদি শেংলবা রাজনীতিগী ঈহৌ চঙশিল্লকখি। রাজনীতিগী ঈহৌ অমদি বাজনীতি দলগী তঙায়ফদবদু খঙলকখি। মদুমক্তা চহীদুদা চীংঙাদা ফমখিবা নিখিল হিন্দু মণিপুবী মহাসভাগী মরিশুবা মীফমনা *হিন্দু* ৱাহৈ লৌথোক্তুনা রাজনীতিগী ৱাফম কয়া পুথোরকখিবা অমদি রাজনীতিগী ৱারেপশিং তারকখিবদগী নিখিল মণিপুরী মহাসভাবু রাজনীতি দল অমনি হায়না লৌখি। মনিপুরদা ইহান হানবা ওইনা রাজনীতি দল পোকখি।

সভা অদুনা বাজনীতি ঈহৌ শাগৎলকপদগী বাজনীতি দল ওইরে হায়না লৌবদুনা মতমদুগী মণিপুর সরকাবনা মহাক্কী কর্মচারী অমত্তা যাওবা য়াহল্লমদে। মতাং অদুদা হিজম ইরাবত অমসুং এলাংবম তোমপোক্লচিংবা লুচিংবশিংদি সরকারগী থবক্তগী প্রজাগী স্বার্থ কন্নবা সেবা তৌবা অমসুং নীংতম্না হিংবনা হেন্না মরু ওই হায়না লৌদুনা মখোয় মখোয়না পাযরম্বা সরকারগী ফমশিং থাদোকখি। রাজনীতিদা মশক শেংনা চঙশীনখি। হিজম ইরাবত সদব পঞ্চাযট মেম্বরগী ফম থাদোকপদ নত্তনা মহাক্কী লোয়নবীগী অউন লৌচাফাওবা নিংথৌদা অমুক হন্দোকখি। মহাক্তা শেৎ চাবম্বা, ঈমুং মনুংগী শীজিন্নবম্বা বিলাতী ফিরোলশিং ফাওবা মীয়াম মাঙদা পুথোক্তুনা মৈ থাদোকখি।

## ইরাবত কম্যুনিষ্ট ওইরকপা

ঈং কুমজা ১৯৩৯ গী চাকতাঙবগী ঈহৌদা থেংনখিবা নুপীলান লমজিংখি হায়বগীদমক ১৯৪০ জনুবারী ৯ দা ফারগা মার্চ ২১ দা মণিপুর ষ্টেট দরবারনা বিচার চথখি। বিচার অদুনা চহী অহুম জেলগী মিয়াদ পীখি। মতমদুগী মণিপুরদা সমাজ সংস্কৃতি শেল-থুম, রাজনীতি, লৈঙাক শাসন অমসুং নীংতম্বগী ঈহৌদা অচৌবা অরোনবা অমগী ঈহৌ পুখৎলকখিবগীদমক ইরাবতপু মতম শাংনা জেলদা নমশীন্দুনা থম্নবা শীনখি। জেল মনুংদসু বন্দিশিংবু তমথীনা ওৎপিবা জেলগী থৌশিলবু শেমদোক্লবা থেংনখি। মথংদা ইরাবত শিলেট জেলদা থাখী। অদুবু শিলেট জেলদা থারুবদগী ইরাবতকী রাজনীতিগী পুন্সীদা অচৌবা অরোনবা অমা লাকখিরম্মী। মতম অদু ভারত নীংতম্বগী আন্দোলন কনশীল্লকপা, পৃথিবীদা অনীশুবা লানজাওগী রাথোক, সোবিয়েট য়ুনিয়ন্দা সোসিযেলিজম মায়পাক্লা শাগৎলকপা তানজা অমনি। ভারত নীংতম ঈহৌদা শরূক য়াখিবা রাজনীতি লুচিংবা, কম্মী লীশীং লীশিং ফাজিন্দুনা জেলদা থমজিনখিবা মতমনি ।

শিলেট জেলদা ইবাবত কংগ্রেস অমসুং কম্যুনিষ্ট লুচিংবশিং থেংনখি। অন্টর্জাতিক কম্যুনিষ্ট ঈহৌগা মবী লৈনবা লাইরিক, চেফোঙ কয়া পাবগী খুদোংচাবা ফংখি। কম্যুনিষ্ট লুচিংবশিং লোযনদুনা মার্ক্সিজম লেনিনিজমগী রাখল্লোন পাকচাউনা নৈনবতা নত্তনা পৃথিবীদা থোক্লিবা রাজনীতিগী ওইবা থৌদোক-রাথোক কয়াসু কুপ্পা নৈনমিন্নখি। সোবিয়েট য়ুনিয়ন্দা কম্যুনিষ্ট শাসন মখাদা শাগৎলকখিবা সোসিযেসিজমগী যাইফ- নুংঙাই পুন্সীগী মরমদা নৈনবা পাবগী খুদোংচাবশিং ফংখি। মদুদগী মহাক্লা মণিপুরদা শাগৎখিবা অমসুং মহাক্কী লমজিং মখাদা চথখিবা ওৎপী-তুহৎপিরবা মীয়ামগী ঈহৌশিংদুগা মার্ক্সিজম লেনিনিজম্না তাক্লমলিবা মীনা মীবু ওৎ-নৈবদগী কোক্লবা পান্দমদুগা চুশীন্নরম্বদগী কম্যুনিষ্ট অমা ওইবদা চপচানা লূপখি। সোসিযেলিজমতনা অওৎ-অনৈ পুম্নমক কোক্কনি হাযবসিদা চেৎনা থাজখি। ঈংকুমজা ১৯৪৩ জেলগী মিয়াদ মতম লোইদুনা হেক থোদোরকপগা ইরাবত পন্থবা তৌদনা ভারত কম্যুনিষ্ট পার্টিগী য়ুনিট অমা ওইরিবা *আসাম প্রদেশিক ওর্গনাইজিং কমিটি*গী মখাদা ভাবত কম্যুনিষ্ট পার্টিগী মেম্বর ওইনবা মিংজন ফোর্মদা দবখাস্থ থাখি। চহীদুমক্তদা সি পি আই গী অহানবা কংগ্রেস

(মীফম) মে তাং ২৩ দগী জুন ১ ফাওবদা বোম্বেদা ফমখি। ইবাবত অথন্নবা বার্ত্তন ফংদুনা আসামগী ডিলিগেট মবক্তা যাওখি। মিযাদ লোইদুনা থাদোক্লবসু মহাকপু মণিপুরদা চঙহন্নখিদে।

মীফমদুদা শব্দক য়াবদুনা ভাবতকী লাযব-অনঙ, ওৎপি - তুহৎপিরবা লৌমী শিন্মী মীয়ামগী স্বার্থ কন্ননবগীদমক মার্ক্সিজম লেনিনিজমগী য়ূমফমদা সোসিয়েলিষ্ট সমাজ অমা লিংদুনা মীযামবু অবানখুবম ফংহন্নবা লিংখিবা ভাবত কম্যুনিষ্ট পার্টিগী মেম্বব ওইবা ফংবদা পেনজবগী ৱাবোল ফোঙদোক্কখি। পার্টি অসীবু চেংনা থাজবগা লোযননা মসীগী নিযম পূম্নমক ঙাক্লা চংকনি, পার্টি অসীগী মীবৈবাক নীংবগী থৌশীলবু থবক ওইনা পাঙথোক্লবদা লৈজবা পাঙ্গল শক্তি পূম্নমক কখোকচগনি হাযনা অচেৎপা ফিবেপ থমখি। অসুম্না ঈং ১৯৪৩ দগী ইবাবত ভাবত কম্যুনিষ্ট পার্টিগী মেম্বব ওইবকখি। ইবাবত মণিপুব চঙহন্দনা লৈবিঙৈ মতম মপান্দা মহৈ তমদুনা লৈবিবা মণিপুবী ছাত্রশিং থোইদোক্লা *নোংমাইথেম বুদ্ধ, ভ্রাভ্রেম মহেন্দ্র, মোইবাংথেম মেঘচন্দ্র, লিংথৌজম বিনযনচিংবগা* তত্তনা উন্নদুনা মণিপুবগী ৱা লেপ্তনা লৌই। তীর্থ চৎপা লাকপশিংদগীসু তত্তনা হংই। মতমসিদা ভাবত পূম্বগী অমত্তা ঙাযববা ছাত্রগী ওর্গনাইজেসন ওইবম্বা ছাত্র ফেডবেসন্দা মপানদা তমলিবা মণিপুবগী ছাত্রশিংসু যাওবকখি।

ঈংকুমজা ১৯৪৩ দগী ১৯৪৮ ফাওবসীদা আসাম প্রদেশিক ওর্গনাজিং কমিটি, সি পি আই গী মখাদা মীওই কযা মথং মথং মিং চন্দুনা কম্যুনিষ্ট পার্টিগী মেম্ববশিং ওইবকখি। মণিপুব কৃষক সভা, প্রজা সঙ্ঘগী কর্ম্মীশিং লোযননা মপানগী মহৈতমফমশিংদা তন্নরুবা ছাত্র নহাবোল অমসুং মহিলা সম্মেলনী কর্ম্মীশিংগী মবক্তগীসু কম্যুনিষ্ট পার্টিগী মেম্বব ওইবকখি। অদুগুম্বা পার্টি মেম্ববশিং অমসুং পার্টিবু যাবশিং ইবাবতকী লমজীং মখাদা পৃথিবী অমসুং ভাবতকী বাজনীতিদা হোংলকলিবা, মার্ক্সিজম লেনিনিজমগী ৱাখল্লোন কযা নৈনখি। মসীগী যূমফমদা মণিপুবদসু লডাই কযা চঙশীন্নবা খন্নখি। মথক্কী ওর্গনাইজেসনশিং অসী মতুংদা কম্যুনিষ্ট পার্টিগী মব্দওইববা ফ্রন্টেল ওর্গনাইজেসনশিং ওইবকখি। মীযামগী ঈহৌ শাগত্তুনা থেংনবকপদা মাযোক্লবকপা খুদোংচাদবশিং কোকহন্নবা অমসুং ওর্গনাইজেসনশিং অদুবু মাযোন চুন্না লমজিংনবা বাজনীতি দল অমগী তঙাযফদবদু উনবকপদগী

মরূওইবা কর্মীশিংগী মরকতা য়াম্না তোয়না হুকচীন্না খন্নবা হৌরকখি। তশেংনমক মণিপুরদা কম্যুনিষ্ট পাটি লিংখৎত্রিঙৈ মমাঙদগী মসীগী ফ্রন্টেল ওর্গনাইজেসন ওইরক্কদবশিং অসীনা হান্না লৈরকখি। কাঙলূপকী লড়াই মমি তাবা ঈহৌ কয়াসু চখবা হৌরকখি। থোইদোক্লা কৃষক সভা অদুমক অমনি।

## মণিপুরদা কম্যুনিষ্ট পার্টি লিংখৎপগী ওইথোকপা

মণিপুরদা রাজনীতিগী য়ারোল অসী অনীশুবা পৃথিবী লাঞ্জাও মতুংদগীদি হেন্না কনশীন্না চঙশীন্নরকখি। মসীগী মপুং ওইবা ইথিলদি লৈবাক শীঙ্খুংনা কনখৎলকলিবা ভারত নীংতম ঈহৌগী খোঙজঙ অমসুং বৃটিশনা ভারত থাদোক্তুনা চৎখিবা তারক্রবদা শাসনগী চুক্রী পূম্নমক ভারত মচাশিংনা পায়হৌরগনি হায়বগী রাখল অসিসু অমনি। ভারত্তা তোঙান-তোঙানবা রাজনীতিগী রাখল্লোন লৈনজরবসু নীংতম্বগী ঈহৌদদি ভাবত জাতিয় কংগ্রেসতা পূম্নমক পুনমীন্নদুনা আন্দোলন য়াওমীন্নখি। রিভোলুসনবিগী অকনবা খোঙজঙ কয়াফাওবা চঙশীন্নখ্রিবনি। কংগ্রেস মনুংদা *স্বরাজ, পার্টি* শেমদুনা নহা ওইরিবা কম্যুনিষ্ট কেডরশিং শিবা কিদনা থেংনখিবনি। ওৎপী তুহৎপিরবা কাঙলূপ শিনমী লৌমী কয়া পূন্দুনা ভারত শীনবা থুংনা বৃটিশকী মায়োক্তা অকনবা আন্দোলন চঙশীল্লক্রবনি। বৃটিশ সরকারনা লাকশিনবা ঙল্লকখিদ্রবনি। নীংতম ঈহৌ মতমদা চাউনা থৌদাং লৌরকখিবা কম্যুনিষ্ট লুচিংবশিংগী মনুংদা নহা ওইরিবা এস এ দাঙ্গে, মুজাফর আহমদ, নলিনী গুপ্ত, সাউকট উসমানিনচিংবা কয়া কানপুর কন্সপিরেসী কেস হাযবা অমা পানশিনদুনা ফাজীনখি। জেলদা নমশিনখি। ভগৎসিংনচিংবা থৌনা ফরবা কয়া অমসু ফাঁসী তৌদুনা হাৎলকখ্রবনি। কমপ্লিট ইন্দিপেন্দেন্সকী রাফম অমসুং নেহরু, সুবাসচন্দ্রনচিংবনা সোসিয়েলিজমগী পানদম্বু শৌগৎলকপা নেতাজি সুবাসচন্দ্রনা ইন্দিয়ান নেসনেল আর্মী লিংখত্তুনা বৃটিশকী মায়োক্তা থেংনবকখিবা লোয়ননা অনীশুবা লাঞ্জাও লোইখ্রবা মতুংদদি ভারতকী রাজনীতি দলশিং মাগী মাগী ফিরেপশিং মশক শেংনা উৎনবকখিবনি। কংগ্রেস, কম্যুনিষ্ট, সোসিয়েলিষ্ট দলশিং ময়েক শেংনা থবক তৌনরকখি।

# সিপিআই মণিপুরগী ইতিহাস

মতমসিদা ভারত্তা নিংথৌপানবা ষ্টেট ৬০২ রোম লৈ অদুগা প্রোভিন্সিয়েল ষ্টেটনা ১১ নি। নিংথৌপানবা ষ্টেট হায়বসিমকসু বৃটিশনা হাকথেংননা পায়বনি। প্রোভিন্সশিং নিংথৌ পান্দে অখন্নবা মওংদা মীখল ফাওবা পাঙথোক্নে। অবাং-নোংপোক্তা মণিপুর অমসুং ত্রিপুরা নিংথৌ পাল্লি অদুগা আসামদি নিংথৌ পান্দে। হান্না বেঙ্গলগী শরুক অমা ওইরম্মী, ১৯৩৫ ঈংদদা খাইদোকখিবনি। মতম অসিদা নিংথৌপানবা ষ্টেটশিংদা কংগ্রেস পার্টি লিংখিদে। মফমশিংদুদদি পিপলস কনফরেন্স মীয়ামগী সভাশিং ওইনা লিংখি। মদুগী মওঙ্দনি মণিপুরদসু নিখিল মণিপুরী মহাসভা থোরকখ্রিবসীমক। নিংথৌ পানবা ষ্টেটশিংদা কংগ্রেস লিংহনদবদ নত্তনা জাতিগী অপোকপা হায়নফাও খঙনরবা কংগ্রেস লুচিংবা গান্ধী চঙহনদে। মণিপুরদসু চঙহনখিদে। মরমদি ভারতকী নিংথৌপানবা অতৈ ষ্টেটশিংগা মণিপুরসু চপ মান্নে। ঈং কুমজা ১৯৪৬ তগী সাহেব চৎনবা থৌরাঙ লৈরে। ১৯৪৮ দা ভারত নীংতম্বা পীনবা বৃটিশ পার্লিয়ামেন্টতা পুখৎখি। অদুবু ভাবতকী ভায়সরোয় অমসুং গভর্নর জেনেরেল লোর্ড মাউন্টবেটেননা তকশীনবদগী ১৯৪৭ তা ভারত নীংতম্বা পীবা তারকখিবনি। মসীগী মরমশিংগী মনুংদা মপ্পুং ওইরিবদি লৈবাক অসিগী মীয়াম্না হৌরক্লিবা নীংতম্বগী ঈহৌ হেন্না কনশীল্লকপা, অনীশুবা লাঞ্জাওদা ফেসিষ্ট ইম্পরিয়েলিষ্ট শক্তিশিং মীযামগী ঈহৌনা মায়থীবা পীরকপা, লোইচল্লম্বা লৈবাক কয়া মনীং তম্লকপা, জাতিগী ঈহৌশিং হেন্না থৌনা ফনা থেংনরকপা, য়ুরোপকী লৈবাকশিংদা সোসিয়েলিষ্ট রিভোলুসনশিং মায় পাক্তুনা পৃথিবী সোসিয়েলিষ্ট শক্তি কনখৎলকপা কয়া অসীসু অমনি।

বৃটিশনা ভারত থাদোকখ্রবসু সোসিয়েলিষ্ট সমাজ অমা শেমগৎপা নত্তনদি ভারতগী মীয়াম্না অশেংবা নীংতম্বা হায়বদুদি খক ফংগদবা নত্তে হায়বসি মতমদুদা কম্যুনিষ্টশিংনা লৌখিবা ফিরেপনি। সোসিয়েলিজমতনা লায়রবা, তুহৎপিরবা লৌমী-শিন্মী কাঙলূপকী স্বার্থ কনবা ঙমগদবনি, মীনা মীবু ওৎপা মীওৎ-মীনৈ কয়া লোইশিনগদবনি মদুগীদমক ভারত্তা কম্যুনিষ্ট পার্টিগী ঈহৌ হেন্না কনখৎহন্দবা য়াদে হায়বসী লেপ্পরকখি। লাঞ্জাও মতুংদা লৈবাক কয়াদা সোসিয়েলিজম শাগৎনরকপা, সোবিয়েট য়ুনিয়নগী শক্তি অমসুং অন্তরজাতিক কম্যুনিষ্ট ঈহৌ, জাতি নীংতম আন্দোলন কয়াদা সোবিয়েট য়ুনিয়ননা চীংজাওগুম লেপ্তুনা লৌরক্লিবা থৌদাং কয়া অসীনসু

# সিপিআই মণিপুরগী ইতিহাস

কম্যুনিষ্টশিংদা হেন্না চেংশীনবা থৌনা ফাওরকখি। য়ুমথংনবা চাইনাদা রিভোলুসনগী ঈহৌনা লানফম কয়াদা মথং মথং মায়পাক্লকপা অসীনসু অনৌবা ঈনোৎ হাপখি। অসীগুম্বা ভারতগী রাজনীতিদা অনৌবা ঈনোৎ অমা লাক্লিবসিগী বাখল্লোন অসী মণিপুরগী মার্ক্সিজম লেনিনিজমবু থাজবা মীওইশিংদা ফজনা মমি তারকখি। মপান্দা অরাংবা থাক্কী মহৈমশিং তম্মরুবা ছাত্র নহারোল কয়াসু মখোয় মখোয়না থেংনরকপা অনৌ-অনৌবা জ্ঞান লৌশিং অমসুং মান্নবা খুন্নাই (সোসিয়েসিষ্ট সমাজ) অমগী অপাম্বা কয়া পুরদুনা মরমদমদা হন্নরকখি।

পৃথিবী অনীশুবা লাঞ্জাওনা মণিপুর অসী খমথেংনা চৈনা পীরমখি। ঈং ১৯৪২ মে তাং ১০ দা অহানবা ওইনা ইম্ফালদা জাপান্না বোম থাদখ্রবা মতুংদগী হেন্না কাংখোং চাইরকখি। খুঙ্গং কয়াদা লানজেন্নখি। লাঞ্জাও মতুং লান হুনজিন্নরক্লবসু লান্না মাঙহন-তাকহল্লম্বা কয়াগী মরক্তা মীয়ামদি হায়নীঙাই লৈতনা অরাবা ওইখি। লান মতমদসু মণিপুরদা পোখোক অমতা পুখোক্তে সিফায়গী কান্তিন্দগী পাথরকপা চাবনি। লান লোইদুনা সিফায় হুন্নখ্রবা মতুংদা অরাৎপনা অমুক হেন্না থনখি। লান মনুংদা ঠিকা সপ্লাই মচা মচা তৌদুনা, সিফায়না চানবা রসন হোন্দুনা, ঈনছাং নাপী য়োন্দুনা শেন্দাল লম্বী ওইরম্বশিংসু লান মতুংদদি উপাই লৈরকখিদে। লাইরিক লাইশু তম্বা সরকারনা পীগদবা টেক্সবুকশিং পীবা ঙমখিদে। চোরা কারবার তৌদুনা মীয়ামদদি পোৎলুম হেন্না থোনগৎখি। লৌ খর খর পানখৎনরকপদু হেক লোইবগা বর্মাদা চত্তুনা ললোনবা কয়া য়াওনরকখি। পোইনুদা চৎখিবদুনা লমদাদা য়াউশঙ ময়াদা হুল্লক্লগা মচামশৃগী মফি মরোল লৈনররিবনি। সোমদগী য়েত্তুম্নচিংবা পুখি অদুগা বর্মাদগী য়াঙৌ, শম্বান্দোংনচিংবা পুরকই। লান্না য়ুমকৈ লৌ ঈংখোল কয়াসু মাঙহন তাকহল্লম্মী। পুন্নমকসিনা মণিপুব মীয়ামগী পুন্সী সমাজ শেঙ্গুম হীরম কয়াদা পুঙম থাংঙমদ্রবা অরাবা চৈথেং মাযোক্লবম্মী। মতম অসী বৃটিশনা হকথেংননা পায়বা ভারতকী ষ্টেটশিংদদি ১৯৪৬ ইংদা এসেমব্রি মীখল পাঙথোকখ্রে। ইবাবতমক কাছারদা লৈরিঙৈ শিলচর এসেমব্রি কেন্দ্রদা কম্যুনিষ্ট মীরেপ ওইনা মীখল থেংনখ্রবনি।

ঈংকুমজা ১৯৪৭, অগষ্ট ১৫ দা বৃটিশনা ভারত থাদোক্লে, ভারত মচাদা লৈঙাক শাসনগী থৌদাং শিন্নবে। অদুবু মীয়ান্না পামজরম্বা, চেংনা থাজরম্বা পুন্নমক্তু গী ওন্ন-তৈনববোমদা থোক্লবে। ভাবত নীংতল্লে হায়রবসু

শাসনগী থবক্তি শেনজাও পায়বা, লৌয়াম চাবা জমীনদার, কলকারখানা খোনিগী মপুশিং, মখোয়বু য়োকখৎলিবা খোঙবুগী মখুত্তা তাখ্রে। নীংতম্বগী আন্দোলন্দা চাউনা শরূক য়ারকখিবা লায়রবা লৌমী শিন্মী প্রজা মীয়ামগী অশেংবা নীংতম্বা হায়বদুদি ফংদ্রি, অঙৌবা সাহেব চৎখ্রবসু অমুবা সাহেবকী খুত্তা তাহৌরে হায়বসিদগী কম্যুনিষ্টশিংনা মখাতানা অকনবা ঈহৌ চঙশীন্নবা শেম শারম্মী। মণিপুরদসু মীয়ামগী রাজনীতিগী নীংতম্বদা শেঙ্গুমগী নীংতম্বা য়াওনা মপুংফাবা নীংতম্বা ফংনবা হোৎনরকপদা মার্ক্সিজম লেনিনিজমদা য়ুমফম ওইবা রাজনীতি দল কম্যুনিষ্ট পার্টি লিংখত্তবা য়াদ্রে হায়বসী মতমদুগী চাওখৎপা অহোংবা পাম্বা মীওইশিং থোইদোক্লা কৃষক সভা, প্রজা সঙ্ঘ, মহিলা সম্মেলনী, ছাত্র ফেডরেসনগী মেম্বরশিং অমসুং নহারোল কয়াদা ফাওরম্মী। মদুগীদমক পাকচাউনা নৈনরম্মী। হায়রীবা ওর্গনাইজেসনশিং অসিদগী মরূচঙবা লুচিংবশিং পার্টিদা মিং চন্নবা থৌরাঙ পায়গৎলম্মী। লৌমী মরক্তদি ৰাখল্লোল অসীবু পামজবা মশীং নিংথীনা লৈরকখি। মখোয় অয়াম্বনা কৃষক সভাদা চঙনখি অমদি সভা অসিগী মেম্বর ওইনা থৌদাং য়াহনখি। কম্যুনিষ্টশিংনা লমজিংদুনা ওর্গনাইজেসনশিং অসীনা মতমদুদা মণিপুরগী মীয়াম্না মায়োকনখিবা অৱাবা কয়া কোকহন্নবা দাবী কয়া পুখত্তুনা থেংনখি। অসীগুম্বা ফীবমসিদগী মণিপুরদা কম্যুনিষ্ট পার্টি লিংখৎপগী ওইথোকপা য়াবা লৈরে হায়বসী ফাওনরকখি। পূন্নমক অসীনা মরম ওইরদুনা ভারত কম্যুনিষ্ট পার্টিগী য়ুনিট অমা ওইনা লমদমসিদা কম্যুনিষ্ট পার্টি লিংখৎনবা হোৎনরম্মী।

## মণিপুরদা পার্টি লিংখৎপদা থেঙথরকখিবা

মণিপুরদা কম্যুনিষ্ট ওইনা মশক থোক্লা চোংথোক্তুনা মীয়ামবু লমজিংগদবা কম্যুনিষ্ট পার্টি লিংখৎপদা মতম থেঙথখিবগী মতাংদা কম্যুনিষ্ট মনুংদা য়াম্না তোয়না পুথোক্তুনা খন্নরম্মী। মরূ ওইনা কম্যুনিষ্ট ছাত্র নহারোল মরক্তনি। মতাং অসীদা পনবা য়াবদি—লৌমী-শিন্মীনা পার্টিগী য়াঙলেন শরূনি, থৱায় হাপ্পনা ছাত্র নহারোলনি হায়বসীনি। ছাত্র নহারোলশিংনা মার্ক্সিজম লেনিনিজমগী মরূওইরবা থীয়রিশিংবু মীয়ামদা খঙহন্নবা কন্না হোৎনরকই। অনৌবা ছাত্র নহারোল মরক্তা *ষ্টডি সর্কল* শেমদুনা ৰাখল্লোন (থীয়রি) পাকচাউনা নৈনবগী থবক চত্থরম্মী। মতমদুদা মার্ক্সিজম লেনিনিজমদা য়ূমফম ওইবা কম্যুনিষ্ট পার্টিশিং লিংখৎনরকপদা লনাই

মেম্বরশিংনা (ইন্ডিভিজুয়েল পার্টি মেম্বর) লৌনরকখিবা থৌদাংশিং চপচানা অদুম্মক শীংথায়। মতাঙ অসিদনি মণিপুরদসু ইরাবতনা লৌখিবা থৌদাংশিং শীংথারিবসি।

ইরাবতপু মণিপুর চঙহন্দবগী অথিংবদু লৌথোক্তুনা ১৯৪৬ মার্চতা হল্লক্কবা মতুং মণিপুরদা পার্টি লিংখৎনবা কেন্দ্র অমসুং আসামগী লুচিংবশিংনা তোয়না অমসুং কন্না তকশিনখি। মসিদা আসাম কম্যুনিষ্ট পার্টিনা হীরম কয়াদা মতেং পীখি। আসাম পার্টিগী লুচিংবা অমা ওইরিবা মৈতৈ মচা কাছারদগী তোনজম বাম্নাবু মণিপুরদা পার্টি শাগৎনবগী থবকশিংদা মতেং পাংলুনবা থারকখি। ইরাবতকী ৱাখলদা লৈখিবনা মণিপুরদা কম্যুনিষ্ট পার্টি ওইনা লৈত্রবসু মশা য়াওনা শাগৎলিবা দলশিং কৃষক সভা, প্রজা সঙ্ঘগা মত্ মান্ননা অচেৎপা মবী থম্মীন্নরিবা মরুওইনা মণিপুর ছাত্র ফেডরেসন অমসুং মণিপুর মহিলা সম্মেলনীনচিংবনা চঙশীল্লিবা ঈহৌ অসীমক্না মণিপুবদা কম্যুনিষ্ট হাযনা মমিং থোনদুনা চঙশীন্দ্রবসু য়াই হায়বসীনি। ওর্গনাইজেসনশিং অসীনা পায়খৎখিবা থবক, পুখৎখিবা দাবী, লাউখিবা খোল্লাউ খূদীংমক কম্যুনিষ্টনা তৌগদবা কম্যুনিষ্ট পার্টিগী প্রোগ্রামদা যৃমফম ওইবা খোঙজঙ শাগৎখিবা লড়াই ওইবা মরম্না সংস্থানশিং 'অসীবু কম্যুনিষ্টগী সংস্থানশিংনি হায়নসু লৌনরকখিবনি। অদুনা কম্যুনিষ্ট পার্টি লিংখৎত্রবফাওবদা কায়রোই হায়বসীনি। অদুবু মতমদুদা নহা ওইরিবা কম্যুনিষ্টশিংনদি ইবাবতনা মার্ক্সিজম লেনিনিজমগী ৱাখল্লোন্দা মশাগী ওইবা অচেৎপা থাজবা লৈখ্রবসু অদুগুম্বা অচেৎপা ৱাখল্লোন্দা মরাচেৎনা লৈদুনা মীয়াম্বু লমজিংগদবা কম্যুনিষ্ট পার্টি শেমগৎনবগী থবক্তি ৱাৎলী হায়না লৌই। তৌবদি মতম অদুদা কম্যুনিষ্ট পার্টি লৈত্রিঙৈ ফাওবদা কম্যুনিষ্টপু হুলানদুনা তাথীনা চৈ-থাংবগী থবক্তি খমথেংনা চখরম্মী। ইরাবতপু শিলেট জেলদগী থাদোরক্লফাওবদা কম্যুনিষ্ট ওই হায়বগীদমক মতমদুগী নিংথৌনা মণিপুর চঙহন্দনবা হোৎনখ্রিবনি।

ইরাবতপু নমথনবা হোৎনদুনতা লাকখিবা মশাগী ওইজবা তানবা রাজনীতিগী মীওইশিং, নিংথৌ অমদি বৃটিশনা পাল্লিঙৈদা দল লিংবা কিবদগী রাজনীতিগী ক্ষেত্রদগী মীচেল ওইখ্রবা, ভারত নীংতম্বগী ঈহৌদসু করিগুম্বা শরূক অমত্তা যাহৌদবা অদুগুম্বা কাঙবুনা নীংতম্লবা মতুংদা মখোয়গী খুত্তা শাসন করম্না পায়হৌগদগে হায়বসিদা পূমলূপ লূপখি। মখোয়দা অকিবা

## সিপিআই মণিপুরগী ইতিহাস

অমসু লৈরম্মী অদুদি ইরাবতনা কম্যুনিষ্ট ওইখ্রবনিনা মানা শাগৎখিবা কৃষক সভা অমসুং প্রজা সঙ্ঘনচিংবা অসীগা লোয়নননা মীয়াম মরক্তা চঙদুনা খূৎশম্নখ্রবদি মখোয়গী লনাই ওইজনামগী থবক্তা অয়েৎপা কয়ামরুম লৈরকপা য়াই। মদুদগী কম্যুনিষ্ট তাথীবগী হেনজিনবা প্রচার কয়া অঙকপা ফংনা চত্থখি। মখোয় মখোয়গী ওর্গনাইজেসন মনুংদদা নত্তনা খবর কাগজ, মীয়ামগী মীটিং, হোটেল, মীয়াম তিনফম খূদীংমক্তা ইরাবত অমসুং কম্যুনিষ্ট তাথীবগী প্রচার কন্না শন্দোকখি। মসিদগীসু কম্যুনিষ্ট পার্টিগী মমীং থোন্দুনা চীং- তমগী অপূনবা পার্টি অমা শেমগৎপদা চানবা ৱাৎখিগনি হায়নসু লৌরম্মী।

অদুম ওইনমক ভাবত নীংতম্লক্লগনি হায়বা ৬রক্লবা মতম ১৯৪৬ তগীদি সরকার পায়রক্কনি হায়বগী খুদোংচাবা য়েংদুনা মণিপুরদা রাজনীতি দলশিং শেমগৎনরকখ্রবনি। চহীদুমক্কী ওক্টোবর ৪ দা মণিপুর কংগ্রেস পার্টি শেমখ্রে। মথং মথং সোসিয়েলিষ্ট পার্টি লিংখ্রে। ইরাবতনা লমজিংদুনা লাকখিবা মহিলা সম্মেলনী, ছাত্র ফেডরেসন, প্রজা সঙ্ঘনচিংবা ওর্গনাজেসনশিংবু অদুগুম্বা মতমদুনা চেৎনা তাশীন-খোমজিন্দুনা থম্বা ঙম্লকখিদে। মখোয়গী মেম্বর কয়া অতৈ দলশিং লিংখৎপদা য়াওনখি। মদুমক্তা মার্ক্সিজম লেনিনিজমগী য়ুমফমদা খোঙফম চেৎলবা ময়েক শেংলবা কম্যুনিষ্ট পার্টি লিংখৎপগী তঙায় ফন্দবদু লাকখি। খোমজীন তাশীনবা ঙমদবগী ফীবম অমা লাক্তুনা মকায় মকায় তৌখ্রিবসী কম্যুনিষ্ট পার্টি লিংখৎপা য়াবগী ওইথোকপা লৈরবফাওবদা মতম শাংনা কোমথোক্তুনা লৈরকপগী ফলনি হায়না মতমদুগী কম্যুনিষ্ট ছাত্র নহারোলশিংনা য়াম্না নুংঙাইতবা ফোঙদোক্লবকখি। অসুম্না মণিপুরদা কম্যুনিষ্ট পার্টি ঙনখৎনা মতমচানা লিংখৎহৌদবগী অশোযবদু পার্টি লিংখৎলবা মতুং আন্ডরগ্রাউন্ডদা লৈখ্রবা, নিয়ম নাইনা থবক তৌবক্লবা মতমদা ইরাবত মশানা সেল্ফ - ক্রিটিসিজম পীদুনা ময়েক শেংনা পুখোরকখি।

## মণিপুরদা কিষান ভলুন্টিয়র ফোর্স

মণিপুরগী লায়রবা ওৎপীরবা লৌমী-শিন্মী মীয়ামগীদমক্তা কৃষক সভানা মথল কযাগী দাবীদা আন্দোলন লেপ্তুনা চঙশীন্দুনা লাকখি। অদুগুম্বা

মীয়ামগী ওইবা আন্দোলনশিংদুগীদমক্তা নিয়ম নাইবা, থকসী খাসী ভাকপা ভলুন্টিয়র ফোর্স অমা য়াম্না অথুবা মতমগী মনুংদা তণ্ডায়ফরক্কবদগী থোকচোম বড়সিং অমসুং লাঙ্গোঞ্জম টিকেন্দ্র অনীবু আসামগী পাণ্ডুদা ঈং কুমজা ১৯৪৭ তা তৌখিবা ভলুন্টিয়র ত্রেনীং কেমপ য়াওরনবা থারম্মী। কেমপ অদু অসুক্কী মতীক মরুওই হায়না লৌনরম্মী। মরমদি *চিঙাগোং আমরী রোড* হায়না খঙনখিবা কাঙবুগী লুচিংখিবা বেঙ্গলগী রিভোলুসনরি কমরেড গনেষ ঘোষনা লুচিংদুনা মশামক য়াওনা চথখিবা কেমপ ওইখি। কমরেড থোকচোম বড়সিং অমসুং লাঙ্গোঞ্জম টিকেন্দ্র অনীনা কেমপ অদু য়াওররবা মতুংদা মণিপুরদসু কৃষক সভাগী ওইনা মণিপুর শীনবা থুংনা ভলুন্টিয়র ত্রেনীং পীদুনা অচৌবা, ডিসপ্লিন লৈরবা কিষান লৌমী ভোলুন্টিয়র কোর অমা নিয়ম নাইনা মরা তানা শাগৎখি।

ঈংকুমজা ১৯৪৮, জনুৱারি তাং ১১ দা নম্বোলদা কৃষক সভানা শীন্দুনা ভলুন্টিয়ার কেমপ অমা খোরিফাবা মমাঙগী ৱাকলেন কোনজিল লমপাক্তা পাঙথোক্লম্মী। কেমপ অদুগী কম্মান্ডর থোকচোম বড়সিংনা ওইরম্মী। চহীদুগী মার্চ ১১ দা অৱাং মায়কৈরোমদা অচৌবা কেমপ অমসু পাঙথোকখি। মতৌ অসুম্না লিংখৎখিবা ভলুন্টিয়র ফোর্স অদুনা মমৈথঙদা কম্যুনিষ্ট পার্টি গী খুৎলায় পায়বা রিভোলুসনগী য়াঙলেন শরু ওইখিবা *রেড গার্ড* লাম্মী ওইরকখিরম্মী। ফোর্স অদু য়াম্না পাকচাউনা মণিপুরগী মফম কযাদা শাগৎলকপগা লোয়ননা কৃষক সভাগী মপাঙ্গলসু থোইদোক্না শীংথানবা য়ানা কনখৎলকপা উবদগী মতমদুগী সরকারনা মিপাইরক্কুনা নৌরিঙৈদগী নমথহৌনবা তানজা থিদুনা অমদি অশোয়বা ঙাইদুনা লৈরম্মী। ঈংকুমজা ১৯৪৮, ফেব্রুয়ারি থাদা গৌহাটিদা ফমখিবা আসাম প্রদেশিক ওর্গনাইজিং কমিটি, সিঃ পিঃ আইঃ গী অহানবা কনফরেন্সতা পুথোকখিবা ভলুন্টিয়র চাংদম্নবগী পেরেডতা মণিপুরগীসু বার্ত্তন তৌরক্কুনা থোকচোম বড়সিংনা লুচিংবা ভলুন্টিয়র ১২ গী টিম অমনা শরূক য়ারুখি। মদুদা য়াওখিবা অতৈ মফমশিংদগী লাকখিবা টিমশিংগী মরক্তগী মণিপুরগীনা খ্বাইদগী হেন্দুনা খ্বাইদগী ৱাংনা ঈকাইখুম্নরবা *রেড ষ্টার* গী মনা ফংলকখি। লেমজববা ঈকায় খুম্নরবা *রেড ষ্টার* গী মনা অদু মতমদুদা ভারত কম্যুনিষ্ট পার্টিগী লুচিংবা বেঙ্গলগী কমরেড বিশ্বনাথ মূখর্জিনা পীরম্মী।

মণিপুরগী ভলুন্টিয়র টিমদা শরূক য়াখিবা মেম্বরশিং অদু মফম কয়াদগী খনগৎলবা মীহুৎশিংনা শাবনি।

| | ভলুন্টিয়রগী মিং | লৈফম | ষ্টেটস |
|---|---|---|---|
| ১। | থোকচোম বড় সিং | কৈশামপাৎ | কাম্মান্ডর |
| ২। | লাঙ্গোঞ্জম টিকেন্দ্র | খূন্দ্রাকপম | ডিপুটি কাম্মান্ডর |
| ৩। | কোনসম রাবৈ | অৱাং জিরি | মেম্বর |
| ৪। | খাইদেম রাজো | খা জিরি | মেম্বর |
| ৫। | নাউরেম জনমেজয় | খা জিরি | মেম্বর |
| ৬। | খোইস্নাম হৈতোম্বী | খা জিরি | মেম্বর |
| ৭। | য়ূম্নাম গোকুল সিং | অৱাং জিরি | মেম্বর |
| ৮। | কেঃ ঐচঃ অঙৌশাজৌ | নোংঙদা | মেম্বর |
| ৯। | ফৈরোইজম কৃষ্ণ সিং | নোংঙদা | মেম্বর |
| ১০। | য়ূম্নাম মুক্তা | অৱাং জিরি | মেম্বর |
| ১১। | ৱাইখোম কুল্লা | কৈবী | মেম্বর |
| ১২। | ঙাঙোম কুল্লা | নাপেৎ | মেম্বর |

পূম্নমক কৃষক সভাগী মরুওইবা মেম্বর ঙাক্তনি।

## মণিপুর চীং-তমগী অপূন্বা

বৃটিশনা ভারত থাদোক্তুনা চৎখ্রগনি হায়না ঈরাঙ অমা লাক্রবা, মদুগী শাসন অদু মণিপুরদা কংগ্রেসনা পায়হৌনবা মিকাবদা হিজম ইরাবতগী তুং ইল্লম্বা মীওই খরসু মণিপুব ষ্টেট কংগ্রেসতা য়াওখি। কংগ্রেস হেক শেমখিবা মতুং চীংগী লমদসু তমপাক্তগী তোঙান্না লৈনবগী ঈহৌ অমা চঙশীল্লকখি। মসীগী মমাঙদা চীংগী লমদা শেমগৎ-শাগৎনবগী য়ুমফমদা চন্না শেমখিবা, *ট্রাইবেল কাউন্সীল* কৌবা অমা লৈরম্মী। মখোয়দা রাজনীতিগী ফিরেপ লৈরমদে। ঈং ১৯৪৭ চঙলকপদা *নাগা নেসনেল কাউন্সীল* হায়না মমীং ওঙ্গোকখি। ঈনশীনবীবা বৃটিশ অফিসর খর য়াওবদগী রাজনীতিগী ফিরেপ লৌদুনা চীংগী লমবু *নাগা হীলস* হায়বা অমদা পূনশীন্দুনা শেম্নবা দাবী তৌরকখি। কোহিমাদা হেড ৱাটর ওইরম্মী।

মসীগী খুদুং ইন্দুনা মাওদা মিষ্টর ডাইহোগী লমজিং মখাদা *নাগা নেসনেল লিগ* কৌবা অমা লিংখৎখি। মদুগী সেক্রেটরি মি এন মোডোলীনা

ওইখি। ডাইহোনা প্রসিডেন্টনি। লীগ অদুনা নাগাশিং মশা মরোমদোম লেপচনবা (সেল্ফ ডিটরমিনেসন) গী ৱাফম কন্না পুখৎলম্মী। মসীগী মেমোরেন্ডম অমদসু ইখি।

***The Naga National League is the only political organisation set-up in order to work and consolidate the Nagas of Manipur.***

ঈংকুমজা ১৯৪৭ কী জুন থাদা মতমদুগী গভর্নর সার অকবর হায়দর আলিগা নাগা নেসনেল কাউন্সীলগা মণিপুরগী চীংগী লমসু নাগা হিলসতা পূনবা য়াই হায়না এগ্রিমেন্ট অমদা সহি তৌনখি। এগ্রিমেন্ট অসিগী ফলনা কোহিমাগা খ্বাইদগী নক্লবা মাওদা য়াম্না থুনা য়ৌরকখিবনি মরমদুনা নাগা নেসনেল লিগনা মেমোরেন্ডম পীবনি। চহীদুমক্কী আগষ্ট ১৪ দা প্রসিডেন্ট, নাগা ষ্টেট, কোহিমা হায়বা অমগী মিংদা মণিপুরগী মহারাজদা টেলিগ্রাম অমা থারকখি। মদুদা খঙহল্লিবদি মণিপুরগী চীংগী নাগাশিং, কাছাবগী নাগাশিং, কোনয়াক নাগাশিংগা লোয়ননা পুনশিন্দুনা সাউদর্ন নাগা ইন্ডিপেন্ডেন্স লাউথোক্লে লোয়ননা মদু পাকিস্থান ডোমিনিয়ন্দা ৱারী শানবি হায়বসিনি।

তাঞ্জা অসি যৌবকপদা মহারাজ বোধচন্দ্রদি তৌফম খঙদদুনা লৈখি। ৱাফম অসী চুম্বরা, চুমদবরা হায়না নাগা ষ্টেট প্রসিডেন্টতুগা টেলিগ্রাম থানদুনা লৈ। অঙম-অথৌ, য়ায়তোং ফমদোংবা, লাইরিক লাইশু হৈবা, মরৌশিং লৈবা মণিপুর মচা কনা অমত্তনা করিগুম্বা ৱারোল অমত্তা ফোঙদোকনরক্তে, করি করম তৌহৌসিগে হায়বা ৱাফম অমত্তা হৌদোক্লরক্তে। ওইরক্লিবা চীংগী ঈরাঙসিদা হিজম ইরাবতনা য়াম্না হকচিন্না লৌই। নাগা নেসনেল কাউন্সীল (এন এন সি) গা সার অকবর হায়দর আলিগা অনীগী মরক্তা তৌনখিবা এগ্রিমেন্ট অদুদা মণিপুরগী নাগা অমত্তা য়াওখিদে হাযবসি ইরাবতনা কুপ্না থীজিনবদগী খঙলম্মী। অদুবু নিংথৌ অমসুং অতৈ কনা অমত্তনা ঈহৌসিদা খঙ্গনরুবা লৈতনা লৈথোক্লবম্মী।

অদুবু ঈং কুমজা ১৯৪৭ কী সেপ্টেম্বর ২৯ অমসুং ৩০ নুমিৎ নীনী চুপ্না মণিপুরগী চীংগী লুচিংবশিংগী মীটিং অমা চীংমী মীহুৎ ৪০০ রোম তিন্দুনা ডাক্টর কম্পুনা সভাপতি ওইরগা কৈশামথোংদা পাঙথোকখি।

মীটিংদু তাংখুল্লোং, কবুই এসোসিয়েসন, মিজো য়ুনিয়ন, কুকি নেসনেল এসেমব্লিনা মরু ওইনা শীন্দুনা তৌথিবনি হায়বসি ইরাবতনা মুন্না খঙই। হায়রিবা মিটিংদুনা *হিলস য়ুনিয়ন* হায়বা অমা শেমখি। ওর্গনাইজেসন অসীনা চীং-তমগী অপুনবা শক্তমদগী ওন্ন-তৈননা চৎখিদনবা থৌরাঙ অমা লৌখৎহৌবা চুমগনি হায়বসি ইরাবতনা চেৎনা থনখি। মরমদুনা অদুগুম্বা মীটিংদুদা শরূক য়াথিবা সংস্থানশিংগা তম্পাক্কী সংস্থানশিংগগী অপুনবা মীটিং অমা ঈং কুমজা ১৯৪৭ সিমক্কী নভেম্বর তাং ৩০ নোংমাইজিং নুমিৎকী নুংথিলদা এম ডি ইয়ু হোলদা প্রজা সঙ্ঘনা কৌদুনা ফমখি। শেমখিবদা ঙায়রিবা হিলস য়ুনিয়নদুগী ভাইস চেয়ারমেন এমঃ কেঃ সিমরেনা মীটিংদুগী সভাপতি ওইখি। মীটিংদুদা প্রজা সঙ্ঘগী লাইশ্রম কহ্নাই, কৃষক সভাগী কবিরাজ ওক্রম ইবোমচা, কুকি নেসনেল য়ুনিয়নগী মিষ্টর লুনে, তাংখুল্লোংগী মিষ্টর সিমরেনা ৱা ঙাঙখিবদা সরকাবগী অওৎ-অনৈদগী প্রজা মীয়াম্না খুদোংথীবা মায়োক্লরিবা, থোইদোক্লা চীংগী মীয়াম্না হেন্না শোৎথনা লৈরিবা, লানগী মতমদা মাঙখিবগী অৱাবা, টেক্স, খাজনা, জরিমনানচিংবা মখল কয়া প্রজাদা ননশিল্লক্তুনা ৱারিবা কয়া অসিগী মায়োক্তা চীং-তম পুন্না দাবী তৌদুনা থেংনমিন্নবগী দরকার ওইবদু পন্নখি। মদু পুন্নমক্কীদমক মপুং ফাবা, শক্তি লৈরবা আইন সভা অমা লৈরবদি ফগনি হায়বসি ইরাবতনা পুখৎখি। লোয়ননা চীং-তমগী অমত্তা ওইবা মান্নবা দাবী অমসুং প্রোগ্রামদা মপাঙ্গল কন্নবা চীং অমসুং তমদা লৈরিবা দল পুম্মমক্কী অপুনবা ফ্রন্ট অমা শেম্বদা য়ানখি, মদুগীদমক মখাগী মীওইশিং অসিনা সংগঠন কমিটি (ওর্গনাইজিং কমিটি) অমা শেমখি।

| | | |
|---|---|---|
| ১। | মিষ্টর এম, কে সিমরে | তাংখুল্লোং |
| ২। | ,, লুনে | কুকি নেসনেল এসেমব্লি |
| ৩। | , কখংগাই | কবুই নেসনেল য়ুনিয়ন |
| ৪। | , তেব কিলোং | খুলমি য়ুনিয়ন |
| ৫। | , দেনা | মিজো য়ুনিয়ন |
| ৬। | , শ্রীযুক্ত কবিরাজ ওক্রম ইবোমচা, | কৃষক সভা |
| ৭। | , এম, ইবুঙোহল | নোংপোক অপুনবা মরূপ |
| ৮। | , হিজম ইরাবত | মণিপুর প্রজা সঙ্ঘ |
| ৯। | সুলৈ মিয়া | য়াইরিপোক |
| ১০। | লমফেল | মৈতৈ মরুপ |

# সিপিআই মণিপুরগী ইতিহাস

অরোইবা ঋরেপ্তা কোহিমাগী নাগা নেসনেল কাউন্সীলগী অমসুং মাওদা ডাইহোগী লমজিং মখাদা লৈবা নাগা নেসনেল লিগকী ঈহৌদুগী মতাংদা লুচিংবশিংদুগা উনদুনা লৈবাক্কী শান্তিগী মরমদা ঋা ঙাঙনরুনবা ঋরেপ লৌখি। লোয়ননা ইরাবত অমসুং মিষ্টর লুনে অনীনা লুচিংদুনা টিম অমা চৎনবসু শিন্নখি। অদুগা ফ্রন্ট অসিগী চেয়ারমেন্না ইরাবত অমসুং সেক্রেটরীনা মিষ্টর এম কে সিমরেবু খনখি।

মীটিংগী ঋরেপশিং পাঙথোক্লবগীদমক ইরাবত অমসুং লুনে অনীনা লুচিংদুনা কোহিমা অমসুং মাওদা ডিলিগেসন অমা চৎখি। মদুদা য়াওখিবা অতৈ মেম্বরশিংদি— এম কে সিমরে, কখংগাই, মিষ্টর তেব কিলোং, মিষ্টর দেনা আসৈনি। ডিলিগেসন কাঙবু অসিনা কোহিমাদা হান্না চৎতুনা অহীং লেক্লগা নাগা ষ্টেট, কোহিমাগী প্রসিডেন্ট লোয়ননা নাগা নেসনেল কাউন্সীলগীসু প্রসিডেন্ট ওইরিবা মিষ্টর টি আলিবা ইমতি অমদি অতৈ লুচিংবশিংগা পুন্না উনদুনা ভারতকী অমসুং অবাং নোংপোক্কী ওইরক্লিবা রাজনীতিগী মরমদা কুপ্না ঋারী শানখি। লোয়ননা ভাব তানবা (অন্ডরষ্টেন্ডিং) অমা পুরকপা ঙমখি। মথংদা মাওদা চঙদুনা নাগা নেসনেল লিগকী লুচিংবা মিষ্টর ডাইহো অমসুং অতৈ লুচিংবশিংগা শান্তিগী ঋারী শানদুনা সোলুসন অমা পুরকপা ঙমখি। ডাইহোবুসু মণিপুরগী রাজনীতিদা অচৌবা শরূক য়াবিরক্লবা অকুপ্পা ঋারীসু শানরকখিরম্মী। অচৌবা মায় পাকপা অমা ওইখি।

ইরাবতনা লুচিংবা ডিলিগেসন কাঙবু অসিনা হন্ক্লক্লগা মতুং ইকুই কুইদনা নাগা নেসনেল লিগ অসিনা অতৈ খুল্লাকপা কয়া খোমজিল্লগা ঈং কুমজা ১৯৪৮ গী জনুৱারী ২১ দা মতমদুগী আসাম গভর্নরদা মেমোরেন্দম অমা পীরম্মী। মদুদা লানগী ক্ষতিপুরন পীবসি চীংগী লমদা নীংথিনা য়েংবিদ্রে মরমদুনা চীংতগী ওইবা ক্ষতিপুরনগী ওফিস তোঙান্না লিংবিনবা রাকৎ য়াওখি। ডিমান্ড অমসুং আন্দোলন ওইনা মমায় লৈশিল্লকখি। ডাইহো মশামকসু ঈংকুমজা ১৯৪৮ গী মার্চ ৯ দা ভারত সরকারগী মিনিষ্টর ওফ ষ্টেটতা মেমোরেন্ডম অমা পীখি। মদুদা নাগা নেলনেল লিগ অসিনা খেংনরিবা থবকশিংসি কম্যুনেল নত্তে হায়বা উৎলকখি। মেমোরেন্ডম অদুদা অসুন্না পল্লি।

***The movement is not at all communal but broadly based on Linguistic Provinces of India.***

অসুম্বা হান্না লৌরম্বা ফিরেপ্পুগী হন্দোকরকখি। লোয়ননা মাওগী ঈরাঙ নেমথখ্রবা মতুংদদি ডাইহো মশামক তপ্না তপ্না মণিপুরগী রাজনীতিদা য়াওশিনবা হৌরকখি। মণিপুর সরকারনসু রাজনীতিগী লৈতাবা অমা পুরক্লবা ব্রাখন্দা ডাইহোবু এদভাইজরী কাউন্সীলদা চীংগী মীহুৎ ওইনা হাপ্পুনা ফাইনান্স পায়হনখি। ইরাবতনা লুচিংদুনা শেমখিবা চীং তমগী অপূনবা ফ্রন্ট অদুদা য়াওমিন্নখিবা লুচিংবা খরসু শোক ১৯৪৮ গী আইন সভাগী ইলেক্সন্দা মায় পাক্লখি।

মতৌ অসুন্না মণিপুরগী চীং অমসুং তমগী অপূনবা শক্তম কায়দনবা ইবাবতনা লুচিংদুনা হোৎনরম্বা অমদি থেংনরম্বগী মহয় ওইনা ঙসিগী মণিপুরগী শক্তম কায়দনা লৈরিবনি।

## মণিপুরগী অহানবা এসেমব্লী ইলেক্সন

বৃটিশনা ভারত থাদোক্তুনা চৎখিগাদবগী তাঙ্কক লাক্লবা মতমদা মণিপুরগীদমক্তদি মণিপুর ষ্টেট কন্সটিট্যুসন এক্ট, ১৯৪৭ শেমদুনা লেজিসলেটিভ এসেমব্লি অমা লিংনবা নিংথৌনা থৌবাঙ লৌখৎখি। এক্ট অদুগী মখাদা ঈং কুমজা ১৯৪৮ গী জুন ১১ দগী জুলাই ২৭ ফাওবা তাঙ্কক নাইনা এসেমব্লি মীখল পাঙথোকখি। ভোট মশীংনা অগষ্ট ১০ দা থীখি।

অসিগুম্বা এসেমব্লি অসিদা মেম্বর ৫৩ লৈগনি অদুগা চহী ৩ গী টার্ম ওইগনি। চীফ মিনিষ্টবদি ভোটনা খনবা নত্তবা মীওই অমবু মহারাজগী অপাম্বা মতুং ইন্না হাপকনি। মহাক অদু মহারাজনা নোমিনেট তৌবা এসেমব্লি মেম্বর ওইগনি। মন্ত্রী মণ্ডল অমসুং এসেমব্লি অসি নিংথৌগী অনীংবা অপাম্বদা থবক তৌগদবনি। হায়বদি নিংথৌনা য়াদবা থবক্কী ব্রাবেপ চৎনবা য়াদে। শম্না হায়রবদা গনতান্ত্রিক ওইখিদ্রবা এক্টনি। মরমদুনা ইরাবত অমসুং মাগী দল প্রজা সঙ্ঘ, কৃষক সভানচিংবনা এক্ট অসিবু য়াদে। প্রতিবাদ

তৌই। মসী শেম্নবা কনষ্টিট্যুসন মেকিং বোডিদসু প্রজাগী পুর্নদায়িত্বশীল শাসন পুরকপা ও মগদবা ওইরোই হায়দুনা ইরাবত য়াওখিদে। কৃষক সভা প্রজা সঙ্ঘনসু বোয়কোট তৌখি। কংগ্রেসতি য়াওখি। গনতান্ত্রিক আন্দোলন্দা থেংনরিবা ওইবনা ইরাবত অমসুং মাগী দল কৃষক সভানা ইলেক্সনদা কৃমদুনা প্রজা মীয়ামদা রাজনীতিগী আলোচনা তৌনবগী খুদোংচাবা লৌখি। কৃষক সভাগী ওইনা য়ুম য়েকপা সিম্বোলদা মখাগী কেন্ডিডেটশিং অসি থাগৎখি।

| | কন্সটিট্যুয়েন্সী | মীরেপ মমীং | ষ্টেটস |
|---|---|---|---|
| ১। | কোইরেংগৈ | টি, অমুশেলুং | কাদবা |
| ২। | লমশাং | থিয়াম মেঘচন্দ্র | কাদবা |
| ৩। | উংলৌ | হিজম ইরাবত | কাবা |
| ৪। | নম্বোল | অয়েকপম অঙাহল | কাবা |
| ৫। | মোইরাং | কে, আইচ, রঘুনাথ | কাদবা |
| ৬। | ককচীং | টি, আইচ, শ্যামো | কাবা |
| ৭। | খোংজোম | কে, আইচ, ইতোচা | কাদবা |
| ৮। | সেকমাই | ও, ইবোমচা | কাদবা |
| ৯। | ঈরীলবুং | মাইবম কোকঙাং | কাদবা |
| ১০। | খুরায় লমলোং | টি, লম্ফেল | কাদবা |
| ১১। | শঙম্বুং | মাইমোম মধুমঙ্গল | কাবা |
| ১২। | পাঙ্গৈ | তখেল্লম্বম বোকুল | কাবা |
| ১৩। | চরাংপাৎ খোংজোম | মোইরাংথেম তমফা | কাদবা |

মীখলদুদা মণিপুর কৃষক সভাগী এম এল এ মঙা কারম্মী। ইরাবতনা লুচিংদুনা চীং-তমগী অপূনবা সংগঠন অমা নাগাগী ঈরাঙনা চীং তমগী অপূনবা শক্তম কায়দনবা শেম্মীন্নখিবা চীংগী লুচিংবশিংদুগী মরক্তগী এম এল এ মরি কাখিরম্মী। মখোয়দি হীল এরিয়াদগী কারকপা হায়বদুগী মনুংদা ইন্ডিপেন্ডেন্ট ওইনা কানরকখিবনি। তমপাক্তা লৈরিবা দলগী ঈরাঙ অদু চীংদা কন্না য়ৌদ্রিবা মতমনি। ঈং কুমজা ১৯৪৮ দা তৌখিবা মণিপুরগী ওইনদি অহানবা এসেমব্লি ইলেক্সন্দা, মতমদুদা লৈনখিবা রাজনীতি দলগী

শেমখিবা মশেম, ফিরেপকী মওং, প্রজাশিংনা মতমদুদা লৈরম্বা রাজনীতি য়াওলগী মওং কয়া খণ্ডনদ্রিবা মতম ওইব্না দল অমত্তনা মেজোরিটি ওইগনি হায়বসি হাননদগী থম্লরমদে। মীখলগী ফল অরোয়বা ওইনা লাউথোকখ্রবা মতুংদা ওইরম্বা দল দলগী ফীবমশিং—

| দলগী মমীং | | মেম্বর মশীং |
|---|---|---|
| ১। | মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেস | ১৪ |
| ২। | মণিপুব কৃষক সভা | ৫ |
| ৩। | সোসিয়েসিষ্ট পার্টি | ৩ |
| ৪। | হীল এরিয়াদগী কারকপা | ১৮ |
| ৫। | ইণ্ডিপেণ্ডেন্ট (প্রজা শান্তি) | ১২ |
| ৬। | নিংথৌনা নোমিনেসন্দা হাপ্পা | ১ |
| | অপূনবা মশীং | ৫৩ |

মথক্তা পীবিবা মশীংগী মতুং ইন্নদি মশীং খ্বাইদগী হেন্না কংগ্রেসনা কাজরবসু সবকাব শেম্বদি ঙমখিদ্রে। অদুম ওইনমক ইন্ডিপেন্ডেন্ট ওইনা কারকখিবা প্রজা শান্তিগী কাঙবুশিংনা মখোয়গা য়ানবা দলশিংগী মতেংগা লোয়ননা সরকার অমদি শেম্লমই। হান্নগী ইন্টরিম সরকারগী চীফ মিনিষ্টর ওইরম্বা মহারাজ কুমার প্রিয়বর্ত্তবু অমুক হন্না হাপ্তুনা মতম খরা প্রজা শান্তিনা সরকার শেমদুনা মণিপুরগী এসেমব্লিগী শাসন তৌখি। মদুদা মণিপুর কৃষক সভাসু য়াওদুনা তখেল্লম্বম বোকুলনা ডিপুটি স্পিকর ওইখি। মীখল পাঙথোকখ্রবা মতুংদা মণিপুরগী রাজনীতিগী ফীবমদি য়াম্না হেন্না লুশিল্ল কখিরম্মী। ভারত সরকারগী পোলিসি মখাদা কংগ্রেসকী লিডর, হোম মিনিষ্টব সরদার পটেলনা ভারতকী নোংপোক চিদাইদা পুর্ব্বাচল প্রদেশ অমা শেম্নবা অকনবা শাফুগা লোয়ননা থবক চঙশিল্লকপদগী মণিপুরগী প্রজাশিংনা প্রতিবাদ লেপ্তুনা তৌনরক্লম্মী। সরকার পায়বা ঙমদ্রবা মণিপুর কংগ্রেসনা পুর্ব্বাচল প্রদেশ শেম্নবদি অদুগা অমুক ইলেক্সন তৌরবদি কংগ্রেসনা শোয়দনা মেজোরিটি ওইগনি হায়বগী থাজবদা পুর্ব্বাচল প্রদেশ শেম্বগী থবক অসী শাফু কন্না চঙশীল্লকখিবনি। মতম অদুদা চীংগী ঈরাঙদা

## সিপিআই মণিপুরগী ইতিহাস

মীশি-মীনা য়াওরকপদগী অমসুং মণিপুরগী রাজনীতিগী ফীবম য়েংশিন্নবা আসামগী গভর্নর সার হায়দর আলি থারকখিরম্মী। প্রজা সঙ্ঘ অমসুং কৃষক সভানা প্রজা মীয়ামগা লোয়নননা পুর্ব্বাচল প্রদেশ শেম্বগী মায়োক্তা মাঙজিন থানা থেংনখি।



# মণিপুরদা কম্যুনিষ্ট পার্টি লিংখৎপা

আসাম প্রদেশিক ওর্গনাইজিং কমিটি সি পি আই গী শোক ১৯৪৮ গী ফেব্রুয়ারী থাদা গৌহাটিদা ফমখিবা অনীশুবা কনফরেন্সতা হিজম ইরাবতনা কমরেড খরগা মণিপুরগী ডিলিগেট ওইনা য়াওরম্মী। আসামগী কন্‌ফরেন্স মতুংদা ভারত কম্যুনিষ্ট পার্টিগী অনীশুবা কংগেস কলিকটাগী অহমদ আলি পার্কতা, শোক ১৯৪৮ গী ফেব্রুয়ারী ২৮ দগী মার্চকী ৬ ফাওবা ফমখিবা মীফমদা হিজম ইরাবত, মণিপুরদা পার্টি লিংহৌদবদগী, আসাম প্রদেশিক ওর্গনাইজিং কমিটিগী ফুল ডিলিগেট (মীহূৎ) ওইনা যাওরম্মী। অসিগুম্লবা ভারত কম্যুনিষ্ট পার্টিগী অনীশুবা কংগ্রেস মতুংদগী ভারতকী রাজনীতিগী খোঙচৎতা অচৌবা অওনবা কয়া মথং মথং লাক্লম্মী। অনীশুবা কংগ্রেস অসিদা ফ্রেটর্নেল ডিলিগেট মরক্তা কম্যুনিষ্ট পার্টি ওফ বর্ম্মাগী প্রসিডেন্ট কমরেড তখেন থান তুনসু য়াওরম্মী। হিজম ইরাবতকসু উনদুনা রাজনীতিগী ওইবা বর্ম্মাগী অকূ প্লা ৱাফম কয়াসু খঙলকখি।

ভারত কম্যুনিষ্ট পার্টিগী অনীশুবা কংগ্রেসকী ৱারেপ অমসুং অনৌবা পোলিসি প্রোগ্রাম কয়া থবক ওইনা পাঙথোক্লবা হোৎনবা তারকপা, মদুগীদমক হেনফন্দনা আসাম প্রদেশিক ওর্গনাইজিং কমিটিগী মখাদা, মণিপুরদসু ডিষ্ট্রিক্ট ওর্গনাইজিং কমিটিগী থাক্তা পার্টি য়ুনিট অমা অথুবা মতমগী মনুংদা লিংখৎনবা হোৎনদবা য়াদবা মতাং ওইবক্লম্মী। ভারত অমসুং আসামগী কম্যুনিষ্ট লিডরশিংনা মণিপুরদা কম্যুনিষ্ট পার্টি লিংখৎলো হায়বসি য়াম্না তোয়না হায়রক্লিবনি। ছাত্র অমসুং নহারোলগী লুচিংবশিংদগীসু অকনবা শাফু পীরক্লিবনি লোয়ননা মতমদুদা ভারত অমসুং মণিপুবগী রাজনীতিগী ওইরক্লিবা ফীবমশিংগী মতুং ইন্না মীয়ামগী ওইবা অচৌবা আন্দোলন কয়াবু লমজিংনবা কম্যুনিষ্ট পার্টি হেনফন্দনা দরকার ওইরে হায়বসু খঙনরক্লমই।

# সিপিআই মণিপুরগী ইতিহাস

মতৌ অসুম্না নৈনবা য়াবা মখৈ কম্যুনিষ্ট মরক্তা নৈনরুরবা মতুংদা কম্যুনিষ্ট মেম্বরশিংগী ওইবা জেনেরেল বোডী মীটিং অমা ফম্নবগীদমক ফোর্মেল নোটিস থোক্তুনা ১৯৪৮, অগষ্ট ২৩ দা মণিপুরদা কম্যুনিষ্ট পার্টি লিংখৎখিরম্মী। জেনেরেল বোডি মীটিং অদুদা কমরেড তোঞ্জম বাম্নাসু আসামগী পার্টিনা ওর্গনাইজর ওইনা থারকপদগী য়াওরম্মী। নুমিৎ অসিদা ইম্ফাল সহরগী ময়ায়, কৈশামথোং হোদাম লৈরক্তা লৈবা তখেল্লম্বম ইবোতোম্বী (ময়াম্না ফোটো তোম্বী হায়না খঙনবা) গী য়ুমদা কম্যুনিষ্ট মেম্বর ২২ তিনখিবা, হিজম ইরাবতনা প্রসিদেন্ট ওইদুনা ফমখিবা জেনেরেল বোডি মীটিংনা *ডিষ্ট্রিক্ট ওর্গনাইজিং কমিটি* গী থাক্তা মেম্বর নিপান্না শাবা কমিটি অমা শেমখিরম্মী। কমিটি অদুগী সেক্রেটরী ওইনা তখেল্লম্বম বোকুলবু খনখি। মহাক্না ভারত কম্যুনিষ্ট পার্টিগী মণিপুর য়ুনিটকী অহানবা সেক্রেটরিনি।

অহানবা মণিপুরগী ডিষ্ট্রিক্ট ওর্গনাইজিং কমিটিগী মেম্বরশিংদি

১ কমরেড হিজম ইরাবত
২ কমরেড তখেল্লম্বম বোকুল
৩ কমরেড তখেল্লম্বম ইবোতোম্বী
৪ কমরেড লোংজম বীজয়
৫ কমরেড লাইশ্রম কহ্নাই
৬ কমরেড থোকচোম বড়সিং
৭ কমরেড তখেলময়ুম অমূশেলুং
৮ কমরেড তখেলম্বম ওঙবী যুবতী দেবী

নৌনা লিংখৎলবা পার্টি অসীগী মপুং ফারবা মেম্বর (ফুল মেম্বর) শোক ১৯৪৮, অগষ্ট তাং ২৩ ফাওবদা পূন্না ২৮ লৈরম্মী। হিজম ইরাবত অমসুং ছাত্র ফেডরেসনগী কর্মী অমসুং লিডরশিং মপানগী রাজ্যশিংদা মহৈ তম্বা চৎপদা মিং চনবশিং খরগী মিং ২৮ সিগী মনুংদা য়াওদ্রি। পার্টি মেম্বর ২৮ গী মিং মখাদা পীরি

| মেম্বরশিংগী মিং | লৈফম | মিংচনবগী তারিখ |
|---|---|---|
| ১। কমরেড ওইনাম ইবোমচা | তরেৎখুন | ২৬/১/৪৮ |
| ২। কমরেড লিকমাবম বাবু | তরেৎখুন | ২৬/১/৪৮ |
| ৩। কমরেড অবুজম নিল্লমনি | কৈবী খুল্লেন | ২৬/১/৪৮ |
| ৪। কমরেড থোকচোম বড়সিং | কৈশামফাৎ | ১/২/৪৮ |
| ৫। কমরেড ক্ষেত্রিময়ুম ইবোয়াইমা | কৈশামফাৎ | ১/২/৪৮ |
| ৬। কমরেড সোয়াম ছত্রধারী | পুলিস লেনদ | ১/২/৪৮ |
| ৭। কমরেড অথোকপম থবী | ৱাংখৈ নিংথেম পৃথ্রী মপান | ২/২/৪৮ |
| ৮। কমরেড অথোকপম জুবতী দেবী | ” | ২/২/৪৮ |
| ৯। কমরেড তখেল্লম্বম বোকুল | কৈশামফাৎ | ৩/২/৪৮ |
| ১০।কমরেড ঙাংবম নিল্লমনি | কৈশামফাৎ | ৩/২/৪৮ |
| ১১।কমরেড থোকচোম নিত্যাই | কৈশামফাৎ | ৩/২/৪৮ |
| ১২। কমরেড থোকচোম ইবেমপিশক | কৈশামফাৎ | ৩/২/৪৮ |
| ১৩। কমরেড কাংঙবম পারিজাৎ | কৈশামফাৎ | ৩/২/৪৮ |
| ১৪। কমরেড লাইশ্রম কহ্নাই | সেগা লম্বী | ৩/২/৪৮ |
| ১৫। কমরেড নোংমাইথেম বুধচন্দ্র | কৈশামফাৎ | ৩/২/৪৮ |
| ১৬। কমরেড লাইশ্রম নিংঙোল অগনি | কৈশামফাৎ | ৩/২/৪৮ |
| ১৭। কমরেড লাইশ্রম কেতুকী | কৈশামফাৎ | ৩/২/৪৮ |
| ১৮।কমরেড লোংজম বীজয় | কৈশামফাৎ | ৩/২/৪৮ |
| ১৯। কমরেড হিজম নিঙোল ইন্দুরেখা | কৈশামফাৎ | ৩/২/৪৮ |
| ২০। কমরেড লাইখুরাম খোগেন্দ্র | ৱাংখৈ | ৩/২/৪৮ |
| ২১। কমরেড হিনাম জুগোল | জন্মস্থান | ৩/২/৪৮ |
| ২২। কমরেড খাঙেনবম বীজয় | কৈশামফাৎ | ৪/২/৪৮ |
| ২৩। কমরেড তখেলময়ুম অমুশেলুং | খূরায কোংপান | ৪/২/৪৮ |
| ২৪। কমরেড সাইরেম নোবিন | অৱাং জিরি | ৮/২/৪৮ |
| ২৫। কমরেড নোংথোনবম ধর্ম্মো | কৈশামফাৎ | ৮/২/৪৮ |
| ২৬। কমরেড মাইবম চাউবা | ৱাংখৈ | ৮/২/৪৮ |
| ২৭। কমরেড ওক্রম ইবোমচা | খা জিরি | ৯/২/৪৮ |
| ২৮। কমরেড তখেল্লম্বম ইবোতোম্বী | হোদাম লৈরক | ৮/২/৪৮ |

ঈংকুমজা ১৯৪৮, আগষ্ট তাং ২৩ দা মণিপুরদা কম্যুনিষ্ট পার্টি মেম্বর ২৮ খক লৈরবা মতমদা লিংখৎখিবদুনা ডিসেম্বর থা লোইরকপা ফাওবদা অপুনবা মেম্বর মশীং ১১৫ শুরক্লম্মী। মীয়ামগী স্বার্থদা থবক নোম্বগী অমদি ৱাখলগী অচেৎপা মওং য়েংলগা মিং চনবা ওইবনা মেম্বরসিপ মশীংদি য়াম্না পাক চাউদে। অদুবু ছাত্র-নহারোল মরক্তা থোইদোক্লা লৌমী মরক্তদি শীংথানবা য়ানা সিমপেথাইজর লৈরম্মী। কম্যুনিষ্ট পার্টিসি হেক লিংখৎপা নুমিৎ ২৮ নি শুবদা *পুংদোঙবম ঘটনা* না মরম ওইদুনা হেনফদনা অন্ডরগ্রাউণ্ড চঙখ্রবা মতুংদা মেম্বর খরদি পার্টিদগী থাপথোকখিবা য়াওরম্মী। অদুগা সংগঠন অসী মরূ চঙনা, পাক চাউনা পুখৎনবা হোৎনরকপদা অরিবা, থবক তৌদ্রবা সরকারগী রিপ্রেসনবু কিদুনা নাথৈরবা মেম্বরশিং চেকশিন্না স্কুটিনি তৌরবা মতুংদা লৌথোক্লগা অনৌবা মেম্বর কয়া, মরূ ওইনা লৌমী মরক্তগী মথং-মথং লৌশিন্নম্মী। অনৌবা সিম্পেথাইজর মরক্তগী মশানা মিং চন্দুনা ওভরগ্রাউণ্ডদা লৈবা খুঙ্গং অমসুং সহরগী ছাত্র-নহারোল মরক্তগী কয়া অমসু লৌশীন্নম্মী।

পার্টি অসী নৌনা শেম্বা ওইবা অদুগীসু মথক্তা থা ফাদ্রিঙৈদা পুংদোঙবম ঘটনা থৌদোক্তগীদি নৌরিঙৈদা ময়োলদগী থুদেক্তুনা নমথহৌনবা মতমদুগী কেয়ার টেকর সরকারনা পায়খৎলকপা নমথহৌনবগী (রিপ্রেসনগী) থবক অমসুং থৌরাঙ কয়াবু কিনরকপদগী নাথৈদুনা লৈবসু য়াওখি। কম্যুনিষ্ট পার্টিদগী তপ্না তপ্না থাপ্তোক্লখিবসু লৈখি। অদুগীসু মথক্তা নৌনা শেম্বা ওইবনা, তেনখ্রবা মতমগী মনুংদা মপুং ফাবা, নিয়ম-নীতি নৈনহৌবা ঙমহৌদবা তাঞ্জাসু ওইখিরম্মী। অদুম ওইনমক অকনবা সরকারগী নমথনবগী খোঙজঙশিংবু অকিবা লৈতনা মায়রোঙ য়াদুনা, মীয়ামগী স্বার্থ ঙাক্লবগী ৱাখলগা লোয়ননা লৈহৌরিবা অয়াম্বা মেম্বরশিংদি পুংদোঙবম ঘটনা মতুংদগী হিজম ইরাবতকা লোয়ননা অণ্ডরগ্রাউণ্ডদা চঙদুনা মীয়াম মরক্তা পার্টি মেম্বরসিপ কেম্পেইন চঙশিন্নরম্মী। থোইদোক্লা খুঙ্গংগী লৌমী মরক্তা চঙদুনা লৌমীগী ইশু শাগৎতুনা, দাবী তৌদুনা আন্দোলন লড়াই শাগৎতুনা চঙশিন্নরম্মী। লোয়ননা পার্টিগী নিয়ম নীতি, চৎনে পাথাপ কয়া নৈনরম্মী। অসুম্না তেনখ্রবা মতমগী মনুংদা অন্ডরগ্রাউন্ডদা লৈনা লৈনা পার্টিগী মেম্বরসিপ কেম্পেইনগা লোয়ননা হান্নগী মেম্বরশিং স্কুটিনি তৌরগা ঈংকুমজা ১৯৪৮ সিমকী ওক্টোবর তাং ২৯ দা ইম্ফালগী তোপ্তা জেনেরেল

বোড়ি মীটিং ফমদুনা পার্টি অসি রি-ওর্গনাইজ তৌখি অমসুং থোকচোম বড়বু সেক্রেটরি খনখি।

নৌনা লিংখৎখিবা কম্যুনিষ্ট পার্টি অসি থা অনীরোমগী মনুংদা রি ওর্গনাইজ তৌরবা মতুংদগীদি কম্যুনিষ্টকী বাখল্লোন য়াওনা সংগঠনগী নিয়ম নীতি, মীয়ামগী স্বার্থদা থেংনবদা তৌগদবা, কাঙলুপকী অবাবা খুদোংথীবা ইশু অমদি থৌদোক বাথোক কয়া, কাঙলুপ্পুগী কম্যুনিষ্ট অমা ওইনা লমজিং লমতাক পীগদবা মওং, চেকশিন থৌরাঙ, মীয়ামগা করম্না লোয়নগদগে হায়বা, পৃথিবী পুম্বনা চুমই হায়না য়ানরবা, বৈজ্ঞানীক ওইরবা মার্ক্সিজম লেনিনজমগী প্রিন্সিপল মখাদা মমুৎ তানা নৈনবগী থবক চঙশীনবগা লোয়ননা সরকার অসিগী কম্যুনিষ্টপু নমথৎ-ফোয়দৎহৌনবা অকনবা রিপ্রেসিপ মিজরশিং মায়োক্নবা থৌরাঙ লৌখৎলম্মী। কম্যুনিষ্ট পার্টি হায়বসি লৌমী-শিন্মী, প্রজা মীয়ামগী আন্দোলনশিংদা মাঙজীন থাগদৌবা (ভেনগার্ড) পার্টিনি হায়না খঙহনবগা লোয়ননা মার্ক্সিজম লেনিনিজমগী বাখল্লোন অমদি লমজিং-লমতাক নৈনবগী থবকসু চৎথরম্মী। অদুগা মতমসিমক্তদা মণিপুর সরকারগী কম্যুনিষ্ট নমথনবগী শাফুসু নোংম-নোংমগী কনশিল্লকখি। মতৌ অসুম্না মণিপুরদা চঙশীল্লকপা লড়াইশিংদা কাঙলুপকী লড়াই (ক্লাস ষ্ট্রগল) গী মমি ময়েক শেংনা তারকপা হৌরকখিরম্মী। দেশ অসিদা লৈরিবা লৌমী শিন্মী অমদি শূ-নোম্নগা হিংজরিবা মীয়ামগী দাবী অমদি লড়াইশিং মথং মথং ওইনা কম্যুনিষ্ট পার্টিগী লমজিং মখাদা কনশিল্ল কপগা লোয়ননা কম্যুনিষ্টকী কাঙলুপকী ওইরবা য়েক্নবশিং মশক শেংবা হেল্লকখিরম্মী। চুম্নবা মার্ক্সকী থীয়রীনা পীরিবদু মণিপুরদসু পার্টিনা মওং চুম্না চঙশিল্লকপদগী অমদি ক্লাস ষ্ট্রগল (কাঙলূপকী লড়াই) তৌরকপদগী কাঙলুপ কাঙলূপকী য়েক্নবা মশক শেংনা খঙবা হেনগৎলকখি।

মতাং অসিদা ষ্টেট হায়বসি করিনো হায়বা য়েংবা চুমলে। *ষ্টেট হায়বসিদি পাম্লি পাম্লিবা কাঙলূপ (রুলিং ক্লাস) অদুনা অতোপ্পা কাঙলূপশিংবু নমথনবা পাঙ্গল অমদি খুৎলায় অদুবুনি* হায়না লেনিন্না হায়বম্বশিংদু পীক্লবা লৈবাক মণিপুবসু ময়েক শেংনা মমি তারকখিরম্মী। মীফা-মীপুন, অওৎ-অনৈ লেপ্তবগী মতীক কম্যুনিষ্ট পার্টিগী ওইবা, অণ্ডরগ্রাউণ্ডদা পায়খৎলকপা থবকশিংসু নোংম-নোংমাগী কনখৎপা হেনগৎখি। কম্যুনিষ্ট অমদি লৌমী-শিন্মী, ছাত্র-নহারোল কয়াবু মখল

কয়াগী আইনগী ধারাশিং পানশিন্দুনা , মরূ ওইনা লুট পাং তৌবা, মীহাৎ মীপুন তৌবা, হুরান চীন্থী তৌবা অমদি ষ্টেটকী মথন্তা লালহৌবনি, রাজ বিদ্রোহীনি হায়বগী চার্জদা কেস পানশিন্দুনা, বিচার তৌদনা জেলদা চহী কয়া নমশিন্দুনা থম্লকখি।

অসুম্না নাকল অমম্তনা নম্ফু শাসন তৌদুনা লেপ্পা লৈতনা মীওইবা অমদা চংফম থোকপা শাজং নম্তবা মওংদা নমথনবগী লৌখৎলকপা থবকশিং থেংনবা ঙম্নবা কম্যুনিষ্টশিংনসু মশা ঙাকথোক্লবগীতা নম্তনা খুঙ্গংগী প্রজাশিংবুসু কনবা ঙম্নবগীদমক মীয়ামগী ওইবা দাবী কয়াসু পুথোক্তুনা, মীয়ামগা খুৎশম্নদুনা লড়াই অমদি আন্দোলন কয়া লমজিংদুনা থেংনরকখি।

লৌমীনা লৌপুদা পীগদবা চপ চাবা লৌশান পরীদা ফৌপোৎ ১২ দগী হেন্না তমলোইদবনি হায়বা লৈনা লৈনা লৌপুনা হেন্না লৌবা য়ারোই। লৌপু মশানা লৌফমদগী নৎত্রগা লৌমীগী য়ুমদগী লৌজরগদবনি, থিনগৎপা ঙম্লোই, লৌ শৎপসু য়ারোইদবনি হায়বা দাবীশিংদা কম্যুনিষ্ট পার্টিনা লমজিংদুনা থেংনরকপদা লৌপু অমসুং পুলিস অমদি সরকারগী মেচিনারীশিং শীজিন্নদুনা হিংশাগী থবকশিং লৌমীগী মথক্তা চংথরকপদা মদুবু কন্নবা ঙাক্লবা অমদি মায়োক্লদুনা থেংননবা অথন্নবা থৌরাঙ, খুৎলায় পায়বা কম্যুনিষ্টকী ভলুন্টিয়ার *রেড গার্ড* অমদি *ভিলেজ মিলিসিয়ানচিংবা* লিংখৎপা তারকখি। মশক খঙলবা, কাঙলূপকী য়েক্লবা মায়োক্লনবা মণিপুর তম্পাক্কী মফম কয়াদা অপীকপা খূৎলায় শীজিন্নবগী অথন্নবা ট্রেনীং পীবা তারম্মী অমসুং পীরম্মী। থাংখাং অনীগী ওইবা ট্রেনীং সিষ্টেম হৌদোকখিরম্মী। মদুদি অহানবা *ট্রেনীং ফংলবা রেড গার্ড* শিংনা খুঙ্গং খুঙ্গংদা চৎ-চৎতুনা খুনজানা খুনশাবু ঙাকচনবগীদমক্তা *ভিলেজ গার্ডশিং* ট্রেনীং পীদুনা শেমগৎপদুনি।

পার্টিগী অন্ডরগ্রাউন্ড ওর্গনাইজেসনগী মনুংদা খুঙ্গং খুঙ্গংদা ভিলেজ ডিভলপমেন্ট কমিটি শেমগৎলি। পার্টিগী মাস বেজ ওইবা খুঙ্গংশিংদদি ভিলেজ কমিটিশিংসিগী থৌদাং ওহোক্না চাউখ্রে। মখোয়না অহীংদা ফাওবা মীথা (পালিনাইনা) তৌরগা রাউন্ড চৎতুনা হুরান চীন্থি, লুট পাং শগুন তৌবা কয়া ঙাকথোক্লবা হোৎনৈ। অহীংদা কোয়না রাউন্ড চৎতুনা খুঙ্গং ঙাক শেনবদুবু মতমদুগী মীয়াম্না *রোং চৎপা* হায়না খঙনৈ। অসিগুম্বা

ভলুন্টিয়রশিংনা অণ্ডরগ্রাউণ্ডদা লোংলীবা কমরেডশিংবু অহিংদা সিফাইশিংনা ফানবা থিবা লাকপদা মাঙজৌননা পাউ তাক্তুনা ফাহন্দবগী অচৌবা থৌদাঙ্গু লৌরিবনি। ভিলেজ দিভলপমেন্ট কমিটিশিংনা তৌগদবা থবকশিং, চংকদবা নিয়মশিং সাইক্লোষ্টাইল তৌরগা য়েষ্ণোকই। পার্টি মেম্বরশিংনা সেল কমিটি, খুলগী মীটিংদা নৈনৈ।

মতম অদুদা মণিপুরদা লৈহৌদবা ছাত্র অমসুং নহাবোলশিং, মরু ওইনা গৌহাটি, কলিকতা অমদি ভারতকী অতৈ রাজ্যশিংদা অরাংবা থাক্কী মহৈ তম্নরুবাশিংসু ছাত্র ফেডরেসন য়াওদুনা, ফেডরেসনগী খুৎথাঙদা কম্যুনিষ্ট পার্টিদা মিং চনখ্রবা কয়া মণিপুরদা থোক্লক্তুনা কম্যুনিষ্ট পার্টি অমুক হন্না রি ওর্গনাইজ তৌরকপা কান্দা মানা মানা হৈনবা, অঙম্বা থবকশিংদা থৌনা ফনা চোংশিন্দুনা অচৌবা থৌদাং লৌনরম্মী। খুঙ্গংগী লৌমী অমদি কৃষক সভাগী ওর্গনাইজেসন্না মপুং ওইবা পার্টিগী বেজ ওইরম্বগী মথক্তা নুপীশিংসু মণিপুর মহিলা সম্মেলনী মপাঙ্গল কনখৎহন্দুনা অচৌবা থৌদাং য়াহল্লখী অণ্ডরগ্রাউন্ড কর্ম্মীশিংবু ফানবা লাকপদা খুঙ্গংগী নুপী মীয়াম থোক্তুনা থিংবদা সিফায় উপাই লৈহন্দে। মসিসু ওষ্ণোক্লা চাউখ্রবা থৌদাংনি। মতৌ অসুম্না কম্যুনিষ্ট পার্টিনা মাগী ফ্রন্টেল ওর্গনাইজেসনশিংবু মপাঙ্গল কনখৎহন্দুনা মাগী মথক্তা সরকারনা অকনবা রিপ্রেসিব মিজর লৌকংলকপদা মায়োক্লনবা হোৎনরম্মী।

## পুংদোঙবম ঘটনা

ঈং কুমজা ১৯৪৮গী এসেমব্লি ইলেকসন মতুংদা মণিপুরগী রাজনীতিগী ফীবম য়াম্না লুশিল্লক্রম্মী। মরমদি বৃটিশনা ভারত থাদোকখিদুনা নীংতল্লবা মতমদুদা নিংথৌ পানবা ষ্টেট মচা মচা কযাগা বৃটিশকী মখাদা পুডা শাসন তৌদুনা লৈরম্বা বৃটিশ-ইন্দিয়া ষ্টেটশিংগা পুল্ল গা ষ্টেট মশীং ৬০২ দগী হেন্না লৈরম্বনি । নীং-তম্বা ভারতকী লৈঙাক শাসন অমা শেমলকপদা অপীক-অপীকপা ষ্টেট মচাশিং অমগা অমগা পুনশীন্নদুনা নংত্রগা মনাক নকপা অচৌবা ষ্টেট অমদা পুনশীনদুনা নংত্রগা অচৌবা ষ্টেটতগী খাইদোক্লগা মচা মচাশীং পুনশীন্নদুনা শেন্নগা, য়াম্মল্লিবা ষ্টেট মশীং হুহুহন্নবা ভারত সরকারনা থৌরাঙ লৌখৎলকখি। অসুম্না ভারত

পুম্বগী ওইনা লৌখৎলক্লিবা থৌশিল-থৌরাঙসিগী মখাদা অৱাং-নোংপোক থংবা চিদাইদা লৈবা রাজ্য মচাশিং হায়বদি ত্রিপুরা, মণিপুর, লুছাই-পহার অমসুং কাছার মরিসি পুল্লগা পুর্ব্বাচল প্রদেশ অমা ওইনা শেম্নবা থবক কন্না চঙশিল্লকখি। থৌরাঙ অসি অতৈ ষ্টেটশিংগা য়েংনবদা থোইদোক্লা তুং-শোংথনা লৈরিবা অৱাং-নোংপোক্কী ষ্টেট মচাশিংবু নমথনবা, পরম-পরাদগী লৈজরক্লবা মশা মশাগী শক্তম অমদি সিমানা মাঙহনখিনবা বেঙ্গলগী কংগ্রেস লুচিংবশিংনা য়াম্না কুইরবগী মমাঙগী নীংথিনা লৌতুনদুনা লাক্লবা ৱাফম ওইরম্মী। মসী মাঙজৌননা খঙনরবসু থিংনবগী থৌরাঙদি অমতা পায়খৎনরমদে। অদুনা মরম ওইদুনা শোক ১৯৪৮ গী মমৈ ওইরকপদদি থবক ওইনা পায়খৎনবা তৌরকপদগী অচৌবা প্রতিবাদ সভা অমা ফম্নবা হোৎনরকপনি। থৌরাঙ অসি হেক হৌরকপদগী হৌনা, কংগ্রেস নত্তবা প্রজা পুম্নমক্কদি ৱাফম অসিদা শুকয়া য়ানিংলমদে। অকনবা আন্দোলন, প্রতিবাদতি তৌনবা লৈনদে। মৱ্ন ওইনা হিজম ইরাবতনা লুচিংবা প্রজা সঙ্ঘ, কৃষক সভা, মখোয়গা মর্ট মান্ননা চৎমিন্নরিবা ছাত্র-ফেডরেসন, মণিপুর মহিলা সম্মেলনী সংস্থানশিংনদি য়ানিংদবগী মর্ট পীনদুনা লাকপনি।

সেপ্টেম্বর ৮দা ইন্দিয়ান নেসনেল কংগ্রেসকী ৱার্কিং কমিটিগী মীফম অমা সরদার পটেলনা চেয়ারমেন ওইদুনা পুর্ব্বাচল প্রদেশ শেম্বগী ৱাফম খন্নরকপদা মণিপুরগী কংগ্রেস পার্টিনা অয়াবা পীখিবদগী থবক ওইনা শোয়দনমক পাঙথোক্লবগী থৌরাঙ চঙশিল্লকখি। মণিপুর কংগ্রেস পার্টিদী পুর্ব্বাচল শেম্নবগী হান্নদগী প্লোট তৌদুনা লাক্লবনি। মরমদি ১৯৪৮ গী এসেমব্লি ইলেকসন্দা সরকার পায়বা ঙমদবা, মণিপুর মথন্তা অসুম লৈজরবদি সরকার পায়বা ঙম্লরোই লোয়ননা অতৈ পুমিন্নগদৌরিবা লমশিংসিদি হান্নদগী কংগ্রেস কন্না লৈজবনিনা পুর্ব্বাচল শেম্লবদি কংগ্রেসনা শোয়দনা সরকার পায়বা ঙমগনি খন্দুনা তৌরকখিবনি। মণিপুরগী সোসিয়েলিষ্ট পার্টিনদি মণিপুরবু আসামগী জীলা অমা ওইনা লৈহন্নবগী দাবী তৌরম্মী।

অসীগুম্নবা আসামদবু তিল্লে, পুর্ব্বাচলবু শেম্লে মণিপুরগী শক্তম কায়খিগদবগী ফীবমসি লাকপদা কম্যুনিষ্ট পার্টিনা লমজিংদুনা মপূংদা কৃষক সভা, প্রজা সঙ্ঘ অমদি ফ্রন্টেল ওর্গনাইজেসনশিংগা লোয়ননা মণিপুর কলহৌনবা থৌরাঙসি লৌখৎলকপনি। পীকচরবসু মণিপুর তোপ-তোপ্পা শক্তম, কলচর, লোন লৈজবনি। করিগুম্বা পুর্ব্বাচল প্রদেশ শেমখিবা তারবদি

# সিপিআই মণিপুরগী ইতিহাস

লোন ফাওনদবনা মরম ওইদুনা মণিপুরগী মীয়াম্না অবা-মায়োক্নরগনি, মপুং ফাবা স্টেট ওইনা তোঙান্না লৈবা পামই হায়বা ইরাবত অমসুং মাগী সংস্থানশিংনা দাবী তৌখি। মদুতসু নত্তনা মণিপুরগী ফম কয়াদা কৃষক সভা অমসুং প্রজা সঙ্ঘনা শীন্দুনা পাব্লিক মীটিং কয়া পাঙথোক্তুনা মীয়ামদা রাখল্লোন অসী ফাওহন্নবা হোৎনখি।

মতৌ অসুম্না মণিপুর শীনবা থুংনা মীটিং তৌদুনা মীয়ামবু শরূক য়াহন্নবা শীনকগা লোয়ননা মণিপুরগী কাচিন-কোয়া শীনথুংনা পুর্ব্বাচল শেম্ববু য়াদবগী ঈহৌ শাগৎলবা মতুংদা ১৯৪৮ গী সেপ্টেম্বর তাং ২১ দা প্রজা সঙ্ঘ অমসুং কৃষক সভানা পুর্ব্বাচল প্রদেশ শেম্বগী ময়োক্তা ইম্ফালদা অচৌবা প্রতিবাদ সভা অমা পাঙথোক্নবা শীল্লম্মী।

প্রতিবাদ সভা অদু ইম্ফালগী মপান কাঙজৈবুংদা তৌনবা পুলিস ডিপার্টমেন্টতগী অয়াবা লৌনবা দরখাস্থ থাবনি। অদুবু মণিপুর শীন-থুংনা তৌখিবা প্রতিবাদ মীটিংশিংদুগী শক্তমদু খঙবদগী অমদি মণিপুরগী প্রজা মীয়াম্না য়াদ্রে, মীয়াম হৌদুনা লাক্লগা লাক্ল-ফানবা ঙমদবা ফীবম অমা ওইরগনি খন্দুনা সরকারনা অয়াবা পীখিদে। মরম অদুনা এম ডি ইয়ু হোলদা তৌনবা শীনখি। এম ডি ইয়ু হোল অমসুং মাগী অকোয়বদুসু ফনা নীংথিনা মীয়াম তিনবা য়ানা চাউরিবা লমনি। য়ুম্লক্তা, মাগুপ্তা, হোলদা তৌবা মীটিংদি অথিংবা পীবা যাদে। মতমদুদা মণিপুরদা চৎনরল্লিবা এক্ট, আইন পুম্নমক আসাম অমসুং ভারত সরকারগী ওাক্তনি। আসাম মেন্টেনেন্স ওফ পাব্লিক ওর্ডর এক্ট ১৯৪৭ কী মখাদা পাব্লিক মীটিং, প্রোসেসন অমদি সংস্থানসিংগী অপূনবা মীফম্ ওপন সেসনগুম্বা মপান থোক্লা কাঙজৈবুং লমজাওনচিংবদা তৌবদা অথীংবা থম্বা ঙমহল্লি।

অসিগুম্বা প্রতিবাদ সভা অসী য়াম্না শান্তি-পুর্ন ওইবা মওংদা এম ডি ইয়ু হোলদা পাঙথোক্লবা থৌরাঙ তৌখিবনি। ছাত্র ফেডরেসন, মণিপুর মহিলা সম্মেলনীনসু মপুং ফানা মোবিলাইজ তৌবগা লোয়ননা মণিপুরগী প্রজা মীয়াম হুপ্না নূপী-নূপা, ছাত্র, অহল, নহা খাক্তনা মণিপুর মাঙখিবা তারে হায়বগী পুক্নীংদা অকিবা, অথুকপা অমগা লোয়ননা নুমিৎতুগী অয়ূক অঙনবদগী মণিপুরগী মীয়াম থৌরাঙ তৌনবা, লাঙনবা অদু সরকারগী ইন্টলিজেন্স ডিপার্টমেন্টনা মুন্না খঙখিরম্মী। মরম অদুনা

## সিপিআই মণিপুরগী ইতিহাস

মণিপুরগী ইন্টরিম সরকার অদুনা মিপাইরকখিবদগী মাঙজৌননা শরৌ শীন্দুনা পাঙথোকহন্দনবা হোৎনরকপগী মথক্তা খূদক খূদক্কী ওইবা থুগাইনবগী থবকসু লৌখখি। মণিপুরগী মায়কৈ কয়াদগী থম্মোয় শোক্লবা প্রজা মীয়ামনা এম ডি ইয়ু তম্না হাইগাৎনরকখিবনি। অদুবু থোইদোক হেন্দোকপা শক্তম অমনা অৱাং-নোংপোক চীথেংগী লৌমী প্রজা নহা-অহল খাক্তনা বেন্ড পার্টিগা লোয়ননা ফৈরোইজম কহাই মচানা লুচিংদুনা নোংঙদাদগী পূম্নগা ফৌজ অমা ওইনা হাইগৎলকখিবনি। পাউদুগী রিপোর্ট ফংলবদা মিপাইরদুনা প্রোসেসন্দু ইম্ফাল য়ৌরক্তিংদৈদা থুগাইহৌনবা খূৎলায় পায়বা পুলিস ফোর্স অমা থাদোরক্লম্মী। ও সি কে নারানবাবুনা পুলিস ফোর্স ট্রক অনীগা জীপ অমগদা লাক্লগা য়াম্না শান্তি ওইরবা মীয়ামগী সভা যাত্রাদা অথিংবা পীরকখি। মীয়ামদু থুগাইদুনা হলহনখিনবা লাঠি চার্জ তৌবতা নত্তনা নোংমৈ কাপলকখি। খূৎলায় পায়দবা প্রজা মীয়ামদা খূৎলায় পায়বা পুলিসনা নোংমৈ কাপ্লকপদা পুলিসকী নোংমৈ মরুনা পান্দুনা ও সি নারানবাবু মফমদুমক্তদা শিখি। পাউ অসি তাবদগী থৌদোক থোকফমদা অহেনবা পুলিস অমসুং মণিপুর রাইফলসকী ফোর্স থাজীন্দুনা য়াম্না কা-হেনবা, তমথিবা মওংদা, শা-ষনদা ফূবগুম্না ফূগায়দুনা মফম অদুদা লৈরম্বা মীয়াম্বু, নুপী-অঙাং খাক্তনা তানখায়রম্মী, ওৎ-নৈরম্মী অমসুং লুচিংবা অয়াম্বা. নহা অহল খাক্তনা থেংন-থেংনবা ফাগৎলম্মী।

পুংদোঙবমদা থোকখিবা ঘটনাগী পাউসি এম ডি ইয়ু হোলদা মীটিংগী পুংফম ঙাইদুনা লৈনরম্বা লিডরশিংদা তম্লখিরম্মী। পুলিসনা ফাবা লাক্লগানি হায়না অরোনবা পাউসু পীরমখি। মরম অদুনা থীজ্বা তৌদনা মফমদুদা লৈমিন্নরিবা লিডরশিংগা তানরগা মীটিং য়েথোক্লে হায়না লাউথোকখি। ফানবা থিরক্লগানি হায়দুনা ইরাবতনা কর্ম্মী পূম্নমক মফমসিদা লৈবা য়াররোই, চৎনরসি হায়না পাউতাক পীরম্লগা উৎলৌ হাও ইংখোলদা লৈবা লাইশ্রম গুনসিংগীদা চঙদুনা উৎলৌ সাবলগী কৈশাম কেলিগী ময়ুমদা থিলহনখি। লোইতম লুখোইনা মমশিল্পক্লবা মতমদা অৱাং জিবিদা থিনখিরম্মী। অসুম্না মথাঙ মথাঙ খোঙগুল লীবা ফংহন্দনা ইরাবত মাঙখি। ইরাবতকী ময়ুমদা সিফায় রাউন্ড তৌখিবগা লোয়ননা মাবু নুমিৎতুমক্তদা ফাহৌনবা প্রিয়বর্ত্তগী ইন্টরিম সরকার অদুনা অকনবা পাউতাক পীরবসু ইরাবতকী খোঙ্গুল লীবা ফংখিদে।

## সিপিআই মণিপুরগী ইতিহাস

ইরাবতকা লোয়নরম্বা কর্ম্মীশিং নুমিৎতুদগী আন্ডরগ্রাউন্ড চঙনখি। কৃষক সভাগী লুচিংবা কবিরাজ ওক্রম ইবোমচাগী ময়ুমদা নুমিত্তুগী নুমিদাংদা ফাবা লাকখি। মশাদি ফংখিদে। অরেবা রেকোর্ড থেংনবমখৈ ফাগৎখি। নুমিৎতুদগী কৃষক সভাগী লুচিংবা পুম্নমক ফানবা তান্নখি। অদুবু হান্না খঙনা লোৎখ্রবা মশক নাইবা, মরূ ওইবা লুচিংবশিংদি ফাবা ঙমখিদে।

পুংদোঙবম ঘটনা মতুংদগী হিজম ইরাবত অমসুং মহাক্কা লুচিংবা প্রজা সঙ্ঘ অমসুং কৃষক সভাগী রাজনীতিগী খোঙচত্তা অচৌবা অওনবা লাকখিরম্মী। নুমিৎ অদুদগী হৌনা ইরাবত মপুঙ্গী লোম্বা ফাওবা আন্ডরগ্রাউন্ডদা লেনখি। মফম ঈখঙ খঙহৌদনা থোকখিবা ঘটনা ওইবনা ইরাবত অমসুং মাগা লোয়নবা লুচিংবশিং থৌরাঙ অমতা তৌহৌদনা আন্ডরগ্রাউন্ড চঙখিদুনা মতম খরদি কমরেডশিংগী মরক্তা ঈ-পাউ ফাওনবা ঙমদবদগী খুদোংচাদবা কয়া লৈখি। তান্ন-তীক্লদুনা তৌগদবা থবক ঙাক্তা ওইখিবনা পূনশিন্নবা হোৎনবদা মতম খরা চঙখিরম্মী। অদুগীসু মথক্তা সরকারগী অকনবা রিপ্রেসনসু য়াম্না কনশিল্লকখিরম্মী। প্রজা সঙ্ঘ অমসুং কৃষক সভাগী কর্ম্মী কয়া ফাগৎখি। ফাবা ঙমহৌদবা কয়ানা মথক্তা ৱারেন্ট ইশু তৌদুনা ফানবা অকনবা সেক্সন পাল্লম্মী। অদুগা কৃষক সভা অমসুং প্রজা সঙ্ঘদি কম্যুনিষ্ট পার্টিগা লোয়নননা থবক তৌমিন্নদুনা লৈখি।

মসীগী মথা তারকপদি সরকারনা পাক শন্না অকনবা রিপ্রেসিব মিজর লৌখত্নুনা ফানবা হোৎনরকখি। কৃষক সভাগী কর্ম্মী ফানবগী নামাদা খুঙ্গংগী প্রজা মীয়াম পাক্তক্লা ওৎ-নৈবা, ফূবা-চৈবা হৌরকখি। মমিং লৈবা, মরূ ওইবা কর্ম্মীশিং ফানবা লাকপদা থেংনদ্রবদি য়ুমগী নুপী-অঙাংদা হৌনদবা মওঙদা ওৎ-নৈবসু হৌরকখি। কৃষক সভাগী মাস এরিয়াদদি নুপাগী জাৎ মখৈ থেংন থেংনবা ফু-চৈবা ওৎ-নৈবা হৌরকখি। থবক শূফম, চাফম তূমফম চৎফম খঙদ্রবা, লৈতাদ্রবা মীয়ামগী পুন্সী ওইরম্মী। মতাঙ অসী যৌরকপদদি অদুঙৈগী নুপী লান্দা অমদি মাংবা-শেংবা, য়ায়বেক শক্ত্রিগী মায়োক্তা লুচিংখিবী কয়ানা লুচিংদুনা নুপী মীয়াম হৌ-হৌদুনা পুলিসকা থেংনরম্মী। নুপী মীয়াম্না হৌদুনা থোরকপদগী পুলিসশিং উপাই লৈখিদে।

খুঙ্গংদা মীয়াম মমাঙদা ওৎ-নৈবগী থবকসি নুপী মীয়াম্না হৌদুনা থিংলকপদগী তোকখিদুনা মমৈথঙদদি মিলিটরী কেমপতা মমীং লৈবা

## সিপিআই মণিপুরগী ইতিহাস

কর্ম্মীশিং ফানবা হোৎনবদা সি আই ডি থমদুনা খঙনবা থিকগী মওঙদা চঙশীনখি। সরকারগী মীওৎ-মীনৈসিদগী খাঙবা ঙমদ্রবা কৃষক সভাগী কর্ম্মী খরদি সরেন্ডর ফাওবা তৌখিবা য়াওখি। অওৎ-অনৈ নংলবা মীওইশিং মদুমক্কা মশাগী অনাবা ওইদুনা মপুন্সী তেনখিবসু কয়ানি ।

মতৌ অসুম্না পুর্ব্বাচল প্রদেশ শেম্নবা থৌশিলগী মায়োক্তা প্রজা মীয়াম্না চোংথোক্তুনা মণিপুর মশাগী শক্তম কম্নবা হোৎনরমদ্রবদি মৈহৌরোন্দগী লৈজরকপা মশাগী লোন, সংস্কৃতি, চৎনবী, লমখৈ অমদি তোপতোপ্পা শক্তমশিং মাঙখিদুনা মণিপুর হায়বা লৈবাকসি পূমতোপ তোপ্পা অতোপ্পা শক্তম অমদা ওন্নহনগনি। তৌইগুম্বসুং থৌদোক-থাথোক অদুদা য়াওখিবা লৌমী নুপা নুপী, নহারোল অহল্লোন কয়াদি পূংদোঙবম ঘটনাগী হক্লবা চৈফৃগী দাগফম কয়াগা লোয়ননা মপুন্সী লোমখ্রবা অমসুং হৌজিক ফাওবদা হিংলিবদসু লায়না চেন্নবা ওইনবিবনি। থৌদোকসিগী য়াম্না মরূ ওইবা থাফম অমদি ঘটনা অসিদগী মণিপুরদা হেননা অকনবা শক্তি লৈরবা, মপাঙ্গল কল্লবা কম্যুনিষ্ট পার্টি অমা ওইহন্নক্রবগী অহানবা খোঙজঙ ওইরম্মী। হিজম ইরাবত অমসুং মাগা মট তিন্নদা লোয়নরকপা অহল্লোন অমসুং নহারোলগী লুচিংবা কর্ম্মী কয়া মথং মথং অন্ডরগ্রাউন্ড চঙখিরমই। মতৌ অসুম্না প্রতিবাদ সভাদি ফমখিদ্রে, পুলিসনা থুগাইখ্রে,মণিপুরগী শক্তসু কনজনীংবা মীওই কয়াদি অরাবা কয়া নম্বোনখি। অদুবু পুর্ব্বাচল প্রদেশতি শেমখিদ্রে। মণিপুরগী শক্তম কায়হন্দনা কলহৌরে। মতুংদসু অসীগুম্বা কয়াদা লমজিংনবা ঘটনাদুনা মৈ ঈক্লবা পার্টি অমসু থনমলে।

কম্যুনিষ্ট পার্টিগী মীৎয়েং মখাদা হিজম ইরাবত অমদি প্রজা সঙ্ঘ, কৃষক সভা, ছাত্র-নহারোলশিংনা পীকচরবসু মণিপুর অসী ভারতকী মনুংদা মপুং ফাবা রাজ্য অমা ওইনা লৈহনবা পাম্বদগী পুর্ব্বাচল প্রদেশ শেম্বগী থৌরাঙ পূম্নমক থেংনদুনা শেমহনখিদবনি।

*সেপ্টেম্বর ২১ গী পূংদোঙবম ঘটনা* হায়না ঙসিগী মীয়াম্না য়াম্না ঈকায় খুম্নবা উৎনবগা লোয়ননা খঙনরিবসি মণিপুরগী ইতাহাস ইরকপদা,মরূ ওইনা,মণিপুরদা কম্যুনিষ্ট ঈহৌগী রাজনীতি ইতিহাস ইরকপদা হুন্দোক্লম্বা য়াররোইদৌবা য়াম্না মরূ ওইখ্রবা অমদি মণিপুরদা পার্টি শাগৎলকখিবগী

তাক্কক অমনি। থৌদোক অসী মণিপুরগী অৱাং-নোংপোক চীংখৈগী লৌমী মীয়াম্মা তুংগী মীরোলশিংগীদমক্তা হনবা নাইদ্রবা খোঙফমগা লোয়ননা থৌনা ফনা চোংথোক্নুনা পরম-পরাদগী লৈরক্লবা শক্তম কাযহন্দনবগী থেংনখিবা, মতম পূম্বদা নীংশিংদুনতা লৈহৌরগদবা নুমিৎনি ।

## মণিপুর কৃষক সভা
## অমসুং প্রজা সঙ্ঘগী আপীল

পুংদোঙবম ঘটনা থোকখিবা নুমিৎ অসিমক্তদা হিজম ইরাবতনা নম্বোলদা থুংখিবগা মণিপুর কৃষক সভাগী ইম্মর্জেন্সী ৱার্কিং কমিটি মীটিং ফমদুনা ঘটনা থোকখিবদুগী মতাংদা প্রতিবাদ তৌবগী ৱারেপ অমা লৌখি। সেপ্টেম্বর ২১ দা এম ডি ইয়ু হোলদা পুর্ব্বাচল প্রদেশ শেম্বগী মায়োক্তা তৌগদবা প্রতিবাদ সভাদা যাওবনবগীদমক লাকখিবা অৱাং-নোংপোক চীংখৈগী লৌমী মীযাম্বু তমথিবা মওঙদা ওৎ-নৈদুনা, খূৎলায় পায়জদবা চুম্নগী পুর্ব্বাচল প্রদেশ শেম্বদা যাদে হায়বদু গনতান্ত্রিক ওইবা মওঙদা উৎনবা লাকচবা মীযাম্বু অথিংবা পীরুবা লোয়ননা নোংমৈ ফাওবা শীজিন্নদুনা অশোক-অপন অমদি অশিবা ফাওবা য়াওহনখিবা অদু সরকার অসিগী শৃপ্নম শাসনগী দায়ত্বনি। আইন্না যাবা, গনতান্ত্রিক ওইবা মওঙদা লাকপা মীয়াম্বু নমফন্দা থুগাযহনবা হোৎনখিবা পুলিসকী কা হেনবা থবকপু নিন্দা তৌবগী ৱারেপ লৌবগা লোযননা পুলিসকী হৈ-শিংজদবা, প্রজা মীয়াম্বু মী ওইনা উদবা,মিনুংশি য়াওদবা শাজৎতগী থোকখিবা অশোক-অপন, অশি-অনাবু মীচম প্রজাদা তাইশিন্দুনা ওৎ-নৈগনি হায়বা থবক্কা লোয়ননা কৃষক সভাগী লুচিংবশিংগী মথক্তা ৱারেন্ট ইশু তৌববুসু নিন্দা তৌখি। অসিগুম্বা মিনুংশি য়াওদবা,তমথিবা মওঙদা ওৎ-নৈবদগী থোকখিবা থৌদোকপু অচুম-অরান থিগৎনবা মীচঙ-মীখায নাইদবা ইনক্বারি কমিটি অমা শেম্নবা দাবীসু তৌখি। নুমিৎ অদুদা অৱাং-নোংপোক চীংখৈগী হায়নিঙাই লৈতবা মখৈ য়াম্লবা মীযামদুদা নত্তনা মদুগুম্না মণিপুরগী মায়কৈ খুদীংগী লাক্লখিবা প্রতিবাদ সভাগী খোঙচৎ অদুনা পুর্ব্বাচল প্রদেশ শেম্বদা য়াদে হায়বা তাকপনি। মরমদুনা ভারত সরকারনা পুর্ব্বাচল প্রদেশ শেম্নবগী চঙশিল্লক্লিবা থবক অদু খুদক্তগী লেপ্পনা মণিপুব প্রজা পুম্নমক্কী য়াইফবা

ওইগনি হায়বা দাবী তৌবগী য়্যারেপ লৌখি। অসিগুম্বা য়্যারেপশিং অসি ভারতকী প্রসিডেন্ট, প্রাইম মিনিষ্টর অমদি মণিপুরগী মহারাজদা থাখিরম্মী।

ঘটনা থোকখিবা নুমিৎ অসিমক্তদা মণিপুর ষ্টেট কাউন্সীল ফমদুনা, মণিপুর সরকারনা মণিপুর কৃষক সভা অমসুং মণিপর প্রজা সঙ্ঘবু আইন্না য়াদবা (অনলোফুল) ওর্গেনাইজেসন্নী হায়না নৌনা, খুদক্কী ওইনা শেম্বা মণিপুর *ষ্টেট ক্রিমিনেল্ল লো এমেন্ডমেন্ট এক্ট, ১৯৪৮*গী সেক্সন ১৬ কী মখাদা লাউথোক্লকখি। মীচঙ-মীখায় নাইদবা ইনক্কারী কমিসন অমা শেল্লগা থৌদোক অদুবু কুপ্পা থিজিনহনবগা লোয়ননা মণিপুরদা শান্তি পুরক্লবা, ফাজীন্দুনা জেলদা থল্লিবা মীচম প্রজাশিংবু থাদোকপিনবা হায়জবদু তাবিদনা ওইদবা প্রচার তৌদুনা কৃষক সভা অমসুং প্রজা সঙ্ঘবু মরী লৈনদবা চার্জ কয়া শীজিন্দুনা মীচম প্রজাশিংবু তমথিবা মওঙদা ওৎপি-নৈবিবগী থবক চৎথরকখি। মীচঙ-মীখায় নাইদনা তৌগদবা মতীক চাবা মীওইবু ইনক্কারী কমিসন হাপ্তুনা শেম্বগী মহুওা সরকার অদুনা সিঃ আইঃ ডিঃ গী মীওই অনী থাদুনা য়েংশিলহনখি। সিঃ আইঃ ডিঃ অনীগী রিপোর্টতা করিসু অচুম্বা পুথোকপা ঙমখিদে। কৃষক সভা অমসুং প্রজা সঙ্ঘদা মীহাৎপগী চার্জশিং তৌখি। চার্জশিং অদুগী মতীক চাবা প্রমান পীদুনা কনাবুসু দণ্ড পীবদি মতুংদসু ঙমখিদে।

পূংদোঙবম ঘটনাগী মরূ ওইবা কর্ম্মী অমসুং লুচিংবা কয়া অন্ডরগ্রাউন্ড চঙখ্রবা মতম অদুদা শ্রীএন, ইবোতোন কৌবা অমনা লুচিংদুনা পুখাউ এরিয়াগী মীওই ২১ না সহি তৌদুনা মণিপুরগী চীফ মিনিষ্টরদা দরখাস্থ অমা থাখিরম্মী। মদুগী মপূং ওইবা য়্যাফমদি মীয়াম্না মীখলদা ভোটনা খল্লবা এম এল এশিংবুদি ফানবা য়্যাবেন্ট ইশু তৌবিদনবা হায়জবনি। সরকারনা এম এল এশিংবু ফানবগী য়্যারেন্ট ইশু তৌখিবনা মরম ওইদুনা শোক ১৯৪৮ গী ওক্টোবব তাং ১৮ দা, মণিপুর লেজিসলেটিব এসেমব্লিগী অহানবা ফমগদৌরিবা মীফমদা মীয়াম্না খনজরবা মেম্বরশিংবু শুনা য়াওহন্দবা হাযবসি মণিপুর প্রজা পুম্নমক্কী লাইবক থীবনি হায়বসিনি। অদুবু সবকারনা থওইনা তাবিখিদে।

মথংদা চহীসিমক্কী সেপ্টেম্বর ২৪ দা মণিপুর প্রজা সঙ্ঘগী য়্যার্কিং কমিটি অমা অন্ডরগ্রাউন্ডদা ফমদুনা তাং ২১ দা ফম্বা মণিপুর ষ্টেট কাউন্সীল

অমগী মীফম্না হিজম ইরাবত অমসুং মাইমোম মধুমঙ্গলগী মথক্তা চার্জ তৌবগী রিপোর্ট অমা তাং ২২ গী মণিপুর ষ্টেট গেজেটতা ফোঙদোকখিবগী মরীদা খন্নদুনা রিপোর্ট লৌখি। রিপোর্টপু মখাদা পীরি।

*তাং ২২ সেপ্টেম্বরগী মণিপুর ষ্টেট গেজেটতা প্রকাশ তৌবা মণিপুর ষ্টেট কাউন্সীলনা হায়রিবা ঘটনা অসী মণিপুর প্রজা সঙ্ঘগা করিগুম্বা মরী অমত্তা লৈতে মদু ষ্টেট কাউন্সীলগী রিজোলুসনসু য়ারি। প্রজা সঙ্ঘগী সভাপতি শ্রীযুক্ত ইরাবত সিংহনা সভাপতি ওইবদি সভাগী উদেশ্য মতুং ইন্না চংবী অমত্তীনি, মাগী সভা নত্তে, মতুংগী অধিবেসন্দা অমনা সভাপতি ওইখিবা য়াই। শ্রীযুক্তা মাইমোম মধুমঙ্গলনা প্রজা সঙ্ঘগী সেক্রেটরি নত্তে। মরম অসিনা করি অমত্তা তৌজদবা মণিপুর প্রজা সঙ্ঘগী মথক্তা ষ্টেট কাউন্সীলনা মরম লৈতনা বে-আইনী ঘোষনা তৌবসি চুমদে লৌথোকপিয়ু হায়না শ্রীযুৎ মহারাজদা অমসুং চীফ মিনিষ্টরদা হায়জবা লেপ্পরে।*

*শ্রী বিজয়সিং*
*মীটিংগী সভাপতি*

মথক্কী শেংদোকপা রিপোর্ট অসীগী কান্নবদি করি অমত্তা ফংখিদে। কৃষক সভাগী জেনেরেল সেক্রেটরি ওইরিবা, কৃষক সভাগী কেণ্ডিডেট ওইনা লেপ্পুনা এম এল এসু ওইরিবা মধুমঙ্গলদি তাং ৩১ গী অয়ুক্তা ময়ুমদগী ফাখিবনি। বেন লৌথোকপা অমসুং ফাজিন্দুনা থল্লিবা বন্দিশিংবু থাদোক্লবা তৌবগী মহুত্তা মণিপুর প্রজা সঙ্ঘ অমসুং মণিপুর কৃষক সভাগী লিডরশিংগী মথক্তা ওইদবা শেমজিন-শাজিনবা চার্জ কয়া তৌদুনা ফানবা রিপোর্ট ইশু তৌরম্মী।

## মণিপুরগী অহানবা এসেমব্লিদা ইরাবতগী অরোইবা পাউজেল

অহানবা মণিপুর ষ্টেট লেজিসলেটিব এসেমব্লিগী অহানবা মীফম ১৯৪৮ ওক্টোবর ১৮ দা ফম্লম্মী। মণিপুরগী অহানবা মীখলদা মীয়ামগী ভোটনা খন্দুনা কারক্লবা এম এল এ হিজম ইরাবতপু এসেমব্লি মীফমদা

# সিপিআই মণিপুরগী ইতিহাস

য়াওবা য়াহনবীদুনা মীয়ামগী দাবী কয়া পুখৎপদা শরূক য়াহনবীমু হায়না মণিপুরগী মীয়াম মরক্তগী অপাম্বা কয়া ফোঙদোক্লরকখ্রবনি। অহবা ওইনা মণিপুরগী নিংথৌ অমসুং চীফ মিনিষ্টর ফাওবদা ব্রাকহনরকখ্রবনি। মদুফাওবদা তাবীদনা মহাক্কী মথক্তা থমখিবা ব্রারেন্ট লৌথোকখিদবনা ইরাবত খ্বাইদগী মরূইখ্রবা এসেমব্লি মীফম অদু য়াওবা ফংহনখিদে। মরম অদুমক্তা মহাক্তা মশাগী মখুৎমক্তা ইরগা মেম্বরশিংদা মহাক্তা নীংবা ফোংদোক্কে খঙখিবা ব্রারোলশিং অহবা চেরোল ওইনা চাইথোকখি।

*মাননীয় সভাপতি অমসুং পরিষদকী মেম্বর পুম্নমক!*

*নুমিৎ অসি মণিপুর প্রজানা কুইনা তাপ্লরুবা,খৌরাংনা ঙাইনরবা এসেমব্লিগী অহানবা মীটিংনি। মণিপুরগী চীং তমগী প্রজানা খঙ্গবা প্রতিনিধি পুম্নমক তিন্নদুনা খন্নরগা, মণিপুরগী য়াইফবা পুরক্লগা লৈবাক্কী লাইবক লেপ্পগী নুংঙাইরবা নুমিৎনি। নুমিৎ অসি মণিপুর ইতিহাসগী মতাং অমগী অহৌবা পুয়াদা লৈহৌরগদৌবা মণিপুর প্রজা পুম্নমক্কী নুংঙাইরবা নুমিৎনি। নুমিৎ অসিদা ইলেক্সন ফাওবা তৌখিদবা, মাওগী প্রতিনিধি অমত্তা য়াওদবা, ইলেক্সনদা কারবা কৃষক সভাগী মেম্বর জেলদা লৈবিবা অমসুং ব্রাবেন্ট য়াওদবা, মেম্বর শুনা ফমদবা অসিতদি নুংঙাইতে।*

*মণিপুর প্রজা অপূনবগী দাবী পূর্নদায়িত্বশীল শাসনদি কনষ্টিট্যুসন মেকিং কমিটি শেম্বদা মি পীযারসন্না মনীং তৌনা, তমগী প্রতিনিধি খনবোই খনদবোই, চীংগীনা মনীং তৌনা হাপতুনা কমিটি শেমখি। কমিটি অদুনা শেম্বনি হায়বা পীয়ারসন প্লান কনষ্টিট্যুসন এক্ট সীবুনি দায়িত্বশীল শাসন হায়রিবা। কনষ্টিট্যুসন অসিদি মণিপুর প্রজাগী অধিকার অমত্তা য়াওদ্রে। মসীগী ধারা খর শেমদোকপা অমসুং হাপচিনবা নত্তনা মণিপুর দায়ত্বশিল শাসন পুরক্লবগী উপাই লৈতে। পীয়ারসনগী অহীংগী মন্ত্রীশিংনা ইন্টরিম পুরিঙৈ মতম খরগী মনুংদা মণিপুরদা ফীরাল অমসুং টুপীগী সত্যগ্রহ, এম্যুজমেন্ট টেক্সকী সত্যগ্রহ, লৌ নীনবগী সত্যগ্রহ, দায়িত্বশীল শাসন অমসুং পাসপোর্ট লৌথোকপগী সত্যগ্রহ, ক্ষতিপুরোনগী সত্যগ্রহ হৌজ কয়া থোকখ্রে। মণিপুরগী মখা মায়কৈগী মিজো অমসুং অৱাং মায়কৈদগী মাওগী আন্দোলনদা মাওগী লিডর মিঃ ডাইহো ফাবগী হাক্তক্তা পুলিসকী গুলীদা মী অহুম শিবা, অতৈ অতৈ শোকপগী মবমদা কোহিমা নাগা নেসনেল*

*কাউন্সীলগী সেক্রেটারিনা অসাম ত্রিবুনদা ইণ্ড্রিবসি যুগ্ম অসিগী লংদাইদা মণিপুরগী লুরবা রাফম অমনি।*

*কৃষক বিরোধি খরগী থৌইনশিন্না কৃষক সভাগী মথক্তা দরখাস্ত থাহনবা, খৎনবা হৌহনবা, ঈংনা তপ্না লৈজবা কৃষক সভাবু বে-আইনী তৌবা পুংদোঙবম ঘটনা নিরপেক্ষ তদন্ত কমিটি শেমদুনা দাবী হন্না হন্না তৌবদসু থৌরাঙ তৌদে।*

*মশীং লাকপা ঙমদবা লৌমী প্রজাবু ফাজিন্দুনা বিচার ইতৌ তৌদনা জেলদা থম্বা, ফারবা লৌমীশিংবু নুংশি হৈতবগা লোয়ননা ফুদুনা অহীং অমা ঈশিং তীংদুনা থম্বা, খুৎলায় পায়দবা মীদা চার্জ তৌবা, গুলী কাপ্পা, গনতন্ত্র বিরোধি ওইবা থবক তৌদুনা ফেসিষ্ট নীতি লৌদুনা পুলিস রাজ শেম্মীবা, লৈবাক্কী শান্তি ওইদনবা থৌরাঙ তৌরি। লৈবাক্কী সেবা, লৈবাক্তা খন্দুনা কারবা মেম্বরশিংনা থুনা রাফম পুম্নমক এসেমব্লিদা পুথোকপীদুনা লৈবাক্কী শান্তি পুবরক্ত্বা, অপুনবা সনা লৈবাক শেন্নবা তৌবীগনি। এসেমব্লিগী অহানবা মীটিংগী অহানবা তৌগদৌবদি এসেমব্লিগী নিয়ম কানুন পাস তৌরনি। কনষ্টিটুসন এক্ট মতুং ইন্না এসেমব্লিনা নিয়ম কানুন শেমগদৌবনি। হান্না শেম্বা অবৈবা অমা হেক্তা লৌবীগনু। কনষ্টিটুসন্না হোবনিনা চানদবা য়াই, অকায়বা, অপনবা লাককদরা হায়না চিংনৈ।*

*মথংদা মন্ত্রী সভা শেম্বনি। মেজোরিটি পার্টিগী লিডরনা মন্ত্রী সভা শেম্বদি এক্তিতা য়াওদ্রবনিনা খনগদৌবনি। ঐনা মেম্বর পুম্নমক্তা হায়জরি মন্ত্রী খনবা অসি য়াম্না লুখ্রবনি। মসিদা শোয়রবদি মেম্বরসিংনা অমসুং লৈবাক্তা নীংবা থবক অমত্তা থোক্ররোই হায়বা য়াই। মরম অসিনা দলগী মী থিবিগনু, লমচৎ ফজবা, হৌখিবদা তৌখিবা থবক অসিনচিংবা যেংলগা মতীক চাবা মীবু খনবীয়ু। পুম্নমক অসীগা লোয়ননা মণিপুরগী অর্থনীতিদা চাওখৎনবা, খনিনচিংবা চাওখৎনবা শোখদুনা লৈবা শিক্ষা চাওখৎনবা নিংথীনা প্লান শেম্নবা, জাতি খুদীং মশা চাওখৎপা ঙম্নবা হোৎনবগী অধিকার লৈবা, মণিপুরগী মীশিংগী অয়াম্বা ওইরবা লায়রবা লৌমীশিংনা মীওইনা হিংদুনা লৈবা ঙম্নবা লৌগী খাজনা হম্বা, লৌ লৈতবা মীদা লৌ পীনবা থৌরাঙ, লৌউবশিংগী খুদোংচাদবা কোক্লবা নিংথীনা আইন শেম্বীদুনা*

# সিপিআই মণিপুরগী ইতিহাস

*মণিপুরবু চীং তমগী প্রজা লিংজেল মান্নবা লৈবা, অপুনবা সনা লৈবাক শেম্নবগী আশা থমজরি। অসিনা ঙসিগী ঐনা হায়জগদৌবা অরোইবা ওইজগে।*

*হিজম ইরাবত সিংহ*
*এমঃ এলঃ এঃ*
*তাং ১৭ / ১০ / ১৯৪৮ ইং*

অসুম্মা মীখলদা মীয়ামগী ভোটনা খন্দুনা থাগৎলক্লবা মীয়ামগীদমক থেংনদুনা লাকখিবা এম এল এ ওইরবা হিজম ইবাবত মতমদুগী সরকারনা মহাক্কী মথক্তা থমখিবা ৱারেন্ট লৌথোকউ য়াখিদবদগী এসেমব্লিগী মীফম অদুম্মক য়াওখিদ্রে। ইরাবতপু য়াদবা কয়ানসু মহাকপু য়াওহন্দনবা য়াম্না কন্না হোৎনখি। মীয়ামগীদমক কখোকখিবা মীয়ামগী ভোটনা থাগৎলক্লবা লুচিংবা অমা বিধান সভাদা মহাক্কী মফম পীবীখিদ্রে।

## উৎলৌ বাই-ইলেক্সন

ঈংকুমজা ১৯৪৯ মার্চ ৪ মণিপুব বিধান সভাগী ১৯লক শুবা মীফমদা হিজম ইরাবতনা নুমিৎ ৬০ নি লীশাংশিৎনা এসেমব্লি ফমবা য়াওরকত্রে হায়বগী পাউ স্পিকরনা লাউথোক্লকখি। এসেমব্লিগী সব রুল (৫)গী রুল ৯৪ গী মতুংইন্না ইরাবতনা কারকখিবা উৎলৌ বিধান সভা কেন্দ্র হাঙলে হায়না লাউথোকপগা লোয়ননা অনৌবা মীহুৎ অমা মীখল তৌদুনা খন্নবা চহীদুগী জুলাই ২২ দা মহারাজ বোধচন্দ্রনা লাউথোকখি। লাউথোকখিবা মতুং থা ৩ লৈরগা সেপ্টেম্বব ১৯ অমসুং ২০ দা মীখল পাঙথোকখি। বাই-ইলেক্সন অদুগী মীবেপ ওইনা চঙাঙগৈদগী খুমুকচম কুবেরবু থাগৎখি। মহাক মণিপুব কৃষক সভা অমসুং কম্যুনিষ্ট পার্টিগী মেম্বর ওইজরবসু মতমদুগী ওইরিবা বাজনীতিগী মওং য়েংদুনা বাই-ইলেক্সন্দুদা ইন্ডিপেন্ডেন্ট মীরেপ ওইনা থেংনহনখিবনি। মরমদি কম্যুনিষ্ট পার্টি অমসুং কৃষক সভাদি মতমদুদা বেআইনী ওইখিবনা ফোংনা লেপ্পা য়াখিদবনি। মদু ওইদুনসু কুবেরবু কম্যুনিষ্ট মীবেপনি হায়না অদুম্মক লৌনরম্মী।

ছাত্র ফেডরেসনগী মরুওইবা লুচিংবশিং, ছাত্রগী ভোলুন্টিয়রশিং থাজিন্দুনা ইলেক্সন কেমপেইন তৌরম্মী। মানা খ্বাইদগী মশীং হেন্না ফংদুনা কারে হায়না লাউথোকখি। কুবেরনা উৎলৌ বাই-ইলেক্সনদা কারে হায়না লাউথোকপা মতমদুদা অন্ডরগ্রাউন্ডদা লৈখ্রবা হিজম ইরাবত অমসুং কম্যুনিষ্ট পার্টি অমদি কৃষক সভাগী কর্ম্মীশিং থোইদোক্না নুংঙাইবা অমসুং হরাওবা পোকখি। মতাং অদুদা মতমদুগী চীফ মিনিষ্টর মহারাজ কুমার প্রিয়বর্ত্তনা অসুমনা ফোঙদোকখি

*In the by-election though the parties did not send up candidates openly, they were active. Kuber Singh aged about 20 years of communist leaning polled in highest*

*Sd/-*
*PB Singh*
*Chief Minister, Manipur*
*dated 27 - 9 - 49*

মতৌ অসুন্না বাই-ইলেক্সনদা খুমুকচম কুবের, চাঙাঙগৈদা লৈবনা কাদুনা কম্যুনিষ্ট পার্টিগী লুচিংবা ইবাবতনা কারম্বা লেমজনফম ওইরবা উৎলৌ কেন্দ্রগী সিট কনবা ঙম্বদ নত্তনা পার্টিগী ইজ্জৎ চপ চানা ঙাকপা ঙমখি। মীরেপ ৬ না লাম্বা তৌনখিবা মীখল অদুদা কম্যুনিষ্ট কুবেরবু ভোট খ্বাইদগী হেন্না পীদুনা থাগৎলকখিবা অদুনা কম্যুনিষ্ট লুচিংবা ইরাবতপু মীযাম্না যারি হাযবদু তাকখি।

ভোট হেক কাবগা থীঙ্বা তৌদনা কুবের অন্ডরগ্রাউন্ডদা চঙদুনা পার্টিগী থৌদাং চপচানা যাখি। কম্যুনিষ্ট লুচিংবা ইরাবতনা কাখিবা মহাকপু ফমহনখিদবা এসেমব্লিগী সিট অদু কন্দুনা থম্নবা অমদি অতোপ্পা অমত্তদা ফমহল্লোই হাযবা পার্টিগী ফিবেপ ৱাশক অমসুং ৱারেপ ঙাকখি। ঈহান হানবা মীফমদগী থাখিবা ইরাবতকী চৌকী অদু এসেমব্লিগী মপুঙ্গী লোইবা ফাওবা হাঙদুনা অদুম লৈহনখি।

## কম্যুনিষ্ট পার্টিদা
## ক্রিটিসিজম অমসুং সেল্ফ-ক্রিটিসিজম

ঈং ১৯৪৯ ফাওবগী মনুংদা কম্যুনিষ্ট পার্টি অসী য়াম্না পাকথোক চাউথোক্লা মরাচেংপা কেডর ঙাক্তা ওইহল্লক্লবা মতমদদি থেঙথনা পার্টি লিংখৎলুবগী খুদোংচাদবা কয়া থেংনরকপদু ময়েক শেংনা উনরকখি। মতমসিদা নৌহৌনা আসাম প্রোভিন্সিয়েল ওর্গনাইজিং কমিটিগীসু লুচিংবা অমা ওইরিবা ইরাবতকী মথক্তা ক্রিটিসিজম অমা থারকখিরম্মী। মমাঙদৈদা থবক তৌমিন্নরম্বা কয়া পার্টিদগী থাপথোকখিবা, মদু পার্টিগী নিয়ম নীতি, থকসী খাসী তম্বীহৌবা ঙমদবগী, মার্ক্সিজম-লেনিনিজমদা চপচানা মবয়মুন্না মরা চেৎনা লৈহলহৌদবগী অশোয়বশিংনি হায়বদু পুথোকনবকখি।

মরম অদুনা য়াম্না থেঙথনা লিংখৎখিবগী মতাঙদা অণ্ডরগ্রাউণ্ডদা লৈবা কম্যুনিষ্ট কর্ম্মীশিংনা মীফম কয়ারক্তা পুথোক্তুনা নৈনখি। মদুদগী থেংনরকপা অশোয়বা কয়া অদুবু চুমথোক্লদুনা, মদুনা পাবা অমা ওইনা লৈহৌনবা, অচুম্বা লম্বেল ফংনবা থিদোক্লবনি। মরী লৈনবা লিডরশিংগী মনুংদা ক্রিটিসিজম অমসুং সেল্ফ-ক্রিটিসিজম তৌনরমই। মরমদি ক্রিটিসিজম অমসুং সেল্ফ-ক্রিটিসিজম হায়বসি কম্যুনিষ্ট পার্টি মনুংদদি খ্বাইদগী মরু ওইবা নীতি অমনি। মসীগী মতেংতনা কম্যুনিষ্ট পার্টিনা হীরম কয়াদা অরানবা কয়া তৌনখ্রবসু মদুবু চুমথোক্লদুনা অচুম্বা লম্বীদা থৌনা ফনা চঙশিন্নবগী খুদোংচাবা ফংবা ঙমহল্লিবনি। শন্না হায়রবদা পার্টি মনুংদা ক্রিটিসিজম অমসুং সেল্ফ-ক্রিটিসিজমগী নীতি মখাদা পার্টিনা অরানবা, অশোয়বা লম্বীদা চৎলুবা য়াওখ্রবসু মদুবু মতাং চানা চুমথোক্লবা মতমদা কান্নবা ফংখিবগী খুদম কয়া কম্যুনিষ্ট পার্টিগী আন্দোলনগী ইতিহাসতা তত্তনা য়াওরিবনি। ক্রিটিসিজম অমসুং সেল্ফ-ক্রিটিসিজম হায়বসি অমনা অমদা চৈবা, ব্বারকপা ঈকায়বা পীবা ওইনা লৌনদে। মানা মানা তৌখিবা, পাঙথোকখিবা নৎত্রগা পাঙথোকপা ঙমখিদবা নৎত্রগা অশোয়বা য়াওখিবা কয়া পার্টিগী মরী লৈনবা কমিটিগী মীফমদা পুথোক্লদুনা অচুম-অরান নৈনবা অদুতনা কম্যুনিষ্ট পার্টিবু খুমাঙ চাওশিনবা, শক্তি লৈরবা পার্টি অমা ওইহল্লিবনি। অসী হায় হায়দুনসু মরী লৈনবা মীফমদা পুথোকপা অমদি নৈনবা নত্তনা লনাই ওইনা, অতোপ্পা মফমদা, অতোপ্পা মীওইদা পার্টি মেম্বর অমগী মরমদা ঙাঙবদি য়াদে।

# সিপিআই মণিপুরগী ইতিহাস

কম্যুনিষ্ট পার্টিনা মাগী ওর্গেনাইজেসনবু য়াম্না শক্তি লৈনা, পাক শন্না শাগৎলকপদা মাস ফ্রন্ট কয়াগী মতেং তঙায়ফদে। মণিপুরগী ওইনদি কম্যুনিষ্ট পার্টিনা মাস ফ্রন্ট নৌনা শাগৎনবা হোৎনবগী দরকার ওইরমদে। মরমদি পার্টি লিংখৎত্রিঙৈদগী মাস ফ্রন্ট কয়া হান্নদগী শাগগুনা লৈনখ্রবনি। পার্টি লিংখৎপদা মতম খরা থেঙথজখ্রবসু হান্নদগী মরা চেৎপা ওর্গেনাইজেসন ওইনা লৈখ্রবা মাস ফ্রন্টশিংদি মণিপুর কৃষক সভা, মণিপুর প্রজা সঙ্ঘ, মণিপুর ছাত্র ফেডরেসন, মণিপুর মহিলা সম্মেলনী অসিগুম্বা সংস্থানশিং অসিনচিংবনি। সংস্থানশিং অসিনা কম্যুনিষ্ট পার্টিগী কায়দোংবম ওইনা মরা চেৎনা লৈরকখিবা মরমনা পার্টিনা অগুরগ্রউগু তাজরবসু পার্টি শাগৎলকপদা কেডর ব্রাৎপগী খুদোংচাদবা লৈরমদে। মরম অসিদগী কম্যুনিষ্ট পার্টিবু মপূং ফানা, শক্তি লৈনা মতম খরগী মনুংদা শাগৎপা ঙমখিবনি। মাস ফ্রন্টশিংগী মপাঙ্গল কলহন্নবতনা পার্টিগী মপাঙ্গল কলহল্লি হায়বসি থবক ওইনা উৎখ্রবনি।

কম্যুনিষ্টশিংনা মশা মশাগী শোয়খিবা অমসুং লানখিবা কয়াদা অমগা অমগা শেংদোক্লনবা খুৎলায, ক্রিটিসিজম অমসুং সেল্ফ-ক্রিটিসিজমবু মতম পূন্নমক্তা শাগোন্নদুনা চৎমিন্নে। খুদম ওইনা হিজম ইবাবতনা কম্যুনিষ্ট পার্টিগী খ্বাইদগী ব্রাংবা কমিটি ওইরিবা ডিষ্ট্রিক্ট ওর্গনাইজিং কমিটি (ডি ও সি) গী খুৎথাঙদগী পীক্লবা পার্টিগী সেল কমিটি ফাওবদা মহাক্লা পীখিবা সেল্ফ-ক্রিটিসিজম্না মণিপুবদা কম্যুনিষ্ট পার্টি শাগৎপদা থৌনা হাপখিরম্মী।

মণিপুরদা পার্টিবু মতম থেঙথনা লিংখৎখিবগী মতংদা, মাঙজৌননা শাগৎহৌদবগী অশোয়বা কয়া উনবক্তুনা ক্রিটিসিজম তৌনরকপদগী ডিষ্ট্রিক্ট ওর্গনাইজিং কমিটি মীফমদা ইরাবতনা পীখিবা সেল্ফ-ক্রিটিসিজমগী অকূপ্পা মরোনশিং য়াওনা ডি ও সি গী সার্কুলর নং ৮ তাং ১০/১০/৮৯ ঈংদা পার্টি ওর্গনাইজেসনগী মতাংদা ফোঙদোকখিবনি।

## ইরাবতকী সেল্ফ-ক্রিটিসিজম

*ডিষ্ট্রিক্ট ওর্গনাইজিং কমিটি ডি ও সি গী থবক কয়া পাঙথোকপা ঙমহৌদবা, পার্টিনা মাঙদা চৎখৎপা ঙমহৌদবা অসিগীদমক মরু ওইনা ঐহাক্লা দায়িনি। ঐ পার্টি অসিনা লায়রবা প্রজা মীয়ামগী মুক্তিগী লম্বেল*

তাকই অমসুং লুচিংই হায়না থাজবদগী হেন্না মনুংগী অকুপ্পা মরোল খণ্ডলমদে। পার্টি অসিদি পৃথিবী পুম্বগীনি (ইন্টরনেসনেলনি) হায়বসি ঐ খণ্ডলমদে। পার্টিগী নীতি অসী পৃথিবীগী মফম পুম্নমক্কী চপ মান্নগদৌবনি, হোংফদে হায়বসি ঐ থাজরমদে। অদুনা আসাম প্রোভিন্সিয়েল কমিটিনা ফনা কন্না ঐঙোন্দা তাক্কুনসু মণিপুরগী অবস্থাদি মতা অমনি, মখোয়না খঙবা পোৎ নত্তে হায়না ঐনা থোকপা অমা তৌদুনা লাকপনি।

মীয়ামগী মনুংদা কাঙবু কাঙবু লৈ হায়বসি ঐহাক খণ্ডলমদে। ঐখোয়গী বিপ্লব অসি কাঙবু অমগা থেংনবনি (ক্লাস ৱার নি) হায়বসি ঐ শূকখণ্ড খণ্ডলমদে। কনাগুম্বনা হায়রবসু থাজরমদে। লৌমীগী মনুংদসু লৌমীবু ওৎপা কাঙবু অমা লৈরি হায়বসি ঐ শূপ্পমক থাজবমদে।

ক্রিটিসিজম হায়বসি করিনো হায়বা ঐ খণ্ডলমদে। ক্রিটিসিজমনা চাওখৎপগী খুৎলায়নি হায়বসি চীন্দদি হায় অদুবু পুক্নীংদা চপ চানদি থাজরমদে, অদুনা মণিপুরদা হৌদোক্কদৌবা য়াম্না কিরম্মী। মণিপুবদদি শূকয়া য়ারোই হায়নসু থাজরমই। প্রজা মীয়াম হায়বসিগী ৱাখলদা ঐখোয়না শাগৎকদৌবনি হায়বসি ঐ খণ্ডলমদে। অদুনা পার্টি শারমদবদি ময়াম্না য়ানদ্রি হায়দুনা লৈরম্বনি।

অদুনা অনৌবা ওয়াক্রিবা অবস্থা অসিদা ঐগী নীতি অসি শোয়রে, মাঙ্দা চৎখৎপা য়াদ্রে হায়বসি ইশানা খণ্ডই অদুবু ইথন্তগী ৱাখলনা পুখৎপা য়াগনি হায়না কন্না থাজবদগী কনা অমত্তনা ঙাঙবা তাদনা লাকপনি। অদুনা মশানা তাবা অবস্থা হেক হেক ওয়াকপদা তৌফম খণ্ডদুনা পুক্নীং লেপ্পা ঙমলক্তে। ঙকচানবা য়াম্না য়াওরে।

ক্রিটিসিজমগী কান্নবা মশক খণ্ডদবদগী পিঃ সিঃ না মচা তানা, ময়েক লানা নীংথিনা তা ক্লিবা ক্রিটিসিজম অদুবু ঐনা ঐবু চৈরিবনি হায়না লৌখি। ক্রিটিসিজম নত্তে, ঐ হৌজিক অঙাং মচাদৌনা পিঃ সিঃ দগী রাজনীতি তমদুনা লৈবা শংদ্রে অসিনচিংবা পার্টিদা হায়হৈদবা ৱা কয়ামুকসু হায়খি।

ঐবু লাক্লে হায়রিবা কাঙবু অসি ঐগী থবক্কা ফগাৎলকপা কান্দা তুমিন্না লৈজখিগনি হায়না থাজরমই। ঐনা চৎলিবা লম্বী অসিদা ফুগাৎপা

## সিপিআই মণিপুরগী ইতিহাস

*য়ারোই হায়বসি জ্ঞান শুকতামক তাখিদে। ঐনা চৎলিবা লম্বী অদু লাল্লে, অমাঙবা ওইরগনি হায়না পাউতাক পীখিবা কাঙবুবু ঐবু হল্লিবনি হায়না লৌখি। নীতি কায়না, ডিসিপ্লিন কায়না, কন্সটিটুসন কায়না চৎপা কাঙবুবুসু লৈবাক্কী ফন্নবা তৌবা কাঙবুনি, ঐনা হায়রবদি শোয়দনা জ্ঞান তারকনি অমসুং পার্টি মনুংদা নাক তারকইবা অসিদা ঐদি ময়ায়দা লৈগদবনি (নিউট্রেল) অমসুং ঐনা থবক্লা ফরকপগা লোয়ননা পুল্লগনি হায়বসি কন্না থাজরমই। মসিদগী খোকখিবা ঙাক্তনি।* ***ঐনা তৌরিবা অসিদি লম্বী য়াম্না লাল্লে, ঐ মাঙবা তারে*** *হায়না জ্ঞান তারকপা অসি যুগোস্লোভকী পৃথিবী ফাওরবা নেতা টিটোবু পার্টিদগী তাত্থোকখিবা অমসুং মদুগী ইতিহাস পারুবদগীনি। ঐনা তৌরিবসি চপ চানা টিটোগী নীতি শান্নরমলে হায়বসি হৌজিক্তা জ্ঞান তারে। হৌজিক ঐনা পার্টিদা হায়জগদৌবদি ঐনা ইরন্নাই করিগুম্বা মতলব অমত্তা লৈদুনা তৌরুবা নত্তে, ঐনা চুম্না খঙদবদগী তৌখিবনি। ঙসিদি ক্রিটিসিজম হায়বসিনা ঐখোযগী হিংনফমনি হায়বসি ঐ চপ চানা থাজবে। কনাগুম্বা কমরেডশিংনা হৌজিক ফাওবা ঐবু চিংনবিবা লৈবমলবদি ঐনা য়াম্না অরাবা ওইগনি। মার্ক্সিজম-লেনিনিজমগী মত্তুবা লম্বী অসি নত্তনা হিংনফম লৈতে হায়বসি থরাব শোক্না থাজে। ডিং ওং সিং গী অনৌবা সিধান্ত অসিনা ঐখোয়গী চাওখৎপগী অরেপ্পা লম্বীনি হায়না থাজবগা লোযননা সিধান্তশিং অসি পাঙথোক্লবা হোৎনবদা ঐনা ঙম্বা শক্তি শীজিন্নগনি।*

*লাল সলাম*
*হিজম ইরাবত*

কমরেড ইরাবতকী সেল্ফ-ক্রিটিসিজম অসি পার্টিগী অৱাংবা কমিটিখক্তদা ঙাক্তা নত্তনা খ্বাইদগী পীকপা খুনগী সেল-কমিটি ফাওবদা সার্কুলর থাদুনা যাম্না কৃপ্না নৈনহল্লমই। অসীগুম্বা ফীবম অসিদগী পার্টিনা য়াম্না চাউবা পাড়া অমা ফংনবমই অমসুং পার্টি মনুংদা ক্রিটিসিজম হায়বসি কবিনো? মসীগী কান্নবা কবিনো হায়বা মশক মুন্না খঙনহৌবগা লোয়ননা থবক্তসু পাঙথোক্লবা হোৎনগদবনি হায়বসি খঙনহৌরমই। ক্রিটিসিজম অমসুং সেল্ফ-ক্রিটিসিজম হাযবা নিয়মসি কম্যুনিষ্ট পার্টিবু হিংহল্লিবনি হায়বসি থৌদোক অসিদগী মযেক শেংনা খঙনহৌবে। মসীগী ৱাখল্লোন অমসুং

কান্নবা কয়ামরুম খঙনরকপদগী কমরেড হিজম ইরাবত মশামক্তা য়াম্না হৈশিংবগা লোয়ননা পার্টিগী কর্মীশিংদা নীংথিনা পাড়া অমা ওইহৌনবা পীখিবা সেল্ফ-ক্রিটিসিজমনি। অসীগুম্বা রাখল্লোন অসিবু কম্যুনিষ্ট পার্টিনা তুং ফাওবদা য়াম্না অর্থ লৈনা শীজিন্নরকখি।

## পার্টি ওর্গনাইজেসনগী মরোঙ

পুংদোঙবম থৌদোক্তা মরী লৈনৈ হায়বদগী ওর্গনাইজেসন কয়াবু আইন্না য়াদবনি হায়না থিংজিনবা, লুচিংবা কয়াবু রারেন্ট থাদুনা ফানবা থিবনচিংবা তোকপিনবা ওর্গনাইজেসন অমদি লনাই মীওই কযানা রাকংচে থাদুনা কন্না হায়জরম্মী। অদুবু সবকারগী মায়কৈদগী অহোংবা অমত্তা লৈতনা হেন্না হেন্না নমথনবা হোৎনরকখি। মরম অদুদগী পার্টিনা অন্ডরগ্রাউন্ডদা অদুম্মক লৈবা তাখি। মীয়ামগী স্বার্থগীদমক অংগ্রাউন্ডদা লৈনা লৈনা থেংনবা অমদি মীযামগী আন্দোলন শাগত্তুনা থেংনবা তারকপনা পার্টি মপাঙ্গল কনখৎহন্দবা অমসুং ওর্গনাইজেসনগী মওংদা অহোংবা পুবক্তবা যাখিদে। মসিদগী লৌমী ছাত্র নহারোল মরক্তগী হেননা মতীং লৈরবা কযা পার্টিদা লৌসিনখী। অসুম্না ইম্ফাল নোংপোক্কী তোপতা লৈবা থৌনাউজম তোম্বগী যুম্দা পার্টিগী জেনবেল বোডী মীফম পাংথোক্তুনা ডিষ্ট্রিক্ট ওর্গনাইজিং কমিটি অমুক হন্না শেমদোকখি, পার্টি ওর্গনাইজেসনদা হেন্না চেৎশিনবা, অহোংবা পুবকখি। ডিষ্ট্রিক্ট ওর্গনাইজিং কমিটিগী মখাদা লম-লমগী ওইনা লোকেল কমিটি শেমদুনা মদুগী থবক পুনবা সেক্রেটরিশিং খল্লি। লোকেল কমিটিশিংনা খুঙ্গং নত্রগা লৈকাযশিংদা পার্টি মেম্বর মিং চনশিনবগী থবক চথৈ। খুঙ্গং নৎত্রগা লৈকায় অমদা পার্টি মেম্বর অহুম লৈববদি *পার্টি সেল কমিটি* অমা ওইবা য়াবে। সেল কমিটিগী সেক্রেটরি অমা মেম্বরশিংদুনা খনগনি। ডি ও সি না এরিযা ইনচার্জ অমদি লোকেল ইনচার্জ খন্দুনা এরিযা নৎত্রগা লোকেলশিংদুদা কূমদুনা থবক তৌগনি। সেল কমিটিগী থবক্কী রিপোর্ট লোকেল কমিটিদা অদুগা লোকেল কমিটিগীনা ডিঃ ওঃ সিঃ দা পীখৎকনি। মদু পূন্নমক তারবা মতুংদা ডিঃ ওঃ সিঃ না থবক থৌওংগী চৎকদবা নিযম, ওর্গনাইজেসনগী খোঙথাং, রাজনীতিগী পোবমনচিংবা দবকার লৈবকপদা অইবা সার্কুলরশিং থাগনি।

সার্কুলরশিং অদু সেল-কমিটিগী থাকফাওবদা মমূৎ তানা নৈনৈ। পার্টিগী ওর্গনাইজেসন, রাজনীতিগী য়াওল , মার্ক্সিজম-লেনিনিজমগী থিয়রিশিং হেনফম্দনা তম্ভনা নৈনৈ।

## পার্টিগী সেল কমিটি

কম্যুনিষ্ট পার্টিগী ওর্গনাইজেসনগী মনুংদা সেল কমিটি অমা হায়বসি খুঙ্গং নথত্রগা লৈকায়দুগা হকথেংননা শম্নদুনা থবক তৌগদবা য়াম্না মরূ ওইখ্রবা অমনি। সেল কমিটি অসিনা কম্যুনিষ্ট পার্টি ওর্গনাইজেসনগী থবক তৌবতা নত্তনা, খুঙ্গং অমদি লৈকায়গী চাওখৎ থৌরাঙ কয়াদা লমজিং লমতাক্কী থবক তৌরমই। লম লমগী ওইবা মীয়ামগী দাবী কয়াসু পুখত্তুনা হেন্না পোপুলর ওইবা সংগঠন ওর্গনাইজেসন ওইহল্লমই। পার্টিগী অৱাংবা থাক্কী কমিটি , ডিষ্ট্রিক্ট ওর্গনাইজিং কমিটি ডি ও সিনা অন্ডরগ্রাউন্ডগী চয়োলগী চেফোঙ *অনৌবা যুগ* খুৎনা ইরগা লিথোগ্রাফ তৌরগা ফোঙলকই। অদুগী মথক্তা মতম মতমগী ওইবা ৱাফম য়াওরবা, পার্টিগী সংগঠন শাগৎপদা দরকার ওইবা লমজিং মচাক য়াওরবা লিফলেট, পামপ্লেট, সার্কুলর অমদি মরূ ওইবা লৈবাক্কী ( মণিপুর, ভারত অমসুং পৃথিবীগী) ৱাফমগা মরী লৈনবা রাজনীতিগী ৱাফোঙ ষ্টেটমেন্ট কয়াসু লেপ্তুনা ফোঙদোক্তুনা কম্যুনিষ্ট পার্টি মনুংদতা নত্তনা প্রজা মীয়ামদা খঙবদা দরকার ওইবশিং খন্দোক্তুনা য়াম্না পাক শন্না খঙহন্নবা হোৎনরম্মী। পার্টিনা লিফলেট চাইখিবগী মনুংদা শোক ১৯৪৮ গী সেপ্তেম্বর ২১ দা থোকখিবা *পুংদোঙবম ঘটনা* গী মতাংদা *পুংদোঙবম ঘটনাগী অশেংবা থৌদোক* হায়না ইরবা চেফোঙ অমদা শেমজিন শাজিনবা চার্জদা লৌমী প্রজাশিংবু পংফাদা ফাবা, তমথিবা মওঙদা ওৎ নৈবগী মতাংদা অকনবা প্রতিবাদ তৌবগী ৱাফমশিং মরীক চুম্না ফোঙদোকলম্মী। খুঙ্গংদা ভিলেজ ডিলপমেন্ট কমিটি শাদুনা মদুনা হুরান চীষ্টী, লুৎ-পাৎ, শগুন তৌবনচিংবদগী ঙাকথোক্লবা মদুগী নিয়ম লিথোগ্রাফ তৌদুনা সেল কমিটি খুদিংদা য়েন্থোক্তুনা নৈনরম্মী। অঙাংশিংগী *বাল সঙ্ঘ* লিংখৎতুনা অফবা লম্বৈলদা পুশিনবিনবা নিয়মতন্ত্র অইবা ওইনা ফোঙদোকলম্মী। পূম্নমকসি নৈনদুনা মীয়ামগসু হকথেংননা থবক তৌমিন্নবগী থবকশিংসি সেল কমিটিগী মথৌশিংনি।

মীবু মীনা ওৎপা, ঈনাক খুনবনা লায়রববু তুহৎপিবা, লৌপুনা লৌমীবু ওৎপা, ঈনাকখুনবশিংনা লাকপতি, করোরপতি ওইখৎখিবা লৌমীনা লায়রবা মীয়াম্না অসুম অসুম ৱাবা হেনজিল্লকপা কয়াসি সরকারগী ঈনাকখুনবা শেনজাও পায়বতবু য়োকখৎপা শাসন মওঙ কেপিটেলিজম্না থোকহনবনি হায়বসিগী থীয়রীসি পার্টিগী সেল কমিটিদা তঙনা নৈনৈ অইবা সার্কুলর থাবগা লোযননা লোকেল এরিয়াশিংদা পার্টিনা মতীক চাবা ওর্গনাইজর থাদুনা নৈনহল্লম্মী। মদু পুন্নমক্তু অপূনবনা থেংনগদবনি হায়বা ৱাফমগা লোয়ননা পৃথিবীগী অতৈ লৈবাকশিংদা লৌমী শিনমী, ছাত্র নহারোল, নুপী-নুপা, লায়রবা কাঙলুপনা পুন্দুনা থেংনখিবা, থেংনরিবা কয়াসু নৈনৈ। ইরাবতনা মদুগীদমক *কেপিটালিজম* হায়না কৌবা অমা লাইরিক ওইনা ইদুনা সেল কমিটিদা তঙনা নৈনহল্লি ডিঃ ওঃ সিঃ দগী ওর্গনাইজর থাদুনা নৈনহল্লী। অসুম্না সেল কমিটিগী মেম্বরশিংনা মুন্না খঙলবা মতুংদা খুঙ্গংগী মীয়ামদা অদুগুম্বা রাজনীতিগী অমদি ইশানা ইশাগী অৱাবা কোক্লবা থেং নজনবগী দরকার লৈবদু প্রচার তৌবা অমদি নৈনবা ঙমহল্লি। মদুম্না তৌরগা লৌমী অমদী ছাত্র নহারোল মরক্তগী পার্টিগী সিম্পেথাইজর মরাঙ কায়না পুথোকপা ঙমহল্লি। থৌরাঙসিনা পার্টিগী অণ্ডরগ্রাউণ্ড কেডরশিংদা লোক্তুনা লৈনবগী মফম তুম্ফম চাফম য়েক্লবগী ঈ-পাউ অতৈ দরকার লৈবশিং খঙনবগী খুদোংচাবা ওইহল্লি।

মতমদুগী সরকারগী অকনবা রিপ্রেসিব মিজর কয়া মায় পাক্লা থেংনবদা অমত্তা ঙায়রবা পাম্বৈ ওইবগা লোয়ননা পার্টি সংগঠন শাগৎপা, মরা চেৎহনবদা সেল কমিটিশিংগী থৌদাং য়াম্না চাউবা মরম্না লমজিং লমতাক য়াওবা নিয়ম কযাসু ইথোক্তুনা পার্টিগী এরিয়া অমসুং সেল কমিটি খুদিংমক্তা পীরমই। খুল, লৈকাযগী অমদি মীয়ামগী অৱা অনা, খুদোংথীবা, লম্বেল থোং য়াওনা খাজনা, টেক্সকী পোৎলুম, লৌমীগী সমস্যা কয়াবু থিন্দুনা তাকপা, মদু থেংনবগী মওং কয়াসু ইদুনা সেল কমিটি খুদীংমক্তা থারমই। মদু অমুক মীযামদা নৈনদুনা খঙহন্নবগী অমদি লমজিং লমতাকপগী থবক সেল কমিটিদুনা তৌই। পার্টিগী এরিয়া ওর্গনাইজর য়াওনা মীয়ামগা নৈনমিন্নবগী খুদোংচানবসু সেল কমিটিনা শীল্লী। লমজিং লমতাক তৌগদৌরিবা সেল কমিটিশিংনা খুঙ্গং লৈকাইদা মরূ ওইবা ৱাফমশিং নৈনদুনা দরকার লৈরগা আন্দোলন ফাওবা তৌগদৌরিবা থবক থৌওং কয়াদুগী

নিয়ম কয়াসু পার্টিগী ডি ও সিনা দরকারগী মতুং ইন্না মতম মতমগী ওইনা পী।

## পার্টি সেলগী নিয়মশিং

সেল কমিটি অসি খুন খুন্দুগী নৎত্রগা লৈকায়দুগী মীয়ামবু পার্টিগী অমসুং নিয়মগী মখাদা লমজিংদুনা খুল লৈকাইদুগী ওইবা থবক তৌবনি। সেল অমনা খুন অদুগী মনুংদা লৈরিবা পার্টিগা মরী লৈনবা সংগঠনগী ওইবা কাঙবু খূদীংমক্তা রাজনীতি অমসুং থবক্কী লমজিংবা ওইগদবনি। ৱারবা নংলবা খূদীংমকপুসু রাজনীতিগী হীরমদা নৈনবা লম লমদুগী ওইবা ইশু পুথোক্তুনা, শাগত্তুনা পার্টিনা লমজিংনবা হোৎনবনি। খুনগী মনুংদা থোকপা থৌদোক ৱাথোক পুম্নমক সেলদা হান্না পুথোক্তুনা খন্নরগা অচুম-অরান, অফ-ফত্তা খন্নদুনা মীয়ামগা লোয়ননা লোইশিনবা তাইশিন্নবা শীনবনি।

খুঙ্গংগী লৌমী মীয়ামগী পাৎ-কোম, লমজাউনচিংবগী, লৌশানগী, লৌ শৎপগী , শেমগৎ-শাগৎপগী ৱাফম পুম্নমক সেল কমিটিদা পুথোক্তুনা কূপনা নৈনরগা মীয়ামদা অমুক পুথোক্তুনা খন্নমিন্নরগা ওইথোকপা য়াবা আন্দোলন ফাওবা তৌনবা চঙশিনবনি। সেল কমিটিগী মেম্বরশিংনা সেলদা পুথোক্তুনা খন্নরগা ৱারেপ লৌরবা নত্তনা, মেম্বর অমতনা লনাইগী ওইবা ৱাখলনা থবক তৌবা য়ারমদে। সেল কমিটিগী সেক্রেটরিনা সেলদা তানরমদনা মরনাই ওইনা থবক তৌবা য়াদে। অরুবা মতাং ওইরগদি লোকেল নত্রগা এরিয়া কমিটিদা তাক্তুনা খন্নমিন্নগনি। ওর্গনাইজর, ইন চার্জ পুন্না খন্নমিন্নবা মথৌ তারবসু মদু পাঙথোক্লবা হোৎনগনি। রিপোর্ট পীরুরবা মতুংদা লোকেল কমিটিগী সেক্রেটরি নত্রগা ওর্গনাইজর ইন-চার্জনা মশাগা লোয়ননা খাদা লৈরিবা সেল কমিটিগী মীটিংদা খন্ন-নৈনবা তৌদনা হুকুম ওইনা তৌরকপসু য়াদে। সংগঠনগা মরী লৈনবদা থোরকপা থৌদোক ৱাথোক্তি ইন-চার্জ নৎত্রগা লোকেল সেক্রেটরি নৎত্রগা ওর্গনাইজরগা তানরুবা ৱাফমদু সেল কমিটিদা রিপোর্ট তৌরগা, সেল কমিটিদুনা খন্নরগা ৱারেপ লৌবা য়াগনি।

ডিষ্ট্রিক্ট ওর্গনাইজিং কমিটিগীদি থবক থবক্কী তোঙান তোঙানবা ইন-চার্জ নৎত্রেগা ওর্গনাইজর খায়দোক্লদুনা পুনরবসু সেল কমিটিদদি শেল থুমগী, আন্দোলনগী, শেমগৎ শাগৎপগী, লৌমীগী, ছাত্র নহারোলগী, নুপী কাঙলুপকী পাউ পুথোক পুশিল, অন্ডরগ্রোউন্ড কমরেডশিং ঙাক শেনবগী থবক পুন্নমক পুন্না তৌগদবনি। অদুগীসু মথক্তা মীয়ামগসু হকথেংননা তাইনগদবনিনা সেল কমিটিগী মথৌদি য়াম্না চাউই। পার্টিবু কনগদৌরিবসু সেল কমিটি অসিনি। পার্টিগী ফ্রন্টেল ওর্গাইজেসনশিং শাগৎকদৌরিবা, পার্টি মেম্বরশিপ হেনগৎহনগদৌরিবা পুন্নমক অসিদা সেল কমিটিগী হোৎনবা অমদি থৌদাংনা খ্বাইদগী মরূ ওইবনি।

সেল কমিটিগী নিয়ম ঙাক্তবা, মশাগী দায়িত্ব মশক খঙদবা, মরম্নাই অনীংবতনা পঙতৌ তৌরুবদগী পার্টিদা মিংচৎ থীনিঙাই ওইবা, অশোয়বা কয়া য়াওরকলবদি সেল কমিটিনা মুন্না খন্নরগা মেম্বরদুবু চুমথোক্লবা হোৎনবা, ভাব তাহনবা, ৱার্নিং পীবনচিংবা তৌই। অদুগা শোয়রুবা, লাক্লুবা পুন্নমক্কী ক্রিটিসিজম অমসুং সেল্ফ-ক্রিটিসিজম পীনদুনা শেংদোক্লগনি। পুন্নমক অসী হোৎনবদা য়াদ্রবা পার্টি মেম্বরদি পার্টিদগী সসপেন্দ তৌবা অমদি তাহোকপা ফাওবগী অকনবা ৱারেপ লৌবা সেল কমিটিনা ঙম্মী। তৌবগীদি মদুনা অরোইবা ওইদে। প্রস্তাব ওইনা লোকেল কমিটিদা থাগৎকনি। লোকেল কমিটিগী থাক ফাওবগী পার্টি মেম্বর ওইরবদি লোকেল কমিটিনা ডিঃ ওঃ সিঃ দা থাগৎকনি। মথক থংবা কমিটিনা ৱারেপ লৌবদুনা তাহোকপগী অরোইবা ফিরেপ ওইগনি।

লৈকায় অমসুং খুঙ্গংগী থবক তৌবদা অমদি আন্দোলন তৌবদা থবক থবক্কী মতুং ইন্না চান্দা নত্রগা ডোনেসন লৌরগা ফণ্ড শেমগৎকনি। সেল কমিটি ফমদুনা হিসাব নৈনগনি। খুন নত্রগা লৈকায়গী থবক ওইরগনা খুন কমিটিদা হিসাব নীংথিনা তৌনবা সেল কমিটিনা লমজিং লমতাক পীগনি। মরমদি শেলগী হিসাবতি চমোৎ-চমোৎপা খক য়ারোই হায়বসি পার্টিগী য়াম্না মরূ ওইখ্রবা নিয়ম অমনি।

অসিগুম্বা লমজিং লমতাক য়াওবা পার্টিগী নিয়ম নীতিশিং অসি পীকচরবসু সেল অমগী ওইনদি দায়ত্ব চাউরবা থৌদাং লৈ হায়বদু তাকই। মতৌ অসুম্না কম্যুনিষ্ট পার্টিনা খ্বাইদগী নেম্বা কমিটিদগী হৌনা

ওর্গনাইজেসনগী থাক্তা পুন্না দায়ি লৌমিন্নবগী থৌওং পুথোকই। সেল কমিটিদগী হৌনা কলেক্টিব লিডরসিপকী মরম ওইবদু খঙনা থবক তৌহন্নবা হোৎনদুনা লাকখি।

## অন্ডরগ্রাউন্ডদা পার্টিগী থৌরাঙ

গনতান্ত্রিক আন্দোলন অমদগী থোকখিবা থৌদোক অমখক্তনা মরম ওইদুনা পাক্তক্লা ফাদুনা ওৎনৈবগী থবক লেপনবা, মরম লৈতনা ফাবিখ্রবশিং থাদোক্লবা, মখাতানা ওৎ-নৈবা লেপ্পনবা কৃষক সভা, প্রজা সঙ্ঘ অমদি মীওই কয়ানা লেপ্তুনা ব্রাকৎলবসু সরকারনা হন্দোকপা লৈরক্তবা, হেন্নদুম কনশীন্না রিপ্রেসন চৎথরকপা মতমনি। হিজম ইরাবতপু হিংনা নৎত্রগা শিনা ফাবা নৎত্রেগা পাউ পীবা ঙম্বদা মনা ওইনা লুপা লীশিং অমা পীগনি হায়না লাউথোক্তুনা কন্না থিহনবগী থবক চৎথরিবনি। মতাঙ অদুদা কম্যুনিষ্ট পার্টিনা মসীগী লুচিংবা ইরাবতপু ফাহন্দনবা অকনবা চেকশীন থৌবাঙ লৌখত্তবা য়ারক্তবা তাঙ্গা অমা ওইখি। থৌদোকসীগী খুদোং চাবা লৌরগা ইরাবতপু হাত্তোকখিবা য়াবগী অকিবা কম্যুনিষ্ট পার্টি অমদি কৃষক সভাগী কর্মীশিংদা ফাওরম্মী। সিফায়না থিরকপদা ফাদনবা, থেংনদনবা হোৎনদুনা লাকপনি। পার্টিনা অন্ডগ্রাউন্ড তাখিবা থা অমবোমগী মতুং ১৯৪৮ ওক্টোবর ২৯দগীদি হেন্না মরূচঙবা মেম্বর কয়া শাগত্তুনা খোঙফম চেৎলবা পার্টি অমা ওইখ্রবনি। মসিদগীসু সরকারগী মাযকৈদগী পার্টি অসিদা হেন্না কনবা মীৎযেং থমদুনা হিংচা য়াইতম্বগী থবক কা হেন্না চৎথনবা ফিরেপ লৌবকখ্রবনি, চৎথবা হৌবকখ্রবনি। ইবাবতকী মথক্তা হেন্না হকচিনবা এক্সন লৌখৎপা হৌনবকখ্রবনি। অসিগুম্বা ফীবমদগী ডি ও সিনা মীটিং তোযনা ফমদুনা যাম্না কূপনা চেকশিন্না খন্নদুনা লাকখি।

মণিপুবগী লৌমী মীযাম্না মায়োক্লরিবা খুদোংথীবা সমস্যা কয়া থেংননবা অমদি মীযামগী স্বার্থ কন্নবা দাবীশিং, খোল্লাউশিং পুখত্তুনা আন্দোলন্দা লমজিংদুনা থেংনরগদবনি হায়বগী পার্টিনা লেপখি। মদুতনা অচুম্বা লম্বেল ওইরগনি, লৌমী মীয়ামগী স্বার্থ কন্নবগী পান্দমসু পাঙথোকপা, কম্যুনিষ্টশিং সরকাবনা ফাবা ঙমদনবগী অচৌবা পাম্বে অমসু ওইরগনি হায়বসি ডি ও সিগী ফিরেপ ওইখি। মদুদা মেম্বব পূন্নমক্লা চপ মান্ননা

য়ানখি। মরমদি প্রজানা ঈশিংনি রিভোলুসনরিশিংনা ঙানি প্রজা মরক্তা, মদুসু মণিপুরগীদমক্তদি থোইদোক্লা ওৎপি নৈবিরিবা লৌমী মরক্তা আন্দোলনগা শাগোম্নরগা হিংগদবনি হায়বা মার্ক্সিজমগী থিয়রি থবক্তা ওত্থোকখি। মসীগী মথক্তা নুপী মীয়ামসু আন্দোলনসিদা শরূক য়াহন্নবা মণিপুর মহিলা সম্মেলনী পাক-শন্না শাগৎকদবনি হায়বগী ফিরেপ লৌরম্মী। মরমদি নুপী মীয়াম হৌরবদি সিফায়শিংনা কমরেডশিংবু ফাগদবদগী কনবা ঙম্নবগী ওত্থোক্লা চাউখ্রবা উপাই অমদি ওইগনি হায়বদা চেৎনা থাজরমই।

পূম্নমকসিগী মথক্তা কম্যুনিষ্ট পার্টিনা তোপ-তোপ্পা চেকশিন থৌরাঙ অমা লৌখৎপা হৌরকখি। মদুদি ওভরগ্রাউণ্ডদা লৈবা কমরেডশিং অমদি সিম্পেথাইজরশিংনা কুরিয়ার ওইবা, মখোয়না পুগদৌরিবা মওঙ কমরেডশিংদুনা চৎকদবা নিয়ম তাকপা, লোত্তুনা চৎলিবা কমরেডশিংসু ঙাক্তুনা চৎকদবা নিয়ম কয়ামরুম শেমলমই। নিয়মশিংদুবু ঙাক্লা চৎলিবমখৈ সরকারনা ফাবা ঙমলোই হায়বসি পার্টিনা চেৎনা থাজখি। পূম্নমকসিগী মথক্তা অমুক ভিলেজ ডিভলপমেন্ট কমিটি শেমদুনা অহীং- নুংথিল পাল্লি নাইদুনা খুনবু হুরান চিষ্টী, লুট-পাৎ, শগুন তৌবদগী ঙাকথোক্লবা শক্তি তৌহল্লম্মী। মদুনা সিফায় লাকপদা খণ্ডননবা মোইবুং-খোংবা, কোর্ত্তান য়ৈবা, কাংশি থীংবনচিংবা তৌরক্লবা থৌওংসু শীনখি। খুদমদু হেক তাকললক্পদা লোত্তুনা লৈরিবা কর্ম্মীশিংনা চেকশিনবা ঙমগনি। অদুগা খুঙ্গংগী নুপী মীয়াম থোরক্তুনা সিফায়গা মায়োক্লদুনা ফাবা খোৎপা, ফূবা চৈবা থীংনবগী থবক তৌগনি।

মতৌ অসুম্না চেকশিন থৌরাঙ নীংথিনা পায়খৎলকপদা নিয়ম নীতি ঙাক্লা চৎপা লোয়ননা লৌমী মীয়াম মরক্তা লোত্তুনা থমখ্রবা হিজম ইরাবতপু ফানবা হোৎনবা অপূম্বা অরেম্বা তাখিরম্মী। মাগী নুংশিরবা লৌমী মীয়াম্না মখোয়গী স্বার্থ ঙাক্লবা হোৎনবদা মশাগী ওইজবা পূম্নমক থাদোকখিবগীদমক লৌমী মীয়াম্না তৌবিমল খণ্ডবা ওইনা য়েক্লবগী মখুত্তা তাহনখিদে। নিয়মশিং ঙাক্লনা চৎপা মরূওইবা কম্যুনিষ্টশিংবু ফংবা ঙমখিদ্রে। খুঙ্গংগী অউ-অউবা ফাগদবসু নুপী মীয়াম্না থোক্তুনা মায়োক্লবদগী মমৈথঙদদি সিফায়শিং উপাই লৈরকখিদে।

# সিপিআই মণিপুরগী ইতিহাস

বৃটিশনা ভারত থাদোক্লুনা চৎখ্রবনি নীংতম্লবনি হায়রিবা, থোইদোক্লা মতম অদুগী মণিপুরগী লৌমী মীয়ামগী শূনা শূনা অৱাবা কা হেন্না মায়োক্লরিবা মতমনি। নিংথৌ অমসুং বৃটিশ অর্মীগী শূপ্নম-শাসন্না পীরম্বা চৈথেং অদুগী মথক্তা লাঞ্জাওনা অনৌবা পোৎলুম হাপচিন্দুনা হেন্নদুম কিনিংঙাই ওইরবা মওংদা অৱাবা পুন্সী মায়োক্লরিবা মতম্নি। লৌ উবা য়াবা লমহাং লমজাউ মরাঙ কায়না লৈরবসু প্রজানা লৌ নীনবা য়াহন্দবা, প্রজানা নীনবা লৌশিংসু নিংথৌ, নিংথৌগী মচা মশু, ঙাই শেল, মরী মতা, নিংথৌনা চানবা মীওইশিংগী ওইখিবা, লান চেন্নরিঙৈদা শা ষন মফম মরাঙ খঙনদদুনা অয়াম্বা লৌনা শীৎলবা, অউবা খরদুসু নিংথৌদা, লৌপুদা তেংনা থিনগৎহনবা, মদুগী মথক্তা লৌ শীৎহনবগীদমক জারিমনা তাহক্লবা, ফৌসু সের নিফ্না মন শাগদবদা শের য়াঙখৈনা শাদুনা লৌখৎপা, উতোং ৬৪ না শঙবায়নি হায়বিবা নিয়মদু ইন্দবা ফৌদুসু থিনগৎলকউ হায়বা শঙবায়সু নীঙৈমুক চাউবা লৌশাল শঙবায় হায়না খঙনবা লৌপুনা পুরক্লগা ওনবা, লৌপুশিংনা লৌশাল ফৌ লৌবদসু অমগা অমগা মান্নদবা মাগী-মাগী খুশিদা লৌনবা কয়াশিনা মরম ওইদুনা লৌমীশিংনা কা হেন্না অৱাবা মায়োক্লখি।

মতম অদুগী লৌমী মীয়াম মরক্তা য়াম্না কা-হেন্না চৈথেং পীরিবা মদু কোক্লনবগী থেংনবা য়াবা আন্দোলনগা লোয়ননা পুখৎপা য়াবা দাবী অমসুং শ্লোগান কয়ামরুম কম্যুনিষ্ট পার্টিনা লৌখৎতুনা লৌমী মীয়ামবু লমজিংদুনা থেংননবগীদমক পুখৎখি।

দাবীশিংদুদি

১। লৌ মপুনা পুরকপা উতোং ৬৪ হেনবা শঙবায়দা ফৌ তমলোইদবনি।

২। লৌ পরী অমদা লৌশাল ফৌপোৎ ১২ দগী হেন্না তমলোইদবনি।

৩। লৌমীনা লৌপুগী য়ুমদা ফৌ থিক্লোইদবনি।

৪। লৌ মপূনা লৌ শৎপা য়ারোইদবনি।

৫। লৌশিংপগী জরিমনা পীরোইদবনি।
৬। পাংশেল পীরোইদবনি।
৭। লানগী ক্ষতিপুরোন পীগদবনি।
৮। পাং-তুরেল, ঈথে লৌখোংনচিংবা নীলাম তৌবা য়ারোই।
৯। য়ুম কূপনবা ই অমসুং চরোং নীলাম তৌরোইদবনি।

অসিনচিংবা দাবী অমসুং স্লোগানশিংশিগী খোল্লাউ কযাগী মখাদা কম্যুনিষ্ট পার্টিনা খুঙ্গংগী লমদা লৌমী মীয়ামগা খুংশম্নদুনা অমদি লমজিংদুনা আন্দোলন কয়া লেপ্পা লৈতনা মণিপুর তমপাক্কী মফম শীনবা থুংনা শাগংখিরম্মী। অসিগুমলবা আন্দোলনগা শাগোন্নরগা মীয়াম মরক্তা লৈদুনা সিফায়না ফানবা হোৎনবদগী নীংথিনা ঙাকথোকপা ঙমখি। অদুগা লৌয়াম চাবা কাঙবুনদি অসিগুম্বা কম্যুনিষ্টকী স্লোগান অমসুং দাবীশিং অসিবু শুকয়া য়ারমদে। মরম অসিদগী কম্যুনিষ্ট শিংগী মায়োক্তা প্রচার কয়া তৌদুনা কম্যুনিষ্টশিংবু হিংচা য়াইতম্বা কাঙবুদৌনা লৌননবা অমসুং লৌয়াম চাবদগীনা ময়ায় ওইবা লৌমীশিং ফাওবা কম্যুনিষ্টকী মতেং পীদনবা মফম খূদীংদা কন্না হোৎনরম্মী। অদুবু ওৎপী-শুদৎপীরবা লৌমীশিংনদি আন্দোলন অসিদা থৌনা ফনা থেংনদুনা অকিবা লৈতনা মায়োক্নরম্মী। আন্দোলনশিং অদুনা মথং-মথং মায় পাক্লকপদগী মতম শাংনদগী হৌনা শুদৎপীদুনতা লাক্লবা মণিপুরগী লৌমীশিংদা কান্নবা কয়া ফংহল্লখিরম্মী। লোয়ননা অনৌবা য়াওল অমা পুরক্তুনা অনৌবা থৌনাগা লোয়ননা লেপ্পা লৈতনা চঙশিনখিরম্মী।

## মণিপুরগী লৌমী আন্দোলনগী য়াওল

ঈংকুমজা ১৯৩৬ তা নম্বোলদা লিংখৎখিবা কৃষী সম্মেলনী অদুনা ১৯৪৬ তা মণিপুর কৃষক সভা হায়না মিং ওন্দুনা মণিপুব শীনবা থুংনা শন্দোকখিদুনা ১৯৪৯ য়ৌরকপা মতমদদি মণিপুব পূম্নমক্কী লৌমীশিংগী পুন্সীদা অচৌবা অওনবা পুরকপা ঙমখি।

ইরাবতনা মমা লৈবাক মণিপুরদা চঙবা য়াদদুনা কাছার অমদি আসামগী মফম কয়াদা লৈরিঙৈদা মফমশিংদুগী লৌমী মরক্তা চঙদুনা ওর্গনাইজেসন তৌরম্মী। মণিপুরদা চঙবা য়ারদুনা চঙলকপা মতমদসু লৌমীগী ওর্গনাইজেসন পাক শন্না মপাঙ্গল কন্নবা শাগৎপনা মপুং ওইবা দায়ত্ব লৌথি। সোসিয়েলিজমগী ৱাখল্লোন অমা লাক্তুনা মশামক কম্যুনিষ্ট ওইরবা ফাওবদা লৌমীগী ওর্গনাইজেসন শাগৎপনা অচুম্বা লম্বেল ওইগনি হায়না লৌখিবনি। মণিপুরদদি লৌমীনা কম্যুনিষ্টকী য়াঙলেন শরুনি লোয়ননা থেংনগদবা আন্দোলনসি লৌমীগী ইশুদা শাগৎলগা মদুনা থেংনগদবনি হায়বসিনি। মরমদুনা রাজনীতিগী ওইবা দাবী কয়া ফাওবা লৌমীগী সভাসিদা পুখত্তুনা কম্যুনিষ্ট পার্টি অমনা তৌগদবা থবক পুম্নমক তৌদুনা লমজিংখি। মরমদি মতমদুগী বৃটিশ সরকারনা কম্যুনিষ্টপু য়াম্না তাথীখি। মদুগীশু মথক্তা নিংথৌনশু য়াম্না হেনজিন্না তুকচনা লৌবনি। মরমদুনা লৌমীগী সভা ওইনা কম্যুনিষ্টকী ওইবা দাবী কয়া পুখৎতুনা থেংনবগী থবকসি চঙশিল্লকখি।

ঈংকুমজা ১৯৪৬ তা শেমখিবা কৃষক সভাগী ৱার্কিং কমিটিগী মেম্বরশিংদি হিজম ইরাবত - প্রেসিডেন্ট, মাইমোম মধুমঙ্গল - সেক্রেটরি, কবিরাজ ওক্রম ইবোমচা সিংহ এসিষ্টেন্ট সেক্রেটরি, মৈত্রম চিংখম অৱাংজিরি, খুন্দ্রাকপম অবুংজাউ, নাওরেম নরতোন খা-জিরি, হুৱাইবম থম্বৌ নম্বোল অৱাং, লোইতাম লুখোই উৎলৌ, মেরা কবুই হিদাকশুংবা, মোংজম সুবোল লাইতোনজম, মোংজম তোম্বা লাইতোনজম, সাইরেম নোবিন অৱাং-জিরি, নেপ্রম কুল্লা ফোইজিং, অয়েকপম অঙাংহল কোংখাম, চান্দম অদোর নম্বোল অৱাং, সলাম তোমাল খা-জিরি, লোংজম তোম্পোক ফোইজিং অরাম্বম রামো, মোংজম হেরা লাইতোনজম, লাইশ্রম গুনো উৎলৌ, খোইস্নাম হৈতোম্বী খা-জিরি, তোইজম নাথ ফোইজিং, থৌনাওজম অমুচৌ উৎলৌ, নোংমাইথেম ধনবির ফোইজিং, মোংজম ইবোতোন লাইতোনজম, মেম্বর ২৫ নি।

কৃষক সভা অধিবেষন্না পাস তৌখিবা দাবীশিং থবক্তা ওহোক্লবগীদমক অমদি আন্দোলন ওইনা চঙশিন্নবা থৌওংশিং ৱার্কিং

কমিটি ফমদুনা নৈনরবা মতুংদা মণিপুরগী মফম শীনবা থুংনা কৃষক সভা ওর্গনাইজ তৌরকখি। লম-লমগী লৌমীগী লুচিংবা লৈরক্তুনা পাক-শল্লবা ঈহৌ অমা ওইরকখি। মরম চাবা অমদি প্রজা পূম্নমক্না থেংনরিবা অৱাবা খুদোংথীবা কোক্লবা দাবী ভাক্তা ওইবনা মীয়াম্না মপূংফানা শৌগৎনরকখি।

## লৌশাল আন্দোলন

পূংদোঙবম থৌদোক্তগী কৃষক সভাগী মেম্বরশিং ফানবা থি-হুম্বগী থবক কন্না চত্থরকপদগী অয়াম্বা লোৎনখিরম্মী। থৌদোকসিদগী থা অমরোম ঙনখৎনা লিংখৎখিবা কম্যুনিষ্ট পার্টিগী মেম্বরশিংদি তঙায়ফদনা লোৎপা তাবকখি। মরমদি থৌদোক অদু কম্যুনিষ্ট পার্টিগী লমজীং মখাদা শাগৎলকপনি হায়বসিনি। নুমিৎ অদুদা কৃষক সভাগী মেম্বর ১৫৪ ফাখি। মথং নুমিৎ সেপ্টেম্বর ২২ দা লুচিংবা অত্তম মাইমোম মধুমঙ্গল, কৃষক সভাগী সেক্রেটরি, খা জিরিদগী নাউরেম নরতন অমসুং কৈশামপাক্তগী নোংমাইথেম বুদ্ধ ফাখি। মথং ২৩ ফাওবদা কৃষক সভাগী কর্মী ১৬২ ফাখি। নুমিৎ খরনিদি কর্মীশিং মানা মানা থোকপা লোৎনখিবদগী তাশীন-খোর্মজিনবা ঙম্লমদে। অদুবু থীছুবা তৌদনা কবোৱাকচীং বলরাম খুলগী পেবম কঙ্গাইগী ইংখোল লম্নাঙদা মীটিং ফমদুনা মখাতানা লৌগদবা থৌদাংশিং কূপ্না খন্নখি। কৃষক সভাগী কর্মীশিং কম্যুনিষ্ট পার্টিদা মিং চন্নবা লেপ্পখি। য়াম্না তেল্লবা মতমগী মনুংদা মথং-মথং মিং চন্নরকখি। মশা নারকপদগী মতম খর লৈরগা মাইমোম মধুমঙ্গল জেলদগী থাদোরকখি। থোরক্লগা এম এল এ ওইনা লৈখিদুনা মখাতানা কৃষক সভাগী থবক তৌরক্তবদগী ওক্রম ইবোমচা, কবিরাজনা জেনেরেল সেক্রেটরি ওই। ইবোমচাদি ফাবসু ঙমখিদে। লৌমীগী আন্দোলন মথং-মথং শাগত্তুনা লীশাঙ শীৎনা হোৎনরকখি। অন্ডরগ্রাউন্ডদা লৈবা কমরেডশিং অমসুং কমরেডশিংগী ঈমুং মনুংগী মীওইশিং নারকপদা লায়েংবগী থবকসু তৌখি। কবিরাজ ওইজরবসু এলোপেঠিকী লা'য়েংসু নিংথীনা চথৈ। খাবী হীদাকশুংবদগী মেরা কবুইনা মশানা শেমজবা হীদাকশিংনা অন্ডরগ্রাউন্ড কমরেডশিং লায়েংখি।

তেল্লবা মতমগী মনুংদা কৃষক সভাগী কর্মীশিং কম্যুনিষ্ট পার্টিনা ট্রেনীং কয়া পীরম্মী। অন্ডরগ্রাউন্ডদা লৈবা কমরেডশিংগী কুরিয়র (পাউ পুথোক পুশিন তৌবা) ওইদুনা শেন্নবগী থৌরাঙ, অন্ডরগ্রাউন্ডদা লোংপা তারক্লবা মতমদা চংকদবা নিয়ম-নীতি, চাকচা-ফিজেৎ, শাজৎ অমদি টেক্টিস কয়াগী মতাংদা পার্টিনা ট্রেনীং পীরম্মী। মণিপুরগী মপান্দা ত্রেন্ড তৌরুরবা কৃষক সভাগী মেম্বরশিং ত্রেনীং পীবগী থবক পাঙথোকই। অফোংবদসু খুঙ্গংগী লৌমীশিং ফোংনা মীটিং তৌদুনা হান্না ট্রেনীং ফংলক্রকশিংনা লৌমীগী আন্দোলনগী মতাংদা খন্ন-নৈনদুনা খঙহল্লী।

মণিপুর লৌমীগী লৈবাক্লি। থেঙথরবা মতমফাওবা নিংথৌ পান্দুনা মহাক্কী শাসন মনীং তৌনা চথরকখি। ১৯৫০ গী মতমশিং অসীফাওবা মতম অমগী নিংথৌগী শাসন লৈরিঙৈ মতমদা লৈরম্বা নিংথৌ অমদি মচা মশুগী লৌয়াম অদু লেঙদনা লৈরম্মী। অমুকসু মতমদুগী কংগ্রেস সরকার অদুনসু লৌমীগী মরমদা করিগুম্বা আইন অমত্তা পুথোক্তুনা মখোয়বু কন্ননবগী লম্নী থম্বীখিদে। মদুগী ওন্ন-তৈনবদা লৌয়ামচাবশিংনা লৌমীগী মথক্তা মনীংতৌনা ওৎপা য়াননবা শীন্দুনা মখোয়গী মীচঙ্দা লৈঙাক চথখি। মশাগী কাঙলুপকী মীৎয়েং (ক্লাস কেরেক্টর) অদু ময়েক শেংনা উৎখি। অসীগুম্বা কয়াদগী লৌমীশিংগী হিংবগী পুক্নীদা, শেঙ্গোক লম্বীদা য়াম্না থীনা লৈখা তাদুনা লৈরম্মী। মসিদগী পার্টিনা লৌমী মীয়াম শাগত্তুনা অমদি লমজিংদুনা আন্দোলনশিং চংশীনখি। মতমদুগী লৌরূংশঙগী আইনদা লৌ পরী অমা শানবগী লৌশাল উতোং ৬৪ গী শঙবায়দা ফৌবোৎ ১২ তমগদবনি হায়। অদুবু লৌয়াম চাবশিংনা য়াম্না হেন্না চাউবা লৌশাল শঙবায় হায়নফাওবা খঙনবা শঙবায়দা লৌশাল হেন্না হেন্না লৌরম্মী। মদুগী মায়োক্তা কৃষক সভানা মতমদুগী চহী ৭০ গী মমাঙ ফাওবদা লৈরম্বা উতোং ৬৪ গী অচাবা শঙবায় পুথোক্তুনা মদুদা চপচাবা লৌশাল মশীং তম্নবা লৌশাল হেন্না লৌবা মীওৎ মীনৈগী মায়োক্তা থেংনবকখি। মায়কৈ মায়কৈদা ফৌপোৎ লীশীং লীশীং লৌয়াম চাবনা হেন্না লৌরম্বদগী কন্দুনা লৌমীগী খুত্তা লৈহৌবা ঙম্নখি। হান্নদি শঙবায়দা চাউবা হেনবদ নত্তনা ফৌপোৎ মশীংসু পরীদা ১৩ দগী ৪০ ফাওবা লৌশাল লৌবীবা য়াওরীবনি। অদুগুম্বা আন্দোলন চথরকপা মতমদা লৌশাল্লিবা লৌমীশিংগা লৌয়াম মপুশিংগা লৌ শত্তোক-শৎচীনগী অমদি লৌশাল রাখোক-রাৎশীনগী

ঋাথোক কয়া মায়োক্লখি। কেস কয়া থেংনদুনা মণিপুরগী কোর্টশিংদা কানখি। লৌশালদা অচাবী তম্নরকপা লৌমী মীয়াম্না ভাব তানরকপা অসিদগী লৌপুশিংনা লৌ শংপগী থবক য়াম্না য়াঙনা কন্না চথরকখি। মমাঙঙেদগী হৌনা লৌশাল তোনগে তোল্লু তোম্লোই তোকউ লৌপুগী অপাম্বা মতুংইন্না মখোয়গী লৌ শাল্লিবা লৌমীশিংদগী লৌ শম্ভোক-শংচীন তৌবসি অদুম্মক চংনরকখি। মখোয়গী লৌশিংদুগী মমল (লৌশাল অমদি প্রনামালী) হেঙ্গংলনবা লৌমী মশেল লৌ মুন্নহন্দুনা অমদি খংনহন্দুনা লৌমীশিংগী অপূনবা থুগাইনবা কন্না লাক্লদুনা লাকখি। অদুগুম্বা লৌয়াম মপুশিংগী লীচং অদুগী মায়োক্তা চথরকখিবা লৌমী মীয়ামগী আন্দোলন অদু পার্টিগী ইথিল য়ৌদ্রিবা মফম ফাওবগী য়াওনা মণিপুরগী খুঙ্গং কয়া পাকশন্না শন্দোরকখি। মদুদগী লৌপুশিংনা সরকারগী মতেং লৌদুনা পুলিস সিফায় পুথদুনা লৌশাল খোম্বা লাকখি অমদি লৌ শংনবা শাথীরবা লম্বী অমদি লৌশিং পুথোক্তুনা হোৎনখি। অদুবু লৌমীশিংনা জ্ঞান তারকপদগী পুন্না থেংনমিন্নদুনা ঈরায় লায়না লৌ হেক্তা শংপা হায়বদুদি ওইথোকখিদে। অদুগুম্বা লৌয়াম মপুগী মীওৎ মীনৈ অসী মূখংনবা, লৌশংপা থিংননবা মদুগীদমক খোঙফম চেংনা থেংননবা পার্টিনা পীবা লম্বী মতুং ইন্না লৌমী মীয়াম পুন্দুনা থেংনরকখি। লৌয়াম মপুনা লৌমী মশেল খংনহন্নবা শীল্ল কপশিং লৌমী মীয়াম পুন্দুনা মায়থীবা পীনবা হান্না লৌ শাল্লম্বা অমসুং নৌনা শানগদৌরিবা লৌমীশিং ভাব তামিন্নবা, লৌমীগী অপূনবা থুগাইবা ঙমহন্দনবা অমসুং হেন্না চেংশীলহন্নবা লৌ পূন্না খোওমিন্নবা, পূন্না খাওমীন্নবা পুন্না য়ৈমীন্নবা অসীগুম্বা পার্টিনা পীবা লম্বীদা চঙশীন্দুনা লৌয়াম মপুশিংগী মীওৎ মীনৈ শরৌ কয়া নমথেক্তুনা থেংনখি।

মণিপুরগী লৌমীশিংগী পুন্সী অমদি শেলথুমগী ফীবমদা নোংম নোংমগী শোকচিল্লকপদগী মদুদগী কোক্লবা লম্বী পুথোক্লবা পার্টিনা কন্না হোৎনখি। মখোয়গী খুৎশূগী হিসাব পুথোক্তুনা শেন্দোং শেক্লেপ অমাঙ অতোং নিংথীনা উৎলী। লৌমীশিংদা মচেৎ মচেৎ লৈজরম্বা লৌ ইখোল মাল চাং লৌয়াম মপুগী খুত্তা নোংমা নোংমগী তাখিবগী ফীবমদা লাকখি। লৌ ইংখোল লৈবা য়োনবগী লৌরূংশঙদা নোংমদা রেজিষ্টার ৬০/৭০ দগী তাদনা তৌখি। মসিদগী শোকচিল্লবা লৌমীশিংবু কলহৌনবা লৌশালগী চাং হুন্ননবা পার্টিনা পুখংখি। লৌ পরী অমগী লৌশাল অসী পরী ৫ ফাওবদা লৈবগীনা

ফৌপোং ৯/৯ গী চাংদা অদুগা পরী ৫দগী হেনবশিংগীনা ফৌপোং ৬/৬ কী চাংদা লেপখি। অদুবু মতমদুগী সরকার অদুনা লৌমীশিংবু নমথনবদ হোৎনখি। আইন কয়া লৌমীগী মায়োক্তা চখখি।

অমুকসু লৌমী মীয়ামগী নোংমগী খুৎশূমন্নদি খমথেংনা হুহুবা অদুগা মীরমদগী পুশিল্লকপা ঈমূং মনুংগী শীজিন্নদবা য়াদ্রবা পোৎলমশিংগী মমলনা ৱাংবা, লমদমসিদা পুথোকচবা পোথোকশিংগী মমলগা য়েংনরুবদা তংখায় হেন্না খেন্নরকপা মসিদা খুৎশূমন্না থায়নগী চহী কয়াগী মমাঙদা লেপ্লম্বদুদা পীবা মদুগী চৈথেং কয়া নল্লম্মী। অসীগুম্বা লৌমীশিংনা ৱাররুবা মখৃত্তা লৌ মচেৎ অমফাওবা লৈশিল্লকত্রবা মতমদা লৌয়াম মপুদগী ক্ষতিপুরোন পীদনা লৌ লৌনবা অমদি খুঙ্গংশিংদা লৈবা লমলেন লম্মাংশিং লৌ লৈতবা লৌমীশিংদা লৌ নীলহন্নবা চঙশীনখি। অসুম্না খুন কমিটি অমসুং কিষান কমিটিশিংগী মখাদা হোৎনদুনা লৌ লৈজরমদবা লৌমী কয়াদা লৌ ফংহনখি। খুনগী ষনজাবুংশিং খুনজাগী কোন্ননবা থমহৌরগা অহেনবদু খুনগী ওইনা লৌ নীনদুনা লৌমী মীয়ামগী শূফম নোমফম অমদি শেম্লোক লম্বীগী পামবৈ শেম্লকখি। অপূনবা লৌফমদগী থোক্লকপা ফৌশিং খুনগী অপূনবগী কান্ননবা লম্বীদা অমদি খুন মনুংগী লৈত-লাযব কয়াবু মতেং ওইহন্দুনা খুনজাশিংগী ফীবম ফগৎহনবা ঙমখি। মসীদ নত্তনা কুলাকশিংনা (লৌয়ামচাবা) লাযববা অমদি মযায় ওইবা লৌমীশিংবু ওৎপা, শেন্দোয় ফৌদমশেল কয়ানা মখাতানা ওৎপী নৈবীবশিং থিংবা ঙমখি। অপূনবা ফৌগৈদগী পুথোক-পূশীন তৌনদুনা তেঙবাঙনবা, কলেক্তিব ফার্মীংগী ফজরবা মমি তাহনখি। মসীনা লৌয়ামচাবগী নীতিনা খুনজাগী অপূনবা থুগাইনবা হোৎনবা কয়াবু শীংনবা ঙমখি।

লৌয়াম মপু অমসুং সরকার অনীনা লৌমীবু ওৎলম্বসী থেংনদুনা লৌশাল লৌফম ঙাক নত্তে তুখোং, পাৎ তুরেল, জঙ্গল চীং অমদি মতুই চরোৎনচিংবগী মফমশিং নীলাম লাউরোইদবনি নক্লবা খুনজাশিংগী ওইহনগদবনি হায়বা দাবী পুখত্তুনা খুনজা মীয়াম্গা লোয়ননা আন্দোলন চঙশীনখি। মদুগী মহয়না নীলাম কোক্তুনা খুনজাশিংনা মনীং তৌনা লেমনা চাজবা, শীজিন্নবা ফংখি। অসীগুম্বা লৌশাল আন্দোলননচিংবা কয়াদা মণিপুর মহিলা সম্মেলনীগী নুপী মীয়াম থোক্তুনা শরুক য়াখি। মণিপুরগী খুঙ্গংগী লমদা অসিগুম্বা আন্দোলন অমদি লৌপু অমসুং মখোয়বু য়োকখৎ-কনখত্তুনা

লাকখিবা কযাগা খুনজা মীযামগা থেংনখি। পার্টিগী লমজিংদা মীযামগী ঈহৌনা মাযপাকপা কযা পুবকখি।

## লৌ নীনবগী আন্দোলন্দা লৈইহুবী

লৌমীনা লৌগী মপু ওইগদবনি, পাৎ কোম, লম্বাংশিং অকোয়বদা লৈবিবা খুঙ্গংগী প্রজাশিংনা লৌ নীহোক্কদবনি হাযনা কম্যুনিষ্ট পার্টিনা লৌখিবা দাবীশিং অদু পুখত্নুনা মীযামগী আন্দোলন চঙশিনখিবা খোঙজঙ অদুগী মখাদা খাবীগী লৈইহুবী পাৎকী লৌকোন্দা লৌ নীন্‌বগী আন্দোলন অসী হৌবকখিবনি। লৈইহুবী হাযবিবা পাৎ অসী মখা অমসুং মনীংদা খাবী, মমাঙ অমসুং অৱাংদা বমদিযাব খুঙ্গংনা কোযশিল্লি। লৌ পবী ৫২ চাউবা লমনি। নিংথৌগী মযাম্বুং অহনগী মচা মণিসনা ভাস্কোব হাযনসু খঙনবা অদুনা পাৎকী পাট্টাদাব ওইদুনা লৈবনি। মযাযদনা কোম ওইনসু লৈবনি। মদুনা মাগী মিংদা ঙাগীদমক কন্দুনা লৌ উহন্দনা থম্বনি। মসিগী অকোযবদা লৌ পবী ২৫ বোমদি খুনগী মীওইনা নীন্দুনা লৌ উহনবনি। লৌশাল ওইনা লৌনীংবা ফৌ লৌদুনা লৈবনি। পাৎ অসী খুঙ্গংগী মীওই অমত্তা চোপ তাবা যাহন্দে। শা-ষন চঙলুরবসু ষনবূদা অকনবা চৈনাক পীবম্মী। খাবীগী পার্টিগী সেল কমিটি ফমদুনা লমযাম অসি অকোযবা খুঙ্গংগী প্রজানা লৌ নীহোক্লবা খন্নবম্মী। মদুগী অহানবা খোঙথাঙ ওইনা পাৎ অসিদা খুঙ্গংগী মীযাম হৌদূনা চলগা ঙানৈথোক্লবগী ৱাবেপ লৌবম্মী। বমদিয়াবদি পার্টিগী ওর্গানাইজেসন লৈত্রিবনা খাবীগী পার্টি সেলনা লমজিংবনি, সেল কমিটিগী মেম্ববশিংদি- চীংশুবম কালা, থাংজম যাত্রা, পুখ্রম্বম তুল্লসিং, মৈত্রম বীজয, চীংশুবম নাবান, চীংশুবম পাবিজাৎ, চীংশুবম গুলাপ, থাংজম গুলাপ, মেবা কবুই অসিনি।

১৯৫০ ডিসেম্বব ২১ গী অযুক্তা খাবী অমসুং বমদিযাবগী নুপা নুপী মযাম্না অযূক্কী চাকঙন চাবগা ঙানৈবা থোক্লবকখিবম্মী। পাৎকী পাট্টাদব মণিসনা বাজকুমাবদি খুঙ্গংদা লৈবা মী নত্তে। নিংথৌকোন্দা লৈবনি। খাবীগী চৌকিদাব অমসুং খুনগী নম্বব অনীদা পান্নহন্দুনা থম্বনি। মদুগীদমক মখোযদা লৌ পবী অমা লেম্না পী। ঙানৈবগী পার্টিসি চৌকিদাবনা অৱাং জিবি মিলিটবী কেম্পতা পাউ পীব্রুবদগী খুৎলায পাযবা সিফায ১২ লাক্কুনা

ঙানৈবদু থিংলম্মী। মদুদা থওইনা তাদবদগী সিফায় অমনা অহোংশাংবম সনাখোম্বগী মনঙ্গন্দা নোংমৈ মনীংনা শুবদগী লৈমায়দা তুখিরম্মী। খুদক্কুদা তুংলোমদগী অহোংশাংবম কুল্লচন্দ্রনা সিফায়দুগী মখাংদা কোন্দুনা থাদরগা নোংমৈদু মুনবনি। খরা লাপ্না লৈবা সিফায় অমনা কন্নবা হোৎচিল্ল কপদা নহাকপম লসমোন্না মাকুসু নমশীন্দুনা নোংমৈদু মুনখিরম্মী। থৌদোক অসি পাৎকী অৱাং থংবা বমদিয়াররোমদনি।

খাবীরোম থংবা মখারোমদনা পেবম নোবিন কৌবা অমা কম্যুনিষ্ট য়াওই হায়দুনা থানানা ফানবা হোৎনরম্মী। পেবম নিলমনিগী লোয়নবী কোমোলিনীনা মুন্নবা হোৎনখি। পুলিসনা মখোয় অনীমক পুল্লপ ফাদুনা শোরো-শোরো চিংদুনা পুরম্মী। মদুদা নুপী ফারে হায়বা পাউ শন্দোকরকপদগী ঙানৈবা নুপা নুপী লোইন্নমক চেনখৎনরকখি। নুপী মীয়াম্না য়োমশিন্দুনা নোবিন অমসুং কোমোলিনী অনীবু সিফায়দগী মুনখি। চরাঙনবা মরক্কুদা ঙাসেপম অমুজাউনা পোকপা মোদোন সিংহনা নোংমৈ অমা মুনখি। মীয়াম্না তকশীল-ওমশীল্লকপদুদা উপাই লৈত্রবা থানা অমসুং সিফায়শিং অদু মখোয়গী অৱাংজিবি মিলিটরী কেম্পালোমদা চেনখীরম্মী।

নুমিৎ অসিগী নুমিদাং ওইরকপদদি খাবী খুল্লক্তা সিফায়না রাউন্ড তৌশিনখ্রে। মরূ ওইবা সেল কমিটিগী মেম্বরশিং অমদি অতৈ লুচিংবশিংদি শাফগদবা মফমদা থৈদোক্তুনা লৈনখ্রে। অদুগা নহা ওইরিবা চীংশুবম বুদ্ধিবু গার্ড ওইনা শিন্নরমই। মরমদুনা মহাক্না চাক চারবা মতুংদা পার্টিগী সেল কমিটিগী মেম্বরশিংদা পাউ পীরুনবা মমা য়াইমবীদা মহাক অমুক হল্লক্লরোই হায়রল্লগা থোকখিবনি। খাবীগী পেবম চৌকিদারগী কোম্ফোংদা লৈবম্বা সিফায়শিংনা নোংমৈনা কাপ্তুনা বুদ্ধিবু হাৎখিরমই। কমরেড বুদ্ধি নোংমৈনা পানবগা খুদক্তা শিখিদে। সোরোক্তা তুদুনা অইংবা নিংথমখাদুগী অহীংদু লৈখি। খুন্দুগী চৌকিদার, নম্বোর অনীদু নত্তনা কনা অমত্তা চঙবা য়াহল্লমদে। লায়েংনবগী খুদোংচাবা পীখিদে। মরমদুনা মফমদুমক্তদা নোং ঙাল্লমদাইদা মশাগী চহী ২২ দমক ঙায়রিবা কমরেড বুদ্ধি মমাগী মথাদা থাগোল্লীবা পীক্লিবা মচানুপী কেশোরীবু হন্দোক্লল্লগা তাইবঙদগী বিদায় লৌখি। মহাক মণিপুরগী রিভোলুসনগী ইতিহাসতা অহানবা কমরেড মার্টিয়ারনি।

নোং ঙাল্লবা ফাওবা লৈখিদ্রবা বুদ্ধিগী মনাক্তা শাগে নাতে অমদি খুলগী মীওই অমত্তা চঙদুনা অরোইবা বিদায় পীবা য়াহন্দে। খুনগী চৌকিদার অমসুং নম্বোরনা অশিবা মশা অদু খুনদা পোৎলোইবা অমসুং শ্রাদ্ধ শোনবা য়ারোই হায়না সিফায়গী খুৎথাঙদা লাউথোক্লম্মী। অসিবা মশা অদু ইম্ফালগী পুলিস হেড কোর্টবদা পুশ্রবা মতুংদা ইম্ফালগী মহারানী থোং ময়াগী নম্বুল তুরেল খোঙবান্দা পুলিসনা পোৎলোইখি। তখেল লৈকায়দা লৈবা চীংশুবম কোমোলগী য়ুমদা শ্রাদ্ধ শোনখিরম্মী।

অয়ুক অদুদা হেন্না চাউবা পুলিস সিফায় কাঙবু অমগা থোমজীল্লকুনা ঙরাং ফাবদগী নাঙ্গোকহৌবা নোবিন অমসুং পেবম নিলমনিগী লোয়নবী কোমোলিনী দেবী ফাখি। খুঙ্গংদুগী য়ুমথোঙশিংনা চঙদুনা নুপা মথে ফাগৎখি। খাবী হীদাক শুংবা কবুই খুনগী মেরা কবুই য়াওনা অরৈবা নুপা মথে ফাগৎখি। খাবী চৌকিদারনা থাদোক্লবা হায়বা মীওই মখৈদি থাদোক্লগা অতৈদি ইম্ফাল জেলদা লোইনা পুখি। চহী ১৬ তমক ঙায়রিবা, নোংমৈনা কাপথুখ্রবা বুদ্ধিগী মনাওনুপা অতোনবা চীংশুবম তোমাল ফাওবা ফাদুনা জেলদা পুখিরম্মী। মহাক, হাংখ্রবা বুদ্ধিগী মনাও ওইবনা অরোন অথুপ খঙলমগনি অমদি মশাসু য়াওরমগনি হায়দুনা ফাবনি। অদুবু পীক্রিবা তোমান্না মাগী মচীন্দগী করিগুম্বা অমত্তা হায়দোক্তনা অওৎ অনৈশিংদু খাঙদুনা থা ১১ জেলদা খাঙখি। রিভোলুসনরী অমগী ঈ চেল্লবা বুধিনা, ফাখিবা মীওই অমত্তদগীসু ফন্না মীওৎ মীনৈ তৌদুনসু করিগুম্বা ৱাফম অমত্তা হায়দোক্লখিদে। মদুগুম্বা ৱাখল লিংজেলদু লৈবখক্তনা কম্যুনিষ্ট ওইহন্নবা নিয়ম ঙাক্লবা চঙশিনখিবা থৌরাঙদু মায় পাকখিবগী খুদমনি। থৌদোক অদুগী মতুং ফন্না চোঙ্থরবা ফাওবা খাবী খুঙ্গংদা ওৎ নৈবদি লেপ্পা লৈতনা চৎথরম্মী। ফাবা ঙমদ্রবা কম্যুনিষ্টশিং তাকথোক্তে হায়বগীদমক ঈমুং মনুংগী নুপী অঙাংশিংদা কনথী থোক্লা ওৎ-নৈরম্মী। ঈমুং মনুংগী কোল-লীক, ফি রোলনচিংবা লৌবা য়াবা মথে লৌরম্মী। থোইদোক্লা চীংশুবম কালাগী ঈমুংদদি তোপ-তোপ্লা মওং অমদা ওৎ-নৈখি। ঈহৌ পুম্নমকসি মানা ঈনশীনবনি হায়দুনা হেনজিম্না ওৎ-নৈবগী থবক তৌখি। মাগী ঈমুংদা লৈবা ফমুং কাংথোল, ফি-রোল, উপুদগীনা মোনখুম ফাওবা য়াওনা পুখি। ফুঙ্গাগী য়োৎশবী ফাওবা য়াওখি। নুপী অঙাংশিংনা লৈবা কিনবা থোঙ, থোঙনাও ফাওবা ফককায়দুনা য়ানখায়রমখি। ঈমুং মনুংগী পোত্তি থম্বু

থমখো মহাক্কী লৌ পত্রী অমত্তং লৈজবদু ফাওবা সরকারনা নীলাম তৌদুনা য়োম্বোকখি। ইম্ফালগী কাকৈথেলদা লৈবা থোকচোমনা পুন্না নীলাম ওকখি। মসি খক্তনা লোইবা নত্তে। য়ুমথোঙ খুদীংদগী তকখত্তুনা লুপা ৩০/৩০ কলেক্টিব ফাইন লৌখৎলম্মী। কলেক্টিব ফাইনদি খাবীদ নত্তনা বমদিয়ার অমসুং কোম্বৌজম খুন ফাওবা য়াওনা লৌখৎখি। কম্যুনিষ্ট নত্তে, কম্যুনিষ্ট য়াওরোই, মখোয়না হায়বা য়ারোই, মখোয়দা মতেং পীরোই হায়রবা কান্দা মদুগী শাক্তি ওইনা খাদীগী ফীজোল অমসুং কংগ্রেসকী টুপী উপ্পু অদু ওইরবদি ওৎ নৈবসু তৌরোই, কলেক্টিব ফাইনসু লৌরোই লৌখিবসু হন্দেকপীগনি হায়বসি পুলিস অমসুং সরকারদুগী চৈথেংনি। হান্নসু কম্যুনিষ্টকী আন্দোলন্দা য়াওরক্তবা কোম্বৌজম, আন্দোলন য়াওরবসু কম্যুনিষ্ট ওইজদবা বমদিয়ারগী মীওইশিংদি কংগ্রেস টুপীগী লৈবাক অমগুমখিরম্মী। খাবী খুনগী মীওইশিংদদি অওৎ-অনৈশিং অসিনা মমায় লৈথোকহনবা ঙমখিদে। অদুবু কলেক্টিব ফাইন থীবগী মতাংদদি খাবীগী প্রজাশিংনা ওম্বোক্না অরাবা মাযোক্লখিরম্মী। মতমদুগী লুপা ৩০দি লৌ শঙম অমা লৈবা ফংলবা শেনফমনি। মাল চাং য়োম্বোকপা নত্তনা উপাই লৈনদবা য়াওনখি। অরাবা কযা মায়োকনখ্রবসু মমৈথঙদদি মীয়ামগী আন্দোলন্দুনা মরম ওইদুনা পাৎ ওইদুনা লৈরম্বা মফমশিংদু অকোয়বা খুঙ্গংগী মীওইশিংগী ওইহৌই। টুপী উপখিবশিংসু চপচানা লৌ ফংনখি। হান্নগী লৌরেন ফাওবা নিংথৌকোনগী ওইখিদ্রে।

থৌদোক্তুদা মাঙজিন থাখিবা বমদিয়ার খুনগী মীওইশিংদুসু অতোপ্পা মফমদা থৈদোক্লবা খাবীগী সেল কমিটিনা পাউতাক পীবম্বা মতুং ইন্না শাফগাদবা মফমদা লৈখ্রবনি। অওইবমক বমদিয়ার খুন্দসু সিফায়না অহীংদা বাউন্ড তৌশিল্লকখি। অদুবু এরিয়া ওর্গনাইজর য়ুম্নাম কুল্লনা লুচিংদুনা থৈদোক্তুনা অথাপ্পদা চৎখিরম্মী। মখোয়না টিদিম বোর্ড তারক্লগা নোং ঙাল্লকপদা কুম্বিদা থুংখিরম্মী। মসিদা চৎমিন্নখিবা মীওইশিংদি নহাকপম লসমোন, নহাকপম বাবু, লাইশংবম বাবুধন, লাইশংবম তোম্বা, তোংব্রম কহ্নাই, তোংব্রম মীকোয়, অহোংশাংবম মীকোয়, অহোংশাংবম কুল্লচুন্দ্র। নহাকপম গৌরবিধু, মোইরাংথেম গুলামজাৎ, ঙাশেপম মীজাও, পেবম য়াইমা, থোকচোম ইবোহলনি।

লৈইহুবী থৌদোক্তুদা বমদিয়াব খুন্দগী মাঙজীন থাখিবশিং অদুনা মুনখিবা নোংমৈশিং অদু পুরগা চৎখিদুনা এরিযা ওর্গনাইজর কুল্লনা লমজিংদুনা

কুম্বিদা লৌমীগী আন্দোলন শাগৎলুই। কুম্বী মায়কৈ ভাকপা খাঙেনবম অমুসিং, মীয়াম্মা অকনবদা শীংথানরদুনা কুম্বি অমুসিং হায়না খঙনবা লুচিংবদুগা লোয়নননা কিষান কেডর শাগৎখিরম্মী। মখোয়না শঙাইথেল চীংথক্তা নুমিৎ ৩ নিগী কেম্প অমা তৌখি। কেডর ৪০০ রোম তিনখি। য়ুম্নাম কুম্লনা মপুং ওইনা ট্রেনীং পীরম্মী। ওর্গনাইজেসন অসি লমদমদুগী ইশুশিংদা য়ুম্ফম ওইরগা আন্দোলনগা লোয়নননা শাগৎখিবনি। মরু ওইবা পাঙথোকখিবা ইশুদি মাশুল লৌবা থিংবনি।

কুম্বি চীংমৈদা ফোরেষ্টকী মাশুল গেট অমা লৈরম্মী। কর্ম্মচারী ৬ না গেট অদুদা ফল্লম্মী। মাশুল লৌবা তোক্লবা ৱার্নিং হান্না পীরমই। মদুদা য়াদবদগী মাশুল গেট অদু থুগাইরমই। গেট থুগাইবদুদা চৎপশিংদি অহোংশাংবম কুল্লচন্দ্র অমসুং নহাকপম লসমোন মখোয় অনীনা মুল্লকপা খুৎলায় পায়দুনা চৎপনি। ইশুসি মীয়াম মোবিলাইজ তৌদুনা শাগৎপনি। মখোয় অনী অসি নোংমৈ শুকথা থাদে। ওর্গনাজেসনসিদা য়াওমিন্নবা নহাকপম বাবু, তোংব্রম কহ্নাই, লাইশংবম তোম্বা নোংমৈ পায়বা শুকফং ফঙদবদগী কুম্বি থাদোক্তুনা চৎখিরম্মী। মখোয লম্বেলদা ফাখিরম্মী। খাবীরোমদা নোংমৈ মুনবা ঙাশেপম মোদোনদি কৈদৌরোই খন্দুনা লোৎহৌদবদগী থৌদোক্তুগী নোঙানবা অয়ুক্তা অদুম ফাখি। মাদি য়াম্না থীনা ওৎ-নৈবিখি। সিফায়না নোংমৈ গুন্দানা শুবিখিবা অহোংসাংবম সনাখোম্বদি মাবু ফুবিবনি কৈদৌরোই খঞ্জদুনা লোৎতবদগী লম্বী চৎপদগী ফাখিরম্মী।

খাবী অমসুং বমদিয়ারদগী ফাখিবা পুম্নমক নোংমৈ মুনবগী তোঙানবা সেক্সন্দা চার্জ তৌবনি। থা ১১ লৈরবা মতুং ইং কুমজা ১৯৫১ গী নবেম্বরদা চীফ কমিসনার ই পি মুনবগী মমাঙদা ফাখিবা লোইনমক পুথোক্লম্মী। নোংমৈ মুনবগী তদোক্তা পুলিস ওইনা য়াওরকখিবা নম্বোল লাংপোক্তা লৈবা থানা অমবু খুৎলাই মুনবদা য়াওখিবা মীশকশিং তাকহনখি। মানা খুদোনবী থীনবা মখৈ থমহৌরগা অতৈ লোইনমক থাদোরকখি।

লৈহৌরিবশিংসিগী মনুংদা মাজিষ্ট্রেটকী পৱারসু পায়রীবা চীফ কমিসনার ই পি মুন্না শ্রীমতি পেবম কোমোল দেবী নুপী মানা খুৎলায় পায়রিবা সিফায়দগী নোংমৈ মুনবা থাজবা ৱাৎলি অদুগা চীংশুবম তোমালসু অঙাং ওইমল্লি অদুনা মরম চাদে হায়না লৌখিরম্মী। মরমদুনা মখোয় অনীবুসু

খোদোকরক্লম্মী। চীংগুবম কালা, নহাকপম লসমোন, অমসুং অহোংশাংবম কুল্লচন্দ্রদি চহী ৬ মিয়াদ তাখিরম্মী। চৈরাপ কোর্টতা আপীল তৌবদগী থা ৬ তা হল্লরগা থাদোরকখি। অতৈদি ই পি মুন্না থা ৬ কী মিয়াদ পীখি।

## পার্টিগী মাস ফ্রন্টশিং

***মণিপুরদা ছাত্রগী ঈহৌ-*** মণিপুরদা ছাত্রশিংগী ঈহৌ মওং চুম্না লাকখিবসি ঈংকুমজা ১৯৪০ দগীনি। মদুসু য়াম্না শক্তি লৈনা, মশক থোক্না থবক তৌখিবা সংগঠন অমদি ওইখিদে। ভারত্তা য়াম্না মাঙজৌননা ছাত্রশিংতগী ওইবা ঈহৌ কয়া লৈখ্রবসু অশেংবা ছাত্রশিংগী সংগঠন অমা ওইনা লৈরকখিবদি ১৯৩৬, আগষ্ট ১২-১৩ দা লক্ষনৌদা ফমখিবা কনফরেন্স অমদা ***ওল ইন্দিয়া ষ্টুডেন্টস্ ফেডরেসন*** লিংখৎখি। অদুগুম্বা অহানবা কনফরেন্স অদু পণ্ডিত জৱাহরলাল নেহরুনা হৌদোকখি।

মণিপুরগী ওইনা ছাত্রগী ঈহান হানবা ঈহৌ রেকোর্ড তৌবা তারবদি ১৯১২ গী মতমদা হিজম ইরাবতনা জোনষ্টোন স্কুলদা তম্লিঙৈদা ওজানা ছাত্র ফূবগী বাথোক অমদগী ষ্ট্রাইক অমা লমজিংদুনা থেংনখিবদুনি। মতমদুদা ওজানা ছাত্রশিংবু চৈনা ফূবগী চৎনবীসি কন্না লৈরম্মী। ছাত্রশিংবু স্কুলদা কন্থী থোক্না থবক শূহনবগী মথক্তা ওঝাগী ময়ূমগী থবকসু শূহন্নরম্মী। ইরাবতকা ক্লাস অমত্তদা তম্মিন্নবা ছাত্র অমদা ওজা অমনা চুম্না ফূবতা নত্তনা মখোঙনা ফাওবা কাওরম্মী। অদুগুম্বা থৌওং অদুবু নিন্দা তৌদুনা হিজম ইরাবতকী লমজিং মখাদা ছাত্রশিংনা ষ্ট্রাইক তৌখি।

মণিপুরদা ঈংকুমজা ১৯৪০ গী মনুংদা ***মণিপুর ছাত্র ফেডরেসন*** হাযনা মমীং থোনবা ছাত্রগী ওর্গনাইজেসন অমা লিংখৎখি। মসিগী কেন্দ্রিয় কার্য্য নির্ব্বাহক কমিটি (সেন্ট্রেল কাউন্সীল ওফ এক্সন) অমা শেমখি। মসীনা ঈংকুমজা ১৯৪২ গী মে থাগী ৯ দা থোকচোম মধুগী কৈশামপাৎতা লৈবা য়ূমদা ছাত্রশিংগী মীফম অমা ফমদুনা ***মণিপুর ছাত্র ফেডরেসন*** (মণিপুর ছাত্র সম্মেলনী) শেমখি। থবক পায়খৎনবা হোৎনখি। অদুবু পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাও লাকপদগী থবক লেপখি। লাঞ্জাও হেক লোইবগা ১৯৪৫ যৌবকপদা হেনফন্দনা মতম খরা শিথৎরবসু মণিপুর ছাত্রশিংদগী ওইবা অমত্তা ঙায়রবা য়াম্না শক্তি লৈবা সংগঠন অমা ওইরকখি। মণিপুর ছাত্র

ফেডরেসন অসি মণিপুরগী ছাত্রশিংগী অমত্তা ঙায়রবা গনতান্ত্রিক ওইবা ওর্গনাজেসন অমা ওইরম্মী। মণিপুর ছাত্র ফেদরেসন অসী ছাত্রশিংদগী ওইবা দাবী তানবতা নত্তনা ভারতকী নীং-তম্বা অমদি এডজুকেসনগী হীরমদা অহোংবা অমা পুরক্লবা হোৎনবগা লোয়ননা সমাজগী চাওখৎ-থৌরাঙগী থবক পায়খৎনবা হোৎনবগী ৱাখল্লোনদা য়ুমফম ওইদুনা লিংখৎখিবা কমন প্লেটফোর্ম ওইরম্মী।

***ছাত্র কংগ্রেস থোকখিবা-*** ঈং কুমজা ১৯৪৭ য়ৌরকপা মতমদা ভারত পূম্বদা নীংতম ঈহৌগী খোঙথাঙ য়াম্না য়াঙনা শাগৎনরকপা মতমনি। মতম অসিদা ওল ইন্দিয়া ষ্টুডেন্টস ফেডরেসনগী ১০শুবা কনফরেন্স জনুয়ারী ৩ দা দিল্লিদা ফমখিরম্মী। মণিপুর ছাত্র ফেডরেসনসু ফ্রেটর্নেল ডিলিগেট ওইনা মীহুৎ ৭ য়াওখি। মণিপুরদগী নুপী ডিলিগেট অনীসু শিল্লোংগী খাসি ডিলিগেট মরক্তা য়াওবকখি। মীফমদুদা য়াওখিবা মণিপুরগী মীহুৎ ডিলিগেটশিং—লাইশ্রম অচৌ, হুৱাইবম রনবীর, পোৎশংবম তোম্বী, নিংথৌজম বিনয়, থোকচোম বীর, লাইশ্রম নবকুমার, মোইরাংথেম মেঘচন্দ্র অদুগা নুপী ডিলিগেটশিংনা মহারাজ কুমাবী বিনোদিনী, খাইদেম প্রমোদিনীনি।

মতাং অসিৱাইদা ভাবতকী ছাত্রশিংগী ওইনসু আন্দোলন্দা খ্বাইদগী লাইবকথীবা তাঙ্কক অমা ওইখি। মতম কুইনদগী ছাত্র সমাজগী ঈহৌদা অমত্তা ওইনা লিংজেল মান্নবা চৎমিন্নরম্বদগী শক্তক অহুম থোক্লা কায়নখিরম্মী। ওল ইন্দিয়া ষ্টুডেন্টস ফেডরেসন্দগী ***নিখিল ভারত ছাত্র কংগ্রেস অমসুং নিখিল ভারত মুশলিম ছাত্র লিগ*** হায়না অনী অসি খায়দোকখি। অনীমকসিবু য়াদবা কাঙবুনা ***ওল ইন্দিয়া ষ্টুডেন্টস ফেডরেসন*** ওইনা লৈহৌখি।

মণিপুর ছাত্র ফেডরেসন্দসু মচেৎ তাবগী মমি তারক্তুনা ১৯৪৭কী জনুয়াবী ২৯ দা মণিপুর ষ্টেট ছাত্র কংগ্রেস শেমখি। কংগ্রেসকী ৱাখললোনবু য়ানিংদবা কাঙবু মখৈ পূনশীল্লগা মণিপুর ছাত্র ফেডরেসন ওইনা অদুম লৈহৌখি। লোয়ননা স্বাধিন্তা, শান্তি, উন্নতি অমসুং সোসিয়েলিজমগী স্লোগান মখাদা ছাত্র ফেডবেসনগী ওর্গনাইজেসন মরা চেৎনা শাগৎলকই। ছাত্র ফেডরেসনসিগী প্রেসিডেন্ট অমসুং জেনেরেল সেক্রেটরি মথংশিংনা মোইরাংথেম মেঘচন্দ্র অমসুং থোকচোম বীরনা ওইখি।

১৯৪৯, আগষ্ট ৩ দা কলিকটাদা ফমখিবা ওল ইন্দিয়া ষ্টুডেন্টস ফেডরেসনগী ১১ শুবা কনফরেন্সতা মণিপুর ছাত্র ফেডরেসনগী ডিলিগেট ৬ থারম্মী। মখোয়শিংদুদি- মোইরাংথেম মেঘচন্দ্র, থৌদাম নিল্লমনি, কৈশাম মংলেম, আর কে সিংহজিৎ, এম জয়কুমার, রঘুমনিনি। মরূ ওইনা পৃথিবীদা শান্তি থম্নবা, অহুমশুবা লাঞ্জাও থোকহন্দনবা হোৎনরিবা সোভিয়েন্ট য়ুনিয়ন অমসুং চাওখৎপা পাম্বা দেশশিংগা পূন্না চঙমিন্ননবা হোৎনবা হৌখি।

***ছাত্রগী ঈহৌ নমথনবা হোৎনরকপা-*** ঈং ১৯৪৮, অগষ্ট ১৫দা নীং-তম্লবা ভারত চহী অমা মপুং ফাবগা লোয়ননা ভারত ভুমীদা থোকখিবা থৌদোক ৱাথোক পূমনমক্কা নীং-তম্লবা ভারত মীয়ামগী স্বার্থদা কংগ্রেস সরকারনা থবক তৌদ্রে অমসুং তৌররোই হায়বসি মশক শেংনা উরক্লে। নীংতম আন্দোলনগী মতমদা নেহরুন্না সোসিয়েলিজমগী স্লোগান লাউখ্রবসু শাসন পায়রক্লুবা মতমসিদা শেঞ্জাও পায়বখক্তবু য়োকখৎপগী পোলিসি প্রোগ্রামদা চঙশিনখিবদগী লৌমী শীন্মীশিংনা মপাঙ্গল থাংদোক্তুনা থবক শূজমনগী শেনফম্না শেৎপা চাবা কোন্নরক্তবগী পেন্দবা খোল্লাউনা নিন্নরকখি। শেঞ্জাও পায়বা জমিদার, কল কারখানাগী মপু ওইবা মীওই খুজোক অমত্তনা শাসন তৌরকপগী ফল ফংলরে। লৈবাক অসিগী ছাত্র-নহারোলশিংনা মহৈ তম্বগী খুদোংচাবা কয়া ৱাৎলকপা অসী বৃটিশকী পৎ-পুল্লবা এডজুকেসন পোলিসিদুগী খুদুং ইন্দুনা অদুম চৎথবদগীনি। কংগ্রেস সরকারগী পোলিসি কয়া অদুগী মায়োক্তা লাউরুবা কয়াবুনা ফাদুনা বিচার তৌদনা জেলদা থমজিল্লি। মতৌ অসুন্না লৈবাক্কী অবস্থা ফৎচিল্লক্তবগা লোয়ননা নৌনা হৌরক্লিবা মণিপুরগী ছাত্র নহারোলশিংগী লাইবক্তসু অচৌবা চৈথেঙ অমা ফংলক্লে। ছাত্রশিংগী মুকফু কলম, চে-পেন্সিল, লাইরিক্লচিংবা মরাঙ কায়না ফংহনবা ঙম্লক্তবা কয়া অসিনা মণিপুর ছাত্র ফেডরেসনসু পেন্দবা ফোঙদোক্তুনা দাবী কয়া সরকারদা তকশিনখিরম্মী।

মদুবু সরকারনা তাবিদবদগী পেন্দবা ফোঙদোক্তুনা ভারতনা স্বাধিন ফংবা চহী অমগী মতুং ১৯৪৮ গী অগষ্ট ১৫ নীং-তম্বগী পালন নুমিত্তা

**ফীরাল অমুবা হাইগগুনা মণিপুর ছাত্র ফেডরেসন্না স্বাধিনতা দিবস পালন তৌখি। ভারতকী নীংতম্বা অসি শাসন পায়রিবা কংগ্রেসনা অশেংবা ওইহন্দ্রে, মদুগীদমক্তা অমুবা ফীরাল চিংখত্তুনা পেন্দবা ফোঙদোকপগী পালন তৌরিবনি হায়বা ৱাফম কয়াসু ফোঙদোক্লখি। ১৯৪৯ গী অগষ্ট ১৫ দসু চপ মান্ননা অমুবা ফীরাল চিংখত্তুনা স্বাধিন্তা দিবস পালন তৌখি।**

মণিপুর ছাত্র ফেডরেসনগী মিলিটেন্ট ওইরবা থবকশিং উরকপদগী মতমদুগী মণিপুর সরকারনা নমথহৌনবা থবক পায়খৎলকপগী মনুংদা ১৯৪৯, অগষ্ট ২২ দা ছাত্র ফেডরেসনগী মরূ ওইবা লিডরশিং য়াম্না পাক চাউনা থি-হুম্বগী থবক চৎথরকখি। কর্ম্মী ১৮ গী ময়ূমদা থি-হুম্বগী থবক চৎথখি। পূম্নমক অসীগী মথক্তা ছাত্রশিংনা চলাইজবা বুক-ষ্টোলগী লাইবিকশিং পূম্বা ফাগৎখি। মার্ক্সিষ্ট লিটবেচরনি হায়বগী চার্জদা অরৈবা লাইরিক পূম্নমক ফাগৎখিবনি। ফাগৎখিবা মার্ক্সিষ্ট লিটরেচর মরক্তা *ছোটোদের রাজনীতি* হায়বদুদগী এম কে বিনোদিনীনা মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা *অঙাংশিংগী রাজনীতি* হায়বা লাইরিকি কোপি লোইনমক খোমগৎখিরম্মী। য়োমশিল্লকপা উপু ফাওবা থুগাইদ্রিবা অহনবা প্রেস মেচিন অমসু মোইরাংথেম মেঘচন্দ্রগী য়ুমদগী ফাগৎখি। মেচিন্দু ঙাঙবম নিল্ল মণিনা মশাগী পৈশানা লৈদুনা পার্টিদা দাণ তৌবনি। মতমদুগী হৈথোই শিংদোইদ্রবা পুলিস কাওবুনা অন-অথোরাইজ প্রেস মেচিন্নি হায়জিন্দুনা সিজর লিষ্ট ফাওবা পীবমদনা ফাগত্তুনা পুখিবনি।

মতৌ অসুন্না খুৎলায় পায়বা পুলিস অমদি সিফায় থাজিন্দুনা গনতান্ত্রিক ওইবা ছাত্রশিংগী মীফম কয়া থুগাইবা, ছাত্র ফেডরেসনগী মরূ ওইবা লুচিংবশিংগী ময়ূমদা থিবা-হুম্বগী থবক তোয়না চৎথরকপা, ছাত্র ফাবা, শীনীংবা মরাল শীজিন্দুনা পোৎ-চৈ, মাল-চাং, লাইরিক কয়া খোমগৎপা অসী গনতন্ত্রবু চীন মেন্নবা হোৎনবা ফেসিষ্ট অমসুং পুলিস রাজ অমা মণিপুরদা শাগৎপনি হায়না মসিগী মায়োক্তা অকনবা প্রতিবাদ কয়া মণিপুর ছাত্র ফেডরেসন্না তৌবম্মী। ছাত্রশিং অসি কম্যুনিষ্ট পার্টিনা ঈনশীন্দুনা লাঙহল্লি বনি হায়না লৌদুনা ছাত্রশিংগী ঈহৌদু নমথনবা সরকারগী ফেসিষ্ট নীতিগী মায়োক্তা সভা যাত্রানচিংবা কয়া চৎখি। ঈংকুমজা ১৯৪৯গী অগষ্ট ২৫দা *ষ্টুডেন্টস ডিমান্ড ডে* পোরোমপাত্তা পালন তৌরম্মী। রাজ্য অসিদা

**ছাত্রশিংনা থেংনরিবা অরাং অপাগী দাবীশিং অথুবা মতমদা ফংহনগদবনি হায়বা খোল্লাউগী মীৎয়েং চিংশিন্নবা তৌবা মখলগী পালম্নি।**

সরকারনা বে-আইন থমখিবদগী হেনফদনা কম্যুনিষ্ট পার্টিনা আন্ডরগ্রাউন্ড চঙগ্রবসু মাগী লৈহৌরিবা ফ্রন্টেল ওর্গনাইজেসনশিং মরু ওইনা মণিপুর ছাত্র ফেডরেসন, ওল মণিপুর য়ুথ লিগ অমসুং মণিপুর মহিলা সম্মেলনীনচিংবদি সরকারগী মখাদা পুরা অথীংবদি থমখিদে। বে-আইনী ওইনদি লাউথোকত্রবসু মণিপুর ছাত্র ফেডরেসনগী দাবীশিং তকশিনবগী আন্দোলন অমদি থবক থৌওংশিংদদি সরকারনা কুপশেন-শেন্নদুনা থিংনবা হোৎনরম্মী। লুচিংবশিংনা আন্দোলন শাগৎলক্তনবা কোয়থি-থিবগী থবকসু তৌরম্মী। মখোয়শিংগী মরক্তগী কম্যুনিষ্ট পার্টিনা রিক্রুইট তৌদুনা কম্যুনিষ্ট মেম্বর ওইহল্লকপদগী রেড গার্ড ওইখিদুনা অন্ডরগ্রাউন্ড চঙখিবা কয়া অমনি। অদুম ওইনমক অন্ডরগ্রাউন্ড চঙবা য়াওদবা, মপান্দা লৈদুনা মহৈ-মশিং তম্লুবা ছাত্রশিংনা হল্লক্লগা ছাত্রগী ওর্গনাইজেসনসি মপাঙ্গল কনখৎহন্নবা লেপ্তুনা থবক অদুম চঙশিল্লম্মী। অনৌবা ছাত্রশিংনা সরকারগী নমথনবা চৎথরকপা রিপ্রেসনগী মায়োক্তা থেংনদুনা সংগঠনগী মপাঙ্গল কনখৎহল্লকই। ফাখিবা ছাত্রগী লুচিংবশিং থাদোরক্লবা দাবীসু তৌরম্মী। গনতান্ত্রিক ওইবা আন্দোলন চঙশিল্লিবা ছাত্রগী ওর্গনাইজেসন্নি হায়বা খঙহন্নবা ছাত্রশিংগী ওইবা দাবী অমদি স্লোগানশিং পুখত্তুনা মফম কয়াদা মীটিং ফল্লম্মী। মদুদগী সরকারগী রিপ্রেসন্না মরম ওইদুনা নাথৈদুনা লৈরুরবা ছাত্র মেম্বর কয়াসু তপ্পা তপ্পা ছাত্র ফেডরেসন্দা চঙলক্লম্মী।

১৯৪৯ ওক্টোবর ৫দা ছাত্র ফেডরেসনগী কর্ম্মীশিংনা দাবী কয়া য়াওবা মেমোরেন্দমগা লোয়ননা মণিপুরগী দেৱান উন্নদুনা তকশিল্লম্মী। অগষ্ট ২২ দা পুলিসনা ফাগৎখিবা লাইরিকশিং, মার্ক্সিষ্ট লিটরেচরশিং, শীজিন্নদ্রিবা অহনবা প্রেস মেচিন য়াওনা অমুক পীথোরক্লবা তকশিনখি। অদুগা লিফলেট, পামপ্লেটনচিংবা নমদুনা, ছাত্র নহারোল অমদি পাত্রিক্তা য়েছোক্লুবগীদমক *প্রেস ইমরজেন্সি এক্ট* অমসুং *পাব্লিক সিক্যুরিতি এক্টকী* মখাদা বিচার তৌদনা ফাজিন্দুনা জেলদা থল্লিবা ছাত্রশিংগী লিডর মোইরাংথেম মেঘচন্দ্র অমসুং থোকচোম বীরনচিংববু খুদক্তা থাদোক্লবা লোয়ননা ছাত্রগী লুচিংবা খর ফানবা কোয়থি থিরিবদু তোক্লবা তকশিল্লম্মী। দেৱান সাহেবনা হায়রকপগী মতুং ইন্না অগষ্টকী ৫ অমসুং ৬ নুমিৎ নীনি চুপ্পা এস পিগা উনদুনা

তকশিল্লম্মী। উন্নবদুনা য়াম্না হেন্না কান্নবদি ফংলমদে। অদুবু ছাত্র ফেডরেসন্না ফোংনা থবক তৌনবগী খুদোংচাবদি ফংখিরম্মী। ছাত্রশিংনা মফম কয়াদা হোং-হোংদুনা মীটিং কয়া তৌদুনা ওইরক্লিবা ছাত্রগী খুদোংথীবশিং নৈনরম্মী।

*মনিপুরদা য়ুথ লিগ-* ছাত্র ফেডরেসনগী কর্ম্মীশিংনা ছাত্র ওইরকত্রবা মতমদা হায়বদি লাইরিক তম্বা লোইরবা মতমদা য়ুথ লিগ নত্রগা নহারোলগী ওর্গনাইজেসনদা চঙবা অমদি থবক তৌবা হায়বসি মাক্সিষ্ট ওর্গনাইজেসনগী প্রোসেসনি। মরমদুনা মণিপুরদা ছাত্র ওইরম্বা কর্ম্মীশিংনা ওল মণিপুর য়ুথ লিগকী থবক হৌগাৎলকখিবনি। ওল মণিপুর য়ুথ লিগ ১৯৪৯ ডিসেম্বর ৬ অমসুং ৭ তা মখা দুকান্দা লৈবা এক্টরস য়ুনিয়ন্দা (ভিক্টরি সিনেমা হোল মনাক) ফমখিবা নহারোলগী মীফম অমদা লিংখৎখি। মসীগী অহানবা সেক্রেটরি জেনেরেল ঙাঙোম মহেন্দ্রনি। মতম খরদি থেঙথজরবসু ঈং কুমজা ১৯৫০ গী জনুয়ারী ২৬ কী ভারতকী ঈহান হানবা *রিপাব্লিক ডে* পালন নুমিত্তা অমুবা ফীরাল চিংখৎতুনা পাঙথোক্লবা শেম শারম্মী। থৌরাঙ অসি অন্ডরগ্রাউন্ডদা লৈরিবা কম্যুনিষ্ট পার্টিনা ব্বারেপ লৌদুনা য়ুথ লিগতা ওভবগ্রাউন্ডদা লৈবা কমরেডশিংগা লোয়ননা পাঙথোক্লবা শিন্নরকপদগী হোৎনরকপনি। মণিপুর সরকার অসি ফেসিষ্ট নীতি চৎপা পুলিস রাজ অমা ওইরে। লৌমী, লায়রবা প্রজা, ছাত্র নহারোলগী স্বার্থ য়েংবা ভমদ্রবা ঈনাকখুনবা মীওই খুজোক খরতগী য়েংবা শাসন ওইরে। অদুনা মদুগী মাযোক্তা পেন্দবা ফোঙদোকপগী তৌগদবা পালন্নি। ব্বাবমশিংসি য়াওবা লিফলেট মণিপুরগী মফম শীনবা থুংনা চাইথোক্লম্মী। ইম্ফাল সহর মনুংদদি ফনা নীংথিনা পাক শন্না চাইথোকখি। পোষ্টর কয়াসু পাক-শন্না কাচিন কোয়া য়ৌনা থেৎলম্মী। থবকশিং অসি তাং ২৫ গী অহীংদা পাঙথোকখিবনি। পালন অসি তোপ কোংবা ঈরিল মপান্দা পাঙথোক্লবা ১৯৫০ গী জানুয়ারী ২৫ দগী থৌরাঙ লোইশিনখ্রবনি। সভাদুদা কম্যুনিষ্টকী থাঙ্গোল নূংথং য়েকপা অঙাঙবা ফীরালগা প্রতিবাদ তৌরিবদুগী মওঙ তাক্লবা অমুবা ফিজী ফীরাল অমগা পুন্না হাইগাৎলম্মী। পালন্দু কমরেড তেনসুবম লম্ফেলনা সভাপতি ওইদুনা পাঙথোক্লবা হৌরকখিবদা ফীবম অদুবু লাকশীন্নবা পুলিস অমসুং সিফায়শিংনা থুগাইখিরম্মী। অদুবু অহীংদু পাঙথোকখিবা পোষ্টর কেম্পেইনগী কান্নবদি কাচিন কোয়া শীন-থুংনা কান্নবা ফংখিরম্মী।

পালন অদুবু খুগাইদ্রবা মতুং নুমিৎ নীনী নৈরংগা জনুয়ারী ২৮ দা চেকোন্দা নুপা-নুপী কেতর ১০০ রোম তিন্দুনা ওল মণিপুর য়ুথ লিগনা মীটিং অমা পাওখোকখি। মীটিং অদুদা বা তাকখিনা সোভিয়েৎ য়ুনিয়নগী সোসিয়েলিষ্ট কনষ্ট্রকসন তৌরকপগী প্রজা মীয়ামা ফংখিবা কান্নবা অদুগা ভারত সরকারবুনা ফেসিষ্টকী পোলিসি চংগা, পৃথিবীদা অমমেওবা লাক্তাও অমগী শেম শারিবা এংলো-অমেরিকাগা খুৎশমদুনা চংপদগী মীয়ামা অবাবা নংলিবা, মদুগী খুদুং ইন্দুনা মণিপুর সরকার অসিনি পুলিস অমসুং সি আই ডিগী ফেসিষ্ট রাজ্য ওইহনে হায়রনা পেন্দবা কোওদোকপগী বারেপ লৌখি। লোয়ননা মণিপুরগী শক্তমবু কমবা পুর্ব্বাচল প্রদেশ শেম্বগী মায়োক্তা গনতান্ত্রিক ওইবা মওংদো প্রতিবাদ সভা পাওখোক্লবা আন্দোলনগী লুচিংবশিংবু বে-আইন থমজিন্দুনা প্রজা অমদি কর্ম্মী কয়া অমবুনা প্রিভেন্তিব ডিটেনসন এক্টকী মথাদা বীচার তৌদনা ফিজিন্দুনা থম্ববু ফেসিষ্টকী নীতিনি হায়না প্রতিবাদ তৌদুনা সরকারবু য়াদবগী অমদি বন্দিশিং থাদোক্লবগী স্লোগান লৌখি।

মতৌ অসুমা ওল মণিপুর য়ুথ লিগকী মীফমসিনা রুশিয়াগী ওক্টোবর সোসিয়েলিষ্ট রিভোলুসনা ইং ১৯১৭ তা লেনিনগী লমজিং মথাদা মায়পাকপা পুরকখিবদগী মীবু মীনা ওৎপগী নিয়ম-নীতি কয়া মুৎথৎতুনা নীং-তম্বা অমদি সোসিয়েলিষ্ট সমাজ অমদা চওশীন্নরিবা খোওজওগী মতাংদা নৈনখি। মসিগী মথক্তা চীনাগী বিপ্লবনা মতমদুগী ঈনাকখুনবা, কলকার খানাগী মপুতবু য়োকখৎপা বুর্জ্জুবা সরকারবু লুচিংলম্বা চীয়াং কাইশেকপু মপুং ফানা মায়থীবা পীদুনা মীয়ামগী রি-পাব্লিক অমা লিংখৎখিবা অদুনা ভারত অমসং মণিপুরগী প্রজাশিংদা পীরকপা অওনবা অমগী দরকার ওইরকপা ঈখিলশিং নৈনখি।

চেক্কোন্দা ফম্বা মীটিংনা লোইরকপদা, নৈনখিবা অমদি তানথীবা বারেপশিং অদু মীয়ামদা থম্নবগীদমক মীফমদুগী মীয়ামা সভাযাত্রা ওইনা লাক্লগা ইম্ফালগী গান্ধী মৈদান্দা তৌবা মীটিং লোইশিল্লকপদা পুলিসনা তানখায়রকখি তিল্লিবা ওল মণিপুর য়ুথ লিগকী সেক্রেটরি জেনেরেল কমরেড কৈশাম তোলেন অমদি মংলেম অনীবু নুমিত্তুদা ফাজীন্দুনা প্রিভেন্টিভ্ব ডিটেনসন এক্টকী মথাদা জেলদা থমখি।

# সিপিআই মণিপুরগী ইতিহাস

চেক্কোন মীফমদা নৈনখিবা অমদি তানখিবা বাবেপশিং অদু ৩৮৮দা মণিপুর সরকারনা য়াম্না হকচিন্না লৌরম্মী। য়ূথ লিগ অসি কম্যুনিষ্ট পার্টিগী অফোংবা শায়োল্লি হায়না অবাংবা থাক্তা সবকারনা নৈনরম্মী। ওর্গনাইজেসন অসিবু বে-আইন থম্নবা খুদক্কী ওইবা গ্রাউন্ড রিজন লৈত্রবসু কর্ম্মীশিংবুদি খি হূম্নগী থবক কম্না চৎথরম্মী। ফোংনা থবক তৌবদি ফাখিবা য়াবগী ওইথোকপা লৈবনা তৌদ্রে। দাবী অমদি স্লোগান ষ্টেটমেন্টশিংদি মবক মরক্তা লিফলেট ওইনা হেক হেক চাইথোক্লম্মী । অয়াম্বনা রেড গার্ড ওইখ্রে। অদুবু ভারত পূম্নমক্কী খুৎলায় পায়বগী রিভোলুসন হন্দোরকপগী তাঞ্জা লাক্লবা ১৯৫১ গী সেপ্টেম্বর তাং ২৬-২৭ তা পোরোমপাত্তা ফমখিবা ওল মণিপুর য়ুথ লিগকী কনফরেন্সকী ডেলিগেট সেসন লোইরবা মতুংদা মসিগী ওপন সেসন পোরোমপাত্তা ফমখিরম্মী। মীটিংদু থুগায়-খোৎকায়বগী থবক্তি সরকারনা তৌখিদ্রে।

মসীগী মথক্তা পার্টিগী হৌরকফম ওইবকখিবা কৃষক সভা অমসুং ১৯৩৯ নুপীলান মতমদগী ইরাবতকী লমজিং মখাদা লৈবকখিবা মণিপুব মহিলা সম্মেলনী অনীমক পাঙ্গল থোক্লা পার্টিগীদমক লীশাঙ শীথনা থেংনদুনা লাক্লিবনি। নুপীলানগী লুচিংবী তোংব্রম শবি দেবীনা সভানেত্রী ওইনা মহিল, সম্মেলনী খুঙ্গং কয়া শীজুংনা শন্দোক্তুনা থেংনবক্লিবনি। অসীগুম্বা মিলিটেন্ট ওইবরা মাস ফ্রন্টশিং অসীনা লমদম অসিদা কম্যুনিষ্ট মপাঙ্গল হাপ্লকখ্রিবনি।

## পার্টি কন্নবা রেড গার্ড

কম্যুনিষ্ট পার্টিসি নৌরিঙৈদা ময়োন্দগী হৌনা থুগায়হৌনবগী পোলিসি মখাদা তোঙান তোঙানবা ষ্ট্রেটেজি অমসুং টেক্টিস লৌখত্তুনা ওৎ-নৈবগী থবক লেপ্তুনা চৎথদুনা লাকখি। কম্যুনিষ্ট পার্টিসু মাগী ওর্গনাইজেসন অসী পাক চাউনা শাগৎপগী থবক অন্ডরগ্রাউন্ডদা লৈনা লৈনা চঙশিল্লকপদা ১৯৪৯ ফাওবগী মনুংদদি ফনা নীংথিনা মায় পাকখি। নৌনা অমুক্কা রি-ওর্গনাইজ তৌদুনা পাকথোক-চাউথোক্লা শেমখ্রবা ডিষ্ট্রিক্ট রি-ওর্গনাইজিং কমিটিগী লমজিং মখাদ মেম্বরসিপ নৌনা লৌশিন্দুনা মণিপুর তম্পাক্কী মফম অয়াম্বদা পার্টিগী সেল কমিটি লিংখত্তুনা সরকাবগী অথিংবগী মায়োক্তা পায়খৎপা য়াবা থবকশিং প্রজা মীয়ামগা লোয়ননা মায়পাক্লা চৎথরম্মী।

থোইদোক্লা পার্টিনা মণিপুর মহিলা সম্মেলনী মপাঙ্গল কনথংহন্দুনা থম্বদগী সরকারগী সিফায়না কম্যুনিষ্টশিংবু ফানবা লাকপদা খুঙ্গংগী নুপী মীযাম্না হৌ-হৌদুনা মায়োক্নবদগী সিফায়শিং উপাই লৈখিদে। মাস বেঙ্গ ওইবা খুঙ্গংশিংদদি সিফায়শিং কাবিস্ত তৌবা ভমখিদে। কম্যুনিষ্টকী লোং ফমসু অদুগুম্না খুঙ্গংদা ওইখিবা মবমদুনা মতমদুগী সরকারনা নৌনা শেমগৎলরবা কম্যুনিষ্ট পার্টিবু মকা ফংনা মাঙহন্নবগী পান্দমদা মখোয়গী লৈজবা শক্তি পম্মক পুথোক্নুনা হোৎনজরবসু যাম্না লায়না থল্লম্বা, পার্টিগী মকু ওইগা লিডরশিংবু লোইনা ফাদুনা কম্যুনিষ্ট পার্টিবু মুথৎনবগী থৌরাঙশিং অপুম্বদা থাদুনা লাকাখি। কম্যুনিষ্ট পার্টিনা নুপা-নুপী কাঙলুপ খুদাংগী মীয়ামগী স্বার্থদা মথল কয়াগী দাবী পুথোক্নুনা অকনবা লডাই লেপ্তুনা থেংনবকপদগী মপুংদা লৌমীগী স্বার্থদা লৌশালগী আন্দোলন তৌদুনা থেংনবকপদগী লৌমীশিংগী কান্নবা ফংলকপনা মীযাম্না পাম্নববা পার্টি অমা ওইরকখি। মণিপুর সরকারনা মীযামবু ওৎপা নৈবা হেনগৎলকপগী মতীক ওৎপী নৈবিববা প্রজা মীযাম্না অমসুং ছাত্রনহারোল কয়ানা থৌনা ফনা চোংখোক্নুনা আন্দোলনসিংদা যাওশিল্লকখি। মরমদুনা সরকারনা শীজিন্নবা লৌশিং ফুগৈদুনা, কা হেনা ওৎ-নৈদুনা রাজনীতি অমসুং সাইকোলোজিকেল ৱারফেয়ার ফাওবা চৎথদুনা হোৎনখিবা পূম্না অরেম্বা তাখিরম্মী।

সরকারগী অকনবা বিপ্রেসন্না মথং মথং অনৌ-অনৌবা মওংদা হেন্না কনশিল্লক্লগনি হায়বসি পার্টিনা খঙলম্মী। অসিগুম্লবা তাঞ্জাসিদা পার্টিনা মতম শাংনা পার্টিগী থবক্তমক তৌদুনা লৈথোকপা যাবকত্রে। খূৎলায় পায়বগী লাঞ্জনো কম্যুনিষ্ট পার্টিদা লান্দাশিল্লকপদা খূৎলায়না ইশা ঙাকথোকচনবগী পান্থে ওইগদবনি, খূৎলায়বু খূৎলায়না মায়োক্লবা নত্তনা অতৈনা যাফম থোকত্রে হায়বগী রাফমদা য়াম্না পাক চাউনা পার্টি মনুংদা মরৈ মূনশিননা খন্নবা হৌবরুম্মী। শোক ১৯৪৯ ফাওবগী মনুংদা পার্টিগী মপাঙ্গল কনখৎহনবা ওল্লবসু পার্টি কেডরশিংনা ফ্রীদা হাঙনা চৎতুনা লৈববদি পুম্নী পাক্তক্লনা মাঙনিঙাই ওইরক্লগনি হায়না লৌদুনা লোয়ননা খূৎলায় পায়দুনা থেংনদবা য়াবক্তবগী মতম য়ৌরক্লে হায়না পার্টিনা মট অমত্তা ওইনা য়ানখিবদগী ১৯৫০ গী মার্চ ৯ দা রেড গার্ড কাউন্সীল অমা শেমখি। রেড গার্ড কাউন্সীল অদুগী কমান্ডর ইন-চীফনা পার্টিগী সেক্রেটরিসু ওইবিবা কমরেড থোকচোম বড়সিংনা ওইরম্মী। মহাক্না কমান্ডর ইন-চীফ অমসুং পার্টিগী সেক্রেটরি অনীমক পুহল্লম্মী। রেড গার্ড কাউন্সীল অসী

মেখর মতমনা শাদুনা মাগী মাগী থবক য়েংহৌক্লরম্মী।

*অহানবা কাউন্সিলগী মেম্বরশিংদি —*

১।　কমরেড থোকচোম বড়সিং — কমাণ্ডর ইন-চীফ
২।　কমরেড নিংথৌজম বিনয় — পোলিটিকেল কমিসার
৩।　কমরেড ঙাঙোম মহেন্দ্র — গেরিলা বায়ফেয়ার অমসুং ট্রেনীং
৪।　কমরেড মোইরাংথেম ইবোহল — ইন্টলিজেন্স অমসুং ফার্স্ট এইড
৫।　কমরেড লাঙোঞ্জম টিকেন্দ্র — ষ্টোর।

রেড গার্ড কাউন্সীল অসীনা অথুবা মতমদা প্রোগ্রাম কয়া মথং মথং শেমদুনা মণিপুরগী খুন্দংগী লমদা মকম চাবা য়েং-য়েংদুনা, কেম্প লিংখৎদুনা ট্রেনীং পীবগী থবক লেপ্তনা চংথরম্মী। ট্রেনীং খুদীংদা অনীকপা খুৎলায় (স্মোল আর্ম) লোংমৈশিং শীজিন্নবা ওমবা, গেরিলা লান্হোংগী থীয়রি কয়া খঙহন্নবা তম্বিরম্মী। ১৯৫০ মে ফাওবগী মনুংদা লিংখৎখিবা কেম্পশিংদি — নুংশিগুম, খামেনলোক, খোঙাখুল, দাকারোক, নম্বোল অমসুং কৈবিগী চীংনীংদা চংথখিবা কেম্পশিংনি।

অন্ডরগ্রাউন্ড চঙ্গিংঙৈগী মমাঙদা কৃষক সভানা শীনবা ভোলুন্টিয়ার ট্রেনীং য়াওরারবা মেম্বরশিংনা অসিগুম্বা ট্রেনীং অসিদা য়াম্না থুনা খুৎলোয়বা হেনখি। মথং ভারকপা কেম্পশিংদদি মখোয়না মথং অমুক অনৌবা কেডরশিংদা ট্রেনীং পীবগী মথক্তা য়াওরম্মী। রেড গার্ড কাউন্সীল অসিবু অশম্বীদা আর জি সি হায়না পার্টিনা খঙনরম্মী।

কম্যুনিষ্ট পার্টিনা রেড গার্ডকী ট্রেনীং অমদি গেরিলা বায়ফেয়ার তৌরে হায়বসি সরকারগী ইন্টলিজেন্টসিনা অরোনবা পাউ ফংবদগী কেম্পশিং থিদুনা থুগাইনবা হোৎনেবা হৌরক্লম্মী। অদুবু য়াম্না চেকশিন্না হোৎনবদগী সিফায়না য়াম্না লায়না অপনবা পীবা অমদি থুগাইবা ঙমখিদে। কৈবি অমসুং তরেংখুন অনীগী মরক্তা লৈবা কবোলৌ লোক্তা ৫০ গী মথক্তা কেম্প তৌরিঙৈ মনুংদা শা তানবা নেপালী অনীথক লাকপদা মখোয়বু ফানবা হোৎনরুবদা নাম্হোকখিবদগী ফীবম্না য়ারক্তদুনা অমদি সিক্যুরিটিগী মীথয়েংদগী হেনফদনা কেম্প অদু খামেনলোকী চীংদোম্দা হোংদোক্লগা মখা তানা চংথরম্মী। অকায়বা থোকখিদে।

থামেনলোক মতোম্দা কেম্প হোংদোকপা নুমিৎ অদু ১৯৫০ গী মার্চ ১৮ দনি। মতমদুগী এস পি পালিটনা লুচিংবা মরিওবা আসাম রাইফল্সকী অচৌবা কোর্স অমা পুরক্লুনা কবোলৌ লোত্তা লান্দারম্মী। অদুবু কেম্প অদু মতম চানা হোংদোকহৌবদগী মথোয় পুম্নমক নীংবা কায়না হন্দোকখিরম্মী। রেড গার্ডকী কেম্প তৌরিঙৈদা উখিবা য়াওদুনা অতোয়া মফম অমদা য়াম্না চেকশিন্না হোংদোকখ্রবা মতুংদা সরকারগী সিফায়শিংনা আক্রমন তৌরকপদা অহাঙবা কেম্প ওইনা লৈরম্বদগী মদুগী মওং মতৌ পুম্নমক কোটো কাওবা নমদুনা পুথি। থাকম অসিগী অশেংবদি মণিপুর কম্যুনিষ্টসী কেসকী মতাংদা এস পি পালিটনা কোর্টতা পীখিবা জবান অমদা কৈবিগী রেড গার্ড কেম্পকী মতাংদা মথাগী অসুম্না ফোঙদোকখি।

***The camp was camofladged both from ground and from air that no sign of it could be detected even when at a distance of only 25 yards. Just on entering the camp there were three well-made by strif trenches. Next to the trenches there was a small parade ground where 50 to 60 men could be paraded and just behind this a little higher elevation of two more bushes each providing accommodation for 6 to 7 men. There was also found what appeared to be a place of giving open air lectures, tiers of seats having been cut in the ground.***

মণিপুর কম্যুনিষ্টসী কেস চংথরিবা মাজিষ্ট্রেট মিষ্টর ই পি মুনগী য়ায়দসু অসুম্না য়াওরি

***In March 1950, there came into existence under the auspices of the Manipur Communist party a secrete organisation known as "Red Guard" the avowed object of which are to collect arms and ammunition with a view to harassing and fighting the police and overthrowing the Government of India. The accused many of whom as well already have been cleared from the evidence. Summersised above were prominent members of the Red Guard organisation.***

# সিপিআই মণিপুরগী ইতিহাস

**মতম অদুগী রেড গার্ডকী কেম্পশিংদু মপুং ফানা, মওং তানা তৌরম্মী হায়বগী প্রমান মথক্তা পীরিবা ডোকুমেন্টশিং অসিনা মযেক শেংনা তাক্লি ।**

রেড গার্ডশিংবু মপুং ফারবা রাজনীতিগী জ্ঞান লৈহনবা অমসুং লাম্ছেনেনবগী লাম্লোং, পায়নরিবা খুৎলায় নীংগিনা শীজিন্নব। ওম্লবা, হেনফদনা ট্রেনীং পীগদবনি হয়বগী প্রোগ্রাম মখাদা থবক চংশিন্নকখি। লোংমৈ পায়দুনা শীজিন্নবা খক্তা নত্তনা হেন্ড গ্রেনেড মাইন পোম্লিংদা লোয়নননা মেকনবগী লম্বীশিংদা খুন্দদা ওইরক্লিব। মীনমশিং রেংলগা লাম্ভংগী থৌরাং তৌবগুম রেড গার্ডশিংনসু মতৌ করম্না চংশিন্নক্লিগনি মেক্লংগো পুংগদদগে হায়বগী লাম্লোংসু ট্রেনীংসিগী মখা তারকপদ। ভিলেজ গার্ড, ভিলেজ ভোলুন্টিয়ারশিংবু চপ চানা ট্রেনীং পীবগী থবকসু চংশিন্নখ্রে। মমনদি ভিলেজ গার্ডশিংবু যাম্না নীংথিনা, ফল লৈনা থবক তৌহনবা ওম্লবা, মদুনা রেড গার্ডশিংবু মতেং পাংনবা শোমগৎপা হায়বসি যাম্না মরু ওইখ্রবা অমনি। মবমদি ভিলেজ গার্ড অমসুং ভিলেজ ভোলুন্টিয়র অসীনা রেড গার্ড অমসুং পার্টিবু কনগন্দৌবিগনি। মখোয়না কেরিয়াবগী থবক তৌবিগনি। মসিগীসু মথক্তা কম্যুনিষ্ট পার্টিগী মরু ওইবা থবক তৌনিবা, থাজবা যাবা নুপা অঙাংশিং যাওনা যেক্লবগী পাউ লৌথোক-লৌশিন তৌবা ওম্লব।, চান খক্লবা মচাকশিং পুথোক পুশিন্দা শীজিন্নবা ওম্লবা মখল কয়াগী চানগদৌবা যেংলগা ট্রেনীং পীবগী থবকসু পায়খৎলম্মী। থোইদোক্লা লৌশিংদি লৈরবা পীক্লবা অঙাংশিংদা যেক্লবা সিফায়গী ঈ-পাউ অরোনবা খঙনবা ট্রেনীংসু পীরম্মী। কবিগুম্বা শোক্তুনা তুববা সিফায়শিংগী মনাক্তা চঙদুনা শিববরা শিদ্রিবরা য়েংনবা, শিরগনা খুৎলায় লৌবক্লবগী লৌশিং তম্বিবা অসিসু তোপতোপ্লা মথেল অমনি।

মতৌ অসুম্না রেড গার্ড, ভিলেজ গার্ড, ভিলেজ ভোলুন্টিয়র, পার্টি কুরিয়ার, নূপীশিং, পীক্লবা অঙাংশিংদা এ বি সি ওফ গেরিলা ৱারফেয়ার তম্বিদুনা যেক্লবগী আক্রমন মনুংদা প্রজা মীয়াম্বু ওৎ-নৈবকপদা মায়োক্লবা ওম্লবগীদমক রেড গার্ড কাউন্সীলনা মায় পাক্লা থবক পায়খৎথিরম্মী। সরকাবনা থুগাইবা ওমখিদে। গেরিলা ৱারফেয়রদা অশোক-অপন য়াওরকপগী ফার্ষ্ট এইড পীবগী ট্রেনীংসু তৌরম্মী। অন্ডরগ্রাউন্ড কমরেডশিংগী অশোক-অপন অমদি অনা-অযেক্কী লায়েংবদা ডাক্টর নিংথৌজম লৈবেন্না যাম্না চাউনা থৌদাং য়াখি। থোইদোক্লা শীংথানিঙাই

ওইবা অমনা তোপ ময়ায় লৈকায়দা লৈবা অথোকপম গৌবহুবিনা সরকারগী মেডিকেল ডিপার্টমেন্টকী তলব চাবা, এক্সপরিয়েন্স লৈরবা কর্ম্মচারী অমা ওইনা ওইনা অন্ডরগ্রাউন্ডদা লৈবশিংগী মরক্তা অশোক অপন, অনা অয়েক য়াওরকপদা শীংথানবা য়ানা মতেঙ পাংলম্মী অদুগা মহাক্কী ময়ূম অদুমক পার্টিগী ট্রানজিট পোষ্টস্ ওইরম্মী।

গেরিলা য়াবগী ট্রেনীংসিদা গেরিলা য়াবতা নত্তনা মার্ক্সিষ্ট ফিলোজোফি, সোসিয়েলিজমগী য়াখল্লোন, কম্যুনিষ্টকী থীযরি কয়া নৈনরম্মী। চীনাদা থেংনখিবা বিভোলুসন অমদি গেরিলা য়াবফেয়াব, রুশকী ওক্টোবর সোসিয়েলিষ্ট রিভোলুসনগী থীয়রি অমসুং মওঙ মতৌশিং নৈনখিরম্মী। মতৌ অসুন্না কম্যুনিষ্ট পার্টিনা রেড গার্ড মওঙ তানা শাগৎপগা লোয়ননা পার্টিগী মেম্বর য়াম্না লৈবা অমসুং মাস বেজ ওইবা খুঙ্গংশিংদা ভিলেজ গার্ডশিং য়াম্না পাক শন্না শাগংপা অমসুং ট্রেনীং ফংলবা রেড গার্ডশিংগীদমক্তা হেনফদনা খুৎলায় অমমম পায়নবা হোৎনরগদবনি হায়বগী ফিরেপশি লৌখি। মবমদুনা নোংমৈ লৈনবগীদমক ওভরগ্রাউন্ডদা লৈবিবা, কুবিয়ার ওইবিবা ব মবেভ্রশিংনা লুপা ৫০/৫০ পুথোক্লদুনা নোংমৈ লৈনবা য়ারেপসু লৌখি। মতমদুদা জাপান লান মতমদা লৈহৌবা নোংমৈসি লুপা ৫০/১০০ দা লৈবা ফংলম্মী। মসিগী মথক্তা কৃষক সভাগী কর্ম্মীশিং অমদি পার্টি সিম্পেথাইজরশিংনা নুমিৎ খূদীংগী চাক থোংলমদাইদা চেঙ মুট অমমম চফু অমদা তুংশীন্দুনা থমহৌবগী থবক *মুষ্টি ভিক্ষা*গী চৎনবীসু লৈবম্মী। মদু পার্টিগী ফন্ডদা মতেং পাংনবগীদমক্তনি।



# কম্যুনিষ্ট লুচিংবশিং ফাগৎলকপা মথাতাবা পার্টিগী চেকশীল থৌরাঙ

ঈং ১৯৫০ মে থা হৌরকপদগীদি মণিপুরগী কাচিন-কোয়া শীনবা থুংনা কোম্বিং ওপরেসন পাকশন্না চথদুনা কম্যুনিষ্টশিং ফানবা হোৎনরম্মী। চহীদুগী এপ্রিল ১৮ দা নহারূপ ঈরীল খোঙবান্দগী নুপী মীয়াম্না ফারগা রেড গার্ডশিংদা শিন্নরক্তুনা নুমীৎ ১৫ নি ফাজীল্লুবা মীওইশিং থাদোরকপগা পুলিসনা কোইংপু পুদুনা মখোয়বু থন্নম্বা মফমশিংদা চৎলম্মী। সি আই ডি শিংদুবু থন্নম্বা মফম অমদি লৈকায়গী মীওইশিং যুবা-চৈবা, ওৎপা-নৈবগী থবক লীশাঙশীংনা চথবা হৌরকখি। মরূ ওইনা নহারূপগী তরেৎখুন ফাওবগী মনুংদা লৈবা খুনশিংগী মীচম প্রজাশিংবু ফাগৎলগা পরেং লেংদুনা শক তাকহনবগী থবকসু চথরম্মী। সি আই ডি ফাবদা চেন্নবনি হায়দুনা নহারূপগী মঙা তরেৎখুন্দগী মঙা ফাগৎখি। তরেৎখুন অমসুং লম্বোইখুন লোন্নবদা লৈবা খুনজা মরক্তগী মীওই কয়া ফাগত্তুনা কম্যুনিষ্ট পার্টিগী মায়োক্তা প্রচার তৌহনখি। মদু তৌদ্রবদি হান্না জেলদা ফাজীন্দুনা থন্নিবশিং থাদোক্তনা অদুম্বক থমজিনগনি হায়দুনা কিহনখি। মসীদ নন্তনা তমপাক্তা লোন্নবা চীংগী খুলশিংদা চঙজফম লৌবা, পার্টি শাগৎপগী পাউ হেক তাবগা অথিংবা পীনবা, চঙজফম পীহন্দনবা লেপ্তনা হোৎনখি। খুন-খুনগী লুচিংবশিংবু পুলিস সুপারিনটেন্ডেন্টকী য়ুমদা কৌদুনা কম্যুনিষ্টবু তাথীহন্নবগী প্রচার কন্না তৌখি। খুৎলায় পায়বা পায়দবা থিদনা কম্যুনিষ্টবু ওইরবদি চঙজফম পীবা য়াদে, মখোয়গী পাউ হেক ফংবগা নক্নবা পুলিস ষ্টেসন অমদা খুদক্তা লাক্তুনা তাক্লনবা অকনবা বাফম নন্নম্মী।

মতৌ অসুম্না মওঙ অমা নৎত্রগা অমদা কম্যুনিষ্ট ঈহৌবু নমথনবা, লুচিংবশিং ফাগৎনবা, থোইদোক হেন্দোক্লা মখোয়না *বিগ টাইগর*

হায়নফাওবা থোল্লিবা ইরাবতপু ফাবা ঙম্নবা লৈজবী শক্তি পুথোক্তুনা হোৎনরম্মী। খুঙ্গং লৈকায় খূদীংদা সি আই ডি থমদুনা মীকূপ নাম্থম শিংনা শেন্নখি। কম্যুনিষ্টশিংবু মতেং পীবনি, চঙজফম পীবনি হায়বশিং, খজিক্তং চিংনবশিং ফাদুনা ওৎ-নৈবগী থবক পাক শন্না অমদি কন্না চত্থখি। মীচম কয়া অমসু ফাগৎতুনা ওৎ-নৈবা যাবা নৈরবা তুংদা কম্যুনিষ্টনি, রেড গার্ডনি হায়বগী খূদম ফংদবদগী থাদোক্লখিবসু য়াওরীবনি। অকনবা ওপরেসন অদুগী খূৎথাবা ওইনা মে ৫ দা কোংপাল তোপ নাউরিয়াদা লৈবা কমরেড মংসিদম যুগে ফাখি। মহাক ফাবদা কমরেড ঙাঙোম মহেন্দ্রগী অরোনবা মিং *গুনি* হায়না থাবা আর কে পাকাসনাদা ইবা চিঠি অমা, লূপা চামরি, পার্টিগী লমজিং মখাদা ফাইটিং য়ুনিট অমা শাগৎনবগী অকূপ্পা মরোল য়াওবা ডোকুমেন্ট অমা য়াওখি। মসিদগী মখাতানা থিগত্তুনা পাকসন্না ফাখি।

মথংদা বর্ম্মাদা চত্তুনা পার্টিগী থৌদাং পাঙথোকলুনবা থৌরাঙগী মখাদা মণিপুর থাদোক্কদবা নুমিৎ মে ৭ তা পার্টিগী সেক্রেটরি, রেড গার্ডকী কম্মান্ডর ইন-চীফ কমরেড থোকচোম বড়সিং অমসুং রেড গার্ড ট্রেনীং ইনচার্জ কমরেড ঙাঙোম মহেন্দ্র খাগেমপলিদগী ফাখি। মখোযনী ফাবদা পোইন্ট ৪৫ গী রিভোলবর অমা, টাইপ রাইটর অমা, মরুওইবা ডোকুমেন্ট খরসু যাওখি। কমরেড অনীমক বর্ম্মাদা বর্ম্মা কম্যুনিষ্ট পার্টিগা উন্নদুনা ফীবম কয়াদা ৱাতানরুনবা অমদি তুংগী পোরম কয়া য়েংশিল্লুনবা ডিষ্ট্রিক্ট ওর্গনাইজিং কমিটিগী ৱারেপ্পা শিন্নখিবনি। থোইদোক্না ইরাবতনা বর্ম্মা চৎনবগী ৱামাঙ য়ানবা খোঙচৎ অমসুনি। নুমিত্তুগী অহীংদা খোঙশান্নবগী থৌরাঙ তৌখিবনি। কমরেড বড়না মণিপুর থাদোক্কদবা লৈবনা সেক্রেটরিগী চার্জ অদু কমরেড নিংথৌজম বিনয়না লৌহৌবনি। মানা পায়রম্বা বেড রার্ড কম্মান্ডর ইন-চীফ অদুনা কমরেড মোইরাংথেম ইবোহলনা পুহৌখি। কমরেড অনীমক মখোঙদা দণ্ডাবিড়ী থাংদুনা জেল মনুংদা য়াম্না তমথীনা ওৎ নৈখি। মে ৩১ দনা কমরেড নোংমাইথেম নৃপেন প্রিভেন্টিব ডিটেন্সন এক্ট (পিডিএ) গী মখাদা ফাখি। মহাক ছাত্র ফেডরেসনগী এসিষ্টেন্ট সেক্রেটরিনি। ফেডরেসনগী লুচিংবশিং অয়াম্বা রেড গার্ডতা রিক্রুইট তৌখিবদগী মে মঙাদা ফম্বা মীফম অমনা কমরেড লোংজম জ্ঞানেন্দ্রবু সেক্রেটরি অদুগা নৃপেনবুনা এসিষ্টেন্ট সেক্রেটরি খনখিবনি। মতম অসিদা কম্যুনিষ্টসিংদ নত্তুনা মাস ফ্রন্টকী লুচিংবশিংগী মথক্তসু সি আই ডি না কোয়শেল শেন্নদুনা লৈবনি।

নুপেন ফাখ্রবা মতুংদা ফেডরেসনগী এসিষ্টেন্ট সেক্রেটরি কমরেড থ।ংজম বাবুনা ওইহৌই।

সি আই ডি গী পাউদা নুমিৎ খুদীংগী লেপ্তনা মিলিটরি ওপরেসনগী থবক চথরকপা, পার্টিগী মপুংওইবা লুচিংবা অনী লায়না ফাখিবা অসিদগী পার্টিনা অনৌবা থৌরাঙ লৌখত্তবা য়ারকখিদে। জুন তরাদা মোইরাংকমপু কমরেড য়েংকোকপম তুনালগী য়ুমদা পার্টিগী মীটিং ফমদুনা সিফায়গী অক্রমন থেংননবা রেড গার্ড রিক্রুইট হেন্না তৌনবা অমদি পার্টি চেকশীন থৌরাঙগী ষ্ট্রেটেজিগী মতাংদা ৱাফম কয়া পুথোক্তুনা খন্নখি। মীটিংদুনা পার্টি অসী রি-ওর্গনাইজ তৌদুনা মপাঙ্গল কনখৎহন্নবা অমসুং অনৌবা কেডর শেমগত্তুনা রেড গার্ড হেন্না মপাঙ্গল লৈহন্নবা লেপ্পখি। মখাতানা টিনসিদ লম্বীদা লৈবা চীংদোঙ খরদা নৎত্রগা চীংখোঙদা গার্ড থমদুনা সিফায় চখোক-চৎশীন উনবা শীনবা, সেপ্টেম্বর ফাওবদা অনৌবা কেডর শেমগত্তুনা রাজনীতি অমসুং লাম্মীগী ত্রেনীং পীনবা , পার্টি ফন্ড শাগৎনবা কয়া অমসু লেপ্পখি। চহীদুগী জুলাই অমদা পার্টি সেক্রেটরি কমরেড বিনয় অৱাং জিরি কোনসম শিশক্কী য়ুমদগী ফাখি। মহাক ফাবদা পার্টিগী ডোকুমেন্ট ময়াম অমা য়াওখি। মশাদগী খূৎলায়দি অমত্তা ফংখিদে। কমরেড বিনয় ফাখ্রবা মতুংদা কমরেড লমাবম ইবোতোম্বীনা পার্টিগী সেক্রেটরি ওইহৌই।

চহী লোইশিল্লকপা শরক্তা সরকারগী রিপ্রেসিব মিজর কনশীল্লকপদগী কাংমোং অমসুং অৱাং জিরি খুল্লক্তা লৈরম্বা রেড গার্ডশিং লোইজীং চীংখোঙগী তেরা উরক্তা হোংদুনা মফমদুদা কেম্প শাদুনা লৈরম্মী। অদুবু মদুদসু সি আই ডিগী রিপোর্টতগী লাম্মীনা রেইড তৌশিল্লকখি। মমাঙদা কাংমোং, মখাদা কবোৱাকচীং লোমদগী মায়কৈ খোন্দুনা কোয়শীনখি। মতমদুদা মফমদুদা লৈবা রেড গার্ডশিংদা নোংমৈ অনীখক্তমক ঙায়রম্মী। চীংথকলোমদা হন-হন্দুনা চৎখৎলী। মমৈদা লৈম্রামদা নাঙ্ঘোরকখি। ময়াম অদু নাঙ্ঘোকহনখিনবা কমরেড মৈত্রম চীংখমনা নোংমৈ কাপ্পদুনা সিফায়শিং অদুগা মায়োক্লহৌখি। মমৈদা নোংমৈগা কোন্ননা ফাখি। থৌদোক্তুদা কমরেড সনজেনবম থাগু মফৈগান্দা নোংমৈনা পাল্লী, অদুবু নারক্তা শীৎ শীত্তুনা চঙশীল্লগা লৈবদগী সিফায় থেংনখিদে। নোংঙাল্লগা ওভরগ্রাউন্ড কমরেডশিংনা থিরকপদগী থেংনদুনা লৌথোকলুই। মাবু শগোলমাঙদা পুরগা ডাক্টর নিংথৌজম লৈরেননা নোংমৈ মরূ লৌথোকখি।

জুলাই ৭ তা পুলিস অমসং মণিপুর রাইফলসনা তোপগী এরিয়াদা ওপরেসন চৎথরকপদা কমরেড লাঙোনজম টিকেন্দ্র অমসুং কমরেড থিংবায়জম নোংয়াই অনীমক ফাখিরম্মী। কমরেড টেকেন্দগী মরু ওইবা চে-চাং, ডোকুমেন্টশিং ফাগৎখিরম্মী।

থাসিমক্কী ১০ দা অন্দ্রোদা রেইদ তৌখি। চীংঙাখম তেবান্দো ফাখি। মাগী য়ুমদগী ষ্টেনগন অমা, রাইফল ৩, হেন্ড গ্রেনেড ৪, এমুনিসন ২০০০ রোম, লীরূং অমা অমসুং হু তৈবা তেঙৈগা কোন্নবা ফংখি। য়ুম অমগী চুরি মখাদা তৌথোক্লগা ফুন্নম্বনি। ফৌহান্না কূপ্পম্বনি। রেইদ অসিদা সিম্পেথাইজর অমসুং ব্রার্কর খরসু ফাখি মথং নুমিত্তা অন্দ্রোগী কমরেড শুরসু ময়ুমদগী ফাখি। কনাগুম্বা কম্যুনিষ্ট অমত্তা চঙজফম পীগনু হায়রগা থাদোক্লম্মী। ইরাবত তান্নবদি মায় পাকখিদ্রে।

জুলাই ১৩ দা উখোংশাং, চন্দ্রখোং, কোয়বী অমসুং শজিরৌদা লান্দাশিল্লি। ইরাবত লৈরে হায়না সি আই ডি না য়াম্না থাজনা পাউ পীবদগী শোয়দনমক ফারগনি খন্দূনা লান্দাবনি। অদুবু লৈরমদবদগী অরেম্বদা তাখি।

অদুবু অমুক ইরাবত নাপেত্তা থৈদুনা লোত্তুনা লৈরে হায়না য়াম্না অরোনবা পাউ অমা চীফ কমিসনরদা সি আই ডি না পীরকপদগী ৪শুবা আসাম রাইফলসকী বাটালিয়ন ৪না জুলাই ২৭ তা খুঙংদু রেইদ তোরম্মী। ইম্ফালদগী অৱাং নোংপোকলোমদা মাইল ১১ রোম লাপ্না লৈবা মফমদনি। রেইদসি নুংথিলগী মতমদনি, খুলদু রাউন্ড তৌশিল্লগা থিবনি। তৌইগুম্বসুং কান্নবা ফংখিদে। অমুক কাংগা চীংজিন্দা ইরাবত থৈগ্রে হায়বা পাউ তাবদগী অহীংদুমক্তদা রেইদ তৌখি, কান্নখিদে। মসিদগী লীশাং শীৎনা উখোংশাং, চন্দ্রখোং অমসুং মোইরাংকম্পুদা রেইদ মখা চৎথরম্মী।

ঈং ১৯৫০ গী অগষ্ট ৯দা কুমারী থোইবীগী য়ুম ব্রাহেংবম লৈকায়দা রেড গার্ডশিংদা চঙজফম পী, মতেং পাংঙি হায়দুনা রেইদ তৌখি। অতৈ কনা অমত্তা থেংনখিদে। অদুবু কুমারী থোইবীদি ফাখি। মপুঙ্গী চুপ্পা ময়ূম পান্দনা শিবফাওবা ঙমজবী চাং মথৈ মীয়ামগী অমসুং পার্টিগীদমক্তা কৎথোকখ্রবী নুপীলক্তা চীৎথহৌবা য়াররোইদবা মাগী পুঙ্গীনি। মহাক মথং চহীগী মে থাদা থাদোরকখি।

অগষ্ট ১৫ ইম্ফাল নোংপোক্কী অৱাং খেৱাদা চাউগ্রবা আসাম রাইফলসগী টিম অমনা রেইদ তৌখি। নীংতম নুমিত্তা অমুবা ফীরাল খেত্তুনা পালন তৌরে হায়বা রিপোর্ট পীবদগী চাউরবা থৌরাঙ্সি তৌখিবনি। লৌমী-শিন্নীশিংগী লায়রবা কোক্কদবা ইকোনোমিক ফ্রীডম য়াওবা নীংতম্বা নত্তে হায়না প্রতিবাদ তৌবা পালন্নি। মীওই ১০০ রোম তিনখিবা, অয়ুক্তা অথোকপম চৌরজিৎনা সভাপতি ওইদুনা পাঙথোকপা প্রতিবাদ সভানি। অদুবু পালন্দু অয়ুক্তা তৌরম্লগা থুনা লোইশিনখিবনা সিফায় লাকপদা কনা অমত্তা থেংনখিদ্রে। মীয়াম তিন্নমবগী খুদমদি মতীক চানা ফংই হায়না রিপোর্ট তৌখি।

অহীংদগী রাউন্ড তৌশিল্লগা নোংঙাল্লকপা সেপ্টেম্বর মাপলদা তখেল্লম্বম ইবোতোম্বী, মাগী ময়ুম হোদাম লৈরক্তগী ফাখি। ময়ুমদা লৈরে হায়বসি কৃপ্না তাকলম্বা সি আই ডিনা পাউ পীবদগী ফাবনি। মহাক ফাবদা অরুবা চে-চাং ডোকুমেন্ট, খুৎলায়নচিংবা অমত্তা য়াওখিদে।

অগষ্ট ২৩ দা শগোলবন্দ মৈনো লৈরক্তা লৈবা কমরেড কে, হরিদাস শর্মগী য়ুমদা পুলিসনা রেইদ তৌদুনা থিবা হুম্বগী থবক চৎথখি। মঙোন্দা খুৎলায় থমই হায়বগী পাউ অমদগী রেইদ তৌখিবনি অদুবু করিসু ফংখিদে।

ওক্টোবরগী অরোইবা শরুক্তা ছাপা নম্বা লিফলেট অমা কম্যুনিষ্ট পার্টিনা মণিপুরগী মফম শীনবা থুংনা চাইথোরক্নী। লিফলেট অদুদা হায়বগী মনুংদা সরকার অসি পুলিস মিলিটরিনা চলাইবা ওইরে। ঈনাক খুনবা মীওই খরতগী য়েংবা সরকার ওইবনা লায়রবা মীয়ামদি হিংবা ৱারগনি। অদুনা মণিপুরগী মীয়াম্না মসীগী মায়োক্তা থেংনদবা য়াদ্রে হায়বা ৱারোলশিং য়াওই। কৈশামপাৎতা লৈব্লা থোকচোম বড়গী য়ুমদগী কমরেড থিয়াম মংলেম, কোংপান অমসুং হৈক্রুজম খোমৈ, চঙাঙৈ অনীবু ১৯৫১ গী জনুয়ারী ২৫ দা ইম্ফাল মনুংদা লিফলেট চাইথোকপগী কেম্পেইন তৌরিঙৈদা ফাখি। লিফলেটশিং অদু ভারতকী অহানবা রিপব্লিক ডে পালনগী মাঙ্ওইননা *ভারতকী রিপব্লিক ডে অশেংবা নিংতম্লবগী পালন ওইদে* হায়বনচিংবা য়াওবা লিফলেটনি। ইম্ফাল মনুংদা মীওই ১৫ রোম ফাগৎখি, অদুবু মখোয়দী প্রমান ফংদবদগী লোইনা থাদোকখি।

সরকারনা লিফলেট অসি য়াম্না লুনা লৌরম্মী। ইরাবতনা মণিপুরগী মপান্দা নম্লুবনি। মানা পুরকপনি। অদুনা মহাক মণিপুরদা লৈরে হায়না সরকারগী ইন্টলিজেন্স ডিপার্টমেন্টনা লৌরি। মরমদুনা ইরাবত অমসুং মাগী কাওবু ফাদবা য়াদে হায়না মখা তানা থি-হূম্বা চথরম্মী। সিফায়না ওপরেসন চৎথখিবা খুনশিংদি - অবাং জিরি, কাংমোং, খাবী, হীদাকশুংবা, নোংঙদা, কমেং, লাংথবাল, মোইরাং কম্পু, নাপেৎ, ককচীং, খাঙবোক, লাঙথেল, কোংপান, কৈরক, লাইমনাই, ময়েং লমজাউ, নহারূপ, চীংখু, ৱাবগাই, তোপ, সম্লুংফম, হৈরোক, ৱাংজিং অসিনচিংবনি। নভেম্বর থা হৌরকপদগী ওপরেসনসি অমুক্কা হেন্না পাক-শন্না তৌরকখি।

নভেম্বর ২২ দা চীংমী কমরেড মেরা কবুই মাগী হীদাক শুংবা খুন্দগী ফাখি। মহাকসি কমরেড হিজম ইরাবতকা লুনা চান্না তিন্নজবা অদুগা কম্যুনিষ্ট পার্টিদা মতেং য়াম্না পীবা কমরেডনি হায়না পনবা চে খরা পার্টিগী অফাবা লিডরশিংদগী ফংখিবদগী ফাবনি।

নভেম্বর ২৫দা রেড গার্ডকী কমান্ডর ইন-চীফ মোইরাংথেম ইবোহল কোংপান্দা লৈবা লাইরেম্লাকপম মনিগী য়ুমদগী ফাখিরম্মী। মাগা লোয়নননা তখেলদগী কমরেড কুন্দোসু য়াওখি। হৈরোক্তা ডিওসি ফমদুনা ইরাবত হৈরোক্তগী লৈশং অমসুং মোইরাংথেম শেলুংগা বর্ম্মাদা চৎখিনবা শীন্নরুরগা হুন্নকপদা ফাবনি। কমরেড ইবোহল ফাবদা মঙোন্দগী পোইন্ট ৩৮ কী রিভোলবর অমগা মরূ ১২-গা কোন্ননা ঈ পাউ চৎনবগী চে-চাং খরসু য়াওখি। ইবোহল ফারবা মতুংদা ৱায়খোম কুল্লনা রেড গার্ডকী কমান্ডর ইন-চীফ ওই।

নভেম্বর ৩০ দা তোপ্তা পুলিসনা থি-হূম্বদা কমরেড ক্ষেত্রি ইবোবীগা লোয়নননা অতোপ্পা মীওই অনীসু ফাখিরম্মী। ইবোবী ফাবদগী মখাগী চে-চাং, খুৎলায়শিংসি ফাগৎপদা য়াওখি —

১। বৃটিশ রাইফল অহুম
২। হেন্ড বোম অমা
৩। সিগনেল পিষ্টোল অমা
৪। থাঙশাঙ অমা
৫। বাইফল মরূ ১২৮
৬। চিঠি, লিফলেট, অতৈ ডোকুমেন্ট খরা।

মঙোন্দগী ফাগৎখিবা চিঠি মরক্তা ১৯৫০ গী সেপ্টেম্বর ১১ দা কমরেড হিজম ইরাবতনা বর্ম্মাদাগী ইরকখিবা *কমরেড মাধব* হায়না মমীং থাবা মদুগী মনুংদা মহাক্লা বর্ম্মাদা তৌখিবা থবক খরগী মতাংদা ইদুনা খঙহল্লকখিবা চিঠি অমসু য়াওরম্মী। মানা কমরেড মাধব হায়রিবসি মোইরাংথেম ইবোহলগী অরোনবা মিং *টেক নেম* ওইরম্মী।

হীদাক শুংবগী মেরা কবুই ফাখিবগী হেক মতুং নুমিৎ খরনি লৈরগা লাইতোনজমদা লৈবা মোংজম হেরা মাগী ময়ুমদগী ফাখিরম্মী। মহাক ফাবদা থিয়াম মাধব য়াওনা ফাখিরম্মী। হেরাদি পার্টিগী পোষ্ট ওই হায়না ফাবনি। জিরি মিলিটরি জেলদা থম্লম্মী।

মতৌ অসুম্না শোক ১৯৫০ চহীসিগী মনুংদা কম্যুনিষ্ট পার্টিগী লিডরশিং মথং মথং ফাখিবদগী লৈফম-চাফম, চৎথোক চৎশিন থৌশানদবদগী অমদি অশোয়বা কয়া য়াওখিবদগী ওইরকখিবনি হায়না খল্লদুনা মখাতাবা চেকশীল থৌরাঙ্ কন্না লৌখৎখি। ৱাফম অসিবু অৱাংবা থাক্কী কমিটিদা পুথোক্তুনা য়াম্না মুন্না খন্নরবা মতুংদা সেক্যুরিটিগী মতাংদা চেকশিন থৌরাঙ্ লৌখৎলমই। অহানবমক্তদা পার্টিগী মাযোক্তা লৈরগা থবক তৌবা, পাউ-খোম্বা, পাউ পীবা রিপোর্টরশিংবু মশক মুন্না খঙ্দোকুবা অদুগা লোয়ননা পার্টিগী রেড গার্ড অমসুং ভিলেজ গার্ডশিংদা থবক লৌখৎনবা অদুগা মাগী-মাগী মরালগী চানবা দণ্ডি পীনবা ৱারেপ লৌবগা লোয়ননা পার্টিগী ৱারেপশিং মওং চুন্না পাঙ্থোক্লবা শীন্দোক্লখিরমই। অসিগুম্বা থবক অসীবু খর মাঙ্জৌননা চেকশিন-থৌরাঙ্ ওইনা পায়খৎলম্লবদি মমল য়াম্লবা লিডর কয়া ঈরায় লায়না য়েক্লবগী মখূত্তা তাহল্লমদবা য়ারমই হায়না খন্নরমই। অদুগা পার্টি মনুংদা লিডর ৱাৎলকপগী অৱাবসু লৈরমলোই হায়বসি খঙ্নরক্লমই।

অহানবদা পার্টিগী মায়োক্তা লৈরগা থবক তৌবা, পাউ খোম্বা, পাউ পীবা মীশকশিং মুন্না খঙদোকপা অদুগা মাগী মাগী মবালগী চানবা দন্ডি পীনবা রেড গার্ড অমসুং ভিলেজ গার্ডশিংদা শিন্নৈ।

কম্যুনিষ্ট লুচিংবশিং ফাগৎনবা ফন্দ-কন্না হোৎনরবসু অদুগা কয়া অমা ফাগৎলবসু খ্বাইগী মপুংদা তান্নরিবা ইরাবতপুদি খক ফাবা ঙমহন্খিদে।

ইরাবত ফাবা ঙমদবদা সরকারগী মায়কৈদা শাথীনা নীংবা কায়বগী পাউ লৈখি। ফাবা ঙমদবগী মতাংদা অন্নাংবা থাক্তা তত্তনা খন্নখি। মতমদুগী মহারাজ বোধচন্দ্রনসু চিঠি ফাওবা ইরকখি। মসীগী মরম আর্ম ফোর্সেসকী মপাঙ্গল ৱাৎপনরা, নৎত্রগা পুলিসকী হৈ-শিংবা ৱাৎপরা হায়বগী নৈনখি। মখোয়গী সি আই ডি অমদি ইন্টলিজেন্স মরক্তা কম্যুনিষ্টশিংবু শৌগৎপা য়াওদুনা থি-হুম্বগী থবক চত্থরকপদা হান্ননা পাউ পীদুনা লোৎহনখিবরা হায়বসী নৈনরম্মী। ইন্টেলিজেন্স রিপোর্ট অমদগী হৈরোক্তা লৈরে হায়দুনা ফানবা থিরুবদা ইরাবততি লৈরমখিদে। মদুদগী চিঠি অমা ফংখি। চিঠিদু অগষ্ট ৩১ দা ইবনি নবিন কৌবা অমদা হীদাক পুরক্লবা ইবা মখাদা *হরী* হায়না থাবনি। হরী হায়না থারিবসি ইরাবতকী অরোনবা মিংনি হায়না লৌদুনা মখাতানা থি-হুম্বগী থবক কন্না চত্থখি। ফন হোৎনদুনসু ফাবা ফংদ্রবদা মখল মখাগী রিপোর্ট নৈনরম্মী। মফম অমদা উখ্রে, লৈহৌরে হায়বগা চৎলুবদা লৈরমদবা মমৈদা ইরাবত মাঙবা ঙম্মী হায়নফাওবা শন্দোরকখি। আসাম রাইফলসকী রিপোর্টতনা ইরাবত মণিপুরদা লৈতে হায়খি। কাঙবু অমনদি জুন ১৫ দা বর্ম্মাগী রিভোলুসনরি কম্যুনিষ্ট পার্টিশিং উন্নরুরগা মণিপুরদা হল্লকখ্রবনি হায়। অতোপ্পা কাঙবু অমনা ইরাবত বর্ম্মা চত্তে মণিপুরদা লেঙদনা লৈ লোৎফম খঙদবগী ফাবা ঙমদবনি মদুগী অকুপ্পা পাউ লৈ হায়না ইন্টলিজেন্সকী মট পীবসু লৈখি। ইরাবততি ১৯৫০ চহীসিগী সেপ্টেম্বর হৌরকপদা পার্টি সেন্টরগী অয়াবা মতুং ইন্না বর্ম্মা কম্যুনিষ্ট পার্টিশিংগা ৱা-তানরুনবা, মখোয়গীদি লিবরেটেড জোন পাকশন্না লৈবনিনা কোম্না লৈবা য়াবনা মফমদুদা লৈরুনবা অকনবা চেকশীন থৌরাঙ্‌গা লোয়ননা বর্ম্মা চৎখ্রবনি। সেপ্টেম্বর ১১দা বর্ম্মাদা থুংই হায়বগী পাউ লৈখ্রবনি।

## টিনসিদকী থৌদোক

থৌদোক অসী ইম্ফাল নোংপোক টিনসিদ লম্বীদা খোঙনা লাকপা আসাম রাইফলস কাঙবু অমদা এম্বুস তৌরুবদা কমরেড অহুম লৈখিদবগী থৌদোক অমনি। ১৯৫১ মার্চ থা চঙলকপদদি সরকারনা রেইড তৌবগী থবক অসী অমুক্কা হেন্না কনশীল্লকখি। থাসিগী কুনথ্রামাথোইদা ওইরক্লিবা ফীবম অসীগী লাপ্লোং লৌখৎনবা নোংমাইজিংচীংগী অয়োক হাওদা পার্টিগী

মীটিং অমা তৌখি। লুচিংবশিং মথং মথং ফাগৎখিবদগী কমরেড লীকমাবম অমুবা অমসুং থবী অনীনা শিন্ন-শিন্নদুনা সভাপতি ওইখি। মতমসিদা অঙোম লৈকায় অমসুং তুমূখোঙদা লান্মীগী কেম্প অনী লৈ। মসীগী সিফায়শিং লায়েংনবাগীদমক ডাক্টর অমা মরিশুবা আসাম রাইফলসকী সিফায় অনীনা ঙাক্তুনা (স্কোর্ট তৌদুনা) মখোঙনা টিনসিদ লম্বীদা লাকপনি। মতমদুদা রেড গার্ড অহুম শস্ত্রি তাই। মখোয়দুদি মমাঙ শঞ্জেনবমদগী কমরেড খুন্দ্রাকপম বীরচন্দ্র, ঈরীল মপান্দগী কোন্থৌজম অচৌ অমসুং সোরোকখাইবম কোন্দূমনি। মখোয় অহুম শুরবসু নোংমৈদি অমত্তমক পায়রম্মী। আসাম রাইফলসশিং অদু লাকপা উবদা খূৎলায় মুন্নবগী থৌরাঙদা চীংমায় অমদা ঙাইদুনা লৈরগা নকশীল্লকপা মতমদা কোন্দুমনা কাপ্পদা সিফায় অমা খূদক্তা শিখি, অমনা তুবদগী চীংখারোমদা ওন্থখি। ওন্থখিবদু শিরবনি খন্দূনা নোংমৈ লৌনবগীদমক মখোয় অহুম্মক য়াম্না কোমনা চঙশীল্লুবদা শিরমদদুনা নোংমৈনা হন্দুনা কাপ্পকপদগী কমরেড অহুম্মক পানখি। বীরচন্দ্র অমসুং কোন্দূমনা খূদক্তা মফমদুদা শিখি অদুগা অচৌনা হোসপিটালদা শিখি।

পার্টিগী মীটিং খুদক্তা লোইশিনখি। পাউ অদু হেক তাবদগী অঙোম লৈকায় অমসুং তুমূখোঙদা লৈবা সিফায়শিং মফমদুদা চঙশীল্লকখি। কমরেডশিং হন্দোকখিনবা লম্বীগী খুদোংচাবা ফংদবদগী চীংলক্তুদা লোম্ভুনা অহীংদুমা লেনখী। রেড গার্ড কমরেড অহুমগী হৈ-শিংবা ৱাৎহৌবদগী থোকহন্নীংদ্রবা থৌদোক অদু থোকখি। মখোয় অহুম্মক্কীদমক তিনখিবা মীয়াম্না থম্মোয় শোক্লা অৱাবা ফোঙদোকখি। অষ্ঠি সঞ্চয় নুমিত্তা থৌদোক থোকফম চীংলম্বী ফাওদুনা ছাত্র নহারোল অমদি মীয়ামনা সভা যাত্রা চৎখি। ঙসিসু মখোয়না লৈখিদবা মফমদা নীংশীং খুবম লৈরি।

টিনসিদকী থৌদোক অসিদগী মতমদুগী চিফ কমিসনর হীমৎ সিংহ কে মহেশ্বরীগী থম্মোয়দা নুংনাংবা ফাওদুনা ইন্টলিজেন্সশিংদা মখোয়গী মথৌদা মতীক চাদ্রে হায়বগী অকনবা চার্জ তৌখি। চৈরকসিদা মণিপুর সরকারগী মায়কৈদা অহোংবা অমা লাকখি। হীমৎপু লৌথোক্লগা ই পি মুনবু চিফ কমিসনর হাপ্পকখি, এপ্রিল তরেৎতা চার্জ লৌখি। মহাক্লা হেক পায়বগা এন্টি-কম্যুনিষ্ট ড্রাইব হেন্না কনশীন্নবা অৱাংবা থাক্কী মীটিং ফমদুনা খন্নখি। মখাতানা তমপাক্কা তাইনবা চীংগী লমশিংদা ওপরেসন চখবা হৌরকখি। মসিদা অৱাবা খুদোংথীবা মায়োক্নরম্মী। চীংগী লোকচপশিংদা

চৎপদা সিফায়শিং হৈথোই-শিংথোইবা ৱাৎলী, হেন্না মনুং হুনজিনবা মফমদা চঙশীনবসু কিরম্মী। অদুগী মথক্তা চীংদা কম্যুনিষ্টশিং চথোক চৎশীন তৌবগী ঈ-পাউ পীবীনবা সি আই ডিশিং লৈখিদে। চান-থক্লবা লৈফম ৱাৎখি। অসুম্না হুনজানরিঙৈ চৈরক্তুদা অমুক্কা ইন্টলিজেন্সকী পাউদগী ইরাবত বর্ম্মাদা চৎখ্রে মাবু ফাবা ওইথোকত্রে হায়না লৌরম্মী। মদুদগী চীংদা ড্রাইব চখনবগী থৌরাঙ্ হন্দোকখি।

## ময়াংইম্ফাল পুলিস পোষ্ট এটেক্ট

কম্যুনিষ্ট পার্টি হেনফদনা অন্ডরগ্রাউন্ড চঙখিবদা খুৎ-চল্লবা যেক্লববু ওৎ-নৈবা তৌদবা, মীয়াম পুম্নমক্না য়েক্লবা চুমদে, কনাদসু খুৎ-থাফদে, প্রজাদা লূজদবা ৱাহৈ ফাওবা শীজিন্নগনু, পুম্নমক মরূপ মপাং ওইনা লোয়নগদবনি হাযবা কেডরশিংবু ডিসিপ্লিন অমনা পুন্দুনা লাকপনি। কবিসু তৌবিদবা অসিনা মরম ওইদুনা শেল অমসুং মশাগী ওইজবখক্তা খনবশিংনা সি আই ডিগী থবক তৌরকপা, লোন্না-থূপ্না তৌরম্বদগী ফোংনা, থৌনা লৈনা সিফায় পুদুনা য়ূম ফাওবদা লমজিংলকপা কয়া য়াওরকখি। মরমদুদগী পার্টিগী মাযোক্তা সি আই ডিগী পার্ট লৌদুনা থবক তৌরকপশিংবু চৈরাক পীনবগী পার্টিনা তঙাইফদনা ৱারেপ লৌরকখি। পার্টিগী ৱারেপকী মতুং ইন্না অদুগুম্বা সি আই ডিগী থবক তৌবশিং অদুবু চৈরাক পীবা হৌরম্মী। অহীংদা সিফায়না রেইদ চৎনদবনি। অদুবু সি আই ডিশিংদুনা লমজিংদুনা অহীংদা রেইদ তৌবগী থবক চৎথরকখি। মদুগুম্বা থবক্তুদা পার্টিনা চৈরাক পীবগী থবকসি চৎথরকপদগী মশীং য়াম্না হুন্থরকখি। সিফায় অমসুং পুলিসশিংসি অমা অনী হেক চৎলগা প্রজাদা অওৎ অনৈ তৌবা কয়া লৈরকখিবনি। মবম অদুদগী চৈবাক পীবা, খঙহুনবা ওইনা সিফায়দা এটেক্ট তৌবগী থবক অসী চৎথবা হৌরকপগী মরম অমসুনি।

মসিগীসু মথক্তা পুলিস পোষ্ট অক্রমন তৌনবা পার্টিনা লেপ্নখিবগী মতুং ইন্না রেড গার্ড টিম অমনা ময়াংইম্ফাল পুলিস পোষ্ট এটেক্ট তৌনবা থৌরাঙ তৌরম্মী। রেড গার্ডকী অচৌবা ফোর্স অমনা লান্দাশিল্লগা পুলিস পোষ্ট অদু থুগাইনবগী থৌবাঙদঙাক নত্তে। মীওই খরতনা মতম খর খূদুম চনশিল্লগা পোষ্ট অদুদা লৈবা খূৎলায়শিং লৌনবগী থৌরাঙনি। এটেক্ট

## সিপিআই মণিপুরগী ইতিহাস

অদু ১৯৫১ গী এপ্রিল ২৮ গী অহীংদা থোকখি। অক্রমন অদুদা য়াওখিবা কমরেড রেড গার্ডশিংদি ১। সাপম ইবোহল ২। য়ুম্নাম গোকুলসিং ৩। খুমুকচম কুবের ৪। লৈতাঙ্থেম অচৌ ৬। খাঙেম্বম অমুসিং অসিনচিংবনি।

রেড গার্ড অনীখক্তনা পুলিস পোষ্টকী গেটতা চঙলগা মী হাৎপগী থৌদোক অমা থোক্লে মদুগী রিপোর্ট অমত্তা পীগে হায়বদগী শস্ত্রি অদুনা থোঙ থাংদোক্লকপদা শস্ত্রিদু মখোঙদা কাপ্তুনা শোকহনবনি। অতৈনা মপান্দগী নোংমৈ কাপশিনখিরম্মী। মনুংদা চঙবা রেড গার্ডশিং অদুনা পুলিস ওফিসার কোয়থি থিরম্মী। অদুবু থিবা ফংলমদে। শস্ত্রিনা পায়বা নোংমৈ অদু নত্তুনা খূৎলায থিবা অমত্তা ফংলমদে। মরম্দি নোংমৈ কাপশিললকপগী মখোল তাবদা খূৎলায পায়দুনা পোজিসন লৌদুনা থৈদোক্তুনা লৈখিবনি। পুলিসতগীদি নোংমৈ অমত্তা কাপথোরক্তে। কান্নবা ফংদ্রবদগী রেড গার্ডশিং হন্দোকখিরম্মী। রেড গার্ডনা হন্দেকখিবদগী পুলিসনা নোংমৈ য়াম্না কাপ্লকখি। মতম অসি নুমিদাং পুং ১১ বোম তাবদনি। অহীং চুপ্পা নোংমৈ কাপ্লদুনা রেড গার্ডশিংদু হন্দোকখিবম্মী। খোঙফম হন-হন্দুনা নোংমৈ কাপ্ল-কাপ্লা লাকপদুনা নোংঙাল্লকপা মতমদদি হৈবোক চীংখোঙ য়ৌরকখি। য়ুম্নাম গোকুলসিং অমসুং সাপম ইবোহল অনীনা পোজিসন নিংথিনা লৌরগা অতৈ রেড গার্ডশিংবুনা চেনখ্রো হায়দুনা চেলহনখিরম্মী। মমৈথঙদা য়ুম্নাম গোকুলসিংনা ইবোহলবুসু চেনখ্রো মাগা মায়োক্লহৌবগে হায়দুনা ইবোহল চীংথক্তো কাখত্তুনা লোৎখি। নোং পুমঙান ঙানবা কান্দা য়ুম্নাম গোকুলসিং ফাখিরম্মী। গোকুলসিংনা অতৈদি লোইনা চেলহনখ্রে মানা পনঙাকপনি মসী কম্যুনিষ্টকী গেরিলা ব্বাবগী হৌনবীনি হায়না খুমখি। অয়ুক্কী পুং ১১ হেল্লকপা অদুব্বাইদা হৈবোক চীংগী চীংমায়দা লোৎলিবা ইবোহলনা মী লৈবিবরা হাযদুনা য়েংনবা হৌগৎলকপদগী সি আই ডি লৈবমদুনা উখিবদগী চীংমাযদুদা বাউন্ড তৌশিল্লগা ফাখিবম্মী।

মতাং অসিদা কম্যুনিষ্ট পার্টিনা ময়াংইম্ফাল পুলিস ষ্টেসন অক্রমন তৌবগী ফিবেপ লৌরূবগী পান্দমদি সরকারগী পাকশন্না চৎথবিবা ওপেরেসনদগী মীৎযেং চিংথোক্লবা ওইনা তৌরূবনি। কম্যুনিষ্ট পার্টিগী

লমজীং মখাদা লৈবা এরিয়া মনূংদা পার্টিগী মায়োক্তা থবক তৌবা কাঙ্‌বু চৈরাক পীরকপদগী মণিপুর সরকারগী মায়কৈদগী য়াম্না পাকশনবা ওপরেসন চৎথরকপদগী য়েক্লবগী মীৎয়েং চিংথোকনবা ওইনা তৌখিবনি।

## পার্টি ওর্গনাইজেসনগী অনৌবা চেকশীল থৌরাঙ্

ঈং ১৯৫০ চঙলকপদগী সরকারগী মায়কৈদগী কম্যুনিষ্টশিং ফাগৎনবা মখল মখা থৌরাঙ লৌখিৎলকখি। অতোপ্পা পার্টিগী মবক্তগীসু সি আই ডিগী থবক তৌদুনা সিফায়গী মতেং পাংশিনবসু য়াওরকখি। অদুগুম্বা সি আই ডিগী থবক তৌরকপশি হেন্না থৱায় য়াওশীন্নবা পাউ অমা পুরকপদা মনা ওইনা শেল পীবা, অচৌবা লুচিংবশিংগী লীখূন তাক্লকপদা অচৌবা শেনফম পীবা অদুগী মথক্তা সরকারগী ফিজম শেৎপা সি আই ডি কয়া থাদোক্লুনা হেক ঙম্লিবমখৈ ফাগৎনবা হোৎনবা মতমনি। মদুগুম্বা কয়াদু কমরেড ইয়ুজিশিংনা চেকশীনবা ৱাৎহৌবদগী য়েক্লবশিংনা খুদোংচাবা লৌরকখি। পূম্নমক খঙলক্লুনা মখাতানা ফাহন্দনবা চেকশীন থৌবাঙ্গী নিয়ম নীতি পার্টি কেডর পূম্নমক্তা খঙহনগদবনি হায়বগী ফিরেপ লৌখি। মদুগী মতুংইন্না সার্কুলর অমা চৎলম্মী। থোইদোকপদি ভারত কম্যুনিষ্ট পার্টিগী খূৎলায় পায়বা রিভোলুসনগী খোঙথাং চঙশীল্লকপা অদুগী মথক্তা নৌনা পার্টিদা মিং চল্লবা কমরেডশিং, মাস ফ্রন্টকী কেডরশিংদা ক্লাস, ট্রেনীংনচিংবা পীবগী থবক্তসু সরকারগী অকনবা ওপরেসন মায়োক্লরিঙৈদা ঈঙম ঙমহৌদবা কয়াদগী অৱাৎপা অহোবসি লৈরকখিবনি। মতমসিদা অনৌবা কেডরশিং প্রমোসন পীদুনা পার্টি শাগত্তবা, মপাঙ্গল কনখৎহন্দবা য়ারক্তবগী মতমসুনি। তেল্লবা মতম খরসী পার্টিগী লুরবা তানজা অমা ওইখি। মসিদগী পার্টি কেডরশিংনা চেকশীন্না ঙাক্লা চৎকদবা নিয়ম নীতিগী গাইড লাইন ওইগদবা চিঠি অমা ১৯৫১ জনুয়ারি ১৬ তা পার্টি য়ুনিট খুদীংমক্তা থারম্মী।

### *কম্যুনিষ্ট পার্টিগী চিঠি নং ১*

ঙসিগী পার্টি অসী পাকশন্না চাওখৎলকপা মতম (থাক) ওইবনা হায়নীঙাই লৈতনা লুরবা তাঙ্কক অমসু ওইরি। অদুনা মতুংগী ওইরক্কদৌবা

অবস্থাশিংদা খোঙথম চেহনা লেপহৌনবগীদমক শেংদোকহৌবা দরকার ওইরে। থুনমক চেকশীলহৌগদবশিংদি ১। থবক তৌগদবা মীওই পার্টি মেম্বর ২। ঐখোয়গী ওইবা মী, ৩। য়েক্নবা অমসুং ৪। প্রজা অসিনচিংবা রাফম মরি অসি হান্না মশক খঙদোকপা দরকারনি। মরম অদুনা মরক অসিদা অনৌবা পার্টি মেম্বর লৌশিনবা অসী মতম খরগীদমক হায়বদি মথংগী চিঠি অমা লাকত্রিবা ফাওবা লেপ্পীখো, মিং চনবিখিনু। ঐখোয়গী মনুংসি হান্না শেংদোকখিসি। মরক অসিদা পার্টি অসিবু কোনসেং তানবা মখাদা পীরিবা নিয়ম খরসিগী মতুং ইন্না শেংদবা মীওই পার্টিগী নিয়ম ঙাক্তবা মীওইশিং লোইনা তানথোকপগী, ছাত্র ফেডরেসন, য়ুথ লিগ অমসুং মহিলা সম্মেলনীগী য়াওনা থবক তৌদুনা হোৎনখিসি। মসি তৌবদা পার্টিগী থবক লেপকদৌবা নত্তে, পার্টিগী খুমাঙ চাওশিন্নবগীদমক্তনি। পার্টিগী মপাঙ্গল হাপকৎনবনি।

### *থবক তৌগদৌবা মী*

পার্টি অসিনা মীয়ামবু লমজিংগদৌবা, শ্রেনী সংগঠন কযাবু লমজিং পীগদৌবা, খ্বাইদগী রাংবা কলেজনি। মরম অদুনা পার্টি মেম্বব অমগী লম্বীদি খোয়বা য়াদে, য়েৎলোম-ওইরোমদসু হাইদোকপা য়াদে, অচুম্বা, থৌখ্রবা থাঙ অমগী ময়া মথক্তা চৎপগুম্বনি।

ঙসিগী সমাজ অসীগী অমোৎপা পূম্মমক উদুনা মদুবু শেংদোক্লগা মীয়ামবু অচুম্বা লম্বীদা পুরক্লবা, অখাঙ্-কনবা অমসুং অচেৎপা পূকচেলগা লোয়ননা লনাইগী ওইবা রাখল থাদোক্লদুনা মীয়ামবু কন্নবা অদুগা ইশাগীসু কন্নবনি খন্দুনা হোংবা নাইদ্রবা রাশক্কা লোয়ননা হোৎনগদৌবনি। মরম অদুনা পার্টি মেম্বর ওইরগা, পার্টিগী নিয়ম রাংমদা মরন্নাই শান্নবা, ইন-এক্টিব ওইরকপা, মোরেল য়াওদবা থবক তৌরকপা, মীয়াম্না য়াদবা--- করপসন অসিনচিংবা থবক তৌরম্লবদি থুনমক তাহোকপীখো। নৎত্রবদি মখোয অদুনা পার্টিদা লায়না শোদোক্লক্কনি, পার্টিদা তীল চঙহন্লক্কনি। মসিনা মীয়াম কন্নবা অদুগা পার্টি হিংহন্নবনি। মসী কমবেডশিংনা কম্যুনিষ্ট পার্টিবু নুংশিবা অদুগী তৌবিমলনি। মতাং অসিদা রাজাও ঙাঙবা অসিদা অখাঙ কনবা হায়বা কম্যুনিষ্ট অমগী অথোইবা গুণ অদু শূকয়াও য়াওদ্রবনি।

অদুনা মখোয়না অচুম্বা হায়দুনা মীয়াম খোম্বগী মহুত্তা ব্রাজাও ভাঙদুনা, ধমকা তৌদুনা, মীয়ামবু হুমগদৌবগী তৌবনি। ঐখোয়গী অসিদি অখাঙ কনবগী লড়াইনি। খাঙবা ঙমলোইদৌবা, ঈরাংদা চংপা, ব্রাজাও ভাঙবশিং অদু থুনা তাম্লোকপিখো। মসী পার্টি কন্নবনি কাউবিগনু। খন্দুনা য়েংবিয়ু অদুগুম্বা মতীক চাদবা মীওই কয়ামুক্না পার্টি মনুংদা য়াওরমদুনা, পুলিস অমদি সিফায়গী চৈফূদা পার্টিগী অরোন-অথুপ কয়া হায়দোকখ্রবনি, খুৎলায় কয়া য়েক্লবগী মখুত্তা পীথোকখ্রবনি, কাউগনি, মরম অদুনা কমরেড পুন্নমক হৌজিক্তি চেকশিনবনা পার্টি মনুংগী আন্দোলনগী মতমনি। মশীং য়াম্বা ভাক তানবিরুগনু, থাঙ্গৈশেংনা পূকচেল চেৎপা, অখাঙ কনবা, অচুম্বগীদমক্তা খোঙফম চেৎনা লেপ্পা ঙম্বা, মীয়াম্বু থাজবা, মশাগী শক্তিবু মশক খঙজবা ঙম্বা, শ্রেনী সংগঠন কয়া শেমগৎ-শাগৎপা ঙম্বা, প্রচার তৌবা ঙম্বা য়েকনবগী চৈফূ খাঙদুনা পার্টিবু কল্লম্বা, য়েক্লবদা মকোক নোন্দবা, য়োৎকুম্বা পূকচেল চেনবা মীওই ভাক্তনা পার্টি মেম্বর ওইহনগদৌবনি। পার্টি কন্দনা আন্দোলন জয় ওইবা ঙমগদৌবা নত্তে।

## *ঐখোয়গী মী*

কম্যুনিষ্ট পার্টিদা ঐখোয়গী মী হায়রিবসিদি পার্টিগী লৈরিবা ফ্রেক্সনশিং হাযবদি কৃষক সভা, য়ুগ লিগ, মহিলা সম্মেলনী অমসুং ছাত্র ফেডরেসন য়াওনা মিং চন্দ্রগস্য ঐখোয়বু য়াবা, ঐখোয়বু নুংশিবা, ঐখোয়না তৌরিবা থবকশিংদা মখোয়গীসু শরূক য়াওই হায়না খনবা (সিম্পেথাইজর) অসিনি। হায়বিবা কাওবুশিং অসিদি ঐখোয়দা চঙজফম (সেলটব) পীরক্কনি অদুগা পাউসু পুবিগনি। অদুবু মখোয়দু থবক তৌগদবা মী (পার্টি মেম্বর) ওইনা খন্দুনা অচেৎ-অকোম তানগদৌবনি নত্তে। নৎত্রবদি পার্টিগা ফ্রেক্সনশিংগা লৈনরিবা মরী নৎত্রেগা সিম্পেথাইজবশিংগা লৈনরিবা মরী খঙগদৌবনি। লৈনরিবা ফ্রেক্সননশিং অসী শ্রেনী সংগঠন্নী হায়বা কাউদুনা পার্টি ওইনা খনবনি। মসিদি খ্বাইদগী হেন্না লাক্লবা মীৎয়েং শোয়বা হায়বা অদুনি। শন্না হায়রবদা শ্রেনী সংগঠনশিং অসিগী অধিকার মাঙহনবনি। য়েক্লবনা কিষানসু, য়ুথ লিগসু, ছাত্র ফেডবেসনসু কম্যুনিষ্ট পার্টি ওইনা লৌরক্লিবা অসিনি। ঙসি পার্টিগী লুরবা মতাং অসিদা লৈরিবা ফ্রেক্সনশিং অসিগা মীটিং

কৌদুনা, প্রোসেসন চত্থুনা, প্রচার তৌদুনা, পার্টিগী মপাঙ্গল কলহন্নবা তৌবগী মহুত্তা পুন্নমক বে-আইনীগুম থমলিবা অসিনি। মসি ঐখোয়গী থবক তৌবা কমরেডশিংনা মীৎয়েং শোয়বদগী তৌখনি। কৃষক সভাসু বে-আইনী ওইরম্লোইদৌবনি। ঙসি কংগ্রেসকী ফেসিষ্ট সরকার অসিনা ভারতকী কিষান সভাবুদি বে-আইনী তৌবা ঙমদবনি। অদুবু মণিপুরদদি ঈরায় লায়না বে-আইনী তৌবা ঙমখিবনি। মসী কৃষক সভাগী ইতিহাসতা কালি তৈবনি। অদুনা কমরেড কিষাননা তৌগদৌবা থবক মুন্না তাকপিয়ু, য়ূথ লিগনা লৌগদৌবা থবক মুন্না তাকপিয়ু, ছাত্রগীসু, মহিলাগীসু তৌগদবা থবকশিং মুন্না মুন্না তাকপিয়ু, মশাগী শ্রেনী মশক মুন্না তাকপিয়ু। ঙসিদগী হৌনা সেল কমিটিদা নৈনবা ক্লাস, লোকেল কমিটিদা নৈনবা ক্লাস, ডি ও সিদা নৈনবা ক্লাস পূন্নমক হায়রিবা শ্রেনীশিং অসিদা লৌবা তোক্কে। মাগী মাগী শ্রেনীগী থবক মুন্না তাকপীরো। অদুনা কমরেড, ঐখোয়গী মী মশক মুন্না খঙবিরো। মদুদগী থবক তৌগদবা মী য়েংশিনবা হৌরো। থবক তৌগদৌবা মীগা ঐখোয়গী মীগা য়েৎশিন্নবীগনু।

*য়েকনবা*

অহানবদা ঐখোয়গী য়েকনবা, গনতন্ত্রগী য়েকনবা হায়ববু ঙসিগী মীওৎপা কংগ্রেসগী ফেসিষ্ট আইনশিং অসিনি। ঐখোয়গী বিপ্লবকী নিশানসু মসিবু লৌথোকপনি। অসিগুম্বা আইনশিং অসিবু য়োকখৎনবা ঙাক শেন্দুনা হোৎনরিবা কাঙবুশিং অদুনি। মরম অদুনা আইন অসিবু শঙলিবা কাঙবুশিং অদুনা অহানবা য়েকনবা ওইনা লাক্লবনি। মরম ওইনা আইন অসিবু কল্লবদি কংগ্রেসকী প্রতিনিধি (মীহুৎ) ওইরিবা কমিসনর, জেলগী সুপারিন্টেন্ডেন্ট (পুলিসকী এস পি, দি এস পি নচিংবদগী কন্সটেবল ফাওবা) কংগ্রেসকী সিআই ডিদা নত্তনা আইন অসিগী হীবান চেনবা ওইনা প্রচার কন্না তৌরিবা--- *ঙসি* অমসুং *প্রজাতন্ত্র* অসীনে পুন্নমক অসিনা ঐখোয়গী থাঙ্গৈশেংবা য়েক্লবনি। পূন্নমক অসিগী মথক্তা ঐখোয়গী দলদা য়াওশিন্নরমদুনা ঐখোয়গী অচেৎ অকোম লোইনা খঙখ্রগা, গনতন্ত্রগী বিরোধি ওইখিবা, পার্টিগী মাঙনবা শীন্দুনা পার্টিগী নেতাশিংবু ফাহনখিবা, মসিদা নত্তনা মশাগী ঊনশাবু নুংশিবা অদুনা পার্টিদগী হেন্না লুনা খন্দুনা য়েক্লবদা ঐখোয়গী অরোনবা কয়া

হায়দোক্লমখিবা, খুৎলায় কয়া পীথোকখিবা অসিনা ঐখোয়গী অহানবা থেংনগদৌবা য়েক্লবনি। অসিগী মনুংদা মীগী মকোকপু পৈশানা হেনবনি খনবা মীওইশিং অমদি পুলিসকা শেন্দোং য়েন্নবা রিপোর্টর কয়ামুকসু লৈরি। মখোয়শিং অসিবু কাউগদবা নত্তে। অদুগা পার্টিদা লনাই নীতি শান্নবা, অপুনবগী বাখলবু য়াদবা, চাওখৎলক্রিবা রাজনীতিগী খোঙচৎ অসিবু চিংথদুনা শেরান্নবা হুন্নবা হোৎনরম্বা মীওই ---- মপু তাক্তনা থবক তৌবা, মীগী মপোৎশিং লৌনীংবা, হুরানবগী নীতি পাম্বা মীওই পুম্নমক ঐখোয়গী য়েক্লবনি। অদুগা অপঙবসু সি আই ডিগা অমত্তনি। সি আই ডিনা হুইগী শাজৎ চত্তুনা ঐখোয়গী নেতাশিং ফাহনবা অদুগুম্বা অপঙবা অদুনা শোয়দনা নেতাশিংবু ফাহনগনি, সেলটর তাকথোকখিনি। অদুনা অপঙবদা থবক শিন্নগনু, অচেৎপা বা হায়গনু, অরুবা পোৎ শিন্নগনু, চেকশিনগদৌবা থবক পীগনু নৎত্রবদি য়েক্লবদা পীথোকপগা অমসুং তাকথোকপগা অমহানি। অদুনা কমরেডস, নঙগী নঙগী য়েক্লবা মশক খঙনবদি ননাক্তা লৈবনি কাউনু। নঙনা অদুকী মতীক গনতন্ত্র ফংনবা পার্টিগী থবক কন্না তৌরগা নঙগী য়েক্লবগী মশক হেন্না মুন্না খঙগনি। ঘটনা থোক্তবা, আন্দোলন লৈত্রবা পার্টিগী থবক কন্না তৌদবা জগাদা য়েক্লবা মশক খঙবা বাবনি চেকশিল্লু। কমরেডস, মীয়ামগী গনতন্ত্র কন্নবা পার্টি কল্লু, য়েক্লবদা লমন শিংবা কাউগনু। মসি নঙগী নথৌদাংনি।

## *প্রজা*

মসিদি অহানবগী অদুসু নত্তে। অনীশুবা অদুসু নত্তে। অহুমশুবদুসু নত্তে। মসি নঙবা সধারন প্রজাশিং অদুবুনি। অদুনা প্রজাবু থবক তৌবা মী ওইনা লৌবসু লাক্লি। ঐখোযগী মী ওইনা খল্লবসু লাক্লি। অদুগা য়েক্লবা ওইনা খল্লুগদৌবসু নত্তে। মখোয় অসিদি নোংমা শোয়দনা ঐখোয়গী ওইনা লাকদৌবনি। অদুনা অসিগুম্বা সধারন প্রজাশিং অসিদি মনাক্তা লুমদুনা লৈগদৌবনি। মখোয়বু য়েক্লবা ওইহনখিবা য়াদে। য়েক্লবগী মখুত্তগী কন্দুনা ঐখোয়গী ওইনা লৌশিন্নবা হোৎনগদৌবনি। প্রজাবু লুনা তৌ। মখোয়না য়ানিংদবা থবক তৌগনু। মসি হায় হায়দুনা মখোয়গী মখাদা পার্টিনা চৎকদৌবসু নত্তে। মখোযবু লমজিং পীগদৌবনি। প্রজানা ঈশিংনি, ঐখোয়না ঙানি। ঈশিং লৈত্রবদি ঙা শিবনি কাউগনু।

# সিপিআই মণিপুরগী ইতিহাস

কমরেডস, মথক্তা পীরিবা থবকশিং অসি পাঙথোকপনা অবস্থা খঙবা, রাজনীতিগী খোঙচৎপু মশক খঙবগা লোয়ননা কমরেডশিংনা পার্টি কনবগী তৌবিমল খঙবা ওইনা লৌগে।

লাল সলাম
সেক্রেটরী, ডি ও সি

কম্যুনিষ্ট পার্টিগী খূৎনা ইবা চিঠি অদু সার্কুলর ওইনা পার্টি সেক্রেটরি লমাবম ইবোতোম্বীনা পার্টিগী য়ুনিটশিংদা থাগ্রবা মতুংদা য়াম্না কূপ্না নৈনরম্মী। সার্কুলর অসি য়াম্না অর্থ চেনবা ওইরম্মী। ক্রিটিসিজম অমসুং সেল্ফ-ক্রিটিসিজম তৌনদুনা পাক চাউনা অর্থ হন্দোক্লবনা অচৌবা ইন্নর পার্টি ডিসকসন ওইরম্মী। হান্না খঙদবদগী নত্রগা খঙনা-খঙনবু ওইরবসু অরানবা ৰাখল অমদি থবক কয়া লৈখ্রবসু মদু চুমথোক্লবগী খূৎলায় অমা ওইদুনা ডিসিপ্লিন ঙাক্না চৎপা লম্বেললোমদা হিমায় চুমখৎলকপা ঙমখি। অইবা ওইনদা চৎপা নত্তনা পার্টি লিডরশিংনা মফম কয়াদা কেডর মীটিং তৌদুনা নৈনবগী থবক্না মপূং ওইরম্মী। মসিনা মবম ওইরদুনা নিয়ম অমসুং ডিসিপ্লিন্না চেৎনা পুল্লবা পার্টি অমা ওইরকপগা লোয়ননা ফাখ্রবা কেডবশিংগী মহুৎ মেনশিনবা ঙম্লকখিরম্মী। মীয়ামগী আন্দোলন অমদি ঈহৌ শাগত্লুনা চঙশিনবদা প্রজা মরক্তগী ঐখোয়গী মী ফংলকখি। কা-হেন্না লিডরশিং অমদি কেডরশিংবু ফাবা ঙম্লকখিদ্রে। তত্তনা থবক্কী রিভিয়ু তৌদুনা লাল্ল বা কয়া পার্টি ফোরমদা পুখৎনদুনা নৈনবা, ৰার্নিং পীবা, দণ্ডি ফাওবা পীবগী থবক, কাউবা অমদি তোকথোক্লবা তৌদনা চৎথনরম্মী। মথল-মথেলগী চৈরাক পীনবসু য়াওনরম্মী। মদুবু শাউনবা তৌনদনা চুমথোক্লবগীদমক্কি খন্না য়ানরম্মী। পার্টিসি অশেংবা সোসিয়েলিজম শাগৎনবগী য়ুমফমদা লৈবা পার্টি ওইগদবনি হায়বা পান্দম অদুগী মতুং ইন্না চৎথখি।

অসীগুম্বা চিঠি অসীগী মথক্তা অন্ডরগ্রাউন্ডদা লৈরিবা কমরেডশিংনা চেকশীনগদবা চৎন-পথাপ অমসু মমূৎ তানা নৈনখি। গেরিলা ৰারফেয়ারগী চৎফম থোকপা, চেকশীনফম থোকপা মীয়ামগা লোয়নগদবা, লৈরুবা মফমশিংদা তৌগদবা, অবোন-অথুপ ঙাক্কদবা পুম্নমক য়াওরবা, মতমদুদা পৃথিবীগী অতৈ লৈবাকশিংদা খূৎলায পায়ৰগী লালহৌ রিভোলুসন চথরিবা, থোইদোক্না চাইনানচিংবদা চৎলীবা নিয়ম কয়া নিংথীনা লৌখৎখি।

অসীগুমবা চেকশীল থৌরাঙগী নিয়মশিং অসী পার্টিগী রেঙ্ক এণ্ড ফাইল মেম্বরশিং, সেল কমিটি মেম্বর, থবক শেংনা তৌরিবা পার্টিবু য়াবশিং, ভিলেজ গার্ড, কুরিয়র, ফ্রন্টেল ওর্গনাইজেসন পুরিবশিং, পূম্নমক্তা নৈনরকপা, লোয়ননা পূম্নমক্না ঙাক্না চৎনবকপদগী ১৯৫০ নভেম্বর ফাওবদা লূচিংবা কয়া য়াওনা কেডরশিং ফাবা য়াওবরসু মদু ফীবম মতমগী খুদোংচাদবনা থোকখিবনি, রেড গার্ডশিংনা এটেক্ট তৌবগী থবক চত্থবদা খুদোংচাদবা খরদগী থোকখিবা ঙাকতনি। মদুগী মখা তারকপদদি পার্টি ওর্গনাইজেসন থকসী খাসী হেন্না চেংশীল্লকখি। রিভোলুসনরি পার্টি অমগী অচেৎপা ফিরেপ অদুগা হেন্না মৈ ঈক্লকখি।

## জেল রিফোর্মগী লড়াই

ইম্ফাল সেন্ট্রেল জেল অসিদি অদুক্কী মতীক ফীবম ফত্তনা লৈবম্মী। পোলিটিকেল প্রিজনরশিংগী থমফমদি শূকওই ওইদবা জেল্নি। রাজনীতিগী বন্দিশিংবু থার্ড ক্লাসকী মীহাৎ-মীপূন তৌবগী সেক্সন কয়া পানশিল্লগা থম্মনি। রাজনীতিগী বন্দিশিংনা হেক হেক চঙখিবদা জেলগী রিফোর্ম খরা খরা তৌখিবা নত্তনা সরকারনা মশানা খঙনা শেমগৎ ফগাৎহন্নবদি থক তৌদে। ঈং কুমজা ১৯৪০ গী ইরাবতপু জেলদা থমখিবা মতমদুদা মহাক্কী লমজিং মখাদা জেল রিফোর্ম আন্দোলন তৌদুনা খবদং অওনবা, অহোংবা পুরকখিবা ফীবম অদুদগী ১৯৫০ চঙলক্রবা মতম ফাওবা অহোংবা লৈরমদে। নীংশিংবা য়াই মদুদি নিংথৌ পাল্লিঙৈগী মতমদদি থোইদোক্লা বন্দিশিং অসি শা-ষনদৌনা লৌরম্মী। শঙ্গোন্দা ষণ থম্বদৌনা থল্লম্মী। বন্দিশিংবু থবক শূবগী দণ্ডি ফংলবসু মীওইবা অমনা শূবা য়াবা থবক শূহনবা তৌরমদে । করি অমুক হায়গনি বন্দিশিংবু শা-ষনগী মহুৎ শিন্দুনা থাউগী কোল্লু শুম্নহল্লম্মী। থবক শূবগী দণ্ডি ফংলবা অমদি রাজনীতিগী বন্দি থিদনা মীনা চাবা য়াবা চীঞ্জাক পীজরমদে। পূখম তেঙ্গোৎতা চাক পীজরমদে। ফি থাদবা উপাক মথক্তা হীপহল্লম্মী। লৈবাক্তা হীপহনবসু য়াওরম্মী। নারগা লায়েংবগী থবক লৈরমদে। অমাংশঙ নীংথিনা শেম্বীদে। ঈশিং নীংথিনা পীবিদে। ফি শূদে।

ইরাবতনা জেল চঙখিবদা লৈরম্লিবা ফীবমদুদা অকনবা প্রতিবাদ তৌদুনা জেলগী বন্দিশিংবু লমজিংদুনা লড়াই কয়া তৌরম্মী। বন্দিশিংনা

কোল্লু শুম্বগী কোল্লু পাবোং থাদোক্লম্মী। চাক-য়েনশাং পুজারীদগী মুন্দুনা পূক থন্নাচারম্মী। জেলগী ষ্টাফশিংনা চানবা তোঙান্না থোংবা চাক য়েনশাং মুন্দুনা ফাওবা চারম্মী। অসুম্না লড়াই তৌরকপদা কা হেনবা, মরম চাদবা মথৈদি তোকখিরম্মী।

পুখম তেঙ্গোৎ য়াওদনা লাদা অমদি ঊনাদা চাক পীজবা, থাউগী কোল্লু শুমহনবগুম্বা কা-হেনমনবা খরা তোকখিবা নত্তনা ১৯৫০ গী মতম ফাওবা ইম্ফাল জেল অসি মীওইবা অমনা লৈবা মতীক চাবা মফম ওইরমদে। বন্দিশিংগী চাক য়েনশাং মীওইবা অমনা চাগদবা চীঙ্গাক ওইরমদে। রাইরু-ফৌমান লৌথোক্তবা চাক, ঈশিং নীংথিনা পীদবা, ফি-রোল মতীক চানা পীদবা, বন্দিশিংবু লায়েংনবা হীদাক অমসুং ডাক্টর থম্বীদবা কয়া অসিদগী খুদোংথীবা মায়োক্লরম্মী। থোইদোক্লা আন্দোলনকারী ময়াম ফাগৎলকপদা কাশিংদা পুল্লপ হোইজিল্লগা লৈবাক্তা তুমহনবা কয়ানি। কম্যুনিষ্ট লুচিংবা কয়া য়াওনা কেডর কয়া ফাগৎলকপদগীদি জেল মনুংদা জেলগী রিফোর্ম আন্দোলন অমগী থৌরাঙ লৌখৎপা হৌরকখি। ১৯৫০ জুলাই ২৮ দা সত্যগ্রহ আন্দোলন তৌবা হৌবম্মী। সরকারনা আন্দোলনকারীশিংদা চাক-য়েনশাং পীরমদে। আন্দোলন য়াওবা য়াওদবা থিদনা লোইনমক্ত পীদে । আন্দোলন য়াওদে নত্ত্রগা য়াওরোই হায়রবদি পীগনি হায়রম্মী।

মতমদুগী ডিপুটি কমিসনর এম এল ফুকনগী হুকুম মখাদা আন্দোলন লুচিংবা লিডর ৯ খনগৎলগা, মতমদুগী জেলগী নিয়ম মতুং ইন্না থীগ্রিদা পাং তিংলগা চৈশীং ২০/২০ ফূরম্মী। মদুগুম্বা অওৎ-অনৈদুগী মায়োক্তা হনবা লৈতনা আন্দোলন চঙশিল্লম্মী। মবম অদুনা বন্দিশিংদা ফি-রোল পীবা, চা-থকপগী হীরমশিংদা অহোংবা খরদি পুরকখিরম্মী। চান- থক্লবা মপান্দগী পুশিল্লকপসু খরগী মথৈ যাহল্লম্মী। মসিগী খুদোংচাবদা মতেং ওইরগা পার্টিগী মপান্দা লৈবা অন্ডরগ্রাউন্ড কমরেডশিংগা পাউ ফাওনবা ঙমলম্মী। অওইবমক মতমদুদা রাজনীতিগী বন্দিশিং খবরনচিংবা ঈ-পাউগী খুদোংচাবা ফাওবা পীরমদবনি। ওভরগ্রাউন্ডদা লৈবা, মরূ ওইনা ছাত্র নহারোনশিংগা জেল মনুং অমসুং অন্ডরগ্রাউন্ড অনীগী মরক্তা লৈদুনা য়াম্না চেকশিন্না অরোনবা মরূ ওইবা ঈ-পাউ অমসুং চিঠিনচিংবা থবক পূম্নমক জেল ষ্টাফ খরগী মতেংগা লোয়ননা পাঙথোক্লমই। কৈশামপাৎ কৈশাম

লৈকায়দা লৈবা থোকচোম নরানসিংনা মতেং য়াম্না পাংলম্মী। কুরিয়রগী থবকসু তৌদুনা ঈ-পাউ তত্তুনা ফাওনবা ঙম্লম্মী। আন্দোলন অদুনা মরম ওইদুনা অথিংবা খরসু কোমথোকলমই। অদুবু মতমসিদা বন্দিশিংনা ইম্ফাল জেলদগী চেন্নবা হোৎনরে হায়বগী তোকঙা অমা থোরকপদগী জেল মনুংগী ষ্টাফ খরদি হোংদোক-হোংজিন তৌখি। অদুগা জেলগী অকোয়বদা শঙদুনা য়েংশিন্নবা য়াটচ টৱারনচিংবা মথং মথং শাগৎপা হৌরকখি। রাজনীতি বন্দিশিংবু জেল মনুংদা ঈরাঙ হৌহন্নবা মতম পুন্নমক্তা হোৎনবনি হায়না লৌদুনা মণিপুরগী জেলদা থম্মিন্দ্রদুনা কমরেড ১৬ তি মপানগী জেলশিংদা পুখি।

## পার্টি ফন্ডগী থৌরাঙ

কম্যুনিষ্ট পার্টিগী ফন্ড লৈহন্নবগী মওংদি য়াম্না অকক্লবা লম্বী খরদা য়ুমফম ওইবগা খোমগৎলি। কম্যুনিষ্ট পার্টিদি সমাজগী মনুংদা খ্বাইদগী লায়রবা, নংজরবা, পূক থন্না চাবদা য়াজরবা অদুগুম্বা কাঙলুপকী স্বার্থ ঙাক্লবগীদমক্তা লৈবা, অদুগুম্বা কাঙলুপকী মীওই ঙাক্তনা য়াওবনি। অদুনা ওফিস চলাইনবা ফন্ড মতীক চানা লৈরমদে। পার্টিগী ফন্ড ফংনবগী মওংশিংদি — পার্টিদা মিংচনবগী মিংচন-ফী, মেম্বরশিংগী থাগী ওইবা চান্দা, জেনেরেল ডোনেসন, মুষ্টি ভিক্ষা অসিনচিংবনি। জেনেরেল ডোনেসনসু লায়রবা কাঙলুপ্তকী পীকখ্রবা শেনফম ওইনা ফংবনি। ঈনাক-কৈরাক খুনবশিংদগী নম-হাদুনা লৌবগী থবক তৌদে। মবম অদুনা পার্টি অসিনা ফন্ড য়াম্না দরকার ওইজরবসু য়াম্না ফংনবগী উপাই লৈরমদে। লায়রবা কাঙলুপ ঙাক্তগী রাজনীতি দল ওইবা মরমনা ফন্ড য়াৎপগী অৱাবা, খুদোংচাদবা কয়া থেংনরম্মী। মরম অদুনা কম্যুনিষ্টকী মেম্বরবু ওইখ্রবদি থাগী শেনখায় ওইনা য়ামদ্রবদা অনা অনীদি চাং নাইনা খায়রমই। মসিবু পার্টিগী থাগী লেভি হায়না খঙনরমই।

মতৌ অসুম্না ফংলকপা শেনফমশিং হায়বদি সেল, লোকেল কমিটি অমসুং ডিষ্ট্রিক্ট ওর্গনাইজিং কমিটি (ডি ও সি) গী মরক্তা য়ামজদ্রবসু খব খর য়েন্নরম্মী। ফন্ড য়াম্না দরকার ওইরক্লবা মতাং মতাংদা সরকারগী কর্ম্মচারীশিং, শিল্পী কাঙলুপ অমসুং পার্টিগী সিম্পেথাইজরশিংদগী ডোনেসন ওইনা

নিরম্মী। লৌমীগী মরক্তগীসু ফৌ ওইনা ডোনেসন নত্রগা শেনখায় ওইনা খায়গৎলম্মী। অদুম ওইনমক ওফিস চলাইবদা মতম অয়াম্বদা ফন্ড লৈতবগী অবাবা মায়োক্লখি। অদুনা পার্টিগী ফন্ডদি লায়রবশিংদগী ফংবা ওইবনা ভেল্যু যাম্মা ৱাংনা লৈরম্মী।

মরম অসিদগী ১৯৫০ চঙলকপদদি শেলগী মথৌসি অদুক্কী মতীক দরকার লৈরকখি। মরমদি পার্টি অন্ডরগ্রাউন্ড শাগৎপগী অমদি আন্দোলন কয়া তৌদুনা লৈরম্বদগী খুৎলায় পায়দবা য়াদবা মতাং লাক্তুনা খুৎলায় পায়বা তাবকপা, খুৎলায় লৈনবা শেল লৈতবগী খুদোংথীবা মাযোক্লখি। মতমদুদদি ওভবগ্রাউন্ড কমরেডশিংদগী নোংমৈ অমমম লৈনবা কম্পলসবি ওইনা কোটা পীবম্মী। অদুগা মসিগী মখা তাবকপদা চাং নাইনা পার্টিগী ফন্ড লাক্লবগী নিযম অমা চৎথরম্মী। মদুদি *মুষ্টি ভিক্ষা* হায়বসিনি। পার্টিগী সেল কমিটিনা মব্দ ওইনা শীজিন্নরগা খব খব লোকেল অমসুং ডি ও সিদা পীখৎনবকপনি।

মুষ্টি ভিক্ষাগী নিযমদি নোংমগী মনুংদা অয়ুক অমসুং নুমিদাংগী চাক থোংনবগী ওন্থোক্লবা কান্দা চেঙ অদু চামদ্রিঙৈ মমাঙদা চুম্বগী চেঙ মুট অমত্তং লৌথোক্লগা হীবম অসিগীদমক্তা তোঙান্না থল্লবা চফু নত্রগা ৱাগী উতোং অচৌবা অমদা হাপ্লগা থমহৌবদুনি। মুষ্টি ভিক্ষাগীদমক ফৌশুথোঙদগী নত্রগা চেঙফুদগী নত্রগা চেঙ হাপ্লিবা পাত্রদগী লৌথোক্লগা হাপ্পা যাদে। নুমিৎ খুদীংগী হাপ্লিবদু পুল্লপ্পা ফুকত্তুনা অমুক্তদা হাপচিনবসু য়াহন্দে। কাউখিবা নুমিৎকী ফুকত্তুনা হাপ্পসু য়াদে। মীওইবনা হিংনবগীদমক চাক চানবিবনি। অদুগুম্বা চাক চরাগী তন্নবা অদুদগী মুট অমত্তং খাইদোক্লগা তোঙান্না থম্বদুনি মুষ্টি ভিক্ষা হায়রিবসি। মবম অসিদগী মুষ্টি ভিক্ষাবু শম্মা হাযববদা ***মশাগী ঈনা মরম্লাই তৌবা, শোম্থরক্লবা মতমদা ঈ কাপ্লগুম্বনি*** হায়না য়াম্না পোপুলর ওইবা, থোইনা ৱাবসু নত্তবা, পার্টি মেম্বব পুম্নমক্লা যানববা ৱাফম ওইখি।

মসিগুম্বা চেঙ তুংশিনবগী থবকশি মব্দ ওইনা পার্টিগী মেম্বব লৈবা ঈমুংদতা তৌনরম্মী। মহিলা সম্মেলনীগী মেম্বরশিংনা মুষ্টি ভিক্ষাগী থবকসিদা পূক্লীং চঙনা তৌনরম্মী। তশেংবসু মহিলাশিংগী থবক ওইবনা খ্বাইদগী হেননা মায পাক্লখি। নিযমসিগী মখাদা তুংশীল্লকপা চেঙশিংনা যামশিল্লকপগী মতুং ইন্না পার্টিগী সেল কমিটিনা খোমজীল্লি। তাইথোক্লগা

শেল ওন্থোকই। খ্বাইদগী অনংবা খল্লগা মঙোন্দা অতাবা মমলদা য়োন্থোকপসু তৌনৈ। মতৌ অসুম্না শেল ওন্থেক্রবা পৈশাশিংদু পার্টিগী ফন্ড ওইরে। পার্টিগী থবক্তা শীজিন্নৈ। মশুম্না চেঙ তৃংশীনবগী থবক অসি মমৈথঙদদি মীয়াম্নসু খঙনরকখি। লৈকায়গী স্কুল লিংখৎপা, লৈকায়গী কমিটি শেম্বদা ফন্ড লৈননবগীদমক মুষ্টি ভীক্ষা অসি তৌনরকখি।

ঈং ১৯৫২ নবেম্বর-ডিসেম্বর অদুরাইদগীদি *রাজনীতিগী বাশক* হায়বা অমা লিংখত্তুনা মদুনা মফম কয়াদা কোয়না ঈশৈ শকপা চত্তুনা তাল্লকপা শেনফমদগী শৈশকপীশিংগী খরচ কাইথোকখ্রগা অতৈ শরূক্লা পার্টি ফন্ডদা দাণ তৌখি। অদুগুম্বা শৈশক্তুবু হৌদোকখিবা নোংঙদাগী কমরেড ফৈরোইজম কৃষ্ণসিংগী থৌদাং চাউই। লোয়ননা অৱাং জিরিদগী লৈতাম্থেম অঙৌনা পুং য়ৈদুনা রা শক অসী মতম শাংনা মখাতানা চখহৌখি। মসিদ নত্তনা ফোইজীং চীংনীংদা লৈরম্বা তোইজম নাথসিংনা মনোহরশাইগী মওঙদা ঈশৈ শক্তুনা যূমথোঙ কোয়না চৎলগা য়াউশঙদা হুল্লি ঈশৈ শক্তুনা শেল নিবদৌনা শেল খায়দুনা পার্টি ফন্ড তানশিনবগী থৌদাংসু লৌখি।

পার্টিনা খোল্লীবা ফন্ড খৃৎখোমসিনা তাকপদি কম্যুনিষ্ট পার্টিদি লায়রবা প্রজাগী দলনি হায়বদু ময়েক শেংই। ওইদবা, নমথাক্লা নম-হাদুনা শেল খায়বগী থবক তৌখিদে। অফংবা শেল খরদংদু শীজিন্নবদসু মীওই অমগী অনীংবদা চথদে। পার্টি কমিটিনা খন্নরগা রারেপ লৌদুনা য়ানরগা শীজিন্নবা ঙাক্তনি। শেল-থুমগী থবক্তা পার্টিদা অমকপা অমত্তা লৈহনবা য়াদে। তরু-তরুবা মশক লৈহনবা হায়বসী পার্টিগী প্রিন্সিপলনি।

## মণিপুর কম্যুনিষ্ট কন্সপিরেসী কেস

*কম্যুনিষ্ট পার্টি হায়বসী লৌমী শিন্মী ওৎপীরবা মীয়ামগী মাঙজিল থাগদবা পার্টিনি* হায়বা লেনিনগী প্রিন্সিপল অদুগী মতুং ইন্না মণিপুরদা কম্যুনিষ্ট পার্টিনা চপচানা থৌদাং লৌদুনা চঙশীনখি। ক্লাস ষ্ট্রগলগী মমি ময়েক শেংনা তাখি, হনবা লৈতনা থেংনখি। লৌমী শিন্মী শূরী নোল্লীবা মীয়ামগী দাবী অমদি লড়াই মথং মথং কনশীল্লকপগা লোয়ননা কম্যুনিষ্ট অমদি ওৎপীরবা মীয়ামগী কাঙলূপকী ওইবা য়েক্লবশিং (ক্লাস ইনিমিজ) মশক শেংনা চোংথোকপা হৌরকখি। মীফা-মীপুন অওৎ-অনৈ লেপ্তবগী

মতীক কম্যুনিষ্ট পার্টিগী এক্টিবিটিজসু হেনগৎলকখি। কম্যুনিষ্ট , লৌমী, ছাত্র- নহারোল কয়াবু মখল মখা অয়াম্বা আইনগী ধারা পানশিন্দুনা, মরু ওইনা লুট পাট তৌই হায়বগী কেস কয়াফাওবা পানশিন্দুনা জেলদা থমখি।

ফাজিনখিবা কমরেডশিংগী মথক্তা আইপিসিগী ধারা ১২১ (ক) লালহৌনবগীদমক লোম্না রাতানবা, ধারা ১২২ লাল হৌনবগী খূৎলায় খোম্বা, ধারা ১২৩ লান হৌনবগী থৌরাঙ অদুবু তানজা ঙাইদুনা লোৎশীন্দুনা থম্বা আর্মস এক্টকী সেক্সন ১৯ (এফ) অমসুং খূৎলায় পায়রম্বগা মরী লৈনবা সেক্সন কয়া পান্দুনা মণিপুর কম্যিনিষ্ট কন্সপিরেসী কেসকী বিচার চথখি। বিচার অদু মতম অদুগী চীফ কমিসনর মিষ্টর ই পি মুননা *হেঙ্গৎপা শক্তি পায়রবা ডিষ্ট্রিক্ট মেজিষ্ট্রেট* হায়বা ফম অসী পায়রদুনা চথখিবনি। মণিপুর কম্যুনিষ্ট কন্সপিরেসী কেস অসী হিজম ইরাবত অমসুং অতোপ্পা নিফুত্থমদোইগী মথক্তা পানবনি। অদুবু অতৈদি ফাবা ঙমদবদগী কমরেড তরাতরেৎকী মথক্তা বিচার চথখি। মখোয়শিংদুদি ১। কমরেড ঙাঙোম মহেন্দ্র চহী ২৭, নাগমপাল ২। কমরেড থোকচোম বড়, চহী ২৭, কৈশামপাৎ ৩। কমরেড লাঙ্গোঞ্জম টিকেন্দ্র, চহী ২৬, খুন্দ্রাকপম ৪। কমরেড মোইরাংথেম ইবোহল, চহী২৬, টৌপ খোংনাংখোঙ, ৫। কমরেড মাইবম বড়মনি , চহী ৩৩, উখোংশাং ৬। কমরেড লোংজম জ্ঞানেন্দ্র, চহী ২১, কোংবা রাজার ৭। কমরেড নিংথৌজম বিনয়, চহী ২৭, নাগমপাল ৮। কমরেড কোন্সম রাবৈ, চহী ২৪, অৱাং জিরি ৯। চিঙাখম তেবান্দ, চহী ২৬, অন্দ্রো ১০। কমবেড মোইবাংথেম অমুয়াইমা, চহী ২৮, নোংঙদা ১১। কমরেড খুম্বোংময়ুম লোবি, চহী ১৮, নোংঙদা ১২। কমরেড কোন্সম অপানবী, চহী ৩৫, অৱাং জিরি ১৩। কমরেড নিংথৌজম অজিৎ , চহী ২২, নাগমপাল ১৪। কমরেড থীংবায়জম নোংয়াই, চহী ২৮, টৌপ ১৫। কমরেড যুম্নাম গোকুল, চহী ২৩, অৱাং জিরি ১৬। কমরেড অথোকপম চৌরজিৎ, চহী ৩৫, টৌপ অমসুং ১৭। কমরেড ব্রহ্মচারিময়ূম শামুঙৌ শর্ম্মা, চহী ২০, খূরায কোংপাল অসীনি।

কমরেডশিং অসী ফারকপা মতমদা মী হাৎলুই, লুট পাট তৌই হায়বগী সেক্সন কয়া কমরেড অমমমদা অহুম মরিদগী তাদনা পানশিনখি। অদুবু ফন-কন্না হোৎনদুনসু চার্জ সিট থাঙ্গৎপদি ঙমখিদে। মমৈদা শূপতেক ওইনা *মণিপুর কম্যুনিষ্ট কন্সপিরেসী* হায়না খঙনরিবা কন্সপিরেসী কেস

অসী পানশিন্দুনা বিচার চথখিবনি। কমরেডশিং অসিদা নত্তনা অতৈ কয়া অমসু কেস কয়া পানশিন্দুনা ফাজিনখি। অদুবু মরমচাবা মরী ফংদবদগী মরাল লৈত্রে হায়দুনা থাদোকখি। ছাত্র-নহারোল, লৌমী অহল কয়া অমসু প্রিভেন্টিব ডিটেন্সন এক্টকী মখাদা ফাদুনা জেল পীখি। ফাজিল্লুরগা শীজিন্নিবা মরালগী মতীকচাবা প্রমান ফংদবদগী থাদোকখিবা কয়াসু য়াওখি। কমরেড ১৭ কী মথক্তা চথখিবা মণিপুর কম্যুনিষ্ট কন্সপিরেসী কেসকী রায় অদু ১৯৫১ সেপ্টেম্বর ২১ দা হায়দোকখি। শাংগ্রবা রায় অদুদা কমরেডশিং অসিবু অকনবা দণ্ড কয়াগা লোয়ননা শাংলবা মতমগী জেল মিয়াদ পীবগী মতাং, শাক্কিশিংনা পীখিবা জবান কয়া পল্লি। মতাং খরদা হায়রিবদি—

*"... The average age of the 16 accused whom I have convicted is only just over 26 years. It is regrettable that one should have to pass sentences on such youngmen for such serious offernces.*

*"... while therefore feelings of humanity towards youthful and misguided individuals may promt one to leniency, the wide interest of society must be kept in view. Furthermore, the accused have not so far shown before the courts any signs of contriction ...*

*"I see no option therefore but to impose the fairly heavy sentences which such grave offences normally demand.*

*".. In apportioning I keep two principles in view viz (i) that the ring leaders in this conspiracy, the generals and colonels, as it were of the army should recieve heavier punishment than the privates and camp followers and (ii) so far is consistent with the above, the more youthful offenders should be more lightly dealt with than those who are older, e.g. the 18 years old Lobi Singh should be least heavily punished than the 28 year old army pensioner Amuyaima Singh, though their offences and the evidence against them are practically the same."*

বিচাবদা কমরেড জ্ঞানেন্দ্রবু মবাল লৈত্রে হায়দুনা থাদোকখি। কমরেড মহেন্দ্র, বড, ইবোহল, বিনয়বুনা বিং লিডবনি হায়দুনা সেক্সন খূদীংগী চহী তরেৎ তরেৎনা খুজীং ওইবগা ফাদোক পীখি। ইবোহলগী মথক্তদি আর্মস এক্টকী সেক্সন ১৯ (এফ) কী মখাদা চহী অহুম অমগীসু তাখিবনি। কমরেড খূদীংমক থবক কন্না শূবা অকনবা দণ্ডিগা লোয়নন্না পীখিবা ঙাক্তনি। অতে কমরেডশিংসু বাযদা পল্লিবা কেটেগোডিগী মতুংইন্না চহী তবাদগী অহুম ফাওবগী তোঙান তোঙানবা মিযাদ পীখি।

বিচাবদুদা কমরেড অযাম্বা মশা ঙাকথোকচবগী মহুত্তা সবকাবগী থৌদৌবু কোর্টতা চপচানা যৈথদুনা ঙাঙখি। মহেন্দ্রনা ইংবাজিদা পীখীশ জবানদা *ভাবত সবকাবনা ভাবত কম্যুনিষ্ট পার্টিবু হেক ঙম্বা থাক্তা খৌবী চবম মেভ্রুনা হাংনীংই* হাযনা থৌনা ফনা হাযখি। জ্ঞানেন্দ্রনসু ইংবাজীদা ছাত্রগী ওইনা সবকাবগী থৌদোকপু যৈথবদুনা ঙাঙখী। অসুম্না কমবেডশিংনা কেস মনুংদা পূন্না পূন্না খন্ন-নৈনবগা বিচাবদা পার্টিগী ওইনা ঙাঙগদবা কমবেড অমদা গাইডলাইন পী। বুলগেবিযা কম্যুনিষ্ট লূচিংবা কমবেড জোর্জ ডেমিট্রেবনা নাৎসী হীটলব জর্মনীনা মহাকপু বিচাব তৌখিংদা মহাক্না থৌনাফনা লৌখিবা ফিবেপ অমসুং ঙাঙখিবা বাঙাঙশিং অদুবু পানদম ওইবগা পার্টিগী প্রিন্সিপল অমদি ফিবেপ্পু চেৎনা ঙাক্তুনা মণিপুবগী কমবেডশিংনা কোর্টগী মাঙদা অকিবা লৈতনা থৌনা ফনা মবীকচুমনা পুখৎখি। মদুমক্তনসু মণিপুবগী কম্যুনিষ্ট পার্টিগী ফজববা চেৎলবা মশেক মঙালদ নওনা অচেৎপা মবা তাহলহৌবগী মকওইবা মবমশিংগী মনুংদা অমদি কমবেডশিংনা অচেৎপা থৌনা লিংজেল অমসুং ফিবেপ লৈনবগী লম্বীদা মক ওইবা অমা ওইখি। মবম অসিনা ই পি মুননা মহাক্কী বাযদা *অসিগীসু মথক্তা একুাজদশিং অসিনা (মখোযনা তৌখিবা থবক্কী মবীদা) কবীগুম্বা মখলগী নুংঙাইতবা অমদি নীঙমদবগী খূদম মবীক অমত্তা ফাওবা কোর্টশিংগী মমাঙদা উৎত্রী হাযনা* পনখ্রিবনি। মসিদা কবিমত্তা ঙক্লিঙাই লৈতে। কমবেডশিং চপচানা কম্যুনিষ্ট ওইখি। মশা মশাসু নহা ওইবিবা, পার্টিগী পুন্সীদসু অমুক্কা হেন্না নহা ওইবিবা কমবেডশিং অসিনা পার্টিগী নিযম-নীতিগী মতাংদদি *কম্যুনিষ্টশিংনা কনাগুম্বা অমত্তগী মফমদা চঙ জবা, নোনজবগী বা লৈতে। লেংগোম্নবগী বা লৈতে, ক্লাস কোলাবোবেসনগী বা লৈতে* হাযবসী মতমদুদগী হৌনা মযেক লানা থমখি।

# সিপিআই মণিপুরগী ইতিহাস

কন্সপিরেসী কেস অসিদা য়াওদবা অতোপ্পা কেস কয়াসু তৌখি। মদুদা পনবা য়াবনা লৌমী কমরেড কামোংগী রামসিং অমসুং চঙাঙগৈগী খোমৈ অনীবু চহী তরাহুমদোই তরাহুমদোই ফাদোক পীখীবসীনি। কমরেড চীংখমবনা সেসন জজ্জনা চহী অহুমগী মিয়াদ পীদুনা লুপা ২০০ ফাইন তৌখি। মসিদা নত্তনা অতোপ্পা কেস অমদা চঙাঙগৈগী কমরেড খুমুকচম কুবের অমসুং সাপম ইবোহল মথংশিংনা চহী তরেৎ অমসুং অহুমগী মিয়াদ পীখী। কমরেড কুবের ১৯৪৮ অহানবা মণিপুর ইলেক্সন্দা উংলৌদগী কারগা মহাক্কী মথক্তা পুন্দোঙবম থৌদোক্কী মতাংদগী ফানবা ৱারেন্ট থমদুনা আন্ডরগ্রাউন্ড চাইনখিনা, ৱারেন্ট লৌথোকউ য়াদবদগী এম এল এ গী ফমফম অদু শকফম ফস্থা ফংহনখিদ্রবা কম্যুনিষ্ট লুচিংবা ইরাবতকী চৌকী অদু কহবা ১৯৪৯ দা তৌখিবা বাই-ইলেক্সনদা উংলৌগী এম এল এ ওইনা কাখিবনি। মতমনুদা পার্টি লুচিংবা অমনা কারম্বা, ফস্থা ঙমহনখিদ্রবা চৌকী অদু কন্দুনা থমগনি কন্নামনো কমইগ্নোই এ [illegible] তৌকদবনা হাংজনগনি হাংদগী বাক্সতা বাই-ইলেক্সন থেংনখি। মারক্তা পার্টিগী থৌদাং মতুং ইনা আন্ডরগ্রাউন্ডদা মদুম্মক চঙখিবনি।

মিয়াদ লোইরবা কমরেডশিং মণিপুর মপানগী জেলশিং লোংচুপ সেন্ট্রেলগী মার্চেনপুর, জলপাইগুরি, দার্জিলিং চিংবা জেলশিংদা চহিংথোক্লদুনা থমখি। ১৯৫২ এপ্রিল হৌরকপদা মেডিনিপুর সেন্ট্রেল জেল মনুংদা নহা ওইরিবা কমরেড রাবৈ লৈখিদে। হেক লুহোংবগা মাগী য়ারোঙ শঙদা পার্টি নীতিং তৌরবা মতুংদা অন্ডরগ্রাউন্ড চঙখিদুনা জেল মিয়াদ তাখিবনি। লুহোংবদা চায়রোইবী মাগী নুপী অমদি ইমুং মনুং অমত্তা কাওবা উজবা ফংদনা নীরমগী থাজবা জেলদা অরোইবা য়াইপ তানখ্রবনি। কমরেড রাবৈ অহাংদা জেল মনুংদা শিরম্বনি। জেলগী মীওংৎ মীনৈ চৈথেং কয়া পীদুনসু মঙোন্দগী ফরিগুম্বা লৌশুন অমত্তা হায়দোকখিদ্রবা নহা ওইরিবা কমরেডনি। অসুম্বা চহী কয়া জেলদা খাঙলুরবা মতুং ১৯৫৫ দগী ১৯৫৮ ফাওবগী মনুংদা মথং মথং থাদোরকখি। কমরেড রামসিং অমসুং খোমৈনা খ্বাইদগী ঈকোন কোন্না থোককখি। অতৈ হান্না সেক্সন অহুমদা চহী তরেৎ তরেৎ পীবদা অনীনা কনকরেন্ট চত্তুনা চহী তরামরি ওইরম্বা অদু অহুম্মক কনকরেন্ট চত্তুনা চহী তরেৎ তরেৎতা হুম্থহনখিবদগী ঙনখৎনা থাদোক্লকখিবনি। কমরেডশিং রিভোলুসনরি কম্যুনিষ্ট অমা ওইনা জেলগী পুন্সী নীংহন্নবা লৈতনা লেপ্লকখি।



# পার্টিগী অনৌবা লম্বী

ঈংকুমজা ১৯৫১ য়ৌরকপদদি ভাবত কম্যুনিষ্ট পার্টিগী রাজনীতিগী লম্বীদা অচৌবা অহোংবা অমরোমদা লাকখিবম্মী। ১৯৪৮ দগী চঙশিল্লকখিবা খুৎলায় পায়বগী রিভোলুসন অদু অবানবা লম্বেলনি হায়না লৌরকখি। অদুনা মসিগী মমাঙদা চঙশিল্লম্বা পার্টিগী গনতান্ত্রিক আন্দোলন অদুদা অমুক হন্নজিল্লকখি।

কম্যুনিষ্টকী ৱাখল চেল্লবা নহারোলশিংনা ভারতকী নীং-তম্বগী আন্দোলন্দা সোসিয়েলিজমগী ৱাফম লোয়ননা পিজেন্ট অমসুং ৱার্কবশিংগী স্লোগানশিং ফ্রীদম ষ্ট্রগল মনুংদা পুখৎতুনা থেংনখি। মত্যুমা যাম্না মিলিটেন্ট ওইবা মশক থোক্না লুচিংবা নহাবোল খরদিশ বৃটিশ সবকারনা মখোযগী মথক্তা হেন্দোক-থোইদোকপা রিপ্রেসিব মিজব লৌখৎখি। মখোযদু ভাবত্তা লৈবা যাদ্রদুনা হিমালয়গী ঈংলবা চীংলক্তা খোঙনা ফাওদুনা চৎখ্রগা টাস্কেন্ট অমসুং মোস্কো যৌখিরম্মী। *কম্যুনিষ্ট ইন্টর্নেসনেলগী* জ্ঞানগা লোয়ননা মতুংদা ভারত্তা হঙ্লকখি। মখোয় কম্যুনিষ্ট পার্টি লিংখৎনীংবদগী থুনা হঙ্লকখিবনি। মতমদুগী সরকারনা ভারত্তা কম্যুনিষ্ট পার্টি লিংখৎপা যাহন্দবা ফীবম লৈবদগী পিজেন্টস এন্দ ৱার্কর্স ওর্গনাইজেসন ওইনা শাগৎপা তাখি। অদুবু এস এ দাঙ্গেনদি লেবব সোসিয়েলিষ্ট পার্টি অমা লিংখৎনবা থৌরাঙ লৌখৎলকখি। মওঙ অসি উরকপদগী সরকারনা *কানপুর কম্যুনিষ্ট কন্সপিরেসী কেস* পানসিন্দুনা যং কম্যুনিষ্টশিংবু মরূ হুন্দ্রিঙৈদা মুখৎহৌনবা হোৎনরকখিবনি। এস এ দাঙ্গে, মুজাফব আহমদ, নলিনি গুপ্তা, সাউকৎ উসমানি ফাখিরম্মী।

ভারতকী মীয়াম পুম্নমক্কী চপ-মান্নবা অপাম্বা ওইরিবা নীং-তম্বা ফংনবগী ষ্ট্রগলদা তোঙানবা পার্টি অমা লিংখৎপা চুমলোই, মদুনা হেন্না য়ুনিটিদা অশোকপা ওইগনি হায়না কম্যুনিষ্টশিংনা ফিরেপ লৌদুনা ইন্দিয়ান নেসনেল কংগ্রেসনা লুচিংবা নীং-তম্বগী আন্দোলন্দা য়াওশিন্দুনা হান্নদগী

লাকখি। স্বরাজ পার্টি হায়বা অমা কংগ্রেসকী মনুংদা লিংখৎলক্তুনা, লেফ্ট-ৱিং ওর্গনাইজেসনগী খোঙজঙ অমনা লৌমী-শিনমী ওৎপিরবা মীয়াম কাঙলূপকী দাবীশিং পুখত্তুনা মুভমেন্ট চঙশিল্লকখি। কম্যুনিষ্ট ইন্টরনেসনেলনসু খোঙজঙ অসি য়ারিবনি। তৌবদবু এন্টি-ইম্পরিয়েলিষ্ট, এন্টি-ফিউড্যালগী ওইবা স্লোগান য়াওনা গনতান্ত্রিক আন্দোলনগী খোঙজঙদুদা য়াওশিনগদবনি অসিনি। অদুগীসু মথক্তা থোইদোক্লা বৃটিশ সরকার অদুনা কম্যুনিষ্ট হায়বসি লৈহন্দনবা মখল কয়াগী অকনবা মিজর লৌরিবা মতমনি। মদুগুম্বা ফীবম অদু মণিপুরদসু লৈবনি। থোইদোক-হেন্দোক্লা মণিপুরগীদি নিংথৌনা কম্যুনিষ্টকী মমীং পনবা ফাওবা য়াদে।

ভারতকী কম্যুনিষ্টশিংনা কংগ্রেস মনুংগী লেফ্ট-ৱিং স্বরাজ পার্টিগী মনুংদা ভারতকী মীয়ামগী পোপুলর ওইবা ডিমান্ডশিংগী প্রোগ্রাম শেমদুনা, মদু তকশিন্নবগী প্লেটফোর্ম ওইহন্দুনা, হেন্না তুহৎপিরবা মীয়ামবু তাশীন্দুনা য়াম্না পাক-শন্না এন্টি-ইম্পরিয়েলিষ্ট স্ট্রগল শাগৎলম্মী। কমপ্লিট ইন্ডিপেন্ডেন্সকী স্লোগান ফাওবা কংগ্রেসকী মনুংদা পুখৎখিবনি অমসুং থেংনখিবনি। প্রোগ্রামশিং অদুদি ঃ— ১। কমপ্লিট ইন্ডিপেন্ডেন্স ২। কোলোনিয়েল-কনষ্টিট্যুসনগী মায়োক্তা ৩। রাজনীতি বন্দিশিং থাদোকউ ৪। রিপ্রেসিব ওইবা আইন অমসুং ওর্ডিনান্সশিং, এন্টি-লেবর লোশিং হন্দোকউ, ৫। ৱার্করশিংগী খূৎশূমন হঙ্হনবা লোয়ননা নোংমদা পূং ৮ দমক থবক শূহন্নবা অমসুং ৱার্করশিংবু থবক্তগী লৌথোকপা তোক্লবা, ৬। খাজনা হেনগৎপগী মায়োক্তা লোয়ননা ননশিল্লক্লিবা শেন্দোলশিং শিংদনবগী, লৌমীগী লৌ মৎপা থিংনবগী অমসুং ৭। ফ্রীদম ওফ স্পিচ অমসুং প্রেস, ষ্ট্রাইক, পিকেটিং অমদি ওর্গনাইজেসন তৌবনচিংবা থিংবা তোক্তুনা ডিমোক্রেটিক রাইট লৈহনগদবনি।

অসিগুম্বা প্রোগ্রামশিংগী দাবী পুখত্তুনা আন্দোলন কয়াগী খোঙজঙ চঙশিনবদা ভারতকী মীয়াম হৌনা শৌগৎলকখি। পণ্ডিত নেহরু অমসুং নেটাজি সুভাসচন্দ্রনসু সোসিয়েলিজমগী স্লোগান অসী লাউরম্মী। মসিমক্তনা মরম ওইদুনা মমৈথঙদা নেটাজি সুভাসচন্দ্রবু কংগ্রেসকী প্রেসিদেন্ট খনখিবনি। সুভাসচন্দ্রনা সভাপতি ওইবা মতমদা সোসিয়েলিষ্ট পেটর্ন অমা ভারতকা চানবা মওংদা শাগৎনবা কমিটি অমা শেমখি। মদুগী প্রেসিডেন্ট পণ্ডিত মোটিলাল নেহরুদা হাপখিরম্মী। প্রোগ্রাম অমদি দাবীগা লোয়ননা

নীং-তম্বগী আন্দোলন চঙশিল্লকপসিদা মীযাম্না পাক শন্না শোগাৎলকপদগী বৃটিশ সরকারনা পাক্তক্লনা বিপ্রেসির মিজর লৌখৎপদগী, মনীং হল্লকখি। কংগ্রেস মনুংগী লেফট-ৱিং স্ববাজ পার্টি অমদি গোমা অম হং রার্কবশিংবু বৃটিশ সরকারনা কম্যুনিষ্ট ওইনা উবকখি।

ঈংকুমজ্রা ১৯২৫ দা কম্যুনিষ্ট পার্টি অব ইন্ডিয়া হোংনা লিংখৎখি। কম্যুনিষ্ট পার্টি লিংখৎলবসু কংগ্রেসনা লুচিংলগা হাদম ষ্ট্রগলদা অদুম্মক মখা তানা যাওশিনবগী ফিবেপসি লৌদুনা লাকখি। লৌবিবা ফিবেপসি ভারত নীং-তম্বা লাউথোক্লবা মতম ফাওবা লোংদনা লৈরকখি। নীং-তম্বগী আন্দোলন্না কনশিল্লকপা মতম্না অহানবা পার্টিগী, কংগ্রেস ঈংকুমজা ১৯৪৩ দা ফমখ্রবসু মতম কুইনা অনীশুবা পার্টি কংগ্রেস ফম্বা ওমদনা লৈরকখিবনি। অদুর নীং-তম্বা লাউথোক্লদবা আগষ্ট ১৫ গী মাঙওইননা ১৯৪৭ গী জুন থাদা সেন্ত্রেল কমিটিনা লাক্কদবা শাসনগী মরোদা কুপ্পা খল্লখি। ভারতনা স্ববাজ ফংলবসু শাসনগী মপাদি নি থৌ, মচাশিং, জামিন্দারশিং, ভারতকী অচৌবা কারবারবলাশিং, কল-কারখানাগী মপুশিংনা চংবা মীওই খুন্দোক খবগী অনৌবা এলোহেং শাফনা খুদম চনশিনব ওম্মবা তৌবা শক্লোন ওইবগনি হায়বগী মীৎয়েংশিং শেংনা লৌখিবম্মী। ভারতকী মশাং যাম্লবা লৌমী-শিন্মী, তুত্থংলমবা কাংবুগী নীং-তম্বাদ ওইরোইদৌরি মরমদুনা জাতিগী শেন্থুমগী মগা কদা মফবা থক পুরক্লোই। ১৯৪৮ গী ফেব্রুযাবী ২৮ দগী মাচ ৬ ফাওবা কলকটাদা ফমখিবা অনীশুবা পার্টি কংগ্রেসনা সেন্ত্রেল কমিটিগী বাখল্লোন্দু কুপ্পা নৈনববা মতংদা যাখি। ওইবক্লিবা শাসনগী মওং আসনা তাক্লিবদি বৃটিশনা ডাইরেক্ট রুল তৌরম্বদগী ইন্ডাইরেক্ট রুল ওইরখক্তনি। মপু হোংবা শক্তনি।

অনীশুবা পার্টি কংগ্রেস ১৯৪৮ দগী বি টি রনদিবেনা পার্টিগী জেনেরেল সেক্রেটরি ওইরম্মী। অদুগা মানদি হান্না পি সি জোসিগী মতমদা ১৯৪৮ ফাওবদা চৎনরম্বা কম্যুনিষ্ট পার্টিগী পোলিসী অমসুং প্রোগ্রামশিংদু মপুংদা বিপ্লবী ওইদবা, রিফোর্মিজমগী লম্বীনি হায়রম্মী। যেৎলোমদা কমপ্রোমাইজ তৌবা রিভিজনিজমগী লম্বেলদা কা হেন্না চঙশিনবা পোলিসীনি ফাওবা হায়রম্মী। বৃটিশকী শাসন্দগী কংগ্রেসনা হোংবদি মপু হোংর্বনি হায়না সেকেন্ড পার্টি কংগ্রেসনা লৌদুনা মীনাই মপু অসী চিংথহৌগদর্বনি হায়রসি রনদিভেগী থরক্কী খোঙজঙগী রাখল্লোন্নি। বুর্জুয়া পোলিসী অসিগী

# সিপিআই মণিপুরগী ইতিহাস

মায়োক্তা থেংনগদবান হায়বিবা সেকেণ্ড কংগ্রেসকা মান্নয়েংসি থবক ওন্থোক্তুনা মায পাকহনবগী পোলিসীদি খুৎলায় পায়বা বিভোলুসন্না ওইগদবনি হায়বসি মাগী পান্দমনি।

মবম্দুনা বিটি রনদিভেগী লমজিং মখাদা গনতান্ত্রিক ওইবা মওংগী আন্দোলন থাদোক্লম্লগা ওইবোমদা কা হেন্না ওনশিনখিদুনা কম্যুনিষ্ট পার্টিনা লৈবিবা কংগ্রেসকী সবকার অদুগী মায়োক্তা খুৎলায় পায়রগা বিভোলুসন্না থেংনগদৌবান হায়বগী লম্বীবোমদা চঙশিনখিবন্নী। কংগ্রেস যম্মখিবা থা ৩ গী মতুংদা যম্বা পোলিটব্যুরোদা পার্টিগী মীৎয়েং অদু শন্দোক্লগা তাক্লবা পোলিটিকেল থিসিস অমা পগোক্লম্মী। মাগী ডোকুমেন্ট অদুনা চপ চাবা লেফট সেক্টেরিয়ান অমসুং লেফট-এডভেনচরিষ্ট লাইন অমগী মায়কেদা অহনবা লৈতনা তকশিনখি থেংনগদৌবিবা বিপ্লবকী অশংবা উদেশ্যদি ভারতকী কংগ্রেস সবকারগী মতেংপাং লৈবগা ইকাইখুম্নবা ওইদৌরগা লেনিনগী মসিংঙ খুদোকপদা থুনা লৈগাদৌবনি। অসিগুম্বা লেফট সেক্টেরিয়ানগী লাইনসিদা চংশিনদুনা রনদিভনা চাইনাগী বিপ্লবকী লম্বীদা চংশিনগনি।

## গনতান্ত্রিক ওইবা আন্দোলন

লৌমীনা লমগী মপু ওইনবগী আন্দোলন, কম্যুচ নীশিংগী ট্রেড য়ুনিয়ন, ওয়ার্কর্শিংগী স্ট্রাইক মখল মখল চঙশিল্লম্মনী অদুগা লেফট সেক্টেরিয়ান ওর্গানাইজেসনগী লাইনসি লৌদুনা বিভোলুসন চংশিনবা হৌবকপগা পার্টি মনুংদা মত খেন্নবা যাম্না লৈবকখি। অদুবু লম্বেলসিদা য়ানিংদবগী ক্রিটিসিজম পীবগা কাঙবুশিংবু মীকিথীনি, য়েথাম-থীনগাইবা তৌবনি, মীচেলনি, নমথাক তৌবনি, রিভিসনিজমনি হায়বদি বুর্জুয়া কাঙবুগা কমপ্রোমাইজ তৌদুনা চংপা পাম্বনি হায়না চার্জ তৌখি বিভোলুসনগী থবকসি টেলঙ্গনাদা খুমাঙ যাম্না চাওশীনখিবন্মী। অদুম ওইনমক অন্ধ্রগী পার্টি সেক্রেটরিয়েটনসু লেফট-সেক্টরিয়ানগী লাইন অসিনা ডিমোক্রেটিক অমসুং বিভোলুসনরী পাঠ (লম্বী) অনী যেৎশীন্নদুনা চঙশিল্লে হায়না ক্রিটিসাইজ তৌখি। অদুবু অন্ধ্র সেক্রেটরিয়েটকী বাকৎ অদু তাখিদে। চৎথরিবা বিভোলুসনসি জেনেরেল সেক্রেটরিনা মাগা যানবা পোলিটব্যুরো মেম্বর খরগা তানবগা চঙশিল্লিবনি। মেম্বর ৩১ লৈবা সেন্ট্রেল কমিটিগী মীটিং, পার্টিগী সেকেন্ড কংগ্রেস মতুংদগী শুককৌ কৌখিদে। কলেক্টিব

ফংসনিং লৈতে। অসিগুম্বা লেফ্‌ট সেক্টেরিয়ানগী ফিরেপ লৌখ্রবসু থবকসি পাঙথোক্রমদাইদা সেন্ট্রেল কমিটিদা খন্নখিদে। কন্না য়েংলুবদা রেক্ক হুংহনবা নত্রগা পার্টিদগী তাঙ্কেকপনচিংবা সেক্রেটরিগী পন্নারদা ডিসিপ্লিনরী এক্সন লৌখৎখি।

খুৎল্যায় পায়বগী রিভোলুসন হায়বসিদি রাজনীতিগী ওইবা খ্বাইদগী ৱাংলবা আন্দোলনগী মওংনি। মসিগী মমাঙদা গনতান্ত্রিক ওইবা উপাইনা, মখল কয়াগী গনতান্ত্রিক আন্দোলন তৌদুনা, মীয়ামগা লোয়ননা থেংনবদা অওনবা-অহোংবা পুরকপা ওব্বগী আশা উরকত্রবা মতমদা অমদি গনতান্ত্রিক ওইবা লড়াই চৎথবদা ষ্টেটকী পন্নার শীজিন্নদুনা তমথিবা, হেনজিনবা মওঙদা ওৎ-নৈরক্লবা, গনতন্ত্র লৈবা য়ারকত্রবা অমদি খ্বাইদগী ৱাংলবা রিভোলুসনগী তঙাইফদবদুদা মীয়াম হৌনা থোক্রক্লবা মতমদুতদা চঙশিনগদবা মওংনি।

মরমদুনা খ্বাইদগী ৱাংলবা থাক্কী রিভোলুসন, খুৎলায় পাযবগী ফিরেপ অমদা চঙশিল্লুরিবদু মতমদুগী রাজনীতিগী ফীবমগা চান্নবা ৱাংখি। মরমদুনা লেফ্‌ট-সেক্টেরিয়ান হায়রিবনি। মরমদি চহী লিশাঙ্‌ শীৎনা নীং-তম্বগী আন্দোলন্দা মপুম-থীৎলবা ভারতকী মীয়াম্না নীং-তম্বা ফংলকপদা ঙায়রিঙৈ স্বর হুন্না হোন্দোক্তুনা লৈরিবা মতমনি। কংগ্রেসকী সরকার অদুনসু সোসিয়েলিজমগী মওং মানবা স্লোগানশিং লাউবতা নত্তনা লৌমী-শিন্মীগী স্বার্থ কন্নবা প্রোগ্রাম্না অহানবা ওইনা পায়খৎলগনি হায়না মীয়ামদা হায়রিবনি। মীওই খুজোক খরতগী য়েংদুনা থবক তৌরক্কনি হায়বগী মীৎয়েং অমা কম্যুনিষ্ট পার্টিনা উরিবা নুংগী ওইবা ৱাখন্দু ভারতকী প্রজা মীয়ামগী ৱাখন্দা ফাওদ্রিবা মতমনি। মরমদি চপ মান্ননা অপাম্বা অমা ফংবতা ঙায়রি। মদুনা য়াইফবা পুক্নী অমা ওইরক্কনি হায়না আশা তৌনরিবনি। কংগ্রেস সরকারনা খরদি তৌরক্কনি হায়না আশা তৌরবা ময়ায় ওইবা লৌমী ফাওবা সরকারগী মায়কৈদা লেপ্পুনা লোয়ননা কংগ্রেস পূন্নমক হৌদুনা, ফোংনা রিভোলুসনগী মায়োক্তা লৈরকখি। মসিগী মথক্তা রিভোলুসনরিশিংনা ইন্ডিভিজুয়েল টেরোরিজম ফাওবা চৎথরকখি। মসিদি সোসিয়েলিষ্ট রিভোলুসন্না য়াদবা থৌওংনি। মদুনা কম্যুনিষ্টত্ত মীয়ামগী অশাওবসু হেনগৎলকখি। সরকারগী রিপ্রেসিব মিজরদা য়াম্না মতেং ওইহনখি। আর্মি রিপ্রেসিব হেনজিল্লকপনা মরম ওইদুনা গেরিলা সক্কাডশিং উমং-ৱামংদা হন্দোকপা তারম্মী। মীয়ামদগী তোখাই তারকখি।

অসুম্না রনদিবেনা লৌখৎখ্রিবা অনৌবা পার্টি লাইন অদু পার্টি লিডরশিংনা হৌবদগী য়ানখিবা নত্তে । অজয় ঘোষ, এস এ দাঙ্গে অমসুং ঘাটেনা কলকটা মীফম মতুংদগী লানখিবা খোঙজঙ অদু মতমদুগী রাজনীতিগী ফীবমগা চানদে হায়বগী মরমদা চিঠি ইনখ্রবনি। হেন্না লুশিল্লকপা ফীবম লাকপদগী মরূ ওইনা কমরেড এস এ দাঙ্গে, সি রাজেশ্বর রাও, অজয় ঘোষ অমসুং ঘাটে য়াওনা হায় পব্বার ডিলিগেসন টিম অমা ১৯৫১ ঈং চঙলকপদা অন্তরজাতিক্কী কম্যুনিষ্ট লুচিংবশিংগা উননবা মোস্কোদা চৎলুই। মরূ ওইনা ষ্টেলিনগা কূপ্না ভারতকী ওইরিবা রাজনীতিগী ফীবমদু নৈনরকখি। লোয়ননা ড্রাফ্‌ট প্রোগ্রাম অমসু লুচিংবশিংগা নৈনমিন্নরকখি। মখোয়না হল্লকুবা মতুং ১৯৫১ গী এপ্রিলদা ড্রাফ্‌ট প্রোগ্রাম অমা পার্টিগী রেঙ্ক এন্ড ফাইলদা খন্ন-নৈননবা সার্কুলর ওইনা থাদোকই। চহীসিমক্কী ওক্টোবর থাদা স্পেসিয়েল কনফরেন্স অমা কলকটাদা (অন্ডরগ্রাউন্ডদা) ফমদুনা মপুং ফারবা প্রোগ্রাম অমা পুথোকখি। অনৌবা পোলিসী প্রোগ্রাম অদুনা গনতান্ত্রিক ওইবা আন্দোলনগী লম্বীরোমদা অমুক চঙশিন্দুনা, ইলেকসন্নচিংবা লেপ্পুনা অফোংবা লম্বীদা কম্যুনিষ্ট পার্টিবু মীয়ামগী পার্টি ওইনা হায়বদি *মাস পার্টি* ওইনা শাগৎপগী ফিরেপ অসি লৌখি। ফিরেপসি ১৯৫১ গী ওক্টোবর ২১ দা ভারত শীন-থুংনা লাউথোকখি লোয়ননা ইলেকসন্দা কম্যুনিষ্ট পার্টিনা খ্বাইদগী চাউবা ওপোজিসন পার্টি ওইখি।

## খূৎলায় থাদোকপগী পোলিসী

ভারত পুম্নমক্কী ওইবা খুৎলায় থাদোকপগী ফিরেপ লৌনবগী কলকটাদা ফমবা স্পেসিয়েল কন্‌ফরেন্সতা শরূক য়ারুনবগীদমক্তা মণিপুর পার্টিগী সেক্রেটরি কমরেড লমাবম ইবোতোম্বী অমসুং কমরেড খোকচোম বীর অনীসু ডিলিগেট ওইনা চৎলম্মী। অদুবু মতম চানা থুংবা ঙমহৌদবদগী কন্‌ফরেন্স অদুদা পাক-চাউনা খন্নখিবদু য়াওবা নংখিদে। অদুম ওইনমক সেন্টরগী লিডরশিংনা খন্নখিবা অমদি লৌখিবা পোলিসি প্রোগ্রামশিং মমুৎ তানা নৈনদুনা খঙহল্লকখি । লোয়ননা অনৌবা পার্টিগী প্রোগ্রাম মখাদা কম্যুনিষ্ট পার্টিনা আইননী ওইবা মওংদা ওভরগ্রাউন্ডদা ফংসন তৌনবা পাউতাকসু পীরকখি। অদুগা লোয়ননা স্বাধিন ফংলবা মতুংগী অহানবা মথংগী চহী ১৯৫২ দা পাঙথোক্কদৌরিবা জেনেরেল ইলেকসন্দা শরূক য়ানবা ৱাফমসু হায়রকখি।

# সিপিআই মণিপুরগী ইতিহাস

হক্লকপগী লম্বেলদা কমরেড থোকচোম বীরনা আসাম পার্টিগী মতেং লৌরগা মণিপুরগী রাজনীতিগী ফীবম তাকপা ষ্টেটমেন্ট অমা ১৯৫১ গী ওক্টোবর তাং ২৫ দা থোক্লম্মী। মদুদা কম্যুনিষ্ট পার্টিগী মরু ওইবা লিডরশিংগী মথক্তা থল্লিবা ফানবগী ৱারেন্টশিং খূদক্তা লৌথোক্লবা অদুগা মিয়াদ তাদুনা জেলদা লৈখ্রবশিংবু থাদোক্লবা আপিল তৌবগী ৱাফম য়াওরম্মী। ভারত কম্যুনিষ্ট পার্টিগী অনৌবা পোলিসি প্রোগ্রামগী মখাদা মণিপুরদা কম্যুনিষ্ট পার্টিসু জেনেরেল ইলেকসন্দা কেন্ডিডেট থাদোক্নুনা থেংনরগনি হায়বনচিংবা ৱাফম য়াওরম্মী।

মতৌ অসুম্না ভারত কম্যুনিষ্ট পার্টিনা গনতান্ত্রিক ওইবা লম্বীদা, লেফ্ট-সেক্টেরিয়ানগী লম্বী থাদোক্লবা প্রোগ্রাম মখাদা য়াগংবা লাকপদগী ভারতকী নীং-তম্বা মতুংগী অচানবা মীখলদা শরুক য়ানবা থৌরাং পায়খৎলম্মী। [illegible] অন্ডরগ্রাউন্ডতা থোক্নুনা থবক নোম্থ থৌরম্মী। তৌইশুম্বসু মণিপুরদদি আন্ডরগ্রাউন্ডদা লৈরম্ল কম্যুনিষ্টশিংনা ওভরগ্রাউন্ডদা থোকপা য়ারমদে। ইলেকসন থেংনননীদমক পার্টি কমরেডশিংনা থবক নোম্না য়াওল্লমদে। মসিগী অদুগা ওভরগ্রাউন্ডতগী অন্ডরগ্রাউন্ডদা পুথোক্লবা হোৎনবগা লোয়ননা জেলদা মিয়াদ তারবা কমরেডশিংগী দগী মিয়াদ লৌথোক্লগা হোৎনবনা পার্টি ওর্গেনাইজেসনগী থবক্কী মথক্তা চঙশিন্দবা থাদবা ওইরম্মী। পার্টিগী সেক্রেটরি কমরেড লমাবম ইবোতোম্বীদি অন্ডরগ্রাউন্ডদা লৈবা ওইরনা অসোনবা লম্বেলদা থাক্নুনা মণিপুর মৌবগী অন্ডরগ্রাউন্ড কমরেডশিংগা ওইরম্লিবা রাজনীতিগী লম্বেলসি কুপ্না নৈনখি।

অদুগা ওভরগ্রাউন্ডদা লৈরিবা কমরেড থোকচোম বীরনা গৌহাটিদগী হক্লক্লগা ভারত কম্যুনিষ্ট পার্টিগী লৌরক্লিবা পোলিসী প্রোগ্রামসি খঙহন্নবা হোৎনরম্মী। লোয়ননা ইলেকস্‌ন থেংননবগীদমক ওর্গেনাইজেসনগী থবকসু পায়খৎলম্মী। প্রিভেন্টিব ডিটেনসন এক্টকী মখাদা ফাজিল্লুবদগী, জেলদগী থাদোরক্লবা ছাত্র-নহারোলগী লুচিংবশিং অমদি ওভরগ্রাউন্ডদা লৈবা কমরেডশিংগা পূন্না পার্টি ওর্গেনাইজেসনগী মপাঙ্গল কনখৎনবা হোৎনরম্মী। লোয়ননা কমরেড থোকচোম বীরনা ওবরগ্রাউন্ডদা পার্টিগী সেক্রেটরি ওইনা থবক তৌরম্মী। অদুগা কমরেড লমাবম ইবোতোম্বীনা অন্ডরগ্রাউন্ডদা লৈদুনা অন্ডরগ্রাউন্ড কমরেডশিংগা পূন্না অদুমক পার্টিগী

সেক্রেটরি ওইনা থবক তৌরম্মী। মতৌ অসুম্না হেনফরক্কবা ফীবম অসিদগী১৯৫৬ ফাওবা ওবরগ্রাউন্ড অমসুং অন্ডরগ্রাউন্ডদা ডুয়েল ফংসন তৌদুনা লৈরম্মী। অনৌবা পোলিসী প্রোগ্রাম অমা লৌদুনা অহোংবা লৈথ্রবা ফাওবদা মণিপুর সরকারনা বে-আইন লৌথোক্কবনা মরম ওইদুনা অন্ডবগ্রাউন্ডদা লৈরকপদগী অসিগুম্বা খুদোং চাদবা মওঙ অসী কুইথহনবগী মরম ওইহন্নখি। মতমদুগী মণিপুরগী শাসন পায়রিবশিং অদুদি কম্যুনিষ্টপু অদুক্কী মতীক তাথীথ্রে মদুদি মণিপুরদা কম্যুনিষ্টশিং অমুক হন্না লিংখৎলকপা য়াদনবা হোৎনখি। কমরেড ইরাবত ফাওবা *বিগ্ তাইগরনি* হায়দুনা শিখ্রবা ফাওবা মথক্তা থমখিবা ৱারেন্ট লৌথোকউ হায়বা য়াখিদ্রিবনি।

ভারত কম্যুনিষ্ট পার্টিনা লেফ্‌ট সেক্টেরিয়ানগী অমদি লেফ্‌ট-এডভেনচরিজমগী লম্বীদা হেঞ্জিন্না চৎলুবদগী হনদোক্তুনা নেসনেল ডিমোক্রেটিক রিভোলুসন অমগী প্রোগ্রাম লৌদুনা ফোংনা ফংসন তৌখ্রবা ফাওবদা মণিপুবগীদি থোরকপা য়াদনা ১৯৫৬ ফাওবা অন্ডরগ্রাউন্ডদা অদুম লৈরম্মী।

## খুৎলায় থাদোকপা মতুং

ভারত কম্যুনিষ্ট পার্টিনা খুৎলায় পায়বগী রিভোলুসন অমা চঙশিল্লুবসি মতমদুগী ভারতকী ফীবমগা চানদে, অরানবা লম্বেলনি হায়না লৌদুনা ১৯৫১ ওক্টোবর ২১ দা পার্টিনা রেদিওদা অমদি নেসনেল খববশিংদা লাউথোকখি। এক্সট্রিম লেফ্‌ট-সেক্টরিয়ানগী ফিবেপতু জেনেরেল সেক্রেটরি রনদিবেনা পোলিটব্যুরো মেম্বর অমা অনীখক্তগা তানরগা চঙশিনখিবনি। লিডরসিপ্তা লৈবা কমরেড অয়াম্বনা চাইনাদা তৌবগুম্না ভাবতসু হেক্তা তৌবগদবনি, চানরে হায়বসি শুকয়া য়াদে। রেডিমেড ফোর্মুলা অমা হেক্তা পানশিনগদবনি হায়বসি চুমদে। মরমদি মফম, মতম, ফীবম কুপ্না নৈনরগা মওং লেপকদবনি লৌরিবা সেক্টরিয়ানগী লাইনসি পার্টিনা কোপী তৌগদবা নত্তে। লৌরিবা সেক্টরিয়ানগী লাইনসি পার্টি মনুংদা য়েৎনদুনা লাক্লখি। অশোয়বা কয়ানা মবম ওইদুনা অমদি লম্বেল লানবদগী খুদোংথীবা মনম মনম তারকপদগী হেনফদনা অশোয়বদু চুমথোক্তবা য়ারক্তবদগী পোলিসী হোংলকখিবনি ।

ড্রাফট প্রোগ্রাম অমসুং পোলিসিনা চুমথোক্লবা পীরিবা পোইন্টশিংদি— ১। মতম তাঙ্গা অসিদা ভারত্তা খুৎলায় পায়বা ষ্টেজ ওফ রিভোলুসনগী মওঙ অসি পুশিনবা চুমদে, লাল্লি। পিজেন্টস অমসুং প্রোলেটরিয়েট বার্করশিংগী রিভোলুসনসু ওইদে। সোসিয়েলিষ্ট রিভোলুসনগী ষ্টেজসু ওইদে। ডিমোক্রেটিক রিভোলুসন্দা খুৎলায় পায়শিল্লুবনি। ২। লৈবাক অসিগী ডিমোক্রেটিক, এন্টি-ফিউডেল, এন্টি-ইম্পরিয়েলিষ্ট ফোর্স পুম্নমক্কী কোলিসনগী ফোর্মুলেশন্নি হায়না রনদিবেনা ইম্ফেসিস পীরিবসি চুমদে, রিজেক্ট তৌই। ৩। চাইনাগা ভারতকা লৌমীনা মশীং য়াম্বা, লম পাক চাউবা, লৌউবনা মপুং ওইবা, মীশিং য়াম্বা, মান্নবা ময়াম অসী লৈবনা মান্নবা রিভোলুসন তৌগদবনি, চাইনিজ পাঠ চৎকদবনি হায়বদি য়াদে। প্রোগ্রাম অসিনা অসুম্না কক্লি — ক। ভারতকী বার্কিং ক্লাসতি চাইনাগী বার্কিং ক্লাসতগী মশীং য়াম্না হেল্লি। অদুবু ভারতকী বার্কিং পিজেন্টশিংগা মাস এলাই ওইবা ঙমদে। খ। চাইনাগী আর্মী শরূক খরদি রিভোলুসন্দা স্প্লিট তৌই। গ। চাইনাগীদি কম্যুনিকেসন ফত্তে। অদুনা রিভোলুসন লাকশিনবা খূদোং চাদে। ইন্দিয়াগীদি বৃটিশনা শেম্বা লম্বেল থোং কম মুনিকেসন ফজনা লৈবনা রিভো লুসন লাকশিনবদা লায়না থোকই। অদুনা চীং-মান অরাপ্পাদা লোত্তুনা লৈবা তাই। ঘ। চাইনাগী রেড আর্মীদি থৌনা লৈনা মানচুরিয়া য়ৌদ্রিবা ফাওবা সোবিয়েৎকী মতেংগা লোয়ননা হেক হেক এটেক্ট তৌবা ঙমই। হায়বদি মতেং পীনবা লিবরেটেড এরিয়া লৈ। ভারতকীদি লৈতে।

টেলঙ্গনা বিভোলুসনগী মফম ওইরিবা অন্ধ্র কম্যুনিষ্টকী সেক্রেটরিয়েটনা ডিমোক্রেটিক রিভোলুসন্দা চয়েৎ-খোয়েৎনহল্লে হায়না মাঙজৌনননা ক্রিটিসিজম পীখ্রবনি। হায়দ্রাবাদকী নিংথৌ নিজামনা ফিউডেলিজমগী মকোক ওইদুনা অওৎ-অনৈ কয়া তৌবদগী অব্বাবা নংলবা তেলঙ্গনাগী পিজেন্টশিংগী ঈহৌ অমসুং পোজ্জিসন্না ভারত পুম্নমক্কী শক্তম লাক্লগা তৌবা রিভোলুসন্নি। ভারতকী কাচিন-কোয়া শীনবা থুংদে।

ড্রাফ্‌ট প্রোগ্রাম অদু সেন্ট্রেল কমিটিনা এপ্রিলদা পুথোক্লগা পার্টিগী রেঙ্ক এন্ড ফাইলদা ইন্নর পার্টি ডিসকসন তৌনবা থাদোক্লগা ওক্টোবরদা ফম্বা স্পেসিয়েল কন্‌ফরেন্সনা অরোইবা ফিরেপ লৌখিবনি।

# সিপিআই মণিপুরগী ইতিহাস

অসিগুম্বা শাথিনা শোয়রুরবা অরিবা পাড়া অসি কম্যুনিষ্ট পার্টিগী ইতিহাসতা হেন্না খুদোংথীনিঙাইনি হায়না পার্টিনা লৌদুনা অমুক হনজিন্দনবা হোৎনদুনা লাক্লি।

মরমদুনা ড্রাফ্‌ট প্রোগ্রাম অমসুং পোলিসি অসিগী মখাদা ভারত কম্যুনিষ্ট পার্টিনা ডিমোক্রেটিক ওইবা ষ্ট্রগল অমদি শান্তিগী লড়াই তৌদুনা মখল-মথেলগী মাস ওর্গনাইজেসন শাগৎনবা, লোয়ননা মীয়ামগী ওইবা দাবী কয়া পুখত্তুনা আন্দোলন তৌবগী লম্বেলদা চঙশিন্নবা ৱারেপ লৌখিবনি।

অসুন্না পার্টিগী অনৌবা লাইন অসি লৌদুনা ঈং ১৯৫২ গী অহানবা জেনেরেল ইলেকসন থেংনবদা ভোট মিলিয়ন তরূক ফংখি। কংগ্রেসকী মায়োক্তা কম্যুনিষ্ট পার্টিনা খ্বাইদগী চাউবা ওপোজিসন ওইখি। য়াম্না হেন্না পার্টিনা আশা তৌখিবদুদি য়ৌখিদ্রে। মরমদি চাইনা পাঠ রিভোলুসন্দগী হন্দোরকপদা পার্টি মনুংদা ইন্নর পার্টি কনট্রোভর্সি খরদি লৈখি। অদুম ওইনমক মীয়ামগী ডিমান্ড কয়া পুখৎতুনা ডিমোক্রেটিক আন্দোলন কয়া লেপ্তুনা তৌখি। মীয়ামগী সপোর্ট ফংখি। এগ্রেরিয়ান রিভোলুসন্না মরু ওইবা এক্সন ওইনা লৌবগা লোয়ননা পিজেনত্রি অসি প্রোলেটেরিয়ান উপাই লৈতবা লায়রবা ৱার্করশিংগা মরু ওইখ্রবা এলাই ওইরগা এগ্ররিয়ান ডিমোক্রেটিক রিভোলুসনগী মপুং ওইবা ফোর্স ওইগদবনি হায়বা প্রোগ্রাম অমসুং পোলিসি অদুগী মখাদা খোঙজঙ কয়া চঙশিনখি। অদুনাওল ইন্দিয়া ট্রেড য়ুনিয়ন কংগ্রেস মোবিলাইজ তৌদুনা পার্টিনা মপুং ফানা লমজিংবা ঙমখি। লোয়ননা সেক্টরিয়ানগী মীৎয়েং অমসুং থৌদৌ কয়াবু মাঙহনবা ঙমখি।

## অহানবা ষ্টেট কনফরেন্স

মণিপুরগী মফম খুদীংমক্তা খুঙ্গং শীনখুৎনা মণিপুর মীয়ামগী মথক্তা চীফ-কমিসনর হীমট সিংহ অমসুং পুলিস সুপারিন্টেন্ডেন্ট মিষ্টর পালিট অনীগী লুচিং মখাদা চত্থরকপা সরকারগী অকনবা রিপ্রেসন কয়াগী মায়োক্তা থেংনদুনা লাকখি। অদুবু ভারত কম্যুনিষ্ট পার্টিগী অনৌবা থৌশিল ১৯৫১ গী লোইশিল্লকপা অনৌবা ড্রাফ্‌ট প্রোগ্রাম অমসুং পোলিসী ষ্টেটমেন্ট

থোরক্লবা মতমদদি আসাম প্রোভিন্সিয়েল কমিটিনা পীরকপা সজেসন হ যাগী মতুংইন্না মণিপুর পার্টিসু ওক্লক্লিবা লম্বীরোমদা চৎনবা থবক পায়থৎপা হৌরকখি। অসীগুম্বা খুৎলায় থাদোরকপা অনৌবা লম্বীদা চঙশীনবা হৌরকখিবা মতমসিদদি মণিপুরদসু রিপ্রেসনগী থবক অসী হান্নদগী খরদি কোমথোরকপগুম তৌরকখি। পার্টিনসু ১৯৫১ জুলাই থাদা কনভেনসন কৌদুনা থন্ন-নৈনবা অমসুং ভারত পার্টিগী অনৌবা থৌশিলদা চঙশীন্নবা য়ানরকখি। অদুবু ভারত কম্যুনিষ্ট পার্টিগী মথং-মথং ওক্লক্লিবা অহোংবসিদা অথুবা মতমদা হেক্তা চুশীন্নদুনা চপচানা খংওন ওনবদি ঙমখিদে।

আসাম প্রোভিন্সিয়েল কমিটিনা মণিপুর পার্টিগী মীফম কৌদুনা ডিষ্ট্রিক্ট ওর্গনাইজিং কমিটিদগী ডিষ্ট্রিক্ট কমিটি ওক্লবা খণ্ডহল্লকপগী মতুংইন্না অপূনবা পার্টি মেম্বর মশীংদগী তরা তরা খুদীংগী ডিলিগেট অমমম লৌদুনা ১৯৫১ সেপ্টেম্বর ১৫, ১৬ অমসুং ১৭ নুমিৎ হুমনি চুপ্না মণিপুর পার্টিগী ঈহান হানবা ষ্টেট কনফরেন্স কৈবিদা কমরেড মোইরাংথেম নুংশিবীগী শঙ্গোয়দা ফমখি। মতম অদু পার্টিগী মপূং ওইবা লুচিংবা কয়া জেলদা অমসুং আন্ডরগ্রাউন্ডদা লৈখিবা মরম্না কনফরেন্স অদু আন্ডরগ্রাউন্ডদা ওইনা পাঙথোকখি। মদুমক্তা ইম্ফালদগী লাপথোকপা পার্টিগী শক্তি, মরাচেংপা, মেম্বর য়াম্না লৈবা মফম য়েংদুনা কৈবিদা পাঙথোকখিবনি। মীফম অদুদা আসাম পি সি নত্রগা সেন্ট্রেল পার্টি লুচিংবা নত্রগা ওর্গনাইজর অমতা পাউ ফাওনদুনা য়াওবা ঙমখিদে। মাঙজৌননা পার্টিগী লৈরিবা সেল কমিটি অমসুং লোকেল কমিটিশিংদগী মথং মথং য়ানননা পুখৎনরক্কুনা লাকখিবা নত্তবনা ওক্লক্লিবা লম্বী অদোমদা কনফরেন্স অদুনা চপচানা খঙমীন্নদুনা চঙশীনবদি ৱাৎখি।

## পার্টিনা মীখল থেংনবা

অহানবা কনফরেন্স মতুংদগী পার্টিনা সধারন মীখল য়াওনবা শেমশাবা হৌরকখি। মণিপুরগী ওইনা পালিয়ামেন্টরি কেন্দ্র অনী (১) ইন্নর মণিপুর পার্লিয়ামেন্টরি কনষ্টিটুয়েন্সী অমসুং (২) চীংগী রিজার্ব সিট ওইনা আউটর মণিপুর কনষ্টিটুয়েন্সী অসীনি। অদুগা ইলেক্টোবেল কলেজগী মখাদা মেম্বর ৩০ অমগা লৈগনি। অতৈ পার্টি অমদি সরকার য়াওনা কম্যুনিষ্ট পার্টিগী মথক্তা অরানবা, অশেম্বা প্রচার কয়া তৌরম্বা পুন্নমক

মীখল অদুদা ভোট মশীং লীশীং কয়া ফংদুনা মীয়ামগী মফমদদি পার্টিবু নিংথীনা থাজবা লৈ হায়বদু উৎখি। কম্যুনিষ্ট তাথীবা কয়ানা হায়জীনবশিং অরেম্বা তাহ্নখি।

ভারতকী ঈহান-হানবা লোকসভা মীখল ১৯৫২ জনুয়ারী ফেব্রুয়ারীদা পাঙথোকখি। মীখলদুদা কমরেড থোকচোম বীরনা পার্টিগী মীরেপ ওইনা কম্যুনিষ্টকী মীখলগী সিম্বোল *কৌচরোং-থাঙ্গোল* মার্কা পুথোক্তুনা ইন্নর -মণিপুর পার্লিয়ামেন্টরী কেন্দ্রদা লেপখি। মীরেপ মাপল লাম্বা তৌনবা মীখলদুদা অনীশুবা তাখি। মীরেপশিংনা ফংনখিবা ভোট মশীংদি—

| | মীরেপগী মিং | পার্টি | ফংনখিবা ভোট মশীং |
|---|---|---|---|
| ১। | লাইশ্রম যুগেশ্বর | কংগ্রেস | ২২,৯০২ |
| ২। | থোকচোম বীর | কম্যুনিষ্ট | ১৩,১৮৪ |
| ৩। | শ্রীমতি মহারানী ঈশ্বরী দেবী | ইন্ডিপেন্ডেন্ট | ১১,৮০৯ |
| ৪। | এলাংবম তোমপোক | গান্ধী সেবক সভা | ৭,১৯৬ |
| ৫। | নোংথোম্বম ইবোমচা | প্রজা শান্তি | ৬,৮৬০ |
| ৬। | লাইশ্রম অচৌ | সোসিয়েলিস্ট | ৫,৭৪৭ |
| ৭। | হুরাইবম নিলমনি | নেসনেলিস্ট য়ুনিয়ন | ৩,৮১২ |
| ৮। | ডাক্টর লৈরেল | ইণ্ডিপেন্ডেন্ট | ১,৯২৮ |
| ৯। | তখেল্লম্বম বোকুল | হিষ্টরিকেল রিছর্স | ১,৪৬৮ |

মতম অসিদা কম্যুনিষ্ট পার্টি *থাঙ্গোল নুংথং* য়েকপা অঙাঙবা ফীরাল পাইহন্দুনা খ্বাইরম্বন্দগী মখা দুকান জিমসন রোডতা লৈবা শ্রী মেলৈগী দুকান্দা অফিস ওইনা লিংখি। মীখলদুদা অউটরগী ওইনা সুইসাদা শৌগৎলি। অউটরগী মীরেপশিং, পার্টি অমসুং ফংনখিবা ভোট মশীংদি-

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | রিশাং কৈশীং | সোসিয়েলিষ্ট | ২৩,৬২৫ |
| ২। | সুইসা | নেসনেল য়ুনিয়ন | ১৮,২৭১ |
| ৩। | ডাঃ কম্পু | কংগ্রেস | ১৩,৮১৫ |
| ৪। | তেবকিলোং | প্রজা শান্তি | ১০,০৯৫ |

লোক সভা মীখলদুদা ইন্নরদগী কংগ্রেসকী লাইশ্রম যুগেশ্বর অদুগা অউটরদগী রিশাং কৈশীং সোসিয়েলিষ্টনা কাখি। ইলেক্টোরেল কলেজগী ওইনা কম্যুনিষ্ট মীরেপ তরূক থাগৎখি। অনী কাখি। মীরেপ ওইখিবা কমরেডশিংদি —

| | মীরেপকী মিং | লেপখিবা কনষ্টিটুয়েন্সী |
|---|---|---|
| ১। | কমরেড অথোকপম থবী | ৱাংখৈ কোংবা |
| ২। | কমরেড তখেল্লম্বম ইবোতোম্বী | য়াইরিপোক |
| ৩। | কমরেড অম্বী | সেকমাই |
| ৪। | কমরেড ছোয়াম ছত্রধারী | সলাম খুম্বোং |
| ৫। | কমরেড কে ঐচ অমুবা | থাঙ্গ কুম্বী |
| ৬। | কমরেড অমুয়াইমা | থৌবাল |

কমরেড তখেল্লম্বম ইবোতোম্বী অমসুং ছোয়াম ছত্রধারী কাখি।

ইলেক্টোরেল কলেজদা কাখিবা দলশিংগী ওইবা মশীংদি

| | | |
|---|---|---|
| ১। | কংগ্রেস | ১০ |
| ২। | কম্যুনিষ্ট | ২ |
| ৩। | সোসিয়েলিষ্ট | ১ |
| ৪। | ইণ্ডিপেন্ডেন্ট | ১৭ |
| | অপূনবা | ৩০ অসীনি। |

মতমদুদা ভারতকী ইলেক্সন কমিসন্না শকখঙদ্রিবা রিকনাইজ তৌদ্রিবা ইণ্ডিপেন্ডেন্ট ওইনা মীখল থেংনখিবা দলশিং অমসুং মখোয়গী কাখিবা মশীংদি—

| | দলগী মিং | কাখিবা মশীং |
|---|---|---|
| ১। | মণিপুর নেসনেলিষ্ট পার্টি | ৩ |
| ২। | প্রজা শান্তি | ৩ |
| ৩। | অচুম্বা পাম্বা কংগ্রেস | ২ |
| ৪। | কুকি নেসনেল য়ুনিয়ন | ২ |
| ৫। | জেলিয়ারোং য়ুনিয়ন | ২ |

| | | |
|---|---|---|
| ৬। | মাও-মরাম য়ুনিয়ন | ২ |
| ৭। | গান্ধী সেবক সভা | ১ |
| ৮। | মিজো য়ুনিয়ন | ১ |
| ৯। | ইন্ডিপেন্ডেন্ট | ১ |
| ১০। | হিষ্টরিকেল রিছর্স সোসাইটি | — |
| ১১। | নাগা নেসনেল লিগ | — |
| ১২। | পাইটে নেসনেল কাউন্সীল | — |

অসীনচিংবনি।

মীখল হেক লোইবগা ডিষ্ট্রিক্ট কমিটিগী মীফম কৌদুনা মীখলগী রিভিয়ু তৌখি। শোয়খিবশিংসু পুথোক্তুনা মখা তানা শোয়দনবা চেকশীনহৌনবগীদমক মমুৎ তানা খন্নখি। পার্টিগী অকনবা বেজশিংদা লেপকদবা মীরেপ খনবদা অশোয়বা খর য়াওখিবা, অতৈ লেফ্ট অমসুং চাওখৎপা পাম্বা দল অমদি লনাই কাঙবুশিং পুন্দুনা ডিমোক্রেটিক ফ্রন্ট শেমহৌদবা, চীংগী মীয়ামগা নকশীন্নবা ব্রাৎহ্ণৌবা, ইম্ফাল মনুংদা ভোট ফংবা ব্রাৎপা কংগ্রেসকী বেজ ওইখিবা, মীওই খরগা লনাই ওইনা য়ানরুবা, পার্টিনদি পীরগা মখোয়নদি ভোট পীরকখিদবা, চীংদগী সুইসা কারকখিদবা কয়া মমুৎ তানা পুথোক্তুনা নৈনখি। রিভিয়ুদা তারকপশিং মখাগী কমিটিশিংদা নৈননবা সার্কুলর থাদুনা খঙহন্নবা লেপ্নখি।

### ওর্গনাইজেসন শাগৎলকপগী মওঙ

পার্টি মনুংদা লাইরিক লাইশু হৈরবা মেম্বরশিংগী মশীং ব্রাৎচৈ। মপূওইনা খুঙ্গংগী লৌমী মীয়ামলক্তা শাগৎলকপা মরম্না মতম মতমগী থোক্লকপা অমসুং ওক্লকপা থবকশিংগী থৌওং-থৌশীল ব্রাখলশিং থবক ওইনা পাঙথোকপা হৈথোই-শিংথোইবা কেডর মশীং ব্রাৎখি। অদুনা পার্টি ওর্গনাইজেসন, ব্রাখল্লোন, ফিরেপ অমসুং থকসী-খাসীদা মার্ক্সিজম-লেনিনিজমগী ব্রাখল্লোনবু মরৈ মুনশিন্না খঙহন্নবা হোৎনবদা অব্রাৎপা কয়া লৈখি। অদুনা অতৈ দলশিংগা থেংনরকপা আইডিওলোজিগী লড়াইদা (ষ্ট্রগলদা) অশোনবা লৈখিদবা নত্তে। অদুবু মণিপুরদা কম্যুনিষ্ট পার্টিনা মীয়ামগী স্বার্থবু ঙাক্লবা হোৎনদুনা লৈরকপনা খুদোংচাদবা কয়া মায়োক্লরবসু

মীয়ামগীদমক পার্টি হিংহন্দবা য়াদে হায়বগী চপ মান্নবা ৱাখলদা কেডরশিংনা চপচানা লেপ্তুনা থেংনখি। মশাগী ওইবা স্বার্থ থাদোক্লদুনা কথোকপগা লোয়ননা অণ্ডম্বা শক্তি শীজিন্নদুনা পার্টিগীদমক হোৎনখি।

পার্টি অসী হেক লিংখৎলকপদগী থেংনরকখিবা অশোয়বশিং পল্লবা তৌদনা হেক খঙলকপগা থৌনা লৈনা চুমথোক্লবা ক্রিটিসিজম সেলফ ক্রিটিসিজম তৌনদুনা শেমগৎ শাগৎপগী মওঙদা চুমথোক্লরকখি। পার্টি মেম্বর লৌশীনবা মতমদা পারটি শাগৎপা নৌরিঙৈদগী হৌনা খরা কোম্না চথরকপগী মওঙ লৈখি। পার্টিগী চৎনপথাপকী মতুংইন্না ট্রৈনীং পীদুনা অমসুং চাংয়েং তৌরগা লৌশীনবগী মওঙদা খর কোমথোকপা লৈখি। পার্টিগী প্রিন্সিপল অমদি পোলিসী প্রোগ্রামশিংদু মশানা য়ারবা অদুগা পার্টিগী মিংজনফোমদা সহি তৌদুনা, মেম্বর ওইবগী ফী শিকি অমগা লোয়ননা চহীগী চান্দা পৈশা মরিগা পীরবদি মেম্বরসিপ হেক্তা পীথোক্লমই। পার্টিসিদা ডাইরেক্ট হেক্তা মিং চনশিনবগী মওঙদা চৎথরমই।

অসিগুম্বা ফীবমদা পার্টিদা মিং চনবগী চৎথখিবা মওঙশিং শোক ১৯৪৯ ফাওবা খর খর চৎনরমই। মতুংদদি পার্টিগী লিডরশিং মরক্তা জ্ঞান তানরকপগা লোয়ননা, মশীংদা হেনগৎনবা হোৎনরকপা, মগুণদি কযা য়াওদবা, অদুগুম্বা মখলগী মেম্বর লৌশিনবগী থবক্তা অওনবা পুরকপদা মতেং ওইনবা হায়দুনা মাস ফ্রন্টশিং শেমগৎ শাগৎপরোমদা পূক্লীং চিংশিন্নরমই। ছাত্র ফেডরেসন, য়ুথ লিগ, কিষান সভা অমদি মহিলা সম্মেলনীগুম্বা মাস ওর্গনাইজেসনশিং অসীগী খুৎথাঙদা পার্টি মেম্বর লৌশিনবগী থবক হৌখিরমই। মওঙ অসিদা কম্যুনিষ্ট পার্টিগী মেম্বরশিং লৌশিনবদা কেডর পার্টিগী নিয়ম ইন্নবা কন্না হোৎনরমই।

অসিগুম্বা থৌশিলগী মখাদা মতীক চানা মাগী মাগী ফ্রন্টশিংগী থবক পাঙথোকপগী চাংয়েং নীংথিনা তৌরবা অদুগী মথক্তা মায়কৈ কয়াদগী হীরম কয়াদা য়েংশিনবদা চাং খঙলবা অমসুং পার্টিগী ৱারেপ পাঙথোক্লবগী পীবা লমজিং মখাদা লাকখিবা মাস ওর্গনাইজেসনশিং মনুংদগী হৈ-শিংলবা (মিলিটেন্ট ওইরবা) মীওইশিংবু কমিটি অমগী মনুংদা থবক তৌহন্দুনা অমুক্তসু থা অহুমদগী থা তরূক ফাওবদা তৌবা চাংয়েং পাস তৌরবা কাঙবু অদুতবু মেম্বরশিপ পীবা হৌরমই। নীংথিনা চাংযেং তৌদনা হায়বদি স্ক্রুটিনি তৌদনা লৌশীনখিবা কয়া য়াওখিবদুনা য়েক্লবগী অত্যাচারদা খাঙবা ওন্নক্তবদগী

মাঙলমচৎতা পার্টিগী অরোন-অথূপ কয়া হায়দোকখিবা, মশাদা চেকশিনবা ৱাংপদগী য়েকনবগী গুপ্তচোরশিংদা সি আই ডি ফাওবা, খঙনা নত্রগা খঙদনা ওইরবসু ঈ-পাউ লিক ওইহনখিবনচিংবা কয়া য়াওখিবদগী পার্টিনা চেকশিন্নবগী লম্বীদা চঙশিল্লক্তুনা মমৈথঙদদি কেডর বেজ ওর্গনাইজেসন ওইহনবা ঙমখিরমই।

মতৌ অসুম্না চৎখরকখিবা মেম্বরশিপ লৌশিনবগী লম্বীসি অহুম থোক্লা লাকখিরমই। শোক ১৯৫৩ গী মতম ফাওবদা পার্টিগী মেম্বর মশীং ৭৮৫ খক ওইরমই। হায়রিবা মেম্বরশিং অসী শোক ১৯৪৮ দগী ১৯৫০ ফাওবদা চহীদা মেম্বর মশীং ১৭৪.৭৫ গী চাংদা মিং চল্লমই। অদুগা শোক ১৯৫২ অমসুং ১৯৫৩ মনুংদদি চহীদা মেম্বর মশীং শূপনগী ৫১ রোমতমক মিং চল্লমই। হায়রিবা মেম্বরশিংগী মনুংদা মখাদা পীরিবা, পার্টিদা মিং চনবা মতমদা দবকার ওই হায়না লৌরিবা ইনফোর্মেসনশিংদি (মিংজন ফোর্মদা য়াওবা পার্টিকুলরশিং) হায়বদি কাঙলুপ, শিক্ষা, চহী অসিনচিংবা অসিনি।

**কাঙলুপ**

অপূনবা মশীং - ৭৮৫

| লৌমী | ময়ায় ওইবা অতৈ কাঙলুপ পুন্না |
|---|---|
| ৬৯৭ (৮৯%) | ৮৮ (১১%) |

⇩

লৌমী

| লায়রবা | ময়ায় ওইবা পুন্না | ঈনাকখুনবা |
|---|---|---|
| ৫০২ | ২৮০ | ৩ |

শোক ১৯৫৩ গী পার্টি মেম্বরসিপ রেজিষ্টার মতুং ইন্না হায়রিবা মওঙ অসি ফংলবসু চপ-চাবা হায়বদুমক্তি চিংনবা খরদি লৈরমই। মবমদি পার্টি মনুংদা মেম্বব অমদি মাস ওর্গনাইজরশিংনা মেম্বরশিপ লৌশিনবদা মেম্বর অদুগী ফীবম অমসুং নিয়ম মতুংইন্না য়েংলগা, কাঙলুপকী মতাংদা হাপলকপা ঈ-পাউ (ইনফোর্মেসন) মশীং শুরমদে, হায়বদি নৌনা মিং চনগদৌরিবা মেম্বর অদুনা হায়রকপগী মতুং ইন্না ফোর্মদা মেনশিল্লকপা ওইরমই। মরম অদুনা অসীগুম্বা মওঙ অসী চুমথোক্তুনা মেম্বর লৌশিনবা মতমদা, কাঙলূপকী ঈ-পাউ য়েংশিন্দুনা, মখোয় মশাদগী রিপোর্ট

ইনফোর্মেসন নীংথিনা লৌরগা মেনশিল্লবদি কাঙলুপকী হিসাব চেক তৌবদা লায়না থোক্কনি।

| মহৈ-মশিং (শিক্ষা) | ইংগ্রেজী খঙবা ক্লস VIII কী মথক | ইবা-পাবা থোকপা | ইবা-পাবা থোক্তবা |
|---|---|---|---|
| অপূনবা মশীং ৭৮৫ | ৫৩ (৬%) | ৫৭৬ (৭৪%) | ১৫৬ (২০%) |

ইংগ্রেজী খঙবা হায়বসিগী মনুংদা পীরিবা হিসাব অসী সধারন ওইনদি অয়াম্বনা রাজনীতিগী হীরমদা ভাব তাবা ঙম্বগী শক্তি য়াম্না ৱাংলবসু হিসাব অসীগী চাদা ৪০ দি ইংগ্রেজী খঙবা হায়বদুমক য়ারে। অদুগা ইবা-পাবা থোকপা হায়বা হিসাব অসীগী মনুংদসু মখুৎনা সহি তৌবা ঙম্বা অদু ফাওবা, ইবা-পাবা ঙম্বা হায়না পীরম্লে। পীরিবা হিসাব অসীদগী পার্টি মনুংদা মেম্বরশিংদী অয়াম্বনা (৭৪%) ইবা-পাবা থোকপগী মওংদা য়াওররে। অদুবু অশেংবমক্তি পীরিবা হিসাব অসী উচ্চ-প্রাইমারী পাস তৌরবা ঙাক নত্তে হায়বসিদি থবকতগী খঙবা ঙমলে। অদুবু ইবা-পাবা ঙম্বা *ইবা* হাযবা অসিদি ঐখোয়গী লোন্দা, ঐখোয়না শীজিন্নরিবাময়েক্তা ইবা, খবর পাবা ঙল্লবা অদুবু ইবা-পাবা ঙল্লবনি হায়না লৌনরে। অদুগা ইবা-পাবা থোক্তবগী পীরিবা হিসাব অসিদি অমুক হন্নগৎনা য়েংবা তারবদি পীরিবা হিসাব অসিদগী মশীং তারমগনি। মরমদি পার্টিনা শোক ১৯৫০ হৌবকপদগী লিটবেসি কেম্পেইন তৌরকপা মতমদগী পার্টি মেম্বরশিং হান্নদগী ইবা-পাবা হৈবমদবা কয়া ইবা-পাবা ঙমখিবা য়াম্না য়াওখ্রে।

মখাদা পীরিবা হিসাব অসীনা তাকপদি পার্টি মনুংদা লৈরিবা মেম্বরশিং মরক্তা নহারোলনা মশীং য়াম্না হেন্না য়াওই হাযবসিনি। মবম অদুনা পীরিবা হিসাব অসিদগী খঙবা ঙমলিবদি পার্টি মেম্বর অসী চহী ১৮ দগী ৩০ ফাওবদা অপূনবা মেম্বরশিংগী ৭৩.৬% নি। অদুগা চহী ১৮ দগীনা ৪০ ফাওবদা চাদ ৯০% নি।

| চহী তাকপা | ১৮-২৫ | ২৬-৩০ | ৩১-৩৫ | ৩৬-৪০ | ৪১-৪৫ | ৪৬-মথক |
|---|---|---|---|---|---|---|
| অপূনবা মশীং ৭৮৫ | ৩২৪ | ২৫২ | ৮০ | ৫০ | ৪১ | ৩৮ |

মথক্কী হিসাব অসীগী মনুংদা নহারোলশিংনা পার্টিদা হেন্না য়াওনীংলকপা, পার্টিগী মেম্বর অমা ওইনা থবক তৌনিংবদগী চহী ১৮ শুদনা

গুরে হায়জীন্দুনা মিং চনখিবা কয়া য়াওখিবদগী অরানবশিংদু ফাবা ঙমগ্রে। অসিগুম্বা কাঙবু য়াওরক্লবদি পার্টিগী লৈজরিবা মাস ফ্রন্ট অমদা লৈরিবা পার্টি কমিটিশিংগী লমজিং মখাদা থবক ফজনা পুহন্নবা থাজিনগদৌবনি হায়বগী মট কমিটিনা পীরমই। অসিগুম্বা মওংশিং অসিদি চহী শুদনা য়াওবকপা মেম্বরশিং অদুদ নত্তনা মখোয়বু লৌশিল্লুরিবা পার্টিকমিটি অদুগীসু য়াওনা পুন্না শোয়মিন্নরবনি।

নুপীগী মতাংদা মথক্তা পীখ্রিবা অপুনবা পার্টি মেম্বর মশিং অসীগী মনুংদা মহিলা পার্টি মেম্বর শূপ্নগী মশীং ৩৪ খক্তমক ওইরমই। অদুবু মণিপুরদা লৈরিবা মীশিংগী মনুংদা নুপীগী মশীংনা নুপাগী মশীংদগী হেল্লি বনি। য়ামখ্রবা মণিপুরগী নুপী মীয়াম অসিবু রাজনীতিগী জ্ঞান তাহনবদা ওইথোকফম থোকই। মরম অদুনা মহিলা মণ্ডলগী মপাঙ্গল কনখৎহনবগা লোয়ননা নুপী পার্টি মেম্বর য়াম্না হেন্না লৌশিন্দুনা মশীং য়ামখ্রবা মহিলাশিংবু রাজনীতিদা ভাব তাহন্নবা, রাজনীতিগী ক্লাসনচিংবা থবক্কী প্রোগ্রামশিং য়াওনা শেমদুনা চঙশিন্দবা য়ারক্তবা মতাং লাক্লে হাযবা তারুবনি।

## জাতি মচাশিং পার্টিদা

কম্যুনিষ্ট পার্টিদা য়াওরিবা মেম্বরশিং মরক্তা কবুই অহুমখক নত্তনা অতৈদি মৈতৈ ঙাক্তা ওইরমই। মসীনা তাকপদি পার্টি অসিদা মৈতৈ নত্তবা, মণিপুরদা লৈরিবা অতোপ্পা জাতি অমা ফাওবা য়াওহনবা ঙমদ্রি। মণিপুরদি পীকচরবসু জাতি মচা, লোন অমসুং ধর্ম্ম তোঙানবা মখল কয়া চীং-তম অনীমক্তা লৈরিবনি। পার্টি অসিদি জাতি ময়াম অসিগী প্রতিনিধি ওইহনফম থোকপনি। অদুনা অসুক য়ামখ্রবা জাতি মচা ময়াম অসীগী মীওই অমা ফাওবা পার্টি মেম্বর ওইনা লৌশিনবা ঙমখিদবগী মরূ ওইবা মরমদি পার্টিনা মীশীং য়ামদবা মাইনোরিটি জাতিশিংগী মরমদা অকনবা মীৎয়েং চঙ্দুনা, মখোয়গী লৈরিবা প্রোব্লেমশিং থবক ওইনা পায়খৎনবা পোলিসী প্রোগ্রাম পুথোক্তুনা চঙশিনবা ৱাৎপননি। মরম অদুনা মাইনোরিটি জাতিশিংগী স্বার্থদা কম্যুনিষ্ট পার্টিনা অকনবা মীৎয়েং চঙশিন্দবসি খ্বাইদগী চাউরবা অশোয়বনি। মসিনা গনতান্ত্রিক বিপ্লবতা মশানা তানা মপাঙ্গল শোঙ্করকপা তারকই। হীরম অসিদা কম্যুনিষ্ট পার্টিনা শোয়দনমক চীংগী অমসুং মাইনোরিটি

# সিপিআই মণিপুরগী ইতিহাস

প্রোগ্রেমশিং পুথোক্লুনা অকনবা থবক পায়খৎপগা লোয়ননা মখোয়গী মরক্তা জ্ঞান তারকপশিংবু কমিটি মেম্বর ওইনা লৌশিন্নবা থবক পায়খৎকদৌবনি অদুগা মাইনোরিটিগী ওইবা কমিটি অমা শেন্নবা লমজিংসু পুথোকখিরমই।

পার্টি সংগঠনগী মতাংদা অশোয়বা কয়াসু লৈখিদবা নৎখিদে। চহী খরদংগী মনুংদা পার্টিগী পোলিসী অমসুং প্রোগ্রামশিং তোয়না ওক্লকপদগী পার্টি মেম্বর মশীং কয়া হন্থরকনমই। শোক ১৯৪৮ দগী ১৯৫১ ফাওবদা অচৌবা অওনবা পুরকখিবগী মতাং অনী লৈরমই। মদুনা মরম ওইরদুনা পার্টিগী মেম্বরশিংদা চয়েৎনবা কয়া থোকখিরমই মদুদি—

ক। শোক ১৯৪৮ দা রিফোর্মিজমগী লম্বীদগী লেফ্‌ট সেক্টরিয়ান লোমদা লাকখিবা মতম, পার্টিগী অনীশুবা কংগ্রেসতগী কমরেড বি টি রনদিবেগী লমজিং মখাদা সেক্টরিয়ানগী লম্বীরোমদা চঙশিন্দুনা খূৎলায় পায়বগী লালহৌফাওবা চঙশীন্নরুবা।

খ। শোক ১৯৫১ গী মতুংদগী অমুক লেফ্‌ট-সেক্টরিয়ানিজমদগী অনৌবা পোলিসী-প্রোগ্রাম মখাদা নেসনেল ডিমোক্রেটিক ফ্রন্টকী লম্বীদা চঙশিন্নবা, কম্যুনিষ্ট পার্টিবু মীয়াম পাক চাউনা খোনবা রাজনীতি দন অমা ওইহন্নবা নেসনেল ডিমোক্রেটিক রিভোলুসন অমগী লম্বীদা চঙশিল্লকখিবা অদুগা পাটিবু কেডর পার্টিগী মাস পার্টি ওন্থোক্লবা থৌরাঙ পায়খৎনরকপা।

মতৌ অসুন্না মণিপুর পার্টিনা লেফ্‌ট -সেক্টবিয়ানগী লম্বীদগী নেসনেল ডিমোক্রেটিক রিভোলুসন পাঙথোক্লবা অনৌবা পোলিসী অমসুং প্রোগ্রাম পুথোক্লুনা চঙশিল্লকপদা পার্টি মেম্বর মশীং ফন্না যাম্না হন্থরকখি। মসীগী মরমদি নৌনা হোংলক্লিবা পোলিসী অমসুং প্রোগ্রামদা শোয়বদগীনি হায়না পূমলৌ লৌবদি লানগনি। ভারত কম্যুনিষ্ট পার্টিনা লৌরক্লিবা পোলিসী অমসুং প্রোগ্রামনা পার্টিগী শক্তি শোন্থহন্নবগী মওঙ ওইরক্লিবসিদি নৌনা পুথোরকলিবা পোলিসী-প্রোগ্রামশিংবু মমুৎ তানা নৈনদুনা, চপ মান্নন‌া, পূন্না খঙমিন্নবগী মতমসি শোক ১৯৫২ গী ময়ায় চল্লকপা মতম ফাওবা রাংলম্মী।

কম্যুনিষ্ট পার্টিনা মণিপুরদা লৈরিবা জাতি পূন্নমক্কী মনুংদা ওৎপিরবা কাঙবু খূদীংমক্কী প্রতিনিধি ওইগদৌরিবনি। অদুবু হৌজিক লৈরিবা পার্টি মেম্বরশিপকী মওঙ অসিনদি ওইবা ঙমদ্রি। মণিপুরগী মীশিং লাক্ষ তরূক

# সিপিআই মণিপুরগী ইতিহাস

অসীবু লৈরিবা পার্টি মেম্বর ৭৮৫ খক অসিতনা রিপ্রজেন্ট তৌই হায়না লৌবসু য়ারোই। অদুনা কম্যুনিষ্ট পার্টিনা মণিপুর প্রজাগী রিপ্রজেন্ট তৌবগী রাফম লাকপদা, মেম্বর মশীং হেনগৎহন্নবা, পাক-চাউনা কোন্সিনবা ঙম্নবা তৌফম থোকই হায়না পুথোকখিরমই।

মণিপুর তম্পাক্কী শরুক্তা শন্দোরকলিবা পার্টিগী জগা অসী চাউরাক্লা মণিপুর শীনবা থুংলক্লে হায়না লৌবদি য়ারমই। শন্না য়েংলবদা তমদা লৈরিবা খুন অমদি লৈকায় ময়াম অসীগী মনুংদা কম্যুনিষ্ট পার্টিনা ডাইরেক্ট রিপ্রজেন্ট তৌবা ঙমখিবা খুন অমদি লৈকায়গী মশীং চাউরাক্লা ২০০ রোমদি শুখ্রে। মসিগী মথক্তা পাক-চাউখ্রবা চীংগী লমদা লৈরিবা প্রজাশিং মরক্তা মেম্বর অহুমদগী হেনবা ঙমদবা অসীনা অচৌবা অশোনবা অমা লৈরে হায়বা তাক্লি।

শোক ১৯৫৩ ফাওবদা কম্যুনিষ্ট পার্টিগী লৈরিবা লোকেল কমিটি মশীং ৮ অমসুং টাউন ওর্গনাইনাইজিং কমিটি অমগা পুন্না ৯ না শারিবনি। অসুম্না লোকেল কমিটি ৮ গা টাউন কমিটি অমগা লোয়ননা কমিটিগী সেল কমিটি ৬১ না রিপ্রজেন্ট তৌরি। মতমদুগী লোকেল কমিটিশিংদি —

| | | |
|---|---|---|
| ১। | দিমাপুর রোড | লোকেল। |
| ২। | কাংচুপ রোড | লোকেল। |
| ৩। | বিষেনপুর | লোকেল। |
| ৪। | খা-নোংপোক | লোকেল। |
| ৫। | খুন্দ্রাকপম কৈবী | লোকেল। |
| ৬। | উখ্রূল লাইন | লোকেল। |
| ৭। | খুরায়-ব্রাংখৈ | লোকেল। |
| ৮। | নম্বোল কৈনৌ | লোকেল অমসুং |
| ৯। | ঈম্ফাল টাউন ওর্গনাইজিং কমিটি অসিনি। | |

মতৌ অসুন্না মণিপুর পার্টিগী সংগঠন অসিদি মাগী লৈজরিবা সেল অমসুং লোকেল কমিটি অমদি ঈম্ফাল টাউন ওর্গনাইজিং কমিটি অসিনা লোইনা পুনশিল্লগা ষ্টেট কমিটিনা অমুক রিপ্রজেন্ট তৌদুনা লৈরিবনি।

অদুনা পার্টিগী সংগঠনগী মওং, পোলিসী-প্রোগ্রামচিংবা পূন্নমক ষ্টেট কমিটিগী থৌওংশিংগী মমি তারকপনি। অদুনা পার্টি মনূংদা মথক-অমসুং মখা অনীমক চপ মান্নবা নিয়ম-নীতিনা পুনবনি।

## পার্টিনা পাঙথোরকখিবা থবকশিং

*মহৈ মশিং তম্বগী ঈহৈ* পার্টিনা হেক হৌরকপদগী অন্ডরগ্রাউন্ডদগী হৌনা মীয়াম্বু মহৈ-মশিং হৈহন্নবগী ঈহৈা শাগত্তুনা লাকখি। লিটরেসী কেমপেইনগী থবক লেপ্তুনা চথরকখি। মরমদি লায়রবা লৌমী মীয়াম্না মশীং য়াম্বা মহৈ মশিং নীংথিনা তম্বা ফংজহৈদ্রবা কয়া পার্টিদা য়াওদুনা থবক তৌরকখি। অদুগুম্বা কেডরশিংবু য়ামদ্রবদা ইবা-পাবফাওবদং হৈহন্নবা থবক পার্টিনা কন্না পায়খৎলকখি। মসীগী মহয় ওইনা পার্টিগী ওর্গনাইজর অমদি মেম্বরশিংদগী হেন্দোক্তুনা য়ূঠ অমদি মহিলাশিং ফাওবা ইবা পাবা হৈহন্দুনা লাইরিক লাইশু তম্বদা থরায় য়াওহনখি। মমৈদা কাঙবু কাঙবু নাইনা অশংবা মতমদা মহৈ-মশিং তম্বগী থবক চখখি। নহা ওইরিবা কেডরশিংদি মশক থোক্না লাইরিক লাইশু হৈবা ওইখিবা কয়াসু য়াওখি। মসিদ নত্তনা খুঙ্গংগী অঙাংশিংবু লাইরিক লাইশু তম্বীনবগী, তমহন্নবগী থৌরাঙ চঙশীনখি। স্কুল লিংখত্তুনা তম্বীবা হৌবকখি। পার্টি অমসুং মাস ফ্রন্টকী কেডরশিং ওঝা ওইহনখি। মতমদুদা খুঙ্গংদা সরকারনা মহৈ-মশিং তম্বগী মায়কৈদা অদুক হাক্লা পুক্লীং চঙলমদে। খুনজা মীয়াম্না উ-ৱা খায়নদুনা স্কুল শঙ শাবগী থবক তৌখি। পূন্নমক পার্টি সেল কমিটিগী লমজিং মখাদা পায়খৎপনি। কৃষক সভা, পার্টিগী ওভরগ্রাউন্ডদা লৈবা কেডর অদুনা ওজা ওইরম্বদগী খুঙ্গংগী ওজা ওইবা ঙম্বা লৈরক্লবদি মহাকপু ওইহল্লন্নগা অতোপ্পা খুঙ্গংদা অমুক চত্তুনা স্কুল লিংখৎলি। মমৈদা খুঙ্গংগী প্রজাশিং চঙশীন্নরক্তুনা মণিপুরগী খুঙ্গং কয়াদা মহৈ তমফমশিং লিংখৎনরকখি। করিগুম্বা মফমদদি অরাপ্পদগী লাকপা ওজাদু খুন্না খায়দুনা চাবা থাকপা নৎত্রগা শেলগী মতেঙ পীবনচিংবা য়াওরকখি। লৱার প্রাইমারিদগীনা খর ৱাংখৎপা থাক ফাওবদা মহৈ তম্বা ফংহন্নবা চঙশীল্ল কখিবা পার্টিগী থৌদাং অদুগী মখাদা খুনজা ময়াম্না হোৎনরকপদা মমৈদা সরকারনা লৌশীনখিবা স্কুল য়াওখি। কয়া অমনা কম্যুনিষ্টনা লিংখৎপনি

হায়দুনা লৌশীন্দবনা মীয়াম্মা খায়নরগা য়াম্মা ব্বানা পুখত্তুনা হিংহন্নখিবসু কয়া অমনি। অসুম তৌনা মণিপুর সরকারনা থৌশাবীদবনা মাঙলগদৌবা লৌমী অঙাংশিংবু নীংথিনা লাইরিক তম্বা ফংহন্নবা শীনখি। মসিদা পার্টিগী লমজীং মখাদা সেল কমিটি মেম্বরশিংনা দায়িত্ব চাউনা লৌখি।

*সমাজ শেংদোকপগী* ঈহৌ মণিপুর সমাজদা পুন্নমক্কা ফংত্রে হায়না খঙনবরা এন্টি-সোসিয়েল ওইবা মীওইশিংগী লমচৎ-শাজৎ চুমথোক্নবা হোৎনবদা কম্যুনিষ্ট পার্টিনা পোলিসি অমা ওইনা পুথোক্লুনা অকনবা ঈহৌ চত্থখি। অন্ডরগ্রাউন্ডদা লৈবা মতমদা হুরান-চীষ্টী, লুট-পাৎ তৌবা কাঙবুশিংবু থিংনবা হোৎনৈ। লুট-পাৎ, শগুন তৌবা, হুরান -চীষ্টী তৌবনা শিনফম অমদৌনা লৈরবশিং, ফত্তবা লমচৎ চৎপশিং থিংনবা কমিটিশিং খুঙ্গং খুঙ্গংদা খুনজাশিংগী মতেংগা লোয়নন্না শেমদুনা অকনবা থবক পায়খৎলকখি। লমচৎ-শাজৎ চুমদবা খুদম ওইনা জুবার শান্নবা, খুনু তুনবা, য়ু য়োনবা থকপা, মচা মব্বা লৈবা নুপীশিংদা নত্তবা মীৎয়েং য়েংবা, ইজ্জৎ মাঙহন্নবা হোৎনবা, ঙস্মী হায়দুনা নুপীবু মরম চাদনা খাইনবা, হুরান-চীষ্টী লুট-পাৎ মীহাৎ-মীপূন তৌবা মীওইশিংবু অহানবদা মখোয়না হৈনরুবা ফত্তবা সমাজদা মাঙনবগী মশক ওইবা থবকশিং থাদোক্নবা, মখাতানা তৌদনবা হোৎনৈ। ফন্ন য়াম্নসু চুমথোকপা ঙমখি। শেমদোকউ য়দ্রবশিংবুনা মীয়ামগী মতেংগা লোয়নন্না দণ্ডিনচিংবা পীদুনা ব্বারক-ব্বাতেম তৌরম্মী। পুন্নমকসিগী মথক্তা লৌমীশিংগী হকচাং অমসুং ব্বাখল মাঙহন্নবগী মশক ওইরবা গঞ্জা থকপা, কানি চাবা মীওইশিংসু ফংত্রবা নিশাগী হৈনবীদু থাদোক্নবা খুন কমিটিশিংনা ব্বারকই। অসীগুম্বা কয়াগী মরক্তগী মশাগী লমচৎশিং শেমদোকচরক্লবা পার্টিগী নিয়ম নীতিদা থাজরক্লবা মীওইশিং পার্টিদা লৌশীন্দুনা অনৌবা পুন্সী অমদা হিংজনবা হোৎনরকপা মীওইশিং য়াওখি। অদুগুম্বা সমাজগী ফত্তবা লমচৎ- শাজৎশিং অদুনা মরূওইনা নৌনা হৌগৎলক্লিবা নহারোল অমসুং নুপীশিংদা হেন্না শোক্লকপা মরমনা খুনগী কমিটিশিংদা নহারোল অমসুং নুপী মীহুৎশিং য়াওহন্দুনা মখোয় মখোয়গী স্বার্থ ঙাকপা ঙমজনবা মতেং, থৌনা অমদি লম্বী পীরম্মী।

মতমদুদা লৈরম্বা পুলিসগী অওৎ-অনৈ অমদি মবুকচেল শেংদবা বিচারপতিশিংদগী থোক্লকপা ব্বাথোক-লাম্থোক পুন্নমক খুনগী মীয়াম মশেল য়ানদুনা, খুন কমিটিশিংনা বিচার তৌদুনা খুনজা মশেল মরক্তা লোইশিন্নদুনা

অরেম্বদা পৈশা তিংহন্দবা অমদি শেঙ্গা-থুমজা তৌবশিংগী শেন্দাল লম্বী ককথৎখিবসু কয়া অমা য়াওখি। খুনজা মশেল কেস তৌনবা, য়েংথীনবা চুমদবা রায়েল বিচাবগী পেন্দবা কয়াদগীসু কনজবা ঙমখি। অসুম তৌনা খুঙ্গংগী লৌমীশিংনা লৈঙাক শাসনগী মতাংদা অম্সুং গ্রাম পঞ্চায়টকী থবক্তা করিসু হৈতনিঙায়-খঙদনিঙায় লৈত্রে হাযবদু উৎখি। মতৌ মসূম্না অচুম্বা বিচার খঙলকপগা লোয়ননা খুঙ্গং অমদি খুঞ্জা মরক্তা অপূনবা শক্তি পুরকপা ঙমখি।

*ফিশা-লোনশাগী মতাংদা* মণিপুবগী য়ুমথোঙ খূদীংদা শূনবা থবকশিংগী মনূংদা নুপী মীয়ামগী ওইনদি ফিশা-লোনশা অসী অমনি। খ্বাইদগী পাক-শল্লবা শিনফম অমনি। ফিদং শাদুনা ইমুং পুনবা হোৎনজবা অদুগা অশংবা মতমদা খূৎশূ ওইবা কযাগী শিনফমসু ফি শাবনি অদুবু ফি শাদুনা তানজবা খূৎশূমলনা ইমুং-মনুংগী চবা তানবদা বাশীল্লকপা তানজা অমা ওইবকখি। মসীগী মরমদি শেনজাও পাযবা কাববাবরালা লং ললোনবশিংনা লংগী মমল রাংনো যোল্লকপা অসী অমনি। মরম অসিদগী পার্টিনা নুপী ফি-শাবীশিংগী খূৎশু, শেল্লেপ অমসুং অমাঙ অতোংগী অকৃপ্পা হিসাব পুথোক্তুনা মতৌ কবন্না মখোযবু ওৎলীবগে হাযবদু পুথোক্তুনা শেংনা তাকখি। মণিপুবগী নুপীশিংদা মহিলা সম্মেলনীগী খূখাঙদা খঙহন্নবা হোৎনখি। লং হোঙনা ফংহন্নবা থেংনখি।

*চাক তাঙবা থোক্লকপদা থেংনখিবা* মণিপুবগী ওইনা ১৯৫২-৫৩ চহী অনীসিদা শাথীবা মওঙদা চাক তাঙবা, মীশী-মীনা থোকখিবা অরাবা কয়া মায়োক্লখি। মদু মণিপুরদা পুথোকচবা ফৌ-চেঙগী পোথোক রাৎপদগী নৎত্রগা মহৌশা খূৎশেমগী ওইবা খুদোংথীবা থৌদোক্তগী ঙাক থোকখিবা নৎখিদে। মণিপুবদগী ফৌ-চেঙ রানশীল্লগা মপান্দা থাদোকখিবদগী খূৎশেমকী চাক তাঙবা থোকখিবনি। চীফ কমিসনর শাসন মখাদা মপান্দা ফৌ-চেঙ থাদোকপদা হেনমনখিদুনা থোক্লকখিবনি। মতমদুদা কম্যুনিষ্ট পার্টিনা অন্ডবগ্রাউন্ড অমসুং ওভরগ্রাউন্ড অনীমক্তা পূন্না পাযখৎপা য়াবা থবকশিং পায়খৎখি, হীবম কয়াদা মতেং পাংখি। পাঙথোকখিবা থবকশিং খরদং পল্লবদা— পার্টি বেজশিংদা ফৌ খব হেন্না লৈবা খুঙ্গংশিংদগী পার্টি কমিটিগী খূখাঙদা খোমজীল্লগা রানবা ফংদ্রবা

মফমশিংদা পূদুনা তাইবগী থবক পাঙথোকই। ফৌয়াম পৈশিন্দুনা শেন্দোং তান্নবা হোৎনবশিংদগী লৌথোকপা, পার্টিগী লমজিং মখাদা মহিলা সম্মেলনীনা বাজারশিংদা চেঙ হোঙনা ফংননবা ফৌ-চেঙ পৈশিনবশিং থেংনবা কয়া চথখি। পিপলস রিলিফ-কমিটিশিং শেমদুনা খুঙ্গং খূদীংদা ব্রাঞ্চ কমিটি লিংদুনা ফৌ-চেঙ, শেল-থুম অরৈবা প্রজাদগী খায়রগা চরা হেল্লবশিংগী মতেং পাংবা, চরা হেনবদগী মীওই নীপাললোম শিখ্রবা, মরূ ওইনা খোংজোম মায়কৈরোমদা লায়না মখল কয়া শন্দোরক্তুনা ৱানরবা মতমদা লৌমী প্রজা নীফুমঙা পার্টিগী ভলুন্টিয়রশিংনা লৌখৎলুদুনা পার্টিগী বেজ এরিয়াশিংদা পুরক্লগা মীয়ামগী মতেংগা লোয়ননা লৈফম চাফম, ডাক্টরগী মতেং ফংহন্দুনা লায়েংবগা লোয়ননা থা অমরোম থমখি। মসীগী মপূংওইবা থৌদাং উখ্রুল লাইন লোকেলনা লৌখি। ৱারবা মফমশিংদা সরকারনা লেপ্পা অমসুং অহোঙবা মমলদা চেঙ ফংহন্নবা সরকারদা দাবী তৌদুনা চাকতাঙবা নংলবা রাজ্য অমনি হায়না লাউথোক্লবা তকশীনখি। মণিপুর ৱাংমদগী চেঙ বানশীন্নবা, মথং লৌউ পাম্বাদা লৌমীশিংদা মরূ-মরাঙ ফৌদী লেপ্পা মতীকচানা ফংহন্নবা দাবীসু তকশিনখি। কম্যুনিষ্ট পার্টি য়াওনা গনতান্ত্রিক ফ্রন্ট শেমদুনা প্রজা লীশীং কয়াগা লোয়ননা *হঙ্গর মার্চ* চৎখি, দাবী কয়া পুখৎমিন্নখি।

মণিপুরগী শাসন পুরিবা চীফ কমিসনর মাগী তুংইনবা এডভাইজর খরগা লোয়ননা মখোয়গী অপান্বদা মীয়ামগী করিমত্তা য়েংদনা শেন্দোংখক্তগী খল্লগা মপাল্লমদা কা হেন্না থাদোকখিদুনা মীয়াম্না চাবা ফংলক্তবগী অৱাবা নংলকখ্রিবনি। অসীগুম্বা শাসন অসীনা কৈদৌঙৈদসু মীয়ামগী য়াইফবা নুংঙাইবা পুরকপা ঙমলোই হায়বসী চপচানা খঙনখিরম্মী। মসিদগী আন্দোলন মথং মথং চখরক্তুনা আইন সভা তানবগী ঈহৌশিং মখাতানা চঙশীল্লকখি। এডভাইজরী কাউন্সীলনসু মখোয়না ইরমদম অসিদগী ফৌ-চেঙ মপান্দা খূৎচাউ থাদুনা থাদোকখিবদা অথিংবা পীবদি লায়রদুনা মখোয়নদুম হেন্না খুদোং চাবা লৌশিল্লি। অসিগুম্বা থৌশিলনা খূৎশেমগী চাক তাঙবা থোকহল্লি। খূৎশেমগী চাক তাঙবা থোকখ্রবা মতুংদা এডভাইজরী কাউন্সীলগী ১৯৫৩ ওক্টোবর ১৩ দা ফমখিবা মীটিং অমদা মণিপুরদগী ষণ লীশিং কুন থাদোক্লবা প্রস্তাব তৌরকপদা মীফমদূগী সভাপতি

ওইখিবা চীফ কমিসনর শ্রী আর পি ভরগবানা হরাওনা অয়াবা পীখিবদগী মণিপুরদগী মশা ফর-ফরবা যণ খন্দুনা মপান্দা থাদোকখি। মণিপুরগী প্রজাশিংনসু চরা হেনবগী অৱাবা কোক্লদ্রিবা মতম ওইবনা, অদুগা শেহ্লোক ৱাৎপনা মরম ওইরদুনা চেঙ ৱান্নবা শেল লৈরক্তবদগী শিদ্রগা লোইরে খন্দুনা মশা মশাগী খৃৎশৃ ওইনরিবা যনশিং য়োহ্লোকখি। মতুং তারকপদদি লৌ খোইনবা যন লৈনরক্তদুনা লৌমী মীয়াম্না অৱাবা চৈথেং কয়া ফংনখি।

পুন্নমক অসীগী মথক্তা মণিপুরদা এডভাইজরী শাসন হেক লাকখিবদগী খাজনা খূদীংমক্তা শরূক অনী হেন্না হেনগৎলক্তুনা অৱাবা চৈফ্ কয়া অমসু প্রজাশিংগী মথক্তা হাপচিল্লকখি। মতম অদুদা কম্যুনিষ্ট পার্টি আন্ডরগ্রাউন্ড অমসুং ওভরগ্রাউন্ড অনীগী খুদোংচাবা য়েংলগা লৌমী অমসুং ছাত্র নহারোলশিংগা পুন্দুনা আন্দোলন তৌখি। লৌশালগী আন্দোলনসু লেপ্তুনা চঙশিনখি। চেঙ তাঙবা, পোৎচৈ তাঙবগী অমদি যন থাদোকপগী মায়োক্তা প্রতিবাদ কয়াবু চখখি।

*ঈচাওদগী কম্নবা থেংনবা* শোক ১৯৫২ ওক্টোবর থা মনুংদা মণিপুরদা চাউখিবা ঈচাওনা শোকহনখিবা অমসুং শিহনখিবা লৌ ইংখোলগী খাজনা কোক্লবা অমদি লৌ শিখিবগী লৌশাল তম্বা ঙমদ্রবশিং লৌশাল কোকহন্নবা, অমুক হন্না পান্নবা ফৌদী অমসুং মরূ-মরাঙশিং ফংহন্নবা পার্টিনা কন্না হোৎনখি। চরা হেল্লিবৈঙে চৈরক্তা অমুক্তা ঈচাও মায়োক্লদুনা ৱাবনা খমথেংলবা মীয়ামদা সরকারগী মায়কৈদগী লেমনা অমসুং হোঙনা চেঙ য়েন্নবা অকনবা দাবী তৌখী। ঈচাওনা ময়ুম-মকৈ লৈবা য়াহন্দ্রবা লায়না কয়ানা নাৱক্লবশিংগী মতেং পাংনবা পার্টি মেম্বর,কর্মী কয়া চোংশিন্দুনা রিলিফ কমিটিশিং শেমদুনা ঙম্বমখৈ তেঙবাঙনবা হোৎনখি।

মথঙ চহী ১৯৫৩ সেপ্টেম্বরদা অমুক হন্না চাউখিবা ঈচাও অদুদি পার্টিনা অতৈ চাওখৎপা পাম্বা মীওই কয়া পুন্দুনা *ফ্লড রিলিফ কমিটি* শেমদুনা চঙশিনখি। মীয়ামদগী মতেং নিদুনা অৱাবা নংলবশিংদা ঈশিং মরক্তা চক্তুনা ঈয়ায়দা লমদন্দুনা লৈখ্রবা মীয়ামদা চেঙপাক, থক্ল-চানবা ঈশিং, চেঙনচিংবা য়েনখি। হৌখিবা চহীসু ঈচাওনা লৌ পরী কয়া মাঙহনখ্রবা, য়ুম ইংখোল কয়া থুমদুনা, তেক্তুনা প্রজা লীশীং লীশীং লৈফম চাফম খঙখিদ্রবা অদুমক্তদ

থংন-থংননা অমুকসু ঈচাও থেংনক্লবদা মীয়াম হয়নীঙাই লৈতনা ঙাখি। পুম্নমকসি সরকারনা কায়গনবা তুরেল লৌনম্বাল শেমজিনদবা কায়শ্রবসু থোনদবা, অমুকসু নিংথৌ পাম্লিঙৈ তুরেল খোঙনুংশিং মচি-মচিদা থিনগত্তুনা ঈথে চাবগী চথনবী লৈরকখিবা মদুনা তোর্বান কায়দুনা ঈচাও তত্তুনা নংহনবগী অরাবসী অমুকসু হেল্লিবনি। অসিগুম্বা সরকারগী থৌশীল হৈতেবা অশোয়বা কয়া সমালোচনা তৌবতা নত্তুনা মতমদুগী এডভাইজরী কাউন্সীলগী থবক হৈতেবদগী থোকহনবনি হায়দুনা অকনবা প্রতিবাদ তৌখি। মসিগী মতাংদা পার্টিগী চেফোঙ অনৌবা যুগতা শুগায়না ইদুনা মীয়ামদা খঙহনখি।

*সংস্কৃতিগী হীরমশিংদা* পার্টি মণিপুরদা রাজনীতি তৌনরকখিবশিংনা কলচরগী মায়কৈদা মসীগা শাগোন্ননা পুথংমিন্নবা অমত্তা য়াওখিদে। মসীগী মতাংদদি কম্যুনিস্ট পার্টিনা মাঙজিল থাবনি, অহানবনি। ভারত্তা *ইন্দিয়ান পিপলস থীয়েটর এসোসিয়েসন, প্রোগ্রেসিব রাইটর্স এসোসিয়েসনচিংবনা* অহোং-অরোনবা চাওখৎপগী খোঙচত্তা মীয়ামগী ওইবা মশক পুথত্তুনা লাকখি। পার্টিনা ইরাবতনা কাছারদা লৈরিঙৈ ঈশৈ জগোই ড্রামা কয়াদা, শৈরেং ঈশৈশিংগী খুৎইদা লায়র-অনঙ ওৎপী-তুহৎপিরবা, শুজ-নোমজরিবা মীয়ামগী সংস্কৃতি পোলিটরিয়েট কলচর অমা শাগৎপদা চাউনা থৌদাং লৌরকখি। মণিপুরদা লাক্লবা মতুংদসু রিভোলুসন্যারি ঈশৈ কয়া হৌদোকখি। *রাজনীতি বাশক* হায়দুনা মতমদুগী লৈঙাক শাসনগী অশোয়বা, মদুনা মীয়ামদা পীরিবা চৈথেং কয়া মমূৎ তানা শৈথাদুনা শকপা বাশক কাঙবু লৈখি। ১৯৫২ সধারন মীখল মতমদদি ঙাখল্লোন পীদুনা মীয়ামদা পুক্নীং-লৌশিং ওইহল্লবদা নত্তুনা মফম মফমদা চত্তুনা শক্লবদগী তাল্লকপা শেনফমদুনা পার্টিগী মীখলগী মতেং ওইনবফাওবা তেঙবাংখি। মতমদুদা ফ্যুডেল সিস্টেম (নিংথৌ পানবা লৈঙাক) মখাদা সংস্কৃতিগী মায়কৈদসু শাথিনা ওৎলম্বগী লেমহৌখাক মখা অদুম্মক শমথখি। মৈতৈলোন্দা শকপদা অথিংবা শৈসক মখল কয়া লৈরম্মী। মদুগী মায়োক্তা থেংনবদা পার্টিনা থৌদাং লৌরকখি।

মথক্কী রাজনীতি বাশক অসি কমরেড কৃষ্ণসিংনা হৌদোক্তুনা য়াম্না মমিং চৎনা শন্দোকখিবা অমনি। মতম অসিদা ১৯৫১ গী মতুং

তারকপদা ইন্দিয়ান পিপলস থীয়েটরগী পান্দমদা মণিপুরগী শক্লাইশিংবা মীওইশিং থোরক্লুনা সংস্কৃতিগী থৌদাং লৌরকখি। মায়কৈ অসোমদা গুরুঅরিবম বালদেব শর্ম্মা শীংথাফম থোকই। ছাত্র ফেডরেসনগী কর্ম্মী রাজকুমার সিংহজিৎনচিংবা কয়া পুন্দুনা সংস্কৃতিকী থোঙবু শাগৎখি। কাছারদগী লাকখিবা কমরেড লোকনাথ, বলদেব শর্ম্মা, নহা ওইরিবা ভাঙোম ব্রোজেন, সোনারচান্দ অমসুং এন ইবোচৌনচিংবনা ইন্দিয়ান পিপলস থীয়েটরগী পান্দমদা সংস্কৃতিগী থৌরমশিং পাঙথোকখি। লোকনাথনা রিভোলুসনরি থিমদা ঈশৈ কয়া পুথোকখি। মসিগুম্বা কয়াসিনা লমদমসিদা ঈহান হানবা ওইনা পার্টিনা ওৎপীরবা মীয়ামগী ওইবা সংস্কৃতি অমগী মায়োন লেপ্লা হৌরকখি।

*লিগেল ডিফেন্স কমিটি* মণিপুর সরকারগী কম্যুনিষ্ট নমথবগী অকনবা থৌশিল মখাদা ফাখ্রবা লুচিংবশিং অমদি কর্ম্মীশিংগী মথক্তা শাথিরবা সেক্সন কয়া পানশিন্দুনা লাকুশ্মী। ফাখ্রবশিং মরক্তা চার্জসীট শেম্বা ঙমদদুনা তোকখিবসু কয়ানি। মতৌ অসুমনা শেমজিন-শাজিনবা সেক্সনশিং অদুবু থেংননবা পার্টিনা *লিগেল ডিফেন্স কমিটি* অমা শেমখি। মখাগী মীওইশিং অসীনা কমীটিগী মেম্বরশিংনি কমরেড ছোয়াম ছত্রধারী, প্রসিডেন্ট, তখেল্লম্বম ইবোতোম্বী সেক্রেটরি, থোকচোম ওঙবী সুবদনী, ট্রেজরর অমসুং নোংমাইথেম নৃপেন মেম্বরনি। কমিটি অসী ১৯৫১ অগষ্ট থাদা শেমখিবনি। মণিপুর সরকারগী অরানবা চাজশিং অদু রাজনীতিগী ঈহৌদা থেংনবদা মতমদুদা গনতান্ত্রিক শক্তিশিং মপাঙ্গল কনবা হাংপা অশোনবা কয়া লৈখি। মদুদগী লিগেলগী মায়কৈদগীসু চঙশিন্দুনা থেংননবা হোৎনখিবনি। কমিটি অসীদা ওভরগ্রাউন্ডদা থবক তৌবা কর্ম্মীশিং পুন্দুনা কম্যুনিষ্ট পার্টি অমসুং অতৈ সংস্থানশিংবু আইন্নী ওইহন্নবা, আইনগী থোঙদা কন্না থেংনরম্মী। লুচিংবা কয়াবু জেলগী মিয়াদ পীখ্রবসু পার্টিগী কর্ম্মী, লৌমী মীয়াম, নহারোল কয়াবু বিচার তৌদনা জেলদা ফাজীন্দুনা থন্নম্বদগীদি থাদোকহনবা ঙমখি। জেলদা মিয়াদ তাখ্রবা কমরেড লুচিংবশিংগী ফীবম খরদংদা ওইরবসু ফগাৎহন্নবা *বি ক্লাসকী* ষ্টেটসতা থম্নবসু কন্না হোৎনখি। কমিটি অসীনা মপান্দগী মমীং লৈরবা উকিল কয়াবু নেক্তুনা থেংনখি। মদুদা সেন্টরগী পার্টি লুচিংবশিংনা অঙম্বা শক্তিগী মনুংদা হেক পাংবা য়াবা তেঙবাঙশিং পাংলকখি।

*পৃথিবী শান্তি ঈহৌদা* মণিপুরদা কম্যুনিষ্ট পার্টিনা অন্ডরগ্রাউন্ডদা লৈরিঙেগী ৱার্ল্ড পিছ কাউন্সীলগী ষ্টোকহোলম অমসুং বর্লিনগী মীফমদা তানখিবা অমসুং য়ানখিবা ৱাফম কয়া য়াওনা পৃথিবীগী লৈবাক কয়াদা শান্তিগী আপীল তৌরকখি। অদুগুম্বা আপীল অদুবু শৌগৎলদুনা মণিপুরদগী সহী লীশীং তরাগী মথক্তা খোম্নবা থৌরাঙ তৌরুবনি। অদুবু মতমদুদা মনুং অমসুং মপান্দা লৈবা পার্টি কর্ম্মীশিং অমসুং ছাত্র নহারোলশিংনা হোৎনমিন্নবগী খুদোংচাবা খর ৱাৎখিবনা থবক ওইনা পাওথোকপা ঙমখিদে।

সম্রাজ্যবাদি বৃটিশ-আমেরিকাগী কাওবুনা পৃথিবীদা অহমশুবা লাঞ্জাও অমা থোকহনবা য়াদে, মসী খিংগদবনি হায়বা খোল্লাউদা পৃথিবীগী শান্তি অমসুং চাওখৎপা পামজবা মীয়াম অমদি লৈবাকশিংনা অসীগুম্বা শান্তিগী খোল্লাউ অসী পুখৎলকখিবনি। অনীশুবা লাঞ্জাও মমাঙদা লৈরম্বা পৃথিবী লৈবাক কয়া য়াওরবা *লিগ ওফ নেসন্স* থুগাইদুনা লাঞ্জাও লোয়খ্রবা ফেসিষ্টশিংবু মায়থীবা পীখ্রবা মতুংদা সোবিয়েট য়ুনিয়ন বৃটিশ আমেরিকানচিংবগী লমজিং মখাদা ১৯৪৫ সেপ্টেম্বর ২৪ দা *য়ুনাইটেড নেসন্স ওর্গনাইজেসন.* শেমখি। অমুক হন্না পৃথিবীদা অহমশুবা লাঞ্জাও অমা থোকহন্দনবা পান্দম থমখি। অদুবু ইমপরিয়েলিষ্ট লৈবাকশিংনা কোল্ড ৱার (উংখৎনবা লান) অমগী থৌরাঙদি লেপ্পা লৈরমদে। মরম অদুদগী পৃথিবী শান্তি পামবা মীয়াম্না এঙ্গলো-আমেরিকানা লুচিংবা *নোর্থ অটলান্টিক ট্রিটি ওর্গনাইজেসন* (নাটো) শেমগৎলকপদা মিপাইবা পোকখি। অমরোমদা সোবিয়েট য়ুনিয়ন্না লুচিংবা *ৱার্সো পেক্ট* শেমগৎলকখি। অসুম্না খূৎলায় লমজেল তান্নবগী মওঙ লাকপদা মদুদগী পৃথিবী গ্রহ অসীবু কলহৌনবা শান্তি পামজবা মীয়ামনা লানগী শেমগৎ শাগৎনরকপগী মায়োক্তা চঙশীন্দুনা শান্তিগী খোল্লাউ অমসুং ঈহৌ শাগৎলকখিবনি। লান হায়বসী তৌদবা য়াদবা অমা নত্তে হায়বগী খোল্লাউ পুখৎখি। শান্তিগী মীফম কয়া ফমদুনা আপীল কয়া তৌরকখি। খূৎলায় লমজেল তান্নরিবা পৃথিবীগী অচৌবা শক্তি পায়রীবা লৈবাকশিংগী মরক্তা খেন্নবা মান্নদবা কয়া লৈরবসু মীয়াম কোতি কোক্তিনীংবা মপূং ফাহন্নবা অদুগা শান্তি পামজবা কাঙকুপী মপাঙ্গল কনখৎহন্নবা, তোঙান তোঙানবা জাতিশিংগী মরক্তা খুদোংথীবা থোকহন্দনা ঙাকথোক্নবগীদমক আমেরিকা, সোবিয়েট য়ুনিয়ন, চাইনা, বৃটেন, ফ্রান্সনচিংবা অচৌবা শক্তি মঙাগী মরক্তা শান্তিগী চুক্তি তৌনগদৌবনি

হায়না তকশীনখি। মসিদা য়ারকত্রবদি য়াদ্রিবা অদু লান্দাবা পামবা লৈবাক অমনি হায়না লৌগনি। অদুনা শান্তিগী চুক্তি অসী লৈবাক পুম্নমক্না য়াফম থোকই, মসিদা লৈবাক খুদীংমক য়াওবগী হক লৈ। মসীগা লোয়ননা ইশা ইশাগী সহী তৌরি অমদি শান্তি পান্বা নুপা নুপী, দল খুদীংমক্না য়াফম থোকই অমদি সহী তৌবীয়ু হায়না আপীল তৌখি।

আপীল অসীগা লোয়ননা শান্তিগী মীফম ফম্নবা হোৎনখি। মণিপুরগী মফম কয়াদা শান্তিগী প্রচার তৌদুনা মীফম কয়াসু পাঙথোকখি। অদুবু মণিপুরদদি অচৌবা রাজ্য শীনবগী ওইবা মীফম পাঙথোকপদি ঙমখিদ্রে। অদুম ওইনমক ভারতকী ওইবা শান্তিগী চাউরবা মীফমদা লমদমসিদগী সহী লীশীং মরিরোমগা লোয়ননা শান্তিগী আপীল পুরদুনা ডিলিগেট অহম্না শরুক য়ারুখি। মীফমদুদা মণিপুরগী খুৎশা হৈবগী পোত্থোক, ফিরোললনচিংবা পুদুনা উৎপা ঙমখি। তশেংনমক পৃথিবী শান্তিগী ঈহৌদা পার্টিনা শান্তি, নুংঙাই-য়াইফ হিংমিন্নবা, চাওখৎপা অহোংবা পান্বা, ওৎপিরবশিংগীদমক লেপলিবা ইন্টরনেসনেলিষ্ট অমা ওইবগী চপচাবা থৌদাংগা লোয়ননা শরুক য়াদুনা লাকখি।



# BIBILIOGRAPHY


Foreign Dept. Sec-(E) January, 1891. No. 1-23 (5)
Rules for the Administration of Justice and Police in the Manipur State, A.S.P.O. (Judicial) No. 71-10c-18-10-1892.
Darbar Resolution No. 1 of 28-1-1914, Manipur State Darbar.
Fortnightly Reports of the Dominion Agent in Manipur State, Imphal - the 19th April, 1948
Fortnightly Reports of the Dominion Agent in Manipur State, Imphal-the 29th May, 1948.
Fortnightly Confidential Report Ending the 25th Sept. 1949, Manipur State.
Fortnightly Confidential Report Ending the 10th Oct.1949
- the 15th Dec. 1949
- the 31st Dec. 1949
- the 30th April, 1950
- the 31st May, 1950
- the 15th July, 1950
- the 31st July, 1950
- the 15th Aug. 1950
- the 31st Aug. 1950
- the 30th Sept. 1950

**Communist Party Membership Enrolment Register -1948-1953**
*কম্যুনিষ্ট পার্টি লোকেল সেলগী নিয়ম,* চিঠি নং ১ তাং ১০/৯ /১৯৫১
*অহানবা সেক্রেটরিএট রিপোর্ট,* মণিপুর ষ্টেট কমিটি, সিপিআই, ১৯৫২
*আপিল, অল মণিপুর য়ুঠ লিগ,* সেট্রেল কমিটি ইম্ফাল, তাং ১৫/২ /১৯৫১
*আপিল, ওপন সেসন অল মণিপুর য়ুঠ লিগ,* রূপমহল, ইম্ফাল, নবেম্বর, তাং ২৭, ১৯৫১

Lydall, E.F, ***Administration Report of the Manipur State*** for the year 1939-40, Imphal - 1943

- ***Administration Report of the Manipur State*** for the year 1940-41, Imphal - 1944

Maxwell, H.St.P., ***Administration Report of the Manipur Political Agency*** for 1891-92, Shillong -1892

- ***Administration Report of the Manipur Political Agency*** for 1900-1901, shillong-1901
- **Administration Report of the Manipur Political Agency** for 1903-4., Shillong - 1904

Priyobrata Singh, M.K., **Administration Report of the Manipur State** for the year - 1946-47. Imphal - 1948

Shakespear, ***Manipur Under British Management***, 1891-1907, Shillong - 1907

জানকিনাথ মুতুম, ইডিটর, *খোল্লাও*, কম্যুনিষ্ট পার্টি নিতিগী চেফোঙ, ভোল ৩২-৫৫৫ ইম্ফাল, সেপ্টেম্বর, ৩০, ১৯৯৫

জানকিনাথ মুতুম, ইডিটর, *খোল্লাও*, কম্যুনিষ্ট পার্টি নিতিগী চেফোঙ, ভোল ২৯- ২৫০২, ইম্ফাল, সেপ্টেম্বর, ৩০, ১৯৮৭

মেঘচন্দ্র সিংহ, টি আইচ, ইডিটর , *খোল্লাও*, ভোল ১৪- ২৮৯০, ইম্ফাল, ডিসেম্বর ২৬, ১৯৭৫

জ্ঞনেন্দ্র সিংহ লোংজম, ইডিটর *খোল্লাও*, কম্যুনিষ্ট পার্টি নিতিগী চেফোঙ, ভোল ৩২- ৫৫৮ ইম্ফাল, সেপ্টেম্বর, ৩০, ১৯৯৬

***কমরেড ইরাবত***, ইরাবত মনথ সিলিব্রেসন কমিটি, ইম্ফাল, সেপ্টেম্বর, ৩০, ১৯৯১

শ্রী কৃষ্ণমোহন সিংহ, ইডিটব, *ঙসি*, ৫৫ শুবা মশীং, ইম্ফাল, জুন ৮, ১৯৫১

শ্রীলোইতাম যাইম সিংহ, শ্রীরাজকুমার মাইপাকসনা সিংহ, ***নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভা***, ইম্ফাল -১৯৮৩

রাজকুমার শ্রী স্নাহল সিংহ, বিকম, ***হাওদৈজাম্বা চৈতন্য সিংহগী লাইরিকশিং পুনশিনবা***, ইম্ফাল -১৯৮২

Karam Manimohan Singh, ***Hijam Irabot singh and Political***

***Movements in Manipur***, Delhi-1989
লাইখুরাম ইবোবী সিংহ, *মণিপুর প্রজা সম্মেলনী অমসুং অনীশুবা নুপীলান,* ইম্ফাল -১৯৮৭
R K. Sanajaoba, Editor, ***Irawat Sentinel of the East***, Irawat Centre for Marxist Studies, Imphal - 1988
জননেতা ইরাবতকী ১০০ শুবা মপোক পালন সেপ্টেম্বর ১৯৯৬ - ১৯৯৭, *অখন্নবা চেফোঙ*, ইরাবত সেন্তিনরি সেলেব্রেসন কমিটি, মণিপুর, ইম্ফাল -১৯৯৭
***Birth Centenary Celebrations of Jananeta Irabot Singh***, Co-organised by Eastern Zonal Cultural Centre, Calcutta, Dept. of Art & Culture, Govt of Manipur, Imphal-1996
মনিন্দ্র কোমসম, ইডিটর, *সনথোঙ*, ভোল ৭ শুবা, মশীঙ ৮৭ শুবা চহী, ইম্ফাল, ওক্টোবর - ২০০০
*জননেতা ইরাবতকী ১০০ শুবা মপোক কুমওন নীংশিং চেফোঙ*, জননেতা ইরাবত নীংশিং লূপ ককচীং -১৯৯৭
Th Bira Singh, Comp. ***Comrade Irabat***, Imphal -1983
লাঙ্গোন ইবোযাইমা, *ইরাবত পুন্সিগী শক্তম খর,* ইম্ফাল -১৯৯৬
***People's Service Corps*** A handbook for trainers, Communist Party Publication, New Delhi - 1970
*নিয়ম তন্ত্র,* (Structure of the Peoples Service Corps), কম্যুনিষ্ট পার্টিনা ফোঙজবা, ইম্ফাল -১৯৬৯

